# হঙ্গাম মপালগী লমদুদা

সলাম তোম্বা



দ রাইটর্স ক্লব মণিপুর, নম্বোল

সলাম তোম্বা

# হঙ্গাম মপালগী লমদুদা



দ রাইটর্স ক্লব মণিপুর, নম্বোল

**Hanggam Mapalgi Lamduda** (There where the mustards bloom),
*a collection of 18 Manipuri short stories*
written by Salam Tomba, Toubul

অহানবা ফোঙবা ঃ ডিসেম্বর ১৩, ২০০৯ ইং

কপি মশীং ঃ ৫০০

অফোঙবা ঃ সলাম সমরেন্দ্রনা রাইটর্স ক্লব মণিপুর,
নম্বোলগীদমক ফোঙজবা।

মমল ঃ ১০০

মখুম ফোটো ঃ এসপি ইভোচা



কম্প্যুটর সেটিং ঃ জয়প্রকাশ অমদি ওমোবজিৎ

ফোন্ট ঃ গীতাঞ্জলি লাইট (হাঁন্দকা), পোইন্ট ১৩.৫

নম্থম ঃ লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক,
ইম্ফাল-৭৯৫০০১।

ইপুবোক (থানিল)!
নশুনা কাউবা লৈজদে,
ঐগী ইমিং ইপুবোক্না থোনবিরম্বনি,
কচ্চগেকো ঙসি নশুনা,
**হঙ্গাম মপালগী লমদুদা,**
লাইরিক মচা অসিমতং
নঙগী নীংশিং মিরেলদা।

# থম্মোয়গী ৱা

ঐনা খ্বাইদগী পামজবদি শৈরেংনি, অদুগা ঐনা খ্বাইদগী হৈত্রিবসু শৈরেংনি। ৱারী মচা ইৱদি ঐগী ৱাখলগী ঈচেলগী নাশিখোংনি। হোয়, তৌবগীদি উপন্যাস অমা, রেডিও লিলাগী লাইরিক অমদি ফোঙখ্রে। অদুবু ৱারীমচাগী ফজবা, মসিগীসু সংসার অমা লৈরম্বা থেংনবদা ঐ পাক্ক থাদোকপা ঙমগদবা মান্দ্রে। সুম চঙশিল্লগা মসিসু ওম্থোক্না লুবা কলা অমা ওইরমলে। চাউখ্রবা উপন্যাস অমসু হৈনা-শিংনা ইরবদি ৱারীমচা অমদা লোইনা ফোঙদোকপা য়ারম্লে। মসিগী ফজবা মশক্তি, মসিদা অপাবনা খনগদবা শরুক্না য়াম্বা ইগদবনা খিত্তা ওইবা, মশক অদুনি। ইফোং ফোংবা ৱারী মচাদি ফজবা কৌবা য়ারোইদৌরি। ঈঙ্গিৎতমক পীরগা খঙগদবনা য়াম্বা, মিহুৎথোঙ অমদা পাক্লবা সংসার অমা উগদবা কলা অমা ওইরম্লে।

মসিদা পাউখুম অহুমথক খুম্বা ঙম্নবা হোৎনবা তাই। মদুদি অহানবদা, ঐনা ইগদৌরিবা ৱারিসি করিনো খঙবা তাই। মথঙদা ঐনা লীগদৌরিবসি মীনা তানীংনবা কমদৌনা লীবা তাবগে হায়বদুসু হোৎনদবা য়ারমদ্রে। অদুগা অরোইবদা ঐনা ৱারীদু লীরিবদু করিগীনো, অপাশিংদা করি হায়নীংলিবনো হায়বসিমসু উৎপা ঙমদবা শুকয়া য়াদ্রে। অদুনদি ৱারীমচা ইবা অরায়বা থবক অমদি নৎত্রে।

ঐসু ৱাহং অহুম অসি ইতোমতা হংনা হংনা সুম ইদুনা য়েংলুই, ৱারীমচা ১৮ খক, পাব য়াদৌরিব্রা নৎত্রগা য়ারোইদৌরিব্রা খঙদ্রে। ৱারীমচা ১৮ মক কল্পনা ঙাক্তনি। কনাগুম্বগা মিং মান্নরম্বা, থৌদোক হেক মান্নরুবা থোক্লবদি ঐবু ঙাকপীয়ু, কনামতগী ইরুগে খনখিবা লৈজদে। অদুবু ইমাঙদা ইরমসিদা থোক্লিবা থৌদোক ৱাথোক ময়ামসিমদি মমি তাদবদি য়ারোই। মরমদি ঐগী হকচাংসি শাগৎলকপদা মীগী ঈশিং নুংশিত্তা চাউরকপা নত্তে, ইরমসিদনি, চীংলোন মাপলনা কোয়শিনবা নুংশিথ্রবা লমদমসিদনি। মদুদি ঐগী দোষ নত্তে, সমাজ অসিগীনি।

ঐগী থম্মোয়গী লমদম অমা য়েক্লবা ঐনা হোৎনজে। মমিং থোনবা পামখি, অদুবু চপ-চাবা মমিং থোক্লকউ য়াখিদে, মতাং অসিদা ঐগী থম্মোয় লকাদা হঙ্গাম মপালনা পাক-শন্না ফজরিবা লাইমতোন চীংশাংগী মরুমদা উই তাম্না, লমদম অদুবু ঐনা ওম্থোক্না নুংশিজে, চেন্দুনা শান্ননিংলকই, কছারি মরক্তা, হঙ্গাম মরক্তা, অদুনা

ঐগী থম্মোয়গী লমদমনি - হঙ্গাম মপালগী লমদুদা। লমদম অসিবু নুংশিজরুবনা, অহানবা ঐগী ৱারীমচাগী লাইরিক 'নুংশিদবগী মচা' কৌবা অদুদা বারীমচা অমগী মমিং ওইনা অমুক থোনখ্রে। অদুগা হন্দক্কী অসিদা য়াওরিবা ৱারীমচা 'ঈশিংখোংগী ৱারী' হায়বা অসিসু খবরদা 'হঙ্গাম মপালগী লমদুদা' হায়না থোন্দুনা ফোঙখ্রে। অদুবু ঐনা ঐগী থম্মোয়গী লমদম অসিবু ৱারীমচা অমখক্কী মমিং ওইবদা পেনবা ঙমদ্রে। অদুনা হন্দক্তি লাইরিক অসিগী অপুনবা মমিং ওইনা সুম থোঞ্জরে। ইরকখিবা য়াই ৱারীমচা কয়াগী লাইরিক অতৈ - মমিং অসিমক্তদা . ঐ ইগে খল্লি, ওহ্নোক্লা নুংশিখ্রে ঐগী হঙ্গাম মপালগী লমদম অসি।

ঐগী নুংশিরবা মরুপ অমনা হায়খি, করিগীনো ঐগী ৱারীমচা পূন্নমক নুপীগী লমচৎ য়েকপনা অয়াম্বা ওইরিবা। ঐ থোইনা খল্লুদে, অদুবু মরুপ অসিনা হেক হংবদা ঐসু খল্লকই, মানা হংলিবসি চুম্মী। মসিগী থোইদোকপা মরম অমা লৈবদি নত্তে, খঙদে, সুম ইবসি নুপীগী লমচৎ য়েকপনা হেক্তা পাম্লকই, মসি ঐনা খঞ্জবা অমা লৈবা অদুনা ওইবা য়াই। ঐ নুপীবু ওহ্নোক্লা নুংশিজে। নুপী য়াওদবা স্বর্গদা লৈগদবগী শরুক নুপী য়াওবা নরক্তা লৈজরুগে। নুপীদি ঈচেলনি। ঈচেল অসিদা জীব কয়া হিংলি। অদুনদি ঈচেল অসি মোৎহনবা য়াদে। অদুবু ঈচেল অসি শেংহনবদি নুপাগী মথৌ য়াম্না চাউই। নুপাসু ঙকচাউ থেকপা মতম হেল্লে। ভাব তামিন্নবা মতম ওইবে।

অদুগা চহী ৬/০ শুবা ৱারীমচাসু য়াওরে, অদুবু মীয়ামগী খূৎ য়ৌহনবা ঙমজরিবসিদি রাইটর্স ক্লব মণিপুর, নম্বোলগী মেম্বর ওইজরুবগী মপান্ননি। লাইরিক ফোঙবগী স্কীম অমা য়াওরুবনা থুনমক ফোঙনবা হোৎনবদা তাখি। মসিদা খবা শেমদোক শাদোক্লগা ফোঙবা য়াহ্নবীবগীদমক পোক্নফম পাউ-চেবু থাগৎচরি। অদুগা ঐগীদমক থৱায য়াওনা নম্বীখিবা লময়ানবা প্রিন্টর্সপু কাউবা ঙমজদে। প্রেসকী ওজা মঙ্গী, ডিটিপি তৌখিবা ইচা অনী, জয়প্রকাশ অমদি ওমোরজিৎ করি ৱাহৈনা থাগৎকদবনো খঙদ্রে। মখোয়না ৱাবীখিবনা হেল্লি। অদুগা লাইরিকসিগী মরমদা খরদং ইবিরকখিবা ওজা কে. হেমচন্দ্র সিংহবুসু পুক্নিসিগী কাউজররোই।

ঙসিদি ঐ ওহ্নোক্লা নুংঙাই, ঐগী থম্মোয়গী হঙ্গাম মপালগী লমদমনা অপাবশিংগী মাঙদা শাৎকায়গদৌরে। পূন্নমক্লা হরাওনা মিৎয়েং তাবিসনু।

তাং ১৫।১০।০৯ ইং
তৌবুল

**সলাম তোম্বা**

# খুঙ্গংগী মপাউ অমসুং নুপীগী থম্মোয়

চহী খরসিদা মৈতৈলোনগী সাহিত্যদা খুঙ্গংগী মীচমগী অৱা নুংঙাই, চৈনা অমসুং আশা ফোঙদোক্তুনা মওং তানা ইরকপা, পাবা য়াবা ৱারী মচা পুথোরকপগী চাং হেনগৎলক্লি। মখল অসিগী ৱারী মচা ইবশিংগী মরক্তা ঙসিদি সলাম তোম্বসু অমা ওইররে। হৌখিবা চহীচাগী হুম্ফু অমসুং হুম্ফুতরাগী তাঙ্ককশিং ফাওবদি, মায়কৈ অসোমদা ৱারীগী মশীং লীক্লা থোক্লবসু, খরা খরা ইরল্লিবা অসি নোংথোম্বম কুঞ্জমোহন মথন্তনি হায়বদা থোইনা কায়দে। মতম অদুৱাইদা মহাক নত্তনা, খুঙ্গংগী পুন্সিবু খরা রিয়েলিষ্টিক ওইনা য়েকপা ঙম্বা অতৈ অইবশিং থোইনা থোরকখিদে। মখল অসিগী ৱারী মৈ মূবা হৌদোক্লম্বা অসি মহাক্লী।

ঙসিদি চহী কয়াগী মতুংদা, খুঙ্গংগী পুন্সিদা চাউরকপগী এক্সপিরিয়েন্স হাকথেংননা লৈরবা, সুধীর নাউরোইবম, জাতিশ্বর সৌবাম, নোংথোম্বম শরৎচন্দ্র, কেংবা য়েংখোম, সত্যবতী নিঙোম্বম, সলাম তোম্বনচিংবা ৱারী মচা ইবশিং চোংখোরক্তুনা খুঙ্গংগী পুন্সিদা য়ুম্ফম ওইদুনা শাগৎলকপা ফজরবা ৱারী কয়ামুক ঐখোয়গী সাহিত্যদা খূদোল তল্লরে। খুঙ্গংগী পুন্সি উৎপা সাহিত্য পুথোক্লরকপা ৱাৎপগী খরা চাউনা অহোবা অমা লৈরম্বদু মখোয়গী ৱারী মচাশিংনা কল্লা মেনশিল্লকপা হৌরক্লি। সলাম তোম্বসু খুঙ্গংগী পুন্সি লৌখৎতুনা ইরকখিবা ৱারী খরদা মশাগী মীৎয়েংগী মশক অমদি ষ্টাইল অমা শেমগৎতুনা উৎপা ঙল্লক্লিবা তোপতোপ্পা তাবা ৱারী মচা ইবা অমনি হায়বা হন্দক্কী লাইরিক অসিনা প্রমাণ তৌরি।

বিষ্ণুপুর জিলাদগী থোরক্লিবা, সাহিত্যগী সংস্থান খরগী থৌদাং চাউনা পুরিবা সলাম তোম্বা তশেংনা প্রোলিফিক রাইতর অমনি। মহাক্লা ইবদা শোক্লমদবা লৈচল য়াওদে। শৈরেং, লীলা, ড্রামা, ৱারী মচা, উপন্যাস, ঈশৈ ময়েক (মতমগী ঈশৈ) নচিংবা লৈচল পূল্লমক অসিদা খূৎ থাই। হৌজিক ফাওবদা মৈতৈলোন্দা লাইরিক তরেৎ ফোঙখ্রে। মহাক্লা ইংরেজীদা ইবা *এ স্পার্ক* (২০০৮) কৌবা (বাই-লিঙ্গুয়েল ওইনা মৈতৈলোন্দা হন্দোকপগী শরুকসু য়াওবা) শৈরেংগী লাইরিক অমসু পুথোকখ্রে। মসিগী মথক্তা, ঐখোয়গী ইৱোন্দগী ইংৱেজীদা হন্দোকপা, সী ৱেবস মণিপুরনা ফোঙবা

*ৱিন্দ ইন ৱীদস* (২০০৯) হায়বা শৈরেংগী এন্থোলোজী অমসু সম্পাদন তৌখ্রে। হায়দবা ঙমদবা অমগসু লৈরি। মরক মরক্তা, সাহিত্যগী চেফোঙ অমদি পাউ-চেদা মহাক্না ইবা, সাহিত্যগী ৱাফমদা থোত প্রোভোকিং ওইবা, লূপথবা মীৎয়েং উৎপা, তেনতক্না ফজবা রচনা খরসু খূদোল তৌরকপা থেংনদবা নত্তে।

অইবা অসিগী খোর্জেদগী *নুংশিদবগী মচা* (২০০০) মিংথোনবা ৱারী মচাগী লাইরিক অমসু মমাঙদা হান্না লাপ্তোকখ্রে। হন্দক্কী *হঙ্গাম মপালগী লমদুদা* (২০০৯) হায়বা অসিনা লৈচল অসিদা খূৎ থারকখিবা অনীশুবা লাইরিকনি। ৱারী মচা অমখক্তগী মমিং অপান্ননা লৌদুনা থোনবগী মহুৎতা মথক্কী মিংথোল অসিবুনা হেন্না পামজরুদুনা লাইরিকসিগী মমিং কৌরুরিবা অসিমক্তি তোম্বদা লৈরম্লিবা রোমান্তিক ওইবগী পুক্নীংগী লীচিং অমদগীনি থাজে। অইবসিনা ৱাহৌদোক্কী মশক ওইনা ফোঙদোক্লিবা ৱাহৈ খরনসু, মহাক্কী খোয়দাজবা থম্মোয়গী লমদমদি হঙ্গামনা মপাল শাৎলিবা, নাপু মচুগী পাক শন্না শন্দোকখ্রিবা লৌবুকনি হায়রি। লাইরিক অসিদা মহৌশাগী শক্তম, চীংয়া তময়াগী ফজবা থারকপগী মতাঙদসু, মঙোন্দা চেল্লিবা রোমান্তিসিষ্ট অমা ওইবগী মগুণদু শেংনা উবা ফংঙি।

লাইরিক অসিদা চল্লিবা ৱারী অয়াম্বদা নুপীনা প্রোতাগোনিষ্ট ওইবা থেংনৈ। মখোয়বু অইবনা ৱাংনা থাংগৎনবা হোৎনৈ অমসুং ফজবা ফিদম পুবা নুপী অমমম ওইহল্লি। মসিগী মতাঙদা, ৱাহৌদোক ওইরিবা, *থম্মোয়গী ৱা* দা করিগীদমক মহাক্কী ৱারীদা নুপীনা চাউনা মফম কল্লিবনো হায়বগী ৱাখল্লোন অমা ফোঙদোক্লি, *...সুম ইবসি নুপীগী লমচৎ য়েকপনা হেক্তা পাল্লকই, মসি ঐনা খঙ্গবা অমা লৈবা অদুনা ওইবা য়াই। ঐ নুপীবু ওন্থোক্না নুংশিজে। নুপী য়াওদবা স্বর্গদা লৈগদবগী শরুক নুপী য়াওবা নরক্তা লৈজরুগে। নুপীদি ঈচেলনি। ঈচেল অসিদা জীব কয়া হিংলি। অদুনদি ঈচেল অসি মোৎহনবা য়াদে। অদুবু ঈচেল অসি শেংহনবদি নুপাগী মথৌ য়াম্না চাউই।* হায়রক্লিবা ৱাফম অসিগী ৱাহৈ পরেং খরদি *লৈরাংদি অদুম শাৎহৌই* হায়বা ৱারী অমগী অহৌবা শরুক্তসু চপ মান্ননা য়াওরম্বা থেংনৈ। ৱারী অসিদগী লৌথোরক্লুনা ৱাহৌদোক্তা ফেনজিল্লকখ্রিবা ৱাহৈ খরা অসিনা অইবগী নুপীদা য়েংলিবা মীৎয়েং অমদি মখোয়গী ৱারী ইরকখ্রিবা অসিগী পান্দম ঐখোয়দা খঙহল্লকপগী মঙাল অমা ওইরি।

মহাক্না খুঙ্গংগী বেক-গ্রাউন্দা শাগৎতুনা ইবা, মীচমগী পুন্সিদা থেংনরিবা অৱাবা, থম্মোয়গী চৈনাখোল উৎপা ৱারীশিং ওইনা *চেঙ বোড়া, ঈচেল্লক্তা, লৈরাংদি অদুম*

*শাৎহৌই, থাজনা তাঞ্রবদা, অথেঙবা অহীংগী কাংশি মখোল, ঈশিংখোংগী ৱারী, মালেম লৈমনা লূম্বরা...* অসিনচিংবা পারুৱগা মহাকসি খুঙ্গংগী পুন্সিবু মচু তানা য়েকপা হৈবা অইবনি হায়দবা ঙমদে। থোইদোকপদি নুপীগী মায়কৈদা লেপ্লিবা, মখোয়গী মফমদা মীনুংশি হৈথরিবা অইবা অমনি হায়বসিসু য়াম্না শেংনা খঙবা ঙমহল্লি।

নুপানা নুপীবু নমথদুনা পাল্লিবা সমাজগী চৎনরোল অসি মহাক্না খক য়ানীংদে। তৌবদবু ফেমিনিষ্ট অমগী মীৎয়েংগুম্না ৱাখলগী অকনবা লালহৌ অমা তৌদ্রবসু, তোম্বনা শেল্লিবা নুপীগী চরিত্র অয়াম্বদা ইজ্জৎ, সন্মান ঙাক্না হিংজনীংবগী থৌনা, লিংজেল অমমম চেলহনবা থেংনগনি। *চেঙ বোড়া* হায়বা ৱারীদা ফুট-পাথতা ক্না অমদি অচা-অথক খরা থাদুনা য়োল্লিবা, য়ুম পুরিবা গীতানা মপুরোইবনা চিংননীংঙাই ওইখিবা চেঙ বোড়া অমা শোৎপ্রা করিনো পুশিল্লকখিবগী মথক্তা, অথাপ্পদা মমান্নবী তামগী মনেস্নোক্কী শোরাৎ চৎতুনা অহীং অমা আদা লেক্ককনি হায়রম্মি। হায়বগুম্লদনা অহীংদু ময়ূমদা হুল্লকখিদে। মহাক্নীসি মতূ মচা থাকপগী দায়ী লৌগনি খঙদ্রবা, য়ু ঙাওদুনতা লৈরিবা মপূরোইবা য়াইমগী মায়োক্তা চঙশিল্লক্লিবা শীংনবগী খোঙথাং অমা ওইরোইদ্রা?

নির্মলা কৌবী, *ইবা লোইদ্রিবা ৱারীগী* প্রোতাগোনিষ্ট ওইরিবী অসিসু মপুবোইবনা কুইনা নাদুনা লৈখ্রব্দা, হিংনবগীদমক্তা ভঙায় ফদনা পান দুকান ফম্লকই। মঙোন্দা করেম কথায়নদুনা, *হেঞ্জিল্লক্কে* তৌরকপা নুপা নহাশিংদা, *ফজ-ফজনা ঙাঙনসিকো, ঐনা পায়রিবসি ছুরিনি* (লা: ২৩) হেক হেক হায়দুনা হেঞ্জিল্লকপা ঙমহন্দে। মখোয়বু অসুম্না নোক্লুনা হায়বা ৱাঙাঙ অমনা মমায় ঙাঙদুনা হলহল্লি। অইবনা নুপীদি নুপাগী শান্নপোৎ নত্তে, ইজ্জৎ অমদি মমল লৈনা হিংগদবনি হায়বা নির্মলাগী লমচৎনা মহুৎ শিন্দুনা খঙহন্নবা হোৎনরি।

নুপী ওইবীগী চেস্তিতি ঙাক্না, অন্নবা ঈচেল ওইদুনা পুন্সিসি হিংবা ঙমদ্রবদি শিদোকখিবনা হেন্না ফৈ, অশেংবা লমচৎনা হিংবগী ধর্মনি খনবা অতোপ্পা নুপী অমগী শক্তমসু লৌখৎপা য়াই। মহাক্তি *ঈচেল্লক্তা* কৌবা ৱারীগী লূখ্রাবী ওইহৌরবী, থোংজাউবোক তুরেলদা কুমদুনা নুং থুগাযরিবা অমসুং চিপ পৈখর্থলিবা তম্ফাইবেম্মনি। মহাক্না মাবু মিতারিবা নুপা অমগী মখূৎতা তাখিদনবা ঈমায় ৱাংনা জর জর চেঙ্গুরক্লিবা থোংজাউবোক্কী ঈচেলদা চোংথদুনা শিজগে তৌই। ৱারীগী পোলোইদবুদি নুপা অদুমক্না লৌখৎতুনা কনবীখিবা অমসুং অইবনা হৌজিকপু তম্ফাইবেম্মনা করি খল্লিগদগে হায়বা ফজরবা ৱাহং কয়া হংদুনা সজেষ্টিব লেবেল অমদা থনম্বা উৎলকই।

শন্না হায়রবদা, নুপীবু পাঙ্গল শোনবী, অপঙবীনি লৌনরিবা মীৎয়েং অসি তোম্বগী ৱারীশিংনা চুমথোক্লবা কন্না লাক্লে। *নুমিৎনা নোংচুপ্পা থোক্লরুবদা* হায়বসিদা য়াওরিবা রাশিগী শক্তম অসি য়েংসি। মহাক মশাগী খোঙফম শেমজদুনা লেপ্পা ঙম্বা, থৌনা, অচেৎপা ফিরেপ অমা লৈনা হিংলিবা নুপী অমনি। অহানবগী মপুরোইবা কুমারজিৎনা মহাক্কী লৈশারিঙৈগী মরমচৎতা চিংনরকপদগী মবানী খাইনখি। অদুদগী অতোপ্পা নুপা অমদা ময়ূম অমুক পানখি। লাইবক থীবদগী মহাক লূখ্রাবী অমুক ওইহৌরে। হান্নগী নুপানা হঞ্জিন্নরসি হায়না চিঠী অমা ইরক্তুনা থেন্নকপদা, অইবনা বাশিবু থম্মোয় নৌথরকপা, অশোনবা নুপী অমা ওইহন্দে। মদুগী মন্থৎতা নুপীদি নুপানা পামদ্রগা খাইনবা, অমুক পান্নরুগা হঞ্জিন্নবা হেক্তা য়াবা লাইধী অমা নত্তে উৎলকই। কুমারজিৎনা হৌদোরক্লিবা ৱাফমদু রাশিদি শাওনীংবদুম পোক্লকই। মথক্তা পনখ্রিবা নুপীশিংগা মহাক্কা খেন্নবা অমনা নুপীগী চেস্তিতিগী বাফম লাকপদনি। রাশিদি ময়ূম অনীবক পাল্লুবদু মোরেলিতি মাঙবা, লমচৎ লৈখা তাবনি হায়না মশাবু পিদোন্না খক খঞ্জদে। অইবনা মহাকপু থম্মোয়গী ঈহুন্না হুমদুনা পুবা ঙমদবা, রিজনীংদা চৎপা, অনৌবা মৈতৈ নুপীগী শক্তম অমা ওইনা শেম্লন্মি।

ৱাফম অমনা - লাইবিক অসিগী নুপীগী চরিত্র পূন্নমক শীংনবা ঙম্বগী থৌনা লৈবী ঙাক্তনি হায়রুরবদি লানগনি। মখোয়গী মরক্তা খরদি ফৎত্রবা সমাজগী সিষ্টেম খরগী মখাদা, তোল্ল তারবা ফিভমদা, উপায় লৈজদনা, পাকশিন্দুনা খাঙলি। লাইরিক অসিগী চেনা কয়াদা অসিগুম্লবা ওৎপী-নৈবীববা নুপী খরগী নাহেখোল অমা থোরক্লি। মখোয় খরনা আশাগী মঙাল ঙাইদুনা পুন্সিবু নুংশিনা কোনশিল্লি, কনাগুম্বী খরগী মবাইবক্কা লৈচীলনা কুপশিনখ্রবা থবানমিচাককুম্না অমম্বদা তিনশিনখ্রি। খূদম অমা ওইনা. *কোকিলনা মবোল অমা খোংবনে* হাযবা বারীগী মপুং ওইরিবা চরিত্র — শকহেল্লবী বিমোতাবু মশানা য়াজদ্রবসু, লৌনমগী লাংনা ফাদুনা, এইদসনা নাববা নুপা অমদা নমদুনা লুহোংবীখি। মহাক্কী তপ্পা তপ্পা কিন্থরক্লিবা সংসার অমম্বগী মশকনি। নৌনা লূখ্রা ওইহৌবদা নত্তনা, মশাসু এইদসকী ভিক্তিম অমা ওইহৌরে। অদুবু মহাক কনাগী মফমদা ৱাকৎলুবদি তৌকদে। লাইবক্কা তাথীবীরবা, নুংশিনবা নুপাগা থুংনখিদ্রবা, থম্মোয়গী মণি শেৎন-খাইনবগী মৈনা ঙৌরবী, কনবা ঙম্লরোইদবা লায়না অমনসু পায়খিদুনা শিবা ঙাইবিবা লাঞ্জদ্রবী নুপীমচা অসিগী থম্মোয়গী চৈনা অপাবা কনাগী থম্মোয়দা পাল্লোইদগে? *কোকিলনা মরোল অমা খোংবনে* হায়বসি অপাম নুংশি শেৎনরবা চনু অমগী লোনথোক্রবা থম্মোয়গী তেংথা ঈশৈ অমনি হায়নীংঙি। ঙসিগী মণিপুরদা থেংনরিবা এইডসকী সমস্যা অমদি মসিগী লায়নানা লাঞ্জদ্রবী নৌবিবী

নুপীমচা কয়াবু ভিক্তিমাইজ তৌবগী, থম্মোয় কায়নীংঙাই ওইরবা দশা অমা ৱারী অসিদা ফজনা রিফ্লেক্ট তৌদুনা, শাফু লৈনা পুথোরকই।

থুংনদ্রবা নুংশিবগীদমক্তা শিদোক্লীংবা উৎলকপা, চহী নৌরিবা পাখং লৈশাবীগী ৱাখলগী রিজনীং কয়া ওইদবা, নুংশিবগী সেন্তিমেন্টতা চৎপা ৱারী অমনা *ঈশিংখোংগী ৱারী* নি। ৱারী অসিদা প্রেমিলা কৌবী নুপী মচা অমগী লুহোংবা নুমিৎতা, মহাক্না নুংশিনবা, কায়নরবা পারীনা থৌরী য়ান্দুনা শিগনি তেমশীংলকপা, মসিদা নুপীমচা অসিনসু মতুং ইন্না শিনীংলকপগী খোঙথাং অমখক দ্রীম ভিজন অমদা শাগৎলকই। অইবনা নুংশিবগী অয়ৌবা মশক অমা উৎনীংবগী ৱাখলদা ৱারী অসি ইখিবা ওইরমগদ্রা খল্লি। অদুবু অপাবশিংনদি, ইতাও তাওনা হিংলিবা তীনেজরশিংগী মমুন ফাগদবা ৱাৎলিবা নুংশিবগী মশক্নী শোয়দনা হায়নীংগনি।

মথক্তা পনখ্রিবা চরিত্র অনী — বিমোতা অমসুং প্রেমিলা, অহল লমনগী য়াথং ইন্দুনা নুংশিনরিবা নুপা কায়নখি; অতোপ্পা নুপাদা লুহোংখি। মখোয় ফিভমগী মখা পোন্না লাইথী ওইগ্রবসু, থম্মোয়দদি মৈগী চীং পুরদুনা চৎখি। নোংদম্বনা তাথীবীরবা, নুংশি মঙলান কায়খ্রবা নুপীমচাশিং অসিগী থম্মোয়গী চৈনা অইবদসু ফাওদুনা সহানুভূতি উৎলকপা থেংনৈ। ঐখোয়না খঙঙি, নুপী খুদিংমক মশাগী অনীংবা ফোঙদোকচদুনা প্রতিবাদ তৌবা ঙম্বী ওইদে। অয়াম্বদি পাঙ্গল শোনবী, অৱাবা খাঙবা হৈবী ওইনা পিদোন্ননা হিংলি। মসিগী মশক অমা *লৈরাংদি অদুম শাৎহৌই* কৌবা ৱারী অমগী, য়ু ঙাওদুনতা লৈরিবা, খোঙ্খী, খোনচোপনা মাগী নুপীদা অয়াম্বা মতমদা থারিবা, অদুম ওইনমক মপুরোইবা অদুবু চীকোন নাওকোন্না লোয়নরিবা তালোয় অমগী চরিত্রনা ময়েক লানা ফোঙদোক্লি।

থোইদোক্লা ফজরিবদি, ৱারী অসিদা নুপীবু অরূবা ঈচেল নৎত্রগা লৈখোঙগী চিলহাও থিরুবা তৌদনা শাৎলিবা লৈরাং অমা ওইনা চঙখোল্লবা মেতাফর অমদা উৎনবা হোৎনরকই। য়ুম্বুবী অমা ওইনা, নুপীগী ধর্ম ঙাক্লা মপূরোইবদা প্রেম লৈনা, পীক্লিবা মচাশিং চাউরকপগী আশাদা মহাক্লা পুন্সিবু নুংশিনা কোনশিঞ্জরদুনা হিংলি। অইবনা হায়নীংলকই — মসিনি থাঙ্গৈশেংনা নুপী হায়বদু। মহাকপু লৈ ওইনা লৌদুনা হায়রি, *মোংশোং ওইরবসু, নারক ওইরবসু, মরুভূমি ফনা ওইরবসু লৈদি শাৎপা তাবনি। কন্নানসু থিংবা ঙম্লোই। মসি লৈরাং মাগী হৌনশানি।*(লা: ৯) থোৎচ নৌজবী ওইদুনসু, নুপীগী থম্মোয়দগী লাইফ ফোর্স অমা য়াকায়রকই খঙবা ঙম্বগী দার্শনিক ওইবা মীৎয়েং অমনি।

সলাম তোম্ববু খুঙ্গংগী পুন্সি য়েকপা ৱারী মচা ইবনি হায়না ঙসায় মমাঙদা পনখিবদুগী খুদম ওইনা, *ঈচেল্লক্তা, থাজনা তাখ্রবদা, অঙৌবী, ঈশিংখোংগী ৱারী, অথেংবা অহীংগী কাংশি মখোল* নচিংবা ৱারী খরসি লৌখৎপা য়াই। অহানবগী ৱারীসিদা থোংজাউরোক তুরেলদা তাংজদুনা, নুং পেক্তুনা অমসুং থুগায়দুনা হিংলিবা পুন্সি, খঙহৌদনা ঈমায় ৱাংনা চেষ্টুরকপা তুরেলসিগী অঙাওবা ঈচেল — অপাবশিংগী মীৎমাঙদা শংশং চোংথোকহন্দুনা উৎলি। অনীশুবগী ৱারীদনা, লোক্তাক পাৎতা তারিবা ঙামীশিংগী শাজৎ কায়থরকপগী অরোনবা সংসার অমা মায়খুম হাংদোরক্লি। মরিশুবা অমসুং মঙাশুবগী ৱারীদা মথংশিংনা লৌবুক লমহাঙগী পূক্লীং হুনা ফজরবা দৃশ্য, ঈশিংখোং, তুরেল, মসিগা লোয়ননা চেষ্টরিবা খুঞ্জাশিংগী অৱা-নুংঙাইগী পুন্সি-ঈচেল — *পূন্নমক অসিনা খুঙ্গংগী পুন্সিগী মহাও অমা অপাবশিংগী পূক্লীংদা পীরি*। ৱাহৈ অমরোমদা হায়রগা, সলাম তোম্বগী অসিগুম্বা ৱারীশিংনা ঐখোয়বু হান্না থেংনখিদ্রিবা থাপ্লবা চীংয়া লোইয়াদা চিংদুনা পুরি, খুঙ্গংগী পুন্সিগা শক খঙনহল্লি।

মহাক্কী মীৎয়েং মতম অসিগী মরুওইরিবা সমস্যাদগী নাথৈদুনা চৎপা ঙমদে। ইন্সরজেন্সিগী থিম লৌখৎতুনা ইরকই। লালহৌবগী ঈরাংনা কুপশিনখ্রবা ঙসিগী মণিপুরদা অকিবা, চিংনবগী ৱাখলনা প্রজাগী মখৌরী মেৎখায়রক্লিবা উৎপগা লোয়ননা, হিংসাগী থবক্তা লালহৌবগী ৱারোইশিন অমা পুরকপা ঙমগদরা হায়বা ইচঙ থৌনা অকবা ৱাহং অমা হংলদুনা *অবোনবা চিঠী*দা নৈনবা হৌরকই। অমুকস্ু লাল্লক অসিদা নোংমা নৎত্রগা নোংমদি নোংমৈনা কাপ্তুনা নৎত্রগা বোম পোকখায়রকপা অমদা ঐখোয় কনাগুম্বা মীচম্বু হেক্তা হাৎখিবা য়াবগী ফিআর-সাইকোসিস অমসু লমদমসিগী মীযামগী ৱাখলদা লৈনরি। অসিগুম্বা ৱাখলদা তম্নররিবা অকিবসি অশেংবা থৌদোক ওইনসু তত্তনা থোক্লকপা থেংনরি। হায়বগুম্নদনা লাইরিকসিগী *পাউখোঙ অমা চনগে* হায়বা ৱারী অমদা খ্বাইরম্বন্দগী শামু মখোঙদা নোংমা বোম পোকখায়রকপগী থৌদোক্তা ব্রোজেন কৌবা মীচম অমা শিবা য়ানা শোকখিবা, মতুংগী পুন্সিদা মখোঙ নাম্মা ককখ্রবা শোইনাইরবা মীশক ওইদুনা হিংহৌবগী চৈনা অমা ফোঙদোরকই।

মণিপুরদা গৌর ধর্ম অমসুং সনামহী লাইনীং অনীগী মরক্তা মুক্লবা অমথক চহী কয়াগী মমাঙদগী লৈরক্লি। ইসু অসিদা খুৎ থাদুনা ইরকপা, *অথেঙবা অহীংগী কাংশি মখোল* কৌবা ৱারী অমদা, খুল অমদা লৈরিবা বামোনগী ইমুং অমদা সনামহী লাইনীংগী অকনবা ঈথক্তা লাকশিল্লকখিবগী সমস্যা অমা য়াম্না হৈনা পুশিল্লক্তুনা, ডেলিকেসি ওইনা উৎলকই। ৱারীগী অরোইবদা প্রোতাগোনিষ্ট ওইরিবা আঙ্গা রতন খুল থাদোক্তুনা চৎপা হৌরকই। বারী অসিদা য়াওরিবা, বামোন নুপাসিগী অমত্তা

পোকচবা মচানুপী তম্ফা, শীংনবগী মীৎয়েং চেনবা অনৌবা মৈতৈ নুপীগী শক্তম অমনি হায়দবা ঙমদে। মহাক য়ক লাউবা মৈতৈ মরূপকী ইমুং অমদা ওঙলুরগা, খুরবা লাইনীংগী শম্বলনা কোয়শিল্লিবা পুন্সি মহিংদু য়ানীংলক্তবা পোক্লকখি। ইচঙ থৌনা মপূরোইবগী য়ুম থাদোক্তুনা মপাবুংগী মায়কৈ পাংলকই। মহাক্কী লমচৎনা গুণ হাপ্তুনা ৱারী অসিবু ৱাংনা চিংখৎপা ঙমহল্লি।

সলাম তোম্বগী লাইরিক অসিদা হীরম অমসুং মহাও তোঙান তোঙানবা, পাবা য়াবা ৱারী অতৈসু য়াওরি। ৱারী অমখক্তা মারুতি কার অমবু নুপী অমগী পুক্নীংগী ঈন্থল হাপ্তুনা, চরিত্র অমা ওইনা ফজনা শাগৎলকই (নঙগী আশাদা)। অতৈ ৱারীশিংদা — অহল ওইরবা মনেম মকুবু মচা মমৌনা মীরাইরকপগী চৈনা (লোইশিনফম খঙদ্রবা ৱারী), জগোয়শাবী অমনা মহাক্কী ইজ্জৎতা শীংনরকপা মন্ত্রী অমবু মায়থীবা পীখিবা (জগোয়শাবী), মপূরোইবনা হুন্দোকপীরম্লবা নুপী অমনা অমত্তা ঙায়জবা, পুন্সি থাউমৈ ওইজরিবা মচাদু শিখ্রবদা থম্মোয় কায়হৌবা (কুচু মুবী), চেস্তিতি মাঙখ্রবা নুপীমচা অমগী থম্মোয়দা শীৎলিবা চৈনাগী নোং-নুংশিৎ (লমকোয় ৱারী) নুপীমচা অমনা অনাবা মমাগী থৱায় কন্নবগীদমক ইনাক খুনবা অমগী মচানুপা, মীৎতাঙবা অমদা মবুকথোক্কী ৱাখলনা ময়ুম পানখিবা, মচা অমা পোক্লবা মতুংদা মপূরোইববু খাদোক্তুনা চৎকে নীংখিবা, মচা হুন্দোক্লম্বা ঙমদ্রদুনা, মচাগী প্রেমদগী ৱারেপ্পু অমুক হন্দোকখিবা (মালেম লৈমনা লূম্বরা...), অসিনচিংবা শক্লোন কয়া ঐখোয়গী ওইরিবা সমাজ অমদি পুন্সিগী মশক, মনম মহাও নীংথিজনা হাপ্তুনা অমদি কল্পনাগী হৈ-শিংবা উৎতুনা শাগৎলকই। ঐখোয়দা থোইদোক্না কাউঙমদনা থোক্লিবা ফজরবা চরিত্র অমদি অকোনবগী ৱারী *মালেম লৈমনা লূম্বরা*... হায়বসিদা যৌবনগী নুংশিববু ত্যাগ তৌদুনা, ঈ থোক্লবা থম্মোয়গী চৈনা খাঙদুনা, মীৎতাঙবা অমগী নুপী ওইখিবা ঙানবীনি।

মহাক্কী ৱারী মচাগী কলাগী মরমদসু হায়নীংঙাই খরা লৈরি। তোম্বগী ৱারী মচা অয়াম্বসি ট্রেদিসনেল ওইবা ৱারী খুৎলী শীজিন্নদুনা ইবা থেংনৈ। ফোর্ম অমসুং কন্টেন্ট চান্ননা ৱারী খুদিংমক ইথোরকপা ঙম্মি হায়রুবমক্তি য়াদ্রি। ৱারী খরদা প্লোটকী খোঙচৎ ফাদোক্তুনা চৎলকপা, করিগুম্বদা রচনা মানগে তৌরকপসু থেংনদবা নত্তে। চেকশিন্না প্লোট শেম্বা, ৱারীগী খোঙচৎ য়াঙনা পুথবা, ফজনা সিঙ্গল ইফেক্ট পীবা ঙম্বা ৱারী মচাশিং ওইনা, *ঈচেল্লক্তা, নুমিৎনা নোংচুপ্তা থোক্লরুবদা, কোকিলনা মরোল অমা খোংবনে, অথেংবা অহীংগী কাংশি মখোল, মালেম লৈমনা লূম্বরা*... হায়বশিংসি চোংথোক্তুনা তারি। ঐখোয়না অইবা অসিদা ৱারী লীবা হৈবগী চঙখোল্লবা মগুণ

অমা উবা ফংঙি। মহাক্কী ৱারীগী খোঙচত্তা মতাঙ চানা সসপেন্স পীদুনা অপাবশিংগী পূক্লীংদা মখা করি লাক্কদগে হায়বা খোয়রাংবা পোকহল্লি। মতাঙ অসিদা *অরোনবা চিঠী*দা ওজা মনিগী য়ুমদা য়াওল্লোয় অমা লোন্না লেক্রম্বগী মতুংদা নহাদুগী চিৎথরম্বা চিঠী অমা লোৎনবা হোৎনবদা হুমাং কাংখিবা অদুগা অহীংদুদা থোঙ থীল্লকখিবদা মিপাইখিবগী মওংদু নীংশিংবা য়াই।

চরিত্রগী পূক্লীংগী ফিভম অমদি তেন্সনগী মশক অমা অমা উৎথোরক্লবা হোৎনবদা অইবা অসিনা মঙবু উপায় ওইনদুনা, মহয় য়ান্না হেক হেক শীজিন্নরি। *নুমিৎনা নোংচুপ্তা থোক্লক্লবদা* হায়বা ৱারীদা, রাশিগী মমঙদা থেংননীংদ্রবা কুমারজিৎ থোঙ হাংদোক্কুনা চঙলকখি। মতৌ অসুন্না *লমকোয় ৱারী*গী মিনা মুখর্জীসু মমঙদা ঙাইজরকখিবা লোয়াবু উখি। আজ্ঞা রতননা মন্দিরদগী মবুংঙো কৃষ্ণগী মূর্তি পুরদুনা চৎখিবা অদুসু মহাক্কী মঙলান অমনা পীরকখিবা থৌইনশিন্নি। মসিগী মথক্তা অনঅসপেক্তেদ এন্দিং অমদা, অপাবশিংনা খল্লম্বগী ওন্নবা মায়কৈ অমদা বারীগী পোলোই তাল্লকই। মতাঙ অসিদা ঐখোযবু ফ্রেঞ্চ লোনগী অইবা, মালেমগী সাহিত্যদা বারী মচাগী গ্রেট মাষ্টর অমা ওইরিবা মোপাসাঁগী আইরনী অমা শাগোন্নবা ৱারী মরোইশিন্দু নীংশিংহল্লি। তোম্বগী ৱারী মরোইশিন খরদসু আইরনী য়াওদবা নত্তে। পান দুকান ফল্লম্বদগী লফোয় অমুক য়োনখ্রবা নির্মলানা, পূক্লীং মকা লান্না ঙায়হাক্তং রাগ নুংঙাইরকপগী মীৎকুপ্তা থাজদনা মপূরোইবা শিবগী পাউ থুংলৈ। ঙানবীসু মচা চউম্বগী নুংদাংদা, পামজদ্রবা মপূরোইববু থাদোক্কুনা চৎকনি তেমশীংখিবদু মতম য়ৌরক্লবদদি খোঙকাপ অমত্তসু থাংদোক্কুনা চৎপা ঙমখিদে। মদু মকুবোক্কী মীৎফমদদি থাজবগী ৱাংমদা থোরক্লিবা ঙক্লবা থৌদোক অমনি।

সলাম তোম্বগী ৱারী মচাশিং অসিদা, অইবা মশাসু কবি অমা ওইরুবনা শৈরেংগী মহাও পীবা ঙম্বা, ফজবা লোন য়ান্না শীজিন্নরি। ৱাহৈ খরদংনা মহৌশাগী শক্তম, থৱায় হাপ্তুনা থাবা হৈ। দাইলোগ ফজহনবা ঙম্মি। হায়রিবা গুণশিংসিগী মথক্তা, মহাক্কী ৱারী মচাগী ক্রাপ্টসমেনশিপ অসি খরগা হেন্না চেকশিন্না শাগৎলকপা ঙল্লমল্লবদি অইবা অসিবু অমুক্কসু হেন্না ৱাংনা চিংখৎপা ঙল্লমগনি থাজে।

তাং ২।১১।০৯ ইং
ইম্ফাল

**কে. হেমচন্দ্র**

# সেক্রেতরিগী কলম্‌দগী

মহৌসা কৌবী ইমা, মালেম্‌গী তম্পাক্ অসিদ লৈরাং কয়া সাৎলি। চেল্লাসিংন নুংসি খোঞ্জেন্দ সৈসক্‌লি। থবায় মচা পান্‌ব কয়াস্ মান মান ঙম্‌জব সুরি, নোম্‌লি। কুম্‌গী নোংজুদ তু-খোং পুম্ব ঈসিংন ঈমায় চোন্‌ন কৌসিং পুরদুন চেল্লি। তবু তব্লুব অতিযাদ, থবান্‌মিচাক্ লিসিংলক্ত থা কৌবী লাইন ইমা লৈমরেল্‌গী সক্‌তম্‌লৌ চিং-লেম্ন ঙাল্লি। তেংবান্‌বদ লৈরিব পুন্নমক্কী হৌরক্‌ফম্ ওইব, য়োইমযায তাউদন্‌ব মাদি কনাবু ঙাইব তৌদন মায়গৈ হোংদন অসুম চৎলি। মান খক্ ওন্‌ন তৈনন চৎতে। মাগী খোঙ্‌চৎন ওইহন্‌বনি হুম্‌লেন্ (ওক্‌সিজেন্), হাম্‌লেন্ (হাইড্রোজেন্) নুংসিৎ-নোংহুম ঙন্নমক। মাগী সাইওন্‌ন সলাইরেল্ সিদবগী মচা অসীব ওইদুন মপন্ পল্লৌগী পিবৃকনুংদ লৈবিব, তেংবান্‌বদ লৈগদব পোৎলম্ পুন্নমকপু হোইদোবক্তুন তেংবান্‌বু সেমখি। অদুন পুন্নমকপ্ সেম্বিবস্ মানি। পুন্নমকপু উবিবস্ মানি পুন্নমক মাগী খুজিল্ থৌরাংনি। ইবুংঙো মহাক্ নত্তব অতৈ কনানদি মাগী খুৎসেমসিং অসি উই ? তাইবং মী। মপু মান সেন্নদুন নৎত্রগ মাগী মসাগী সকক্ খব য়াওরিব তাইবংমীন উই। মী পুন্নমক্ত উববা হাযরবদি নত্তে। মপু মাবু খঙব মীদন উই। মাবু খঙব মীদি কনালো ? অইব মীনি। মপু মান তেংবান্বগী অচৎ-চত্ত পুম্ববু সেন্নদুন লৈবগুম অইবন তাইবং থবায পান্‌বসিংগী চৎন-লোনচৎ কযা সেম্‌ই. সেন্নদুন লৈ। মবম অদুননি অখঙ্ অহৈসিংন অইববু (কবি) সিদব মপু (ঈশ্বব) গ চাংদম্নবিব। লাইন মী সেম্‌ই। মীনা মীবু লাই ওইহল্লি। লাইগী বা অইবন ঙাঙ্‌ই। মদু মীচম্‌সিংন লাইবা ওইন তাদুন থমোই নৌথোক্করি। অইবন উদব, খঙদব লৈতে। মীচম্‌গীদি মীৎ তনিখক পাল্লি। অইবগীদি মমিৎ লিসিংনি। অদুন মপু মাগুন্ন ঙন্নমক্ উই। খঙই। অদুন ইরিবনি। ইর্বাদি ইরগ, মান উরিব অকোয়বগী মরম্‌দ য়ৌসিন্‌ব য়ৌসিন্দব হাযবদুদি অইবদুগী পুক্নিংগী মখা পোল্লি। উরিবদুগী মরমদ মাগী মফোঙ্‌দোক্, মাগী লোনগৈ, মাগী বাহৈ লৈতেংনচিংব অদুগী মখা য়াম্ন পোল্লি। মরম্ অদুননি অইর্বসিংগী পোখোক্ত খেন্নব লৈবিবসি।

অইব ওজা সলাম্ তোম্ব রাইতরস্ ক্লবকী অচঙ্ব মীওইনি। লোয়নসিল্লোন্গী লম্দ মহাকপু নৌন সক্তাক্নিঙাই ওইদ্রে। নোভেল্, রেদিও ড্রামা, ৱারীমচা, সৈরেং হায়দুন লৈবিব লোয়নসিল্লোন্গী মচল্ খুদিংমক্ত খুৎ থাই; লাইরিক্ ফোঙ্‌ই। হৌজিক্ ফাওবদ লাইরিক ৭/৮ পুথোকখ্রবা অইবনি। মহাক্কী "চিত্রকার" কৌব নোভেল্দ নোহাখোল্ন "থোঙাম উধব নিংসিং সাহিত্য মনা" পীদুন ইকাই খুম্নখ্রব অইবনি।

হন্দক্ পুথোক্লিবসি অইবগী অনিসুব ৱারীমচাগী লাইরিক্নি। হান্ন "নুংশিদবগী মচা" কৌব অম পুথোক্খ্রে। "হঙ্গাম মপালগী লমদুদা" মিংথোন্ব হন্দক্কী লাইরিকসিদ ৱারীমচা ১৮ য়াওরি। খুন্নাইসিদ - সুনিংদব, থক্-চাদুন লৈব, নুপীন ৱাৎতনব হোৎনব, খর হেন্ন লন্-থুম্ পুসিল্লক্লগ মাগী নুপীবু চিংনরকপ - মমৈদ লৌসিং তারক্তুন মসাগী অসোয়ব খঙ্লক্পগী মসক্ উৎপ ৱারীমচানি "চেঙ বোড়া"। য়ু থকচিল্লগ মাগী নুপীবু খোন্দা থীন ঙাঙ, ফুবি-চৈবিব; অঙাওবদুন তুসিন্দুন মীন কুম্হৈগুম্ যেংনরবদ, ইকাই-ইকি থাদোক্তুন মাগী নুপীন কোন্খৎতুন হেক্ পুসিন্বিব, তাঞ্জাদুদ মচাসিংন স্কুল্ চৎলম্দাইদ, করিসু তৌদব সাদুন, হেক্ চুপ্পিদুন বিদায় পিব অইবন থেংনবুই। অদুন কনাগুম্বী নুপীন অৱা-নুংঙাই অনিমক্ত চাং-মান্নন লৈবগী অখোইব লিচৎ অদু মাগী "লৈরাংদি অদুম্ শাৎহৌই" হায়বসিদ উৎলি। "ইবা লোইদ্রিবা ৱাবী"দ ইথক্ ইরাং পাম্জদবী নির্মলান পোৎফম মচা অম ফম্ই। লিবৱ নারব মপুরোইব, মচা অনি থাক্লব কন্ন হোৎনৈ। নোংচুব নুমিৎ অমদ, নোং চোৎন ক্বা লৈরব নুপাদু য়েংবে নুংঙাইতদুন থুপমিন্নৈ, য়াম্ন হৈনদন। লুপা মঙাগীদমক্ ১০০/- চৎপী অম অচোইব য়াওদে হায়দুন থাদরক্ই অর্থ লৈব মীৎয়েংগ লোয়নন। উপাই লৈতদুন লৌহৌই। সিংনব কন্ন হোৎনৈ। নুপাদুবুদি উনননিংদে। নির্মলান কাগী পোৎফম্দু অতোপ্প অমদ ফমহল্লি। সেন্দু সিন্নৈ নুপাদু লাক্অগ পীনব। মান মফম অমদ লফোই য়োল্লি। অদুবু নির্মলা নুপাদুগী মরম্দ খন্দব ঙম্লক্তে। অদুন নোংম মচীন্দ সোল্লক্খি "নুপাদুবু... লফোই লৈবকাক কোক্ হেক লাক্লবদি ওম্বোক্লা নুংঙাইখ্রনিদা।" মসি নুপীগী থমোইনুংদ থুপ্তুন থম্ব লিচৎ উৎপনি। "জগোই শাবী"দ হৌজিক্ মতম্গী অঙম্-অথৌসিংন জগোই-ঈশৈ তৌব মী পুদুন মীরম্দ চৎলগ তাঞ্জা ফংবদ নম্জা-নম্থেক্লব হোৎনবগী মতৌদু উৎলি।

অমন, হঙ্গাম্ মপাল্দ খোয়দাজব অইবনি হায়নিংই, লাইরিক্সিগী — কোকিলন মরোল অমা খোংবনে, থাজন তাখ্রবদ, অথেঙ্ব অহিংগী কাংসি মখোল, ঈসিংখোঙগী ৱারীসিংদ হঙ্গাম্ মপাল্গী লম্সিং সৈথারি। অকোন্বগী ৱারীসিদদি য়াম্ন তোয়ন পল্লি। নুংসি লম্বী চৎমিন্নসি তেম্সিংনব সাবী-সানৌ অনিন লম্বী খম্খায়নবগী নুংসিরব

ৱারীনি। "অথেঙবা অহিংগী কাংশি মখোয়" হায়বসিদ হৌজিক্ মতম্‌গী সনামহী লাইনিং চৎপগ গৌরিয়া চৎপগ অনিগী মসক্ ফজন য়েক্‌ই। অসিনচিংব।

ৱারীমচা হায়বসিগী তোঙান্‌ব চৎন-পথাপ লৈজৈ। অদুগুম্ব চৎনবিদু অইবসিগী ৱারীসিংদ কদাই ফাওব ঙাক্‌ন ইবগে হায়বদুদি অখঙ্-অহৈসিংগী মফমদ সিন্নজরগ, অইবন পুথোক্‌পিরিব রাইতরস্ ক্লবকী ২৯ সুব, অদুগ সেম্থং পুথোক্লব "পব্লিকেসন্ স্কিম্" গীন ৩ সুব লাইরিক্‌সি খ্বাই তরাগী মফম্‌দ সিন্নজরি। লাইরিক্ ইবিরিব ওজাবু লোয়নসিল্লোন্‌গী থৌগল্ তৌবদ হুম্বু নারেংসুবী ইমান থৌজাল্ লন্‌কুবিব ওইরসনু।

কবোৱাকচিং
৭/১১/২০০৯ ইং

**ইবোপিসক্ নোংথোম্ব**
*সেক্রেতরি,*
রাইতরস ক্লব্ মনিপুর, নম্বোল্

# য়াওরিবশিং ঃ



..............

# নঙগী আশাদা

— নুংশিব্রা?

— নুংশি।

— থাজদেবু

হায়সু হায়বনি। নহাক ঐগীদমক য়াম্না ৱারেকো। নুপানবু নমায়না শোল্লিবা। ঐ উবগা হেক্তা নঙনা নমায় নোম্থে। হোয়! অদুবুদি নঙগী মীঙমজদবা নমায়দু পাম্নমদ্রবদি ঐ নঙগী ননাক য়ৌরক্নদবসু য়াই। ঐ মদু উবা নুংঙাইহিখিদে। ঐ মঙায়রে তাযদুনা চৎপশিংদু ঐদি ওন্থোক্না পামজখিদ্রে। অদুনবু শেঙ্গা ও পায়বা কয়া লংথোক্লম্লগা ননাক্তা লাক্লিসর্সিনি। মখোযদি মীগী মমল পৈশানা লেপ্পী। থম্মোযনা লেপ্তে। লমচৎসু য়াওদে, মখোয়না শান্নখিবা লিলা কয়া ঐ উখ্রে। ঐ তুক্কচখি। নিশানা পুরবা মহাকচাংশিন্দু ঐ পাম্মুবী মখোয়গীদমক্তা। ঐ তায়, নঙ নিশা শিজিন্নদে। মদু ঐ থাগৎলি। নঙসু য়েংঙু, নিশাগী ঈপাক্তা পাম্মুরবা নহা কয়া লোইরেদনা। ইরমসিবু করম তৌসি হায়বিনো?

ঐনা নোংমা হোটেল এক্সেলেন্সি মমাঙদা লেপ্লিঙৈদা নহাক খোঙনা চৎখি। নঙ হাইফেৎ য়েংলম্লগা নমায় অদুম লুকখদুনা চৎখি। ঐ নুংঙাইহৌদে। খঙঙি, নঙ ঐবু অদুম্না লৈহন্নীংলমলোই। মদু লাম্না লৌনু। ঐগা লেপমিন্নহৌবা নুপাদু অতোপ্পা নত্তে। লাইরিক ফোঙবা অমা যাওবা লাকপনি। ইমান্নবী খরা ঙাইরম্বনি।

ঐ সাহিত্যগী থৌরমদি য়াম্না চৎলি। সাহিত্যদা শান্তি লৈ। থম্মোয়সি ঈংজৈ। কবি সম্মেলন কয়া তারে। অদুবু ঐদি শৈরেং ইবসু হৈতে। পাবসু হৈতে। ঐগী হায়ববু তাবনি। মদুদা থম্মোয় ঈংজবনি। নঙদি ঐবু উরম্লোই। ঐদি উই। নঙনা শৈরেং পাব য়াওবা নুমিত্তু। ঐ পেনখি। নঙগী শৈরেংদা ঙাওখি। নঙগী খুৎথা ঐ চাকই। নহাক মৈচাক অমা অদুম নথম্মোয় মনুংদা পুদুনা চৎলমাল্লে। ঐ লোইনদি তাহৌদে। নুমিৎতুগী মাইক অদু ঙহাক্তুদা খঙপিক পিকথখি। ঐদি মপান্দা ফমদুনা লৈবনিনা

মতেকতু তাহৌদ্রে। ঐনা খল্লকই — অমুক্তং ফমিন্নরগা পাহল্লদিকো। নঙনা পঙহায় হায়জিনবা মানগনি। নঙনা পাখিবা শৈরেং মতেকতু হায়রকউরা ? চিনফা পুরি —

ঙরাংগী মখোলদু অখাক অরাউদি নত্তে/ নোংমদোন অতিয়া তশেং তশেংলি/ মদো মমাগী নাউয়েকখোলনি/শৈরেং অমা পোকখিবগী/ নোংমৈ অমা কাপখি/শৈরেং অমা পোকখি/অদুবু অশিবা ওইনা তারকখি।/অদুনা ঐনা ইরি/অশিবা শৈরেং/উনানা কেন্নখিবগী/লৈরাংনা চোইজাইনখিবগী/ঈচেল পুম্বা লেপখিবগী/ নোংমদি হোৎনখি ঐসু/ য়েন্নীংথাগী শৈরেং অমগীদমক/ফুগায়না শাৎলক্লিবা থম্বালগীদমক/ কোকিলগী খোইরাংবা মখোঞ্জেল/থম্মোয়দা দঙ দঙ পানবা অদুগীদমক/অদুবু থোক্লকউ য়াখিদে/তগৎ তগৎ তেকপা ৱাহৈ অমত্তসু/ অদুনা ইরি ঐনা অশিবা শৈরেং/মপি কংখ্রবা পলেমগীদমক/কুন্দো কংদ্রিবী লুখ্রাশিংগীদমক/মচাগী মাঙদা ইজ্জৎ মাঙহনবীখ্রবীদুগীদমক/মপুরোইবগী মমাঙদা ফ্রিং ফ্রিং চোংলিবীদুগীমক/ নোংমৈ অমা কাপখি/শৈরেং অমা পোকখি/অশিবা ওইনা তারকখি।/অদুনা ইরি ঐনা/অশিবা শৈরেং/তবোপ তবোপ্পা/মথায়দি য়াওদ্রবা/মখোয়গীদমক।

মদুগী মখাদি ঐ তাখিদ্রে। ঐ কয়াম নুংঙাইতে। ঐনা খনবা হায়ববু নঙ মৈচাক পুৱে। করি মৈচাক্কো ? ইপা কায়নখিবগীরা ? নৎত্রগা চান্নবী অমা কায়নখিবা লৈখ্রবরা ? অদুক থম্মোয শোক্লা পারিবদুবু। হোয়, নঙনা হায়বা চুম্মী। ঙসি ইরমদম অসিদা য়েংঙ্ভবদা নুংঙাইফম লৈতে। নোংমগী শিবা তোক্তে। মমৈদা শিবীনবা মী লৈরক্তবা য়ারি। নঙগী শৈবেং মতেক্তুনা ইরমদমগী অৱাবা কদায় য়ৌরবগে হায়বদু তাকপা ঙমলে। ফজৈ শৈবেংদু। ঐ নুংঙাইতে, নঙনা শৈরেং পাখ্রবা তুং কুইনা লৈরমদ্রে। খ্বাইরম্বলগী অচীনবা মীরক ফাওনা অমম্বদু উনবা মিৎসি হেক লাওথোক্তুনা অদুম য়ুম য়ৌবক্লে। মদুগী মতুংদি ঙসিফাও কবি সম্মেলন পঙচৎ চৎত্রে। মদু চৎমিন্নবা মী লৈতবননি। নঙসু উবা ফংদ্রে।

ঐখোয়নি খঙনখিবদু কলেজদা ওইরমাক্লেকো। নোংমদি ডি এম কলেজ কেন্তিন মমাঙদা ঐনা লেপ্লিঙৈ নঙনা শোকপোই থেংবোই অমা তৌরম্মাক্লে। নঙনা ওয়োক্লা মিতানা য়েংলমখ্রে। মদুদগী খঙঙি, নঙনা ঐবু খোয়দাই। অদুবু নঙদি ঐসে নঙগী আশাগী ৱাংমদা ফংলরোইদবনি খন্না চৎখিবা মাল্লি। অদুবু ঐনদি খলহৌই। নুপাসি থম্মোয় শেংবদি মাল্লিদা। খঙদে, মদুগী নুমিত্তগী নঙবু উবদা য়েংলোই হায়বা শুকঙম হেক ঙমদে। মরক মরক নঙগী পাউ তায়, নহাক এম.এ. তম্বা গৌহাটিদা চৎখ্রে।

ঐনা খল্লি, নহাক নোংমা মী অমা শোয়দনা ওইরকখিনি। ঐগী ৱাখল চুম্মে। ঙসিদি নহাক কলেজ ওজা অমা ওইরেদনা। তলব চারে। অদুবু ঐ ঙকই, অদুক ফিভম ফরবা ফাও নহাক সাইকলনা চৎলি। করিগুম্বদা খোঙনা চৎলি। গাড়ী মচা অমফাও লৈদুনা তোংগে হায়দে। ঐনা খনবদি খল্লি। নঙগী অনীংবা অমা শোয়দনা লৈরমগনি।

ঐনা ঙাওখিবদি নঙনা লম্বীদা ঐগা থৈনবদা য়েংবা মিৎয়েংদুনি। হেক চাগদ্বগুম য়েংলম্লগা থৈনরমদাইদা নমায় হেক্তা লুকথখি। নোংমতং তাঞ্জা ফংলবদি ঐ নঙবু হায়গে খল্লিবনি। অদুক নমায় শোল্লগা করম্না মী ওইগদৌরিবনো? অমুক হায়নীংলিবনি, নুপা ওইবা তারবদি নুপা থোকউ। থম্মোয়দি তপ্লু। সমুদ্রগী মতৌ লৌ। মপাম্থোংদা ঈথক ঈপোম হৌরসু ঈরোন্নুংদা ঈং তপ্লু। চন্না লৈয়ু। ৱাখল ৱাংঙু। য়ামখ্রে ঐনা হায়নীংবা। অদুবু তাঞ্জা অমত্তা হেক ফংদে। তৌবগীবুদি মসে নঙনা তানশিল্লক্কবননি।

ঙসিদি ননাক্তা লৈরবনিনা ঐনা পেন্না হেক ঙাঙলিবসিনি। নহাক তাবদা ওইবীয়ুকো। ঐ খরা ঙাঙগে। নঙগী থম্মোয়গী ৱা কোন্না তাগে। তাগদৌরিনি পেন্না। নঙনা করম লেল্লকপা। নঙনা ঐগীদমক কয়াম অৱাবা নংলকপা। ঐ নৎত্রদি কনাসু হন্না য়েংলরোই হায়বা লৈ হায়দুসু। ঐ হেক উরগা নমিৎ তথক তথক, মীনা ঐসি হেক পুদুনা চেনখ্রবগুম। তুংদা নঙনা চপ লেপ্তুনা হেক চাগদৌগুম য়েংহৌবা। ঐনা চুন্না অথুবা থবক চৎপদো। লোইনা মরম হংখিদৌরিপোৎনি। ৱারী পেন্না শাখিসি। চাব-থকপা লায়রি।

ঈশৈ অসি নুংশিকো। ঈশৈফাও নঙদি থম্মোয় কায়বগীঙাক থম্মাক্লে। হৌমল্লি। খজিক্তুং লৈথসিকো। তপ্না ঈংনা তাসেবা। নহাক ঈশৈ তাবা হৈনরম্বা অসিমদি ফৈব্বু। ঐসু ঈশৈদি ওম্থোক্লা পামখ্রজাৎনি। ঈশৈ ঙংদ্রবা মী, অমুকফাও নোকত্রবা মী তিন্নরুন্নু হায়নরিবনি। ৱাদ ৱারবদি ঈশৈ ঙংথোকউ হায়বসু লৈ।

ইহে! নীংশিংলিঙ্গেদো ৱা অমত্তা হায়হৌখিগে। নহাক পুন্সি অসিবু করম্না য়েংবগে। ঐদি পুন্সিবু য়াম্না লুনা লৌবদি হৈনদে। মসি হায় হায়দুনা য়াম্না হেক্তা লায়থোক্লসি হায়বদি নত্তে। য়াম্না লুনা খঞ্জিল্লবদি কনা অমত্তসু খোঙ থাংদুনা চৎপা ঙম্লরোই। ঐঙোন্দদি পুন্সি হায়বসি অচৌবা শ্লেট অমনি। মদুসু মমায় অমত্তা পানবা। অনী শুদবা। মদুদা ঐখোয় পুন্নমক্লা হোৎনরি ফল তাররোইদবা অঙ্ক ঙাক্তা। হায়য়ুনে নঙসু, ফল তাব ঙম্বা, মনীং থুংখিবা কনাবু য়াওখ্রবগে? নৎত্রগা মসে অচৌবা হিজাউনি। মদুসু মপান অনীমক কায়রবা। মানা হোল্লি অতেক-অকায় ঙাক্তা। মপুং ফাব, তগৎ

তগৎ তেকপা, তেক কায়দবা কন্নাবু মানা পুবগেনে? মসি হায় হায়দুনা ঐবু নঙনা লান্না লৌগনু। ঐ নঙোন্দা ৱা অমতং থম্মোয় শেংনা হায়নীংঙি, ঐখোয়গী হায়ববু পুন্সিগী অরোইবা মিৎকুপফাও খুৎকী নৌরেল থাবীগনু, হোনবা তোকপীনু। মায়থীরে হায়বা ৱাহৈসি পনবফাও পনবীগনু। মদুদি নুপা মাঙ্গদে। মায়থীরে হায়বা ৱাহৈসি হেক হায়বদা মায়থীবা হৌরে হায়নরিবনি। আশা থাদোকপীগনু। আশা হায়বসিদি কুমগী নোংহৌনি। মাদি হিংবনি। থবক্নি। পুন্সিনি। লেঙলি পাল্লিবা পুম্বা আশা অমমমগী মরুমদা হিংনরিবা ঙাক্তনি।

নঙ অমুক ঙাঙঙু। নহাক তাবদা ৱারম্লগনি। ঐনা খরা হেন্না ঙাঙথ্রমাল্লে। হোয়! অদুবুদি ঙসি মঙায়দনা ঐনা পেন্না ঙাঙজবা ফংগদবা। সিদগীদি ননাক্তা লেঙদনা লৈরগদবনিনা নঙনা ঙাঙবদনি ঐনা তাগদৌরিবা। ঐগী ৱা পুম্বা নঙনা তাবীগে তাবীরোই নঙগী ৱাখন্দা লৈরগদবনি। ঐ শেম শারে। হায়রো তারগে নঙগী ৱা অমুক।

মানা ঙাঙবদা তাদুনা মাইল কয়া লাকমিন্নরবা তুংদা নুপাদুবু ঙাঙনবা কন্না তকশিল্লক্লিবনি। নুপাদুদি মাবু মাগী ওইবা ফংজবা তুংসিদা করিশু ঙাঙনীংদ্রে। মাগী ৱাকৎ লৈত্রে। অদুবু মানা তকশিল্লকপা অসিনা নুপাদু খুমদবা য়াদ্রে। নুপাদুনা তপ্না হায়ঃ

— "ঐ করিশু হায়জররোই। নঙদা ঐগী নাক্তা লেঙদনা লৈবীয়ু। নঙগী আশাদনি ঐনা ঙসিফাও সাইকল অমগা লেল্লক্লিবা। নঙগী আশাদনি ঐনা ফি অনানবা অমা শেৎলকত্রিবা। নঙোন্দা ঐগী পামজবা লৈ। শুমহৎপা লৈ। নঙোন্দা নুংশিবসু লৈ। ঙসি কয়াম নুংঙাই। কুইনা নীংজরকপগী তুংদা ঙসিদি ৱারী পেন্না শানবা ফংজরে। অসি মঙায়। সিবু মঙলা তাইবঙলা ঐ খঞ্জরিবনি। নঙগা মীগা হেক লেপমিন্নহৌবদা অহীং কয়ানি ঐনা তুম্বা য়াদনা লেল্লকপা। ঐনা ইদোম শোঞ্জে মতমদুদা — চান্নবী! নঙবু করম্বা মতমদা ঐগী ওইজবা ফংগদগে। নুমিত্তু ঙসিদি ঐগী ওইররে। ঐগী অপাম্বা অমমুক লৈত্রে। নঙগী মিংসু ঐনা ঙসিদগী চান্নবী হায়না কৌজরগে। নঙবু উফুল ৱাইফুল কপ্পোকপীরগে। নঙগী মাঙদা ধুপ থাজরগে। ঐনা পামজনা খঞ্জরকপা মচুনি। নঙগী ঈঞ্জিলসু ঈংথরো। নঙদি মারুতিনি। মারুতি হায়বদি নুংশিৎ হায়বনি। নুংশিৎকী মাঙ থানা নহাকপু ঙসি ঐনা পুন্সিগী অহানবা ওইনা থৌবা ফংজরে। পুন্সিগী লেঙদনা লৈবীয়ু। ঙসিগীদি পোখারোকো। তেপ অসিসু মুখৎলম্লগেকো। চান্নবী!" ❑

# লৈরাংদি অদুম শাৎহৌই

নুপী লৈতবা ইমুং লৈবা হৌনদে। নুপীদি ঈচেলনি। ঈচেলসিদা জীব কয়া হিংলি। অদুনা ঈচেল অসি মোৎপা যাদে। ঈচেল অসি শেংলবদদা খুন্নাই অদু চঙ চঙ লাউনা লৈহৌগদৌবিবনি। মসি নুপীশিংগী মথক্তা নম্থবিবা পোৎলুমনি। নুপী ওইনা পোক্লবগী ফংফম থোকপা বর নৎত্রগা শাপ হাযবদুনি।

অদুবু হংনীংঙি। খুন্নাইসিদা নুপাদি মনীং তমদুনতা অদুম লৈরদ্রা? সমাজ অমা য়হনবদা নুপাগী থৌদাং অসিবু মনীং তম্বা বাহৈসিনা অসুম শাগোন্নদুনা লৈহৌরগদ্রা? মসি নুপা মবক্তগী খুমহন্নীংঙি। মতমদুদা নুপীশিংনা সুম পেন্নদ্রিবা, থরুম মানবা পক্লীং মতা অমা লৈরিবসি খরামখৈ হম্থগনি। লৈমিন্নদবা য়াদ্রবা নুপা-নুপী অনীনা অসুম পোম্নদুনতা লৈববদি করম্না মচা-মগু শেমদুনা অপাম্বা থাক অদু যৌহনবা ঙমগনি।

ওম্থোকপা হায়দুনি। হোটেলসিদা চা গ্লাস অমতং থক্লিঙৈদা সুম কদাযদগী খম্থকবিবা বাখলনো? ফনা চুম্বা বাফম ওইদুনসু ঐনা কন্নাদা হঙ্ঙৎনা হংলুনি। অদুবু নুপীনা তাব নুংঙাইনবা হায়বসু নত্তে। নত্রগা নুপানা শাউনবা খল্লুবসু নত্তে। কদায়দগীনো বাখল অমা সুম খল্লুবদগী থম্মোয়সিদা মরী মরী হেক চেনশিল্লকখিবা ৱাখলনি।

খন্দবসু যাদবনি। ঙসিগী ঐনা উরিবা দৃশ্য অসিদবু খন্দবা হৌনব্রা? মীপুম খুদিংমক শোয়দনা খনগনি। ঐদি চাফাও থকপা কাউবমখৈ খল্লুরে।

ঐনা চা থক্লিবা হোটেলসিগী হেক নাকলদা দুকান মচা অমা লৈরি। হোটেলসিদবু চা হেক থক্লুরবা তাহৈদবা খোল খরদি অদুম মতারে। নুপাগী খোঞ্জাউনি। অহীংদগী থকপা হৌখ্রবা, ঙাওদনা ঙহাক লৈবনা ওন্ন তৈনবা পুন্সি ওইববা নুপা অমগী মনীং তম্বা ৱাহৈ ঙাক্তনি। দুকান মনুংদুদগী তানীংবমখৈ তাজহৌরো হায়দুনা থাদোবক্লিবনি। অতাবা মখৈনা মসিদা শিখ্রবদি ফরনিদা হায়বা নত্তনা অদুৱাইদা অতৈ কৈসু হায়নদ্রে। মীমাঙদা ঙাঙবা য়াব ৱা অমতা নত্তে। মতৈ-মনাওদা ঙায়রগা ঙাঙবফাও ইকায়নগদবা ৱাহৈ ঙাক্তনি। সাহিত্যদা শিজিন্নবা য়াব বাহৈ অমতা নত্তে। অদুনা তারুরিবা ঐনা করম্না মাগী বাহৈ অমতংবু কলমগী মতেং লৌদুনা ইথোক্কনি। ঐদদি শিরফাও ঙম্লরোই।

অদুবু তারুরে। দশা হায়বদুনি। মসিদনি ঐনা মফম ইচা চাদনা নুপা নুপীগী মরীদা হেক খঙ্করুরিবা। হেক খনবা হৌরুবদি নুপী অসিবু করম্না খাঙদুনা লৈরিবনো অসিনি। অদুদগীদি লংদুমদগী লং চিংথোরকপগা চপ মান্নখ্রে। লোইবা নাইদে ঐগী ৱাখল। অসুক কুইবসি মাগী নুপীসিনা তাহৈদবা ৱাহৈঙাক তারফাও ইপুরোইবনি খন্না খাঙলক্লিবনি। শূবা শূদবা পীজদবদি য়াদবনিনা মচা অঙ্হন্না মরিরা অসিগা দুকান মচা অসিদা পোৎ খরা খরা য়োল্লগা থাক্লক্লিবনি। মসিদবু নুপী অসিবু থাগত্তবা য়ারিব্রা? মাগী মীচং চঙগনু কন্নাগুম্বনা হায়রক্লবা ঐ কন্নাগুম্বদুদা ৱাহং অমতংদি হংনীংঙি। নুপা অসিনা তৌরিবসি নুপী অসিনা তৌরম্লবা অদুগা করম্বা কান্দা পোকপনো খঙদবা মচাশিংসিগা য়ুমসি পান্দবা য়াদদুনা পাল্লম্লবা করি ওইরমগনি। নুপী অসি নহান্না মপাম য়ৌরম্লোইদ্রা? মদুফাও ফরি, অশাউবা মিৎকুপ অমদা নহালনা শোরাত্তুম লোইরম্লনি।

নুপী অসিদি ঙসি পাল্লি। ঙম্লবা হোৎনরি। মচাশিং স্কুল কানবা, গাডী মরক্তা সড়ক থোকখিদনবা, হৈবা হৈতবা লাইরিকসু তাকপীনবা, মদুগী মথক্তা পোৎসু তম্লবা কন্না হোৎনরি। ঙহাক্তবু মা পোত্থাজদে। তশেংনা মহাক শাউনীংবা, পেন্দবা, কপ্নীংবা পূন্নমক অহীং কয়া, নুংথিল কয়া, অমুক ঈংহন, অমুক শাহল চহী কযা চঙনা মতুম তাশিল্লগা মাগী থম্মোয়গী কাচিন অমদা ফুমদুনা থমখ্রবগী মতৌনি।

মহাক ৱানা খাঙলি হায়বসিমদি নোংমতং পোৎ লৈবা চঙলকপা মী অমনসু অদুম হেক্তা খঙলগনি। মহাক খাঙবা হৈনরে। নৎত্রগদবু শকসু ৱাত্তবী, রাশিনা লৈতেংবী নুপীসিনা থা অমদা অমুক্কা ইরূজরমগদবা নুপাসিবু শঙদুনা লৈরমগনি থাজদে। মসিদনি ঐনা নুপীবু মশক মুন্না খঙনীংলক্লিবা। নুপী হায়বসি ঈশ্বরগী অঙকপা খুৎশেম অমনি হায়বা নত্তনা করি হায়রসিগে। মখোয়দগী নুপানা ওত্থোক্লা য়াম্না তমগদবা লৈরি হায়বা তাই।

ঐনা অমুক্কা হেন্না ঙক্লিবদি নুপাদু মচীন থীবা য়াব থীরম্লগা ফুক হৌগৎলগা চৎখ্রে। মহাক্কী চাকখাওনা থরুীংবগী কমপ্লেন অমা লাকপগুম মাল্লি। অদুবু অৱাবনি, মাগী পম্বুংদু য়ৌদ্রিঙৈদা দুকান অমগী মমাঙদা খুদি থীখিমাম্লে উপথুননা তুখ্রে। মীনা কুম্মৈগুম য়েংলি। অদুবু লিলাগী পার্ট কুপ্লিবা মীদা মতেং পীরুবা তৌদবগুম কনাসু মাবু চিংখৎলুবগী ৱাখল উৎনদে। ঐসু ময়াম্না য়েংনবদুদা হৌগৎলগা য়েংলুই। লিলাদগী হেম্লে। লৈশারিঙৈদা হিংলে হিংমিন্নসি, শিরে শিমিন্নসি হায়না লৌকোয়পাত্তা, সেন্দ্রা চীংথক্তা নত্রগা ইরোইশেম্বা জূদা কোয়মিন্নবদা ৱাশক্লরকপগা চপ মান্নরে। মাগী লৈমদু খ্বাংচেৎ মচি লাংলদুনা চেম্থোরকই। ওত্থোক্লা ইকায়রমগনি। অদুবু তৌদবা য়াদবা

মথৌ অমগুম কোনখৎলুরে মাগী রোমিওদু, মাগী মজনুদু। অদুগা খা চীক্লপ তৌনা কোল্লগা চিংবোই করিবোই পুশিনখি দুকান মনুংদা। লিলা মখা ঙাইনবগুম মী অয়াম্বা থওইনা য়েংবদি মালহন্দনা লৈনৈ। ইচৎ চৎনদে। ঙহাক্তি কুম্মৈদু ইন্তরভেল থাবগুম কাদু তুমিন লৈখি। অদুম তুমিন লৈখিবা ওইরবদি মী পুম্বা মথৌ মথৌ চৎনখিবা য়ারবনি। অদুবু পেন্দবগী মীকপখোল অমখক নুংশিৎনা চিংদুনা পুথোক্লক্লে। কা অদুগী মনুংদগী। মকা কয়া ফোংদবা, তাইনফম খঙদবা মরায়বক্কীদমক নহাল মখৈ লোৎতুনা থল্লুরবা পি মরীক কয়া মনীং তম্না চেম্থরক্লে নুপীদুগী মখজাইদা হায়বদুদি মীকপখোল অদুদগী অদুম খঙলে।

ঐসু চৎলগে খল্লুরবনি। অদুবু মীকপখোল অদু নাকোংনা তাবদা মী তাহন্নীংদবা খোঞ্জেল অদুনা থম্মোয়দা চঙখ্রে। ঐ খোঙ থাংব ঙমদ্রে। নুপীদু মাগী খাঙবা ঙম্বগী ৱাংমা লানখ্রমাক্লে পিরাংদু থিংবা ঙমদ্রে। ঈরাওখোল অমা য়াওরক্লে। লিলা নৎত্রে। কপশিন্নবা নৎত্রে। অদুবু মী তাখিনি খন্না কপ্পিবা মওং অদুনা তাক্লি মহাক মীওইবগী অফ-ফত্তা খনবা ঙম্বা ৱাখলদি মশাগী শেৎলি ইল্লিবা ফিজেৎকুম মাগী লৈতেং ওইনা থল্লি।

ঐ ৱাখল লমফৈ অমুক খল্লে। খল্লি সুম — মখোয়গী অসিগুম্বা য়ুম্বাল অসিবু লমদমসিদা কয়াম লৈরমগনি। ঐগী মিৎনা উবদসু অসুক য়াম্লবদা করিগী লৈরম্লোই, হাইফেৎ য়াম্না লৈরমগনি। অদুনদি ঐখোয়গী সমাজ অসি করি ওইহৌবা হৌনবগে। কনাগী ঙমখৈ কায়বা, কনাগী লৈবাক্কী ৱাথোক, কনাগী ওভরড্রাফট মখোয়দা চঙলমগদবা মান্দে। অদুনদি করম লৈহৌবা তারিবগে ইরমসিবু। লৈবাক্কী লুচিংবনসু থম্মোয় শেংনা লৈবাক্কী সেবা তৌদ্রে। চীংমী-তম্মী খাইবুং খাইবুং তৌরিঙৈসিদা তাইশিনগদবা খরা চাউবা ফুরুপনা নিশা খরা চা-থক, দ্রগতা খরা লুপ অসুম লৈরবদি করিনো তৌগদবা অসিবু। ঙক্লিংঙাই লৈতে, চীংগী ডিস্ট্রিক্ট খরদা মীশিং চাদা মরিফু হেঙ্গৎপা, হেনবু হেনগৎমন্দে। তম্পাক্কীনা য়ু ঙাওবা অসিফাও মচা অহুম মরি পোক্লিবা অসিমক্তদা চাম্মদা কুম্থাফাও হেঙ্গত্তে হায়রি। খনবা হৈবা মীনা খল্লবদি মসিগী মরম হোত্রোং হোনা উরমগনি। মতাংসিদা অহল অমনা হায়খিবদু নীংশিংলকই — "নোংমৈ য়ুম শাগে হায়রবদি কুমশিদগী মফমদু উ-ৱা থাজিল্লু।" কয়া চুমখ্রবনো? কোন্না শিংবদি অশিংবা কৌনদে হায়বসিমসু লাইরিক্তা চাউথ্রোক চাউনা ইদুনা লৈরবনি। মসিদবু ঐখোয়না নোংমতা অরুবা ওইনা লৌনরুদে। শীৎলিবা নুংশিৎ অসিগা ঐখোয়গী হিংলিবা পুন্সি অসিগা চানদ্রে।

নুপীদু কপ্পা লেপখ্রে। তুমিন লৈখ্রে। অদুনা হেন্না খঙনীংলকই। করিবু তৌখ্রব্রা? মহাশয় অদসু হন্দাক্তি ঙাওবা লাউবা তোকখ্রে। মাসু তুমিন লৈখ্রে। ঙহাক্তি মফমসি শান্তি ওইবে। যাম্না লৈবাকমচা তাব মীওইঙাক লৈবা লৈকায় মাঙ্গ্রে। মতাংসিদা ৱা অমমুক নীংশিংলকই। তাদ অমনা নোংমা হায়খিবনি। "ইবুংঙো! নুপা ঙাওরিবসি নুপীনা মতীক চাদদুনা তৌরিবনি। নুপীনবু ফারগে খনখ্রবা, নুপাদুনা লম হেনবা ঙম্বপোৎ নত্তে।" ঐসু চুম্না খল্লি। খঙদে, নুপী অসিবু ঐনদি থাগৎল্লুরি। মাগী করি অৱাৎপা লৈদুনা মাগী নুপা অসিনা ফিভম অসি য়ৌখিবনো। মাগী অথোৎপা, অমেংবো ৱাহৈনা হায়বফাও নুংদা ঈশিং চাইবগুম থোকখ্রববা? নৎত্রগা মাগী শুমহৎযাই চেল্লবী মায়থোঙসিনা, মাগী নুংশি মীনোক্লা, মাগী অৱাৎপা লৈত্রবা শবান অসিনা নুপাসিনা মযায় কারবা শামুগুম ঙাওরকপা মতমদুদা কেথদুনা ফানয়াই পুন্নযাই মন্ত্র শোলহৌদ্রববা? নোংমা চুপ্পা অচীকপা কাদা অঙাংমচা লাইরিক তাকপগুম থেমবোই, বারকপোই তৌহৌদ্রব্রা জাৎলা? অদুম তৌরম্লবদি ফগনি খল্লি। ফিভম অসি শোকচিনখ্রে।

ঐনা হেন্না ঙাওরে। ঐ সুম ফমদুনা লৈরে। চা গ্লাস অমখক থক্লগা ইথৌ অমগুম মাগীদমক পংখন্দা খল্লিবা ঐসিবু লান্দ্রিববা? নঙদি কযাম ফন্দদুনা হংলক্লবদি ঐসু খুপ্পা হেক্তা বাগনি। ঐদা নত্তে, নুপা পুম্নমক মথন মথন্তা শন্থজগাদবা বাফমদি য়াম্না লৈবে। ঐ হৌগৎলে। মপান থোক্লক্লে। থোক্লা খোক্লা ইতোমতা খল্লকই। চৎনবীগী মিংদা, নুপানি হায়বগী মিংদা নুপানা সমাজ অসিদা খুদোংচাব খরমখৈদি হেন্না লৌববনি। ইতোমতা ঐ হংজৈ। "ঐবু চাক থেঙবগী নৎত্রগা কৈনো অমগী হেক্তা নুপীবু চৈখিদববা? নঙ পোথাজৌ ঐ শূবীগে কযারক হায়খি। চাক্লুক ময়া য়ৌবকখিবা ফদিগোম, তিলহৌদুবু ঐনা লৈবাক তৌরগা থাখিবরা? ঐসু মায়থীরে।

ঐ থুনা চৎনীংলে। য়ু ঙাওবা অসিনা ঙাওদবা ঐঙোন্দা ৱাহং খরা থল্লক্লবদি ঐসু নুংঙাইরোই। ঐদা নত্তে, নুপা পুম্নমক্লি। ঐখোয়গী সমাজসিদা পাউখুম পীদবা ৱাহং কয়ামা ইশা ইশাদা পুদুনা চৎনরিবা ঙাক্তনি। ঐখোয়দি নুপানিদনা হায়না হেক্তা খুম্বদি মতমসিগা চানগদবা মান্দ্রে। ঐখোয়দা থোক্লবদি নুংঙাইরোইদবা বাসি মীনসু কয়া পাল্লমগদবা মান্দে। হৌজিক্তি মীবু মাঁ ওইনা উগদবগী মতম ওইরবনি হায়বসিদি লাল্লরোই খল্লি।

ঐ বস থুনা লাকহন্নীংলে। ঙসাইমখৈ বস কয়া পঙচত্তা চৎখিবা অদুদি ঐ করিশু খল্লুদে। মিৎকুপ অসিদদি ঐ মঙায়রে মতমদা নেৎলগা চৎপা মাল্লিবা। ঘড়ী অমুক য়েংঙি, বস অমুক য়েংঙি।

ঐ মঙলা হারা খঙদ্রে। তাঞ্জা অসিদা ওন্ন-তৈনবা দৃশ্য অমমুক উরে। ঐগী মিৎসিনা তরু-তনানবী, মোং হাদবী, নুংশি মীনোন নোকপী নুপী অমা ওইনা ঙসাইগী নুপীদু দুকান্দগী থোক্লকপা উরে। ঐ মিং কুপ্তুনা যেংঙি। শোয়দ্রে, ঙসাইগী নুংহীরবা মীকপ অমা তম্লকখিবী নুপীদুমক্কি। অঙকপনি! নুপীগী থম্মোয় নুংসু লৈস্ন পুন্না ওইরিবা নুপীগী থম্মোয়। মসিমক্কনি ঙসি সংসাৎ অসিবু চেংনা পুন্দুনা লৈবা ঙম্লিবা। মসিমক্কনি মরুভূমি মথক্তসু লৈরাং শাৎপা ঙম্লিবা। ঐ নুপীদুদ মুন্না যেংঙি। মচাশিংনা স্কুল চৎলমদাই মখজাই চুপ্পীরি। মকোক মনম নম্বীরি। মোমোন মীনোক্না মচাশিংদু বাই বাই পীবীরি। মখুৎ থাঙ্গক্তুনা হাইরি। অঙাং অনীদুনা মমান্নবগী মরক্তা য়েপখ্রি তুংগী আশা অমা পুরদুনা। মমানা মমিৎনা উবমখে য়েংদুনা নবাউনা লৈহৌরি।

ঐ বস কাখৎলে। অদুবু ঐ নুপীদুবু য়েংদবা ঙমদ্রে। ঐ হৌজিক্তা ভাব তারকই। মোংশোং ওইরবসু, নারক ওইরবসু, মরুভূমি ফনা ওইরবসু লৈদি শাংপা তাবনি। কনানসু থিংবা ঙম্লোই। মসি লৈরাং মাগী মতৌশানি। লৈরাংনা লৈখোঙ য়েংলগা শাৎকদবা ওইরমদ্রে।

অদু মঙায়। রাশি লৈবীদু অরা-মৈশা মরক্তুদা মোমোন নোকহৌই। মিৎলু পিরাং হৈরৌরক্লবসু মচাশিংদা মোমোন মীনোক্না বাই পীহৌই। লৈরাংদু অদুম শাৎহৌই। ঐসু বস মনুংদগী হেক উরিমখে যেংলকই। মাগী মোমোন মীনোক্তু তপ্পা লোইশিলহৌই। মচাশিং বাই পীরম্লগা দুকান্দা তপ্পা চঙহৌই।

খঙদে, মাবু ইমুংদুদা চঙলগা অমুক কাপ্লগদ্রা? নৎত্রগা তৌফম খঙদনা ফমদুনা নুংশুক নুংজাননা মচাশিং হল্লকপা ঙাইরিগদ্রা? বসকী অরাংবা মবক অদুদা ঐগী রাখলগী থোংনাও তপ্পা তপ্পা লোনশিনগি। ❑

# চেঙ বোড়া

-- কনানো?

— (খুমদে)

— কনানো হায়মী?

— (খুমদে)

যাইমা ফুক হৌগৎলি। মমিৎ খংশিং শিংই। মহাক মঙ মঙলুরে। ইঙাও ঙাওনা ফুক হৌগৎলকপনি। অদুবু মকোক পুবা নুংঙাইত্রি। ঙসাই খবা হেঞ্জিনখিদুনা মহাক ফম্নিংবা পোক্ত্রি। অমুক হিপথবে। অদুবু মহাক মিহুল চোংলি। কনাসু লৈবদি উ-দ। মঙদুদা নুপা অমা চঙলক্তুনা ৱাংথ্রং ৱাংনা মনাক্তা লেপ্ল গুম তৌখ্রবান। মহাক্না পংখল খল্লগা তূর্মখিবদুদা মঙগ্রেম হাগ্রেম্নবা ওইবা তাবে। মহাক ঙবাংদগীনি নত্ত-নত্তবা ৱাখলমক্তা খল্লিবা। হিপথরবসু যাইমা মমিৎ মথক মখা য়েংলম্মী। লযদুনা য়েংলকপদা অমুক উরে ফাল অমগী মথক্তা থাঙ্গত্তুনা ফক্লাংদা ঙাবিবা চেঙ বোডা অদু। মসিগী চেঙ বোডা অসি চঙলকপদগীনি য়াইমা মিহুল কাঙলিবা। সুম য়েংশিল্লুবগা বোডাদু অসুম চাউথোরকপা ওইনা উরকই। মনুংদা মী য়াওবা মাল্লকই। মনুংদুদা নুপা-নুপী নোকমিন্নবগী মখোল তাবগুম তৌরকই। য়াইমা খঙলে, চেঙ বোডা অসিনা মাবু ৩শেংনা তম্নরে।

যাইমা জ্ঞানদি মাঙদে। থকচববসু মহাক লাংখোংদা করিদা তুবিবা মী নত্তে। যাইমা কোক্কন হায়নবিবনি। ঙসিদি মাগী রাজেন হায়বদু থেংনকুবদগী খবা হেনজিনখিরনি। অদুসু কুইনা উনখিদ্রবা, সিফাই খনখিবদগী অমুক্তং থোক্লকপদা ঙায়রিবা মকপ্তু থেংনরবদবু মমায ঙাক্তবদি য়াব্রদো। মদুসু থেংনরোইদবনি, খোয়দৌ শাউগৎপা ফাথগে হায়দুনা ঙসাই অয়ুক পেগ অমত্তং পায়রুগে হাযদুনা থোক্লুবদা থেংনরুবিবা রাজেননি। অদুম মখোয় অনী নুংঙাইথোক্লিঙৈদা থেঙলে মহাক্না হঞ্জিল্লকপা। অয়ুক্কী চাকসু মহাক চাখিদ্রমাক্লে। মহাক হৌজিক্তা নীংশিংলকই। চাক্কীবুদি মহাক চাখিদবা কযাবক য়াওখ্রে। মদু মঙোন্দা থোইদোক্তে। লুরিবদি ঙরাংদগী খোয়দৌ

শাউগৎলিবসিনি। শাউগৎপা হৌখ্রিবসিনা মাগী নুপীনা চেঙ বোড়া অদু রিক্সোদা হাপ্তুনা ঙরাং সন্ধ্যাদা হেক পুশিল্লকখিবদগীনি। মদু য়াইমা চিংনৈ। নুংতিগী চেঙ কিলো অমা, য়াল্লবদা অনী ৱানবদুশু ৱানা থোক্লম্বা মাগী নুপীনা চেঙ বোড়া অমা পুশিল্লকপসি মহাক চিংনৈ। মাগী নুপীগী লমচৎকা মরী লৈনবা চেঙ মাল্লি। কদায়দগী চেঙনো হংবদসু মাগী নুপীনা শোৎলকপনি খুল্লকখিবনি। খোয়দৌ শাউগৎপা ফনবা থক্লুব্রা হায়ববু ঙসিনা শাউগৎপা অমুক হেল্লে। মানা ঙসাই সন্ধ্যাদা হঞ্জিল্লকপদা মাগী নুপী হল্লক্রমদ্রে। আ! অথাপ্পদা মমান্নবী অমগী মনেম্বোক লৈতবগী শোরাৎ চৎকনি, হল্লক্লোই হায়রম্মী হায় হায়দুনা মচানুপী পুংকক চাউবীদুনা মঙোন্দা তম্বনি। য়াইমা শাউগৎপা হেনখিবনি। অদুনা মহাক ঙাউফিং ঙাউফিং ফমুং চঙদুনা অদুম তুমখ্রবনি। মচানুপীনা চাক চারসি হায়বদু মহাক হুং-হা তৌদুনা অদুম হৌগত্রে। অদুম তুমখ্রবনি।

করিগীনো খঙদে, য়াইমা ঙসিদি মাগী নুপীগী মরমদা খন্থদবা ঙমদ্রে। নহালমখৈ অসুক কুইবসি মহাক থবক মনা অমা শূদনা চারক্লিবনি। মাগী নুপীনা থাক্লিবনি। অয়ুক ঙন্না চাক থোংদোক্লম্লগা চাগদবা খরা চারগা ক্বা খরা, মনা খরা, অচা-অথক খরা বাজারদা য়োল্লুরিবনি। মদুসু ফুট পাঠ মথক্তা। মদুদা ফংলকপা লুপা খরদুনা চেঙ কিলো অমা, য়াল্লবদা অনীখক ৱাল্লক্লগা চরা অনীদং শোয়দনবা হোৎনরক্লিবনি। চেঙ কিলো অনীখক পুরকপদুদি য়াইমা নোংমতা ৱা ঙাঙখিদে। শাউবসু তৌদে। নামৎসু থাবিরুদে। অদুবু ঙসিদি চেঙ বেগ ওইনা চঙলকপসিদদি য়াইমা খাঙবা ৱায়। মরম লৈফম থোকই। মরুপ য়াওদুনা ৱাল্লকপা ওইবরা খল্লসিরা হায়বসু ঙসিগী শোরাৎ মফম খংদবা অসিনা য়াইমা অফবা খনবা শুকঙম ঙমদ্রে। সুম খন্থে। শোরাৎ চৎপনি হায়রগা হোটেল চঙবা য়াইনা। মফি মরোল নাইনা পুবসু য়াইনা। নুপীনা ফি মরোল পুববু করি লুবা থবক্লো। হেক খন্থরুবদা য়াইমা মমিত্তা উরকই। কা অমা, মুশি মুশি ঙানবা কা। পাকখ্রবা ফমুং। নানখ্রবা মোম্পোক ফিদক, মথক্তুদা নুপা অমগা নুপী অমগা য়াতারি। য়াইমা হুমাং কাংখৎলকই। ঙসিগী অহিংসিদা ওইথোকপা য়াদবা লৈত্রে। অদুদি মহাক কৈদৌবা তাই। ঙরাংনা চেঙ বোড়া, ঙসিনা মফম মরাং খঙদবা শোরাৎ। আ হায়বা মফম লৈবা হৌনদে। মফমদং হায়রল্লবদি অহীং ওইরবসু য়াইমা চৎলুবা ঙমগনি। অদুগা অতাবী অমা ঙসাইনা খঙলগনি।

য়াইমা মিন্থল ফাথৈ। অমুকসু খল্লি মাগী নুপী গীতানা মানা চিংনরিবা লমচৎ অসিবু চৎলমগদ্রনে। নুংশিনা লৌন-লৈনরকপনি। মমা মপানা য়াদ্রফাও মাগী মমায়

ঙাকপীরকখিবা গীতানি। অদুবু নুপীগী পুকচেলবু করি হেন্না থাজরব্নীংঙাই লৈবগে। অরাংগী যমুনাদু মমা মপানা নমদুনা পীখিবনি। লুহোংবদু শা-লান্দা ফি শেৎহনখিবনি। অদু হৌজিক্তি কৈদৌরে। মাগী নুপাদুগা কারদা নোক-নোক্নুনা চৎমিন্নরেদনা। নুপীগী মপুকচেলদি অমরোমদা ঈশিংগুম্বনি। হাপ্লু-হাপ্লুবা পাত্র অদুগী মওং লৌখিবা ঙাক্তনি। অদুনদি মাবু নুংশি হায়খিবা গীতানা মাবু মীনম্নম্বা কয়াবু লুবা থবক্নো।

যাইমা তুম্বা শুকয়া য়াদ্রে। যেংলু য়েংলুরগা চেঙ বোড়া অদুনা মাবু করেন্নরকপা ওইনা উরকই। মসি লৈরিবমখে মহাক তুম্বা য়াগদবা মাল্লকত্রে। মকোক খজিক্কং হেক যাংবগা মহাক চেঙ বোড়া অসি প্মাৎখ্রদরা করিনো থাদরুরগে খল্লে। মহাক বোড়া অসিদগী চেঙ মরু অমফাও চানীংলকত্রে। মহাক ঙসিসি অবেম্বগী য়ু থক্লুরবনি হায়না খল্লক্লে। মহাক লেবল্লবদি গীতাগী খোঙথাং ময়েক শেংনা খঙলমগদবনি। মমঙগী বা অমুক খল্লকই। মাগী মঙ চুম্বদা হায়নরিবনি। অদুঙৈ মাগী মঙদা মেট্রিক পরিক্ষা হায়দোক্লমদাইদা মাগী মরুপ সুরেনগা রোল হেক তাইননা সেকেন্দ দিভিজন্দা য়াওমিন্নরম্বনি। অদুম হায়দোক্লকপদা য়াওরম্মীদুনি। মখোয় অনীগী যোল চাম্মগী মথক্তা লাপ্নরিবনি। অমুকসু মাগী মঙ চুম্বগী প্রমান পীনবা যাইমা হোৎনৈ। সিফাই খনখিবা মাগী মবাই থোকপা অমা চহী ১০ মুক উখিদ্রবদু মাগী মঙদা লমজাউদা থেংনবগী মঙ মঙখিবনি. অদুসু অদুম নোংমা নীনি লৈরগা লমজাউদা মবাইদুনা বেডিংগা লাকপা মায়োক্লখিবনি। অদুনা য়াইমদি মাগী মঙদা ফত্তবা উবা কিদুনা লৈজবিবনি। মরী লৈনগনি খল্লি। সুম তুমদবা মখৈ খনবদা পুম্নমক গীতাগী লমচৎকা মরী লোইনা লৈনরকই।

য়াইমা ঙাইহাক অমুক উইরোল উইরোল তৌরুবমাল্লে। মহাক্না অমুক মমিৎ শিংলকপদু নোং ঙাল্লমগদৌরে। হন্দক্তি মকোক্তু খরা হেন্না য়াংলম্বগুম তৌই। মশা খজিক্কং হেক খীংলম্মী। যাইমা নুংঙাই। মহাক নোং হেক ঙানবগা মী হাৎপা য়াবগী ফিভমদা লৈ। অদুনা মহাক মশা কন্দবা য়াদে। মানা খম্থখিবদু করি? চেঙ বোড়াদু পুখ্রিদা থাদখিবা। মশক হেক উদবা। মাগী নুপী লাকপা, শোরাৎকী তল হংবা, কনাগী শোরাৎনো তকখৎপা, মুন্না খঙদোক্লগা লোন্না ফি শেৎলগা থোকপা। শোরাৎ মফমদু য়েংলুবা, কারল হেক তারম্বা, থুনা হল্লকপা, মাগী নুপী গীতা হেক্তা তকখায়বা. খুদক্তা মপাম য়ৌহনখিবা। মীগী মচা হেক হাৎপদি খরদং খম্থখিবা ফৈ। মী হাৎলুরবদি মাসু দন্দি ফংবা শোয়রোই।

করিগীনো খঙদে, য়াইমা হন্দক্তি অহীং খনখিবদুদগী খরগা অমুক লুথনা খনবা হৌরকই। মরম শুম থিরকপগুম তৌরকই। মহাক্কী মরালসু খরা উরকপগুম তৌরকই। পুন্নমকসি করিদগী থোক্লকই। য়াইমনা সুম খম্বরক্লিবনি। মানা থবক শূনীংদবদগীনি। মতোমতা খুল্লিবনি। থবক শূদবা হায়বসিমদি মহাক শূদ্রে। ইংখোল মচেৎ অমতং লৈবদুফাও মানা য়োৎলৈ অমা কাঙলুদ্রে। গীতানা অদুম হোৎনবনি। গীতানা ফনা মঙোন্দা হায়জরবসু মানা নুপীনা ৱারকপা য়াৱ্রা হায়দুনা নাম্থোক্নুনা চৎপনি। নোংমগী চাক চারা অনী থনম্বনিনা মহাক করিশু অৱাবা খঙলুদ্রে। শূনীংদবগী মরম অমুক থিরকই। য়ু থক্লুবননি। নিশাদা নুংঙাইনা মা তাউরিঙৈদা মহাক য়োৎ পায়বা নীংশিংখিদ্রে। চার্গনি থক্কনি হায়ফাও খনখিদে। নুংথিল হল্লক্কে মনীং, নুমিদাং হল্লক্কে মনীং। গীতাসু ঙাঙবদা কান্নদ্রে খনবদগী অদুম শুকঙাং ঙাঙখিদ্রবনি। মচা নুপী অদুমতং হেক লৈরমদ্রবদি ৱাফম অমা ওইরমগনি।

য়াইমা খম্বরুরগা ইকাইবা খরা ফাওরকপগুম তৌরকই। ওন্ন-তৈনবা য়ুম্বাল অদু মমিত্তা উরকই। মহাক খনবা তোকত্রে। সুম খম্বরকই। নুপানা নুপীবু থাকপা হৌনৈকো। অদুনবু লাই হাক্তক্তগী নুপানা অধিকার খরা হেন্না লৌরম্লিবা নৎত্রা? নুপানা নুপী লোনবা য়ারম্লিবা হক অসি করিগীনো? নুপানা দাই হেন্না পুরম্বগী নৎত্রা? নুপীনা নুপা লোনখৎলক্রবদি খাঙবা ঙম্লোইনে। মদুদি শিরেদনা। লোনবদি লায়রদুনা ঙসিদং হল্লক্কবদা চিংনরিবা ময়ামসিনি। নুপানা খাঙবা হৈতবগীরা? নুপীদি খাঙনৈকো। নুপানা হল্লক্তবদা নুপীনা কন্না হায়জবা ঙমদেকো। সুম খল্লুরগা য়াইমা ৱাখল লম্মুক্লরে। মাগী ৱাখলগী থৌরবা তেন অদু মৈ ফ্রি ফ্রি কামথোক্নুনা মঙোন্দা হল্লকপগুম তৌরকই।

মহাক মতোমতা বাহং হংবা ঙমজরকপগুম তৌরকই। মহাক অমুক খল্লকই — মানা কন্না শূরগা গীতাবু খুবৈ অমা হেক চখোকহন্দবদি কমদৌই। মদুদা গীতানা নমদুনা কৈথেল ফম্লুগে হায়গদ্রা? মদুমদি য়াইমা থাজবা ৱাৎলি। গীতানা নোংমা তম্লখ্রে, "শিনিংবা জাৎনি, ক্বা য়োল্লিঙৈ অদুদা ইমান্নবী নুংশিনা কৌরম্বদুদি। মীনা সনানা তেকথরদনা চৎখ্রিবা।" য়াইমা ঙসিদা ইনৌ নৌনা নীংশিংলকই।

য়াইমা মায়থীগদৌরমাল্লে। সুম খল্লু খল্লুরগা মাগী মরালসু লৈরম্লে। খম্বরকই, অদুদি কৈদৌবা তাই। মতোমতা হংজৈ। মহাক য়ু থকখিগদ্রা? মতোমতা খুমজৈ, য়ু থক্লবদি চেঙ বোড়া কয়া মফম খঙদনা চঙলকপা তাবা। মদুদা মহাক শাউদবা হৈবা তাবা। মদু ঙমগদ্রা? য়াইমা হিপ্পা হিপ্পা মঙক হাইখিবগুম তৌই। মহাক ঙমলোই।

ঙমদ্রগদি মহাক য়ু থকপা তোকপা তাব। থবক কন্না শূবা তাব। গীতা ক্বা য়োনবা তোকহনবা তাব। য়াইমা মতোমতা ব্বারেপ পংলৌদা লৌবা হৌরকই।

অদুবু নোংদি ঙানগদৌরক্লে। অরোইবা ব্বারেপ লৌবদি ঙমদ্রি। ব্বাহং চাম্ম চাম্ম মতোমতা হংঙি। মাগী নুপী লাকত্রিঙৈদা ফিবেপ অমদি লৌগদৌরিবনি। মতিন য়োৎথবগা শোম্থাংননা হায়খিগুম তৌই — "গীতা নঙগী ব্বাখলনা কদায় য়ৌখ্রবা।" নোং হেক ঙানবদা মহাক থবক অমা নত্রগা অমদি শোযদনা তৌরগনি। মতমসি য়াম্না থিম্থবা য়াদ্রে। শোয়বা য়াবা খোঙথাং গীতানা শোয়রুরবা মতুংদা মানা ভাব তাকদুনা কৈদৌনি। অদুদি মহাক হু চাবগা পাংখক্কি। মানা হিংলুবগী কবি কান্নগনি। মাগী নুপীগা খোঙথাং থাংমিন্নরুরিবা নুপাদুনা মাবু করি ওইনা উরমগনি। নোক্লিংলমগনি। য়াইমা চরম কংলকই। মহাক শেংখ্রবা, লুখ্রবা, অঙৈংবা ঈশিং পেন্না থকনীংলকই। গর্ভদু হেক ঈংগদবা মাল্লকই। অদুবু কদায় ঈশিংদি লাপ্না লৈখ্রে।

যাইমা মদোম শাউরকই। ব্বাবেপ লৌরে। ব্বারেপ লৌবা ঙমদবা নুপাবু নুপ কৌবা য়াবিব্রা? মহাক চাউথোকচৈ — য়াইমদি অদুগুম্বা নুপা ওইবোই। বাবেপ তারে — "যু থকপা তোক্লনি, থবক কন্না হয়েংদগী শূবনি। গীতাবু ময়ূমদগী হেক চখোকহন্দ্রগদা মাগী চিংনবা পূম্বা কোক্লনি। হয়েংদগী কৈথেল বন্দ।" অদুবু যাওল যাওন্না চিংননা মদোম শোম্থাংননা শোনখিবগুম তৌই — "গীতা! নঙ শোরাৎ অশেংবা চৎপদি ওইরম্মুকো।" ❑

# ঈচেল্লক্তা

তম্ফাইবেম্মা তশেংনা ৱারে। নুপা নুপী অনী চঙদুনা শূবফাও চাব নীংবা থুংদ্রবা মতমসিদা মাগুম্বী নুপীমচা অমনা শূরগা মচা অনী থাকপদি করিগী বারোইদগে। লৈকায়গী মচেমশিংনদি বাজারদা পান দুকান ফমদুনা শেল তান্নবা হায়বনি। মদু তম্ফাইবেম্মনা পামজদে। পান দুকান ফম্বীবু ফজনা ঙাঙনদে হায়বা মহাক খঙঙি। মহাক্না য়াম্না পাম্মুজবা পোৎশক অনীখক লৈ — হিংবা অমসুং ইজ্জৎ। হিংনীংঙি অদুবু ইজ্জৎ লৈনা হিংনীংঙি।

মহাক খনবা যাব খল্লে। কাববার অচৌবা তৌনবসু পৈশা লৈতে। লাপ্না চত্তুনা কারবার তৌবসু মচা অনী ঙহাক্তা থাদোক্লাংদে। অদুনা নোংমা অযুক্তি খনবা য়াবা খল্লগা মাগী নুপানা পায়রম্বা নূংথঙ, পোলাং পুরদুনা মহাক থোংজাউরোক তুবেলদা কুমখ্রে। মহাক নূং থুগাইবা, লৈঙোই নীকপা হৈতে। অদুবু মীখোঙ চঙদনা হিংবা তারবদি তুরেল মাগী মতেঙ লৌবা নত্তনা উপাই শুকলৈ লৈত্রে।

তম্ফাইবেম্মা কন্না শূবা হৌরে। হৈতবনিনা ইকায়দুনাময়ামদগী লাপ্না মফম অমা থিবে। তুরেলগী ঈচেলনা ঈখায় নাইনা নাক-য়েত্তা চেনখ্রগা ময়ায়দা তোংলপ তৌবা অপাকপা থেল মানবা মফম অমা লৈবদু মাগী পুন্সিগী হিংনবা উপাই থিফম ওইনা খঞ্জরে। মল্লবা ছাটিন অমা, মথক্তুসু ফিজেৎনা ফোৎলবা অদু খনগৎলে। মপুরোইবনা ছাটিন অদুগী মখাদা নূং শুনা শুনা মঙলান কয়া শাগৎলম্বনি। অদুবু মঙদা মঙ ওইনা মাঙখ্রে। ছাটিন অদু হে খনগৎপদা তম্ফাইবেম্মা পি তাগে তৌবকই। মপুরোইবা লাইরজরবসু মাবু নূং শুবা য়াওহল্লমদে। মানা চা থাব চৎপদা ঙহাক শুবা তম্লুবসু নখুৎ শোক্কনি, হৈত্রবদি খুবী শুগাইবা শোয়দ্রবনি হায়দুনা নূংথঙফাও পায়হনবীরমদে। য়ুম্না পঙলাপ লাপ্তবনিনা মপুবোইবনা অয়ুক নুংথিল পোত্থাবা হায়বা নাইদনা নূং শুরম্বগী মখোল তেক তেক হায়বদু মানা নুংশিনা তাজখি। তাখিদবা কুইরে। ফজবা য়ুম অমত্তং শাব ঙন্নবা ইচাশিং চাউদ্রিঙৈদা হোৎনগনি হায়না কন্না হোৎনজরম্বনি। অদুবু পুন্নমক অরেম্বদা তাখ্রে। তম্ফাইবেম্মা পি তৈথোকখি। ছাটিন খনগৎপা লোইরদুনা পোলাংনা নূং অফংবা হোঞ্জিল্লে। পোত্থাবা লৈতনা হৈবোই হৈতবোই নূং শুগাইবা

হৌবক্লে। মপুরোইবনা পাযব নুং খুৎপাই, নুংথঙ থাব খুৎথা নীংশিং নীংশিং মিৎলুদি পিনা থল নুং শুবা হৌবে। লৈঙোই নীকপসু যাবনি। অদুবু মতোমতদি হেক যাদ্রে। তোঁখাযবা হাযবা অমা যাওবনিনা নুং শুবনা ফবে খল্লে। নুং থুগাই থুগাইনা খল্লি— পৌৎকে তৌবা কণ্ক্রিক্কা পোলাণ্দা লুপা মবি পীরবদি নোংমদা পোলাং কুন্দি থুগাইবা ঙম্নবা হোৎনদবা যাদে। মচা অনীগী লাইনিক তম্বা লেপহনবা যাদে। মপুরোইবনা মদুদা কন্না হোৎনবর্ম্বনি। হৈবোই হৈতবোই থুগাইবনা চিপ মযাম মমাঙদা পৈখৎলকপদ্য উবগা তম্ফাইবেম্মা হবাউজৈ। চাক থাবমখৈ কন্না শুজবে। ব্লাবগী হাযকুববদি তুম্বদ শাগল চাক্লবনি।

ব্লাববুদি বাজবসনু, অদুবু মহাক্লা হৈনদবা অমদি লৈবে। নুং লৌবা লাকপ' গাডীগী মী, ড্রাইভব, মহাজনশিংনা মাবু মিতাবা হৌবকপসিনি। নুপী নহা উবা যাদবা নুপাশিংসি মহাক যাম্না তুক্কৎচৈ। নহালসু ইম্ফালদগী লাকপা শক্তাথীদুনা লক্কম্বদুনা শাউনীংমনবদগী শাউবংননা শুবদা মখুৎ নুংথঙনা শুগাইখিবনি। মমাযদুদা নুংথঙন হেক থানীংখিবনি। মানা হাযজবা শাবম্মীববু "ফিলম যাওগদবী নঙনা নুং থুগাইবসিদি পকচদে, হযেংমুক লাকপদা মুন্না খল্লম্মু, নখুত্তা হামদুনা পীজগে" অসিনি। তম্ফাইবেম্মা শাউনীংমনবনা বা অমতা ঙাঙখিদে। খুমদ্রবদুদা যানীংলবোই নীংলুবব্রা, মখা তাবম্বনি ঃ

— মিংবু কবি কৌবিবগে?

তম্ফাইবেম্মা নিংথী নুংঙাইনা খুমখিদর্বনি।

— নুং লৈবা যোনবদা মিংগী কান্নবা কবিনে?

— সুম খঙনবদি ফৈদনা

— খঙনদ্রবসু যাববদো।

— যাম্না পোঙলিজাথাননে।

— অদুম খনবীববসু কবিশু কাযদে।

— নুংসি মতুং লৌনগদবা মান্দ্রেবো।

— কবিসু কাযদে, সুম লৈজসনু।

ব্লা মখা পংতা তানখিদ্রে। নুমিত্তু তম্ফাইবেম্মা য়ুম ঙন্না কাখি। নুংথঙনা শুগাইখিবগী চীকপদু হীগা যৈদুনা হোনেখিবনি। মপুরোইবা খঙনীং হেক নীংশিংলকই। কদাযদগী পিনো থাম্বা ঙমখিদ্রে।

— তম্ফা ঐ চীং চৎলুবা তারে।

নোংমা ইখঙ হেক খঙহৌদনা নুমিদাং রাজেন্না হায়ররিবনি। তম্ফাইবেম্মনা ইঙক ঙক্লা খুমখি।

— কৈদৌবগী ?

— নুং লৌবা ইরাক লাক্তে। মরকসিদা উ মোরোক খরা লৌথোক্লুগে।

— ঐদি চীংদা চৎপসি কিজেবু। সুম তুরেলদা শূবা য়াব শূশিবা।

— শেল তান্দবা য়াব্রা ? ইচা অনীসি লাইরিক নীংথিনা তমহনগদৌরিবনি। ইথন্তা চৎকদবসু নত্তে।

নোং ঙানফাত্তনা মচা অনীবু নানবীরম্লগা তম্ফাদগী বিদায় লৌরগা চৎখিবনি। মদুনা পুন্সিগী বিদায় ওইগনি হায়বদি মখোয় অনীমক খঙখিদে। রাজেন মোরোক পূরগা তোংজৈ মরিন্দা থোরকপদা গাড়ী এক্সিডেন্টতা লাইবক থীখিবনি। ফি অঙৌবনা কুপ্লগা পুশিল্লকপদা তম্ফাইবেম্মদি রাম্থদুনা লাক্লখিবনি। মচা অনীদুবু য়াওরমদ্রবদি মৈনুংদা চোংশিন্দুনা শিরগে খনখিবনি।

চহি অহুম মপুং ফাখ্রে। তম্ফা মথন্তা রারেপ লৌরে। ময়ূম কৌবদা পাল্লরোই। মপুরোইবনা শাগৎচরম্বা আশা, মচা অনীবু লাইরিক তমহনবা হায়বদু ঙম্লবা হোৎনরগে খল্লবনি। নুমিদাংদু মখূৎনা চীকপনে, রাখলনা নুংঙাইতবনে মহাক তুমদ্রে। কদায়দগীনো রাখল পঙখন্দা খন্দুনা লৈরে। তূম্লিবা মচা অনীদু মীনকাক হেক মুনখিদৌবা মাল্লক্লে। হৌগৎলে, কাঞ্চল হাইগৎতুনা মমিৎ পেন্না য়েংজরে। ফৈজুপ শেম্বীরম্লগা অমুক তূম্বা থেম্বা চঙখ্রে।

মহাক নোংমা নীনী থবক শূবা কুমদ্রে। মাগী নুং শুফমদু ইহাও হাঙলে। লাইমতোন লাল্লমদাইগী নুমিৎকী মশেক্লা য়ৈবদা তুরেলদু নীংথিরে। নুপা নুপী কয়ানা তুরেল মনুংদা থবক শূরিবা মখোলগা চীংয়াদা তারিবা চীংমীশিংগী গীর্জাদগী শন্দোরকপা কাংশি মখোলগা তিন্নখ্রি। মুস্লিম খুন্দগী লাউরকপা 'অল্লাহ হু আকবর' হায়বা খোঞ্জেলনা ইথক হৌনা শন্দোরকই। মরকসিদা আন্দৈত্যগী নুংশিরবা কাংশি মখোলনা বিষ্ণুপুর শহর থুংনা নিল্লক্লে। অদুবু অসুক য়াম্না ফজরবা, অসুক য়াম্না নুংশিরবা দৃশ্য মরকসিদা মথায় নুংঙাইবা ঙমজদবা নুপা অমদি য়াওরি। মহাক কনাসু নত্তে। তম্ফাইবেম্ম উদবদা লৈতাফম খঙদ্রবা কুঞ্জো বাবুনি। নহাল মানা লক্লরুবদগী থোরকখিদ্রিবনি খল্লুবনা মহাক ওম্থোক্লা ইকাইরক্লে। ময়ূম হংলগা হেক লানখ্রে

হায়রুরসিরা হায়নফাও খল্লবনি। অদুমসু থীনা অমুক হায়রক্লবদি খন্দুনা ঙমদ্রে। হংসি হংঙমদ্রে, চৎসি চৎঙমদ্রে। নুমিৎনদি সুম থেঙজিল্লক্লবা অদুদা কুঞ্জোবাবু উপাই লৈত্রে। গাড়ী কাখৎলে। অরোইবা ওইনা অমুক্তং তম্ফাইবেম্মনা নুং শুবা লৈতোংদু য়েংলম্লগা মাগী মপোৎ লূম্লবা মালগাড়ীদু অদুম থৌখ্রে।

হন্দক্তি তম্ফা অমুক থবক কন্না শূরে। মচা অনীগী মিংজলশেল, অদুগা য়ুনিফোর্মগী খোঙউপকী করিগী শেল য়াম্না চঙগদৌরি। ঙসিদি নুংশানা শারিসু খাঙবা ৱারে। ইঙাগী নোং পুবা লৈচিলসু মপৈ মপৈ লাইমতোন চীংজাউ লাল্লক্লি। লৈচিল মপাক অমনা নুমিৎ হেক খনখিবদা তম্ফা নোংমদোন য়েংখৎচৈ। অদুম লেঙদনা লৈহন্নীংঙি। হুমাং তৈথোকপদা ফিজি চোৎলবনি। ওমচাক্লরিবা নুংশাদুগী হায়রুরবদি নোং হৈথরকপদি শোয়দ্রে। ঙরাং অহীং চীংনুংদা খাকপ-ও, লাউব-ও নোং কন্না চুখ্রবনি। অদুনা তম্ফা হেন্না পাখৎচৈ। ঈচাওনা হাল্লক্কুনা মাগী নূং লৌখৎপা ঙমহৌররোইদ্রা হায়না ৱাজরিবনি। অমুক্তা মিৎচিনা য়েংলমদবা নূং লৌবা লাকপা গাড়ী ঙসিদি য়েংনীংলকই। থুনা য়োম্থোকনীংলকই। ঈচাও হেক লাকখিবদা মাগী হুমাংমল পূম্বা অরেম্বদা তাগদৌরিবনি। অমরোমদনা থোংজাউরোক্কী ঈশিংদি চাউগদৌরৈ তাকপীরম্বসু নত্তে। মী পূম্বা মাগী মাগী পোৎ লোইশিলহৌনবা পূন্নাঙ লাঙনরিবনি। তম্ফা তশেংনা মথ্বায়সু ৱারে। শুবসু লেপ্পা য়াদে। মাঙখিদৌরে হায়না হোনগৎপসু ঙম্বা নত্তে। তম্ফা ৱারে। পূন্না য়োল্লগে খন্না মচিৎ ওইনসু য়োলহৌদ্রবনি। পোলাং চাম্মদি ওইরনি। অদুবু মীনা নীংবনা অমা লাইনা তম্বনা অমা হায়বসিদি কন্নানা খেৎলুনি।

পোলাং খজিক্তং হেন্নবা কন্না নূং শুরিঙৈ অদুদা ময়াম লাঙনরকপা মখোল তারে। তম্ফাইবেম্মনা মঙফাওনবগুম হন্না য়েংথোক্লবদা উরকই, অনৈবা ঈশিংনা ঈমায় ৱাংনা তকথরকপদু। চীংদা য়েংখৎলুবদসু উরকই, মুশুক মুনা চীংনুংদা নোং হৈথরি। লাইমতোন চীংজাউ কুপ্লিবা নোংদুম শন্দোকখিদুনা চীংদোন উখিদরে। মরুদা হৈথখ্রবনিনা ঈচাউ য়ৌরকপা কয়াম্বু কুইহৌগদগে। তম্ফা তৌফম খঙদ্রে। করিনো মানা তৌগদবা। তৌফম খঙদ্রিঙৈ অদুদা মনে তোম্বীমচানা লাউরকই, — "তম্ফা! নঙবু চীংদা য়েংঙুনহে। ঈশিং য়ৌরক্লিবসিবু নঙবু উদ্রবরা?"

হায়রিমক্তদা য়ৌশিল্লকই। ঈমায় জর জর ৱাংখৎলকই। মী পূম্বা পুখৎপা য়াব পোৎ পুরগা চেনখৎনখি। তম্ফাদি চেনবা কাউরে। মাগী নুংগী চিপ ময়ামদু মাঙবা

তারেকো খল্লুবদা নুংশিংদু অমুক পায়, অমুক লেপ তৌদুনা লৈরে। মমিংনা লাইমতোন চীংজাউরোমদা য়েংলগা মপি ঈরা চেল্লক্লে। নোংসু শুম শন্দোক্লক্তুনা থোংজাউরোক তুরেল মথক্তসু হৈথবা হৌরক্লে। মীৎকুপ খরদুগী মনুংদা চেনগুম চেন্দগুম তৌরম্বা নাক-য়েৎকী ঈচেন্দ্ থনগৎলক্তুনা তম্ফানা লেপ্লিবা অতোংবা থেল মচা অদু থূমগদৌরক্লে। পাকখ্রবা তুরেল অদু ঈপাক ওনখ্রে। মী পূম্বা পাখৎনরে। তম্ফা শিবা তারে। তোর্ব্বান্দা লৈরিবা মীনা পাক হেক কুম্লকপসু য়াব ওইদ্রে। তম্ফাদি তৌফম খণ্ডনা চপ লেপ্তুনা লৈরে। মহাক হৌজিক করি উপাই তৌগনি। ঈচেলদি হেনগৎলক্লি। কূম্লগা চেনবগী মতম হেনখ্রে। হেক কূম্লুবদা তাউথবা শোইদে। উবাং ফক্লুবা উ মচা কয়া পুরদুনা মরৈ মরৈ তানা চেনবা হৌরকই। তম্ফা পি শিন্থুরকই। ঈমায় সুম ৱাংখৎলকপনা মাগী নুং থূমজিল্লকই। মানা লেপ্লিবা অতোংবা লম মচেৎ অদু খোঙ থূমজিল্লকই। শিন্থুরক্লিবা পি মরিক খরদি লূহল্লুবা ঙমদ্রবসু ঈচেল মরক্তা তিনখ্রি। নুং থূমজিল্লকপদা তম্ফাগী আশা পূম্বা মচেৎ মচেৎ কায়থরকই। মহাক চপ লেপ্তুনা লেনা নওনা উপাই শুকনে হেক লৈত্রে।

তাঞ্জাসিমক্তনি থোংজাউবোক্কী ঈচেল ঈয়ায় খায়না মালগাড়ী অমা অঙকপা মওংদা থৌগৎলকপদু। মিৎকুপ অমতং চোম্থবদা পূম্নমক মাঙখিবা তারে হাযবগী মতানি। শিনা চঙবগী পনয়ায় খায়না গাড়ী থৌরক্লিবা মহাকসি কনানো?

কুঞ্জোবাবুনি। নুং লৌবা লাকপদা তৌরম্লিবা পূর্ম্বসি উরদুনা তম্ফাবু কনবা ঙম্না য়েংগে খন্না থৌরক্লিবনি। লেপ্না য়াদ্রবা ঈশিংনা চাকা থূমগদৌরবা খুৎথৌনি। যাম্না ৱানা তম্ফাগী মনাক্তি নকশিল্লক্লে। তম্ফা ঈশিংদা চোংথখ্রে। ওইনা য়াই কুঞ্জোবাবু উবদা নুংশিদবনা কনবা পামদবদগী। শিরবসু ইজ্জৎ লৈনা শিখিবনা ফৈ খনবদগী। কুঞ্জোসু মাঙবা তাবে খন্না ঈশিংদা চোংথখ্রে। ঈরৈনা তাউথরক্লিবা তম্ফাবু মখুৎ ফাওবদি ফাবা নংহৌবে। য়াম্না ৱানা, গাড়ীনা থৎলিবা ঈচেল মপা ওইবনা কুঞ্জোনা ঙম্লে। ঙসিদি গাড়ীনা অনীমক্কী মথ্থায় কনবিবা ওইনা থোক্লে। কন্নানা খঙনি, চীংনুংদা মপুরোইবগী মথ্থায় লৌখিবা কালিমাই ইমানা তম্ফাইবেম্মা শিবা য়াদে মতাগুম ৱাংখৎলক্লিবা ঈচেল ফৈনা থৎপিখ্রে। য়াম্না ৱানা কুঞ্জোনা তম্ফাবু গাড়ীদা চিংখৎখ্রে। অদুবু গাড়ীদু অমুক থৌবগী আশাদি লৈত্রে। ঈশিংগী ঈমায় ফনা ৱাংখৎলক্লবসু গাড়ী থূম্বদি ওইথোক্রোই। অদুনা হিংবদি ঙম্লগনি।

অদুবু তম্ফা কমদৌখ্রে। ঈশিং কয়াম থকখ্রবা। অচোৎপা ফি মরক্তা হুল্লিবা মাগী মিহুলগী খোঙজেল কমদৌরিবা হায়বা ৱাফমদুমদি কনানসু খঙবা ঙম্লুদ্রে।

নুমিৎসু মমশিল্লক্লি। তোৰ্ব্বান্দা লেপ্লিবা মী পূন্নমক য়েংবা নত্তনা য়ৌরুবা ওইথোকত্রে। ময়াম্না খল্লিবা হায়ববু গাড়ী মনুংদা কুঞ্জোগী ফি অকংবা শোয়দনা যাওরমগনি। মহাক্না শোয়দনা তম্ফাবু ফি হোংহল্লমগনি। নত্রগা ঋা ঙাঙবা ঙমদ্রিবা তম্ফাবু অকংবা ফি অমত্তনসু য়োমশিন্দুনা হিংনবা হোৎনবীরমগনি অসিতনি।

অদুগা ময়ামনদি খঙদ্রবা কুঞ্জোগী থম্মোয়-ঋা কর্যাদি তম্ফানা জ্ঞান তারক্লবা, মশা নীকপা হষ্টরক্লপা মতমদা ফোঙদোক্লম্বা য়াই। মানা নোংমা ঙাঙখিবা, ফাগী ওইরবসু তম্ফানা ঋারৌখিবা ঋাহৈশিং অদুগী ঙাকপীনবা, শোযদনা কুঞ্জোনা তৌদোক্লমগনি। মতমদুদা কুঞ্জো কৈখা নোনবা হুইগুম নোল্লুক্লমগনি। মাগী বা তেল্লম্লোই। তম্ফা খুম্লম্বা য়াই, খুম্লমদবা যাই। অদুবু কুঞ্জোদি ঙাঙবা লেপ্লম্লেই। মাগী হেৎ নোঞ্জবা বাহৈ অবৈমখৈ তপ্না শিজিন্নবমগনি।

মতমদুদা মপিমক তাদে খাক্না হায়জরক্লিবা কুঞ্জোগী বাহৈদা তম্ফাগী মপুক্লিং ওল্লম্লগদ্রা? কুঞ্জোনা মহাক নুপী অঙাং লৈতে হাযবদুমসু ফোঙদোক্লম্লবা তম্ফা মথম্মোয় হেন্না পেৎলম্লগদ্রা? নৎত্রগনা মাগী ফিবেপ মচেৎ অমা হোংহনবা ঙমদনা গাড়ীগী মচী অমদা অচোৎপা ফিশিং অদুগা তুম্পক হেক তাশিন্দুনা অদুম লৈবমখিগদ্রা? পিক্লিবা মচা মচীন মৌপ্লাদু নীংশিংলক্তুনা পংকপ কপ্লম্লগদ্রা? পূন্নমক অসিদি কনানা উক্লগনি। অমম্বা মরক্তুদা মখোয অনীদা গাড়ীদা ঈয়াযদা লৈথ্রবনিনা মখোয অনীখক্তনা খঙগদবা মঙায়রে।

তোৰ্ব্বান্দা লেপ্লিবা মীনা খঙলিবা হায়ববু তম্ফাইবেম্মা শিবর্মাক্ত শিবরোই অসিদনি। ❑

# ইবা লোইদ্রিবা ৱারী

নোংদু কয়াদি চুখ্রে। মী পুম্নমক লম্বীদা খোঙনফাও চৎপা তল্লবা মতাংনি। অচৌ-অশাং, গাড়ী লৈবা মীওইশিংনদি মাগী মাগী থবক অদুম গাড়ীনা চেন্নরি। ফুট পাঠ অদু মী ইরল লল্লি। পোৎফম ফম্বী, ক্বা য়োনবী ঙসাইনা ঙুং-ঙুং নিনবা য়ারবনি। অদুবু ঙসিদি খুন্তাক লানসিবে। লম্ভক লম্ভক অমা অনীদি মউরি। মদুস্ লৈবা লাক্তবনিনা ফল্লিবা হায়বদুনি। হকাম চন্নরে। য়ুমদা হংনবসু য়ানদে। মাগী মাগী পোৎফমদা হেক পীকশিনবা থাবমখৈ পীকশিল্লগা নোং হাংবে ঙাইনরি।

- কোম ক্বা থাওনীরিব্রা?
- থাওজরি, কথাগী ওইরবনো?
  মতৎপ অমা তপ্পীরো, খবনা য়োম্বীরো।
- নুপা মঙাগী তমজবগে।
- হোয়, থাই থাই, খরা থুবিবো।

পোৎ শীভবগী চিন্তা তৌদুনা তাশীল্লগা ফম্লিঙৈদা নুপা অমনা নির্মলাদা হংলরিবনি। খংবোই করিবোই য়েংখৎলুবদা উরকই- নোংনা চোর্থলি চোর্থলি তৌরবা নুপা অমনা চপ লেপ্পুনা লৈরম্মী। মকোক্তা রুমাল অমনা কুপ্লি। ছাটিনসু থাওদে। নির্মলাগী চেৎনা খল্লিবা পাখন মচা অদুদসু চঙশিল্লক্কে। হোয়, চাউববুদি নত্তে, মদুদা খুদোংচাব লৌবা মানগদবদু খল্লম্বা য়াই। নৎত্রগা নির্মলাগী য়াকা ঙাইবা ওইরম্বসু য়াই। নির্মলাসু হেক কৌশিন্দে। মহাকসু হঙ্গোইবা লৈ। মী লন্না চৎপনিনা য়েংবদা ফজগদবা মান্দে। অদুগা মহাক ক্বায়োনবী অতৈগুম্না নুপা নহাগী মোড়া পীদুনা নাপ্প চীক্লা বারী শানবদু কয়া পামজরক্কে। হংবা য়াই, অদুদি করিগী ক্বা য়োনবা থোক্লক্লি।

মদুনি নির্মলাসু পাউখুম থিরিবা। য়াদদনা থোক্লক্লিবনি। হিংদবদি য়াব্রদো। মতৈ-মনাওদা তেরাদা লৈবনি। মাগী নুপাসু লিবরগী লায়নানি হায়ব্রা অমনা ইকন কনবা য়াদনা লৈরে। মচা অনীখক লৈবদুসু পীজদবসু য়াদে, লাইরিক তমহন্দবসু য়াদে। পৈশাগী দরকারমক্তনি। ফনা খাঙলম্বনি পামজমন্দদুনা। অদুবু কৈদৌনি। ইম্ফাল

ময়োন্দা লৈর্বাননা মানা শূবা য়াব থবক ইরে লৈতে। ইখোলসু শুমাঙদগী হেন্না লৈতে। লাংজিংদা চেক হোনবা য়াওর্রাসবা অমুকসু খল্লুরবনি। মদুসু মীখা পোন্না শূমনবা ওইগনি খনবনা তোক্লে। মাগী নুপাগী মতৌসু যেংবা ঙমদে। শোঞ্জরবসু মাবু শা-থোক্লা শূহনবসু পামজদা, ঙমদি ঙমদা রানা খাঙবদু নির্মলানা উই। মাগী উপাই লেজদবদুনা নিমলাগী মাঙদা মায ঙাওশিল্লবনি। মদু উদুনা নুংদাং অমদি চাক চারিঙৈদো নির্মলানা হেঙা হৌদোক্লুর্বনি। ক্বা খরা, চুরুপ খরা, অতৈ অচা-অথক খবা হেক্তা যোনবা থোক্লগে। মদুদা লান্না লৌনগুমসি। নোংমদা লুপা ৫০ দং লেম্লবসু হিংবদি ঙমর্গনি। নাব ফবক্লবা মতমদা অমুক হেক তোক্লসু তোক্কে। বাদু তাবদা মাগী নুপা ঌমিন লৈ মবম লৈ।

হোয হাযক্লরে, নির্মলাবু মনীং তমজবো থাদোকপগা চপ মান্নগদৌরি। থোকপা যাদে হাযক্লে, চাবা লেপ্লকপা যানা লৈরি। আশা চাউনা লৈজবম্বনি। পাযজর স্বা পৈশা মখৈসু লাযেংবদা অযাম্বা চঙখ্রে। খনবা যাবমখৈ খল্লগা নঙনা খল্লগা তৌরো হায়না তপ্না খুল্লক-খিৰ্বনি। নির্মলা পাউখুম অদুগী চোয-চাং মুন্না খঙঙি।

মদু ঙাক্লা মহাক চৎলি। চৎসু চৎখিগনি। মানা মাগী নুপাবু নুংশি। নুংশিনা লৌন লৈনবকপনি। অদুনা মানা মাগী নুপাদা মীনম্বা শন্না অমফাও তৌনীংদে। নুংশিনা থুংনবকপগী মথক্তা মাবু লুনা তৌবী। নুমিদাংবাই অতোংবা শেল খবনা লৈগদবা চেঙ হবাই লৈবগা মম শুক্তা হেক হঞ্জনখিবদা মাগী নুপানা — "লাক্লববা ? নুমিৎচুপ্পা অমা নহাক উদনা লৈবসিদি নুংঙাইতেহে।" হেক্তা হাযবক্লনি। মদুদা লোইরে, নির্মলাগী অবাবা পূন্নমক কোক্লে। নির্মলানস্ খুমজৈ -- "মোইবা ' ঐনা হেন্না চেল্লক্লিংঙিবনি, যাদদনা তৌরিবনি। নঙ কবিশু চাবম্মবোই খনবদা ঐ চাফাও থক্লক্তে, এগী হায়বু ঐনা লৌক্লিদা পুবিবা ঈশিং অসি পেন্না থকচবা, অদুদনি।" হাউবা হাউতবা লৈবকপ' খবদু থোংলগা চামিন্নে। নির্মলানা মচিন্দা শোঞ্জে — "মোইবা ' ঙা যাওদ্রে, ঐনে নোংমতংদি ঙমু অমতা ওইববসু নঙবু পীজগে খল্লিবনি। হেক্তা ঙমদে, করিবুদি লৈবনো ? অদুবু অঙাং অনৌগী বাৎতনবা হোৎনবদা ঙারীদা হেক্তা তাই।" ইমুংদু ঙারীদা চাববসু ওস্থোক্লা মোন্দা তিন্ননা চামিন্নজে।

তশেংবনি, নির্মলা ইবাং তৌবা থোকপা নত্তে। নোংমতা মাগী পোৎফমদা ময়া হিগৎতুনা, নুপানা য়োমদুনা লৈবদু তৌহন্দে, মানা ফিদা শুকপী পীদে। অদুবু মাগী শক্লা লাং ওই, মতৌনসুনি, লেস্মী, মানা পায়বা পোৎ চানীংঙি। অতৈগী মতৌ তমদুনা

করিগুম্বা ফাগী তৌরুরবা, নুপাদুমা মায় ঙাঙদনা হল্লরোই। লেন্না নোক্না নোক্না খুন্নকনি, "ফজ-ফজনা ঙাঙনসিকো, ঐনা পায়রিবসি ছুরিনি।" শাউসু শাউহন্দে, অদুবু মখা তাবদি অদুম ঙমহন্দ্রে।

অদুবু ঙসিদি মতা অমা ওইরে। নোংসু হাংবা কৌবা লৈত্রে। নুপাদুগী মতৌ য়েংবা নুংঙাইত্রে। ফজদবসু ওঙ্গোক্না তাগদবা মাল্লক্রে। মীঙমজদবা মতৌদুনা হেন্না নুংশিহল্লে। হেক হায়দোকখি — "খরা লৈশিনবীরকউ, লোইনা চোৎলনি। ঐগীসিসু খল্লিবা হায়দুনি, মতা ইচা চাব জাৎ নৎত্রে।" নুপাদুসু হায়বদং ঙাইবা জাৎ ওইরম্মী। য়ানিদা হায়দি হায়, মী অনী লেপ্পদা চিল্লদবা চেরং মখাদুদা চঙশিনখ্রে। নির্মলাগা থেংনবোই করিবোই লেপমিন্নরুরে। নির্মলা কয়াদি হৈনদ্রে অদুবু মঙাংননি খন্দোক্রে।

ক্না মতপ অমা চাববসু, ময়োম ওইনা ক্না, মনা, শুনু, য়ুথী হাপ্পুনা পীরবস নুপাদু চৎখিগে হায়দ্রে। নোংদা পাউথোংলগা অদুম লৈরে। নির্মলাদি হৈনদবদা লাইরে। ঙসাই চোৎনা চোৎনা লাক্লগা লেপ্লবদনা মীঙমদবা মাল্লম্বদু তৌজিক্তি না ঙাঙবা হৈরক্রে। রুমালদুনা মপাম্পোম অনীদু তৈথোক তৈথোক্না মচীনসু লেপ্তে। করি করিনো দরকার লৈবসু লৈতবসু। অঙাং মশীং, লৈকায়, কৈয়ুম, শুরে। নির্মলা নোংদুদং তারমদ্রবদি ছুরি শোয়দনা পল্লম্লগদবনি। চঙলকপদা মীঙমজদবা মাল্লম্বদু লাই য়াওখৎলক্রে।

নির্মলাগী হৈনদনা তৌবা মতৌদুনরা করিনো হন্দক্তি নুপাদু তপ্পা ফুরিৎখাউ হুল্লক্রে। নির্মলা হরাওই, খল্লি, চৎপদি চৎখিদৌরমাল্লে। নুপাদুনা তপ্পা চাম্ম চৎপী অমা থাদরক্রে। নির্মলা শ্বাই লাউই। চাম্মদগী লুপা মঙা লৌহৌরগা মরিফুতরামঙা হল্লুবদি লায়রদনা লুপা মঙা অদুনা খূৎলাংফাল কৌনগদৌরিবনি। পৈশাদু শোক্লদনা নির্মলানা হায় — "তাদ! অচোইবা থাদবীরকউ।" নুপাদুনসু তপ্পা খুন্নকই — "অস! অদুমতা ঙায়রেবু। অচোইবা লৈত্রগা হয়েং লৌরবসু অদুম য়াইদা।" মদুনা হেন্না নির্মলা হৈনদ্রে। করিগী মীগী পৈশা অদুক য়াম্বদু পায়হৌগনি। অদুবু মহাক লুপা মঙাদুদি লৌহৌদবা শুকয়া য়াদে। মদু নির্মলাদদি ওঙ্গোক্না পাকখ্রবজাৎনি। ঙহাক তুমিন লৈনৈ। নুপাদু নোকফেৎ তৌরগা হয়েং অদুম লৌগে হায়রগা চেনখিগে তৌরকই। নির্মলানা খাম্মী। অচোইবা লুপা অহুমদংফাও য়াওবীদ্রব্রা হংই। নুপাদুসু শকফম হঞ্জিল্লগা হায়রকই — "শুকয়াও য়াওদ্রেবু। য়াম্না লান্না লৌবিরবরা? ঐনা য়াজরে, কৈদৌবগে।" নির্মলা লকক হেক তৌই। অদুবু ওঙ্গোক্নদি মা হৈনদ্রে। নুপাদুগী

মিৎয়েং, মীনোক অর্থ লৈ। লাং থাকপা মাল্লি। অতৈ ক্বা য়োনফমদা চৎনরিবদু মহাক খঙঙি। অদুবু পোৎশিং মতাদুদা হয়েং পীরো হায়খিগদবসু চরমদা অপনবা অমা লৈবে। নির্মলা থৌনা ফবা ঙমদ্রে। নুপাদু চেনখ্রে।

নির্মলা উপাই লৈত্রে। পৈশাদু ঙহাক লৌখত্তে। লাংদ থুববা হায়দুরা হায়নসু খল্লি। নুমিৎচুপ্পদুমা নোং ইহাং হাংদ্রবদা ইহৈ হৈনিংদনা কুপ্পদা তারে। কৈথেলদা চঙলগা সুম পোৎ লৈরকপদা থোকঅবা অমা লাক্লনি খন্দুনা ঙা মচা অমা লৈশিল্লে। মদু খোংলগা মতৈ-মনাও, মচাশিং চামিন্নরুরগে খল্লে।

নুমিদাংদু ফনা থেঙলে। নির্মলানা তুম্বা চঙবদু। মাগী শোল্লবা নুপানা নুংঙাইনা তুল্লি। তপ্পা চঙলগা কাঙ্খল শেম শাবগা, লাই-তীন খুকম্লগা হেক হিপথরগে খল্লকপদা মাগী নুপাগী নুংশিবা মায়থোঙ অদু হেক উরুরে।

কপাদি নুংশিবে। উই মানা, আশাদি য়াম্না পুবা, উপাইদি লৈজদ্রবা, ফিভমনা মীগী থৌজালদা ঙাইবা মানবা মায়থোংদু উরুবদা নির্মলা তুমথবা ঙমদ্রে। নির্মলা যেংদুনা অদুম লৈবে। করম্বা মতমদা কল্লক্তুনা ইমুং পুবগদবা কনানা হাযবা ঙমগনি। কোক হেক শিদোকখ্রবদি। নির্মলা মিঙ্গল চোংঙি। নাতোন নাকচী হুমাং কানিবদু তপ্পা তৈথোকপি। তৈথোক তৈথোরক্না মমিৎতগী পি শরা তাখ্রমাল্লে নির্মলা ফনেক মচিনা পি তৈথোকখি। সুম পঙখল খল্লুবদগী ঙসাইগী লুপা ১০০ দু হেক নীংশিংলকই। নোং চোৎলি চোৎলি চেনখিবা নুপাদু অমুক মাগী মিৎমাঙদা লেপ্লবে। ঙসাইগী মবৌ লৈবা মিৎয়েং, মীনোক অমুক উৎলবে, করিগুম্বা খরা হায়নীং হায়নীং মচীন লেংলি লেংলি তৌবি। নিমলা য়াম্না হৈনবকত্রে। অদুবু অদুগুম্বদি কোটো কোটো লাকখিদৌবি। অদুগুম্বা মখোঙ শেংদবা পৈশা অদুনা লৈবা ঙা মাগী নুপা পীজখ্রে। মচাশং পীজখ্রে। পাপ পীজরে। হু পীজবগা চপ মান্নবে। হযেং পীথোকখ্রগা লোইরেদি হাযবনু কদায়দগী পীগনি। ঙা-চাক লৈথোকখ্রগা শুপ্পগী লুপা ৫০ খক্তা ঙায়রে। নুপাদুগী লুপা ৪৫ ব্রাৎলি। হয়েং নুপাদুনা লাকপদা সে হাযদুনা হেক লাংথোকপা ঙমদ্রবদি মহাক করি খুমগনি। অদুদগীদি নুপাদুবু মানা তাম্থোকপা ঙমগদ্রা? সুম সুম খর-খরদগী মীগী মীখা পোল্লক্লবদি। নির্মলা খল্লুবদা মমিৎ পুমশিং শিংলে। তুম্নীংদ্রে।

অদুদি কৈদৌবা তাই। মাবু খনখিবা নৎত্রা পুন্নমকসি থেংনবা ঙমগনি। মাবু হায়খিবদাই পাপকী লননা মাগী মচা-মব্বাবু কৈদৌঙৈ পীজবোই। অদুবু ঙসি পীজবদি

হৌখ্রে। খঙজদবনিনা কয়াদা হাউনা চাখ্রবা। নির্মলা খাঙবা ঙম্লকত্রে। নহালমখৈ হুমাংমলনা লৈরকপা ঙারী মচেৎ অমা চামিন্নবদি তসুক তয়াং তশোইবা বাখল অমতসু খনখিদে। অদুবু ঙসিদি ওথোক্লা নীংহম্নরে। মাগী নুপাগী আত্মানা য়াবমগদবা মান্দ্রে। মনাঙ্গা ফম্বদুফাও ইকাইরক্লে।

অসুম্না খন্না খন্না লৈবনা যম্না থেংলে মানা কোব্ধা মোংগা তাইনবদু। মিত্তি উইশিল্লু য়াদ্রে। নির্মলা থৌনা লাক্লে। মহাক মখা টৌক্লকই। কা য়েংনর্বাদ তোক্তা তোক্লগে লেপ্লে। ইমা কৈথেল মনুংদা মচী অমদা লফোইইরা কাবরো অমুক যাল্লগে খল্লে। মদুনা নুপা নহা ওম্বসু খবা কৈ। ফুট পাঠকী লিলাদি মহাক মশানা উরম্লে। লেপে মা হয়োদগী ফুট পাঠ চৎলরোই।

নোংঙানবগা মাগী ফমফমদু মাগী মকপ মৌ নহা অমদা ফমহনখ্রে। অদুগা মানা লফোই তীঙ্খুনা কৈথেল মনুংদা য়োনবা হৌখ্রে। নুমিৎ হুমনি মবির্নি অদুদা মানা খোমাজিঞ্জদনা নুপাদুগী লুপা মরিফু তরামঙাদু উচিন্না শুরে। মানা থুনা চৎতুনা মমান্নবী মৌ নহা অদুদা শিন্নকবে। অদুগা হায়বম্মী — “কনাগুম্বা নুপা চহী ৩৫ গী মথক ওইগদবা কচ্ ঙোবা মাযথোঙ নুংশিবা অমনা হংলনবদি খবা পীবীখো। মাগী কা লৈবদা হংগদবা অচোইবা লৈ তদুনা লৈহৌর্বনি।” নুপাদু নুমিৎ অদুফাওবদি লাক্লমদ্রি। নির্মলা নে তাই। কৈথেলদা লফোই নে তানা যোনবা ঙমজবে। অদুবু অমুক লাং তক্লবা নাওবকইবা অমনা নুমিৎ মঙানি মতুংদা হংলুবদসু নুপাদু লাক্তি হায়রে। নির্মলা খল্লি, মাগী মমান্নবী নম্বদুদা, মহাক লৈবমদবদুদা হংবা ঙমদদুনা চংখ্রবব? লৈকায়সু হংহৌদে কবি খবক তৌই হায়বসু হংহৌদে। করিগীসু হংলুনি। নির্মলা সুম ইকাইবকই। সুম নুংঙাইরক্ত্রে। খল্লকই — শুক্লাক হেক লাক্তবদি কমদৌবা। মাগী লমন তোনবদা তাবেকো খল্লুবদা নির্মলা তশেংনা নিংঙম্লক্তে।

নৎত্রগা নুপাদুবু পুকচেল য়াম্না চাউবা জাৎলা? নুপীমচা অমদা লুপা ৯৫ শক লৈহৌববু থৌকবা হৌনব্রা খল্লবা জাৎলা। মঙল মঙল পঙখন্দা খল্লে নির্মলা। নুমিৎ অদুগী নোংঙানবদুদংগা মহাক ফম্লম্লবদি হায়নখিবা শোয়দবা হায়বদুদি ওইগদবনি। মশানা লাকচদ্রবদি মহাক্কী মরালফাওদি লৈরম্লোইদবনি। অদুবু তৌহৌদ্রে। পৈশাদু কায়থোক্লুবনা। নির্মলা লফোই য়োন্না য়োন্না নুপাদুবু খন্দবা শুকঙম হেক ঙমদ্রে। খনবদগী হেন্দোক্লুনা নোংমদি মচিন্দা মদোম ঙাঙথোকখ্রে — “নুপাদুবু লফোইকা চাবম্লোইদ্রা? লফোই লৈবকা কোক হেক লাক্লবদি ওথোক্লা নুংঙাইখ্রনিদা।” মীগী

লমনসিদদি তোন্নিংখিদ্রেদা। পৈশা পায়শিনখ্রগা লোৎখ্রে অমুক হায়বীরম্লবদি ঐদি শিখিবনা ফরেদকো। মিৎনা মিৎ চোংবনে। করি ফত্ত-নুংদা থোক্লগবা। ঐবু খরা ঙন্না কূম্লসিরা।

মদু হায়বা লোইফাৎত্রিঙৈদা লৈকায়গী পাখঙ অমা হাথু হাথু মনাক্তা চঙলকই। মখোল নিক্লপ্না পাউ তম্লরে। মাগী নুপাদু লোক খূবদা ঈ ওরক্লুনা লৈহৌদ্রে। থুনা চৎসি হায়ররে। নির্মলা ৱা অমত্তা ঙাঙদনা নুপামচাদুদা য়েংদুনা অদুম লৈরে। ❑

# অঙৌবী

— ইনে অঙৌবী লৈত্রে হায়য়ে।

— হা, কমদৌনা ?

— খঙদে, কুইদ্রি কৈথেলদা উনরম্বদুসু নোংমা।

— ও ! নুংশিবনিদা, উররোইদো।

মাগী নুপীনা পাউদু হেক তম্বদা রুপোগী মশা পুম্বা ইতন তহুখি। মীওইবা হায়বসি অশিবা হায়বসিনা শেন্নদুনতা লৈরবনিনা হিংবগী অর্থবু য়াওরক্ত্রে। হায়রিঙৌদা লাপ্তক্লা কপ্পবগী মখোল তারকই। মরাইবক থীরবী অদুগীদমক রুপো খাম্বা ঙমদবা পিনা মিৎলু থল্লকই। নীংশিংলকই থা খরগী মমাঙদা লম্বীদা থেংনবদা মনেনা মঙোন্দা হায়খিবদু —

— রুপো ! ইনেদা পৈশা খিত্তা পীয়ুনেহে ?

— ইনে ! কয়ানো, পীদু ঙাইদনা।

— য়াম্ববুদি নত্তেদা। ইনেনা পেরুক য়েল্লাং থিবসির্নদি চাব কোন্নদ্রে।

— অদুবু কয়ানো, হায়রো ?

— নঙ লুপা ১০০ দং পীগেরা ? ইনেনা শিংলক্কনিদা।

— শিংবিরক্কনু কৈশু। সে সে লুপা ১০০ সি ইনেদা পাংলবনি।

রুপোনা ফুরিৎখাউদগী লুপা ১০০ চৎপী অমা লৌথোক্লগা পীরম্বনি। লৌনা লৌনা মনে অঙৌবীনা হায়হৌই — ইনেনা শিংলক্কনিকো। রুপোনা শিংবিয়ু হায়দে, ইনেগী পাংলবনি হায়রম্বনি। উনখিদবা ফনা কুইরে। মদু রুপো উনবা ইকাইবদগী রুপোগী লম্বীদা মশক উৎলদবা শোয়দনা ওইরমগনি। রুপো খঙঙি, মমায় শোনবা নুপীনি। মীগী মপোৎ লংলা অমা মীনম্বা হৈত্রবী নি। মরাইবকসু থীবা য়াব থীরবী, মপুরোইবনা মাঙ থাখ্রবী, মচা অমা মাগীনি হায়দুনা লৈহৌদ্রবীনি। নোংমতা মী অমগা চিন্দা পাউদা খৎনরমদে, নোংমতা অঙৌবীনা মসিমা লৌখ্রে, মসিমা পীরক্তে তাদে।

লৈকাইনা শোন্নে, মাবু উবদা ময়াম্না কৌবীবা ঙাক্তনি। রুপোগী পি তারকই নোংমগী মতৌদু নীংশিংলগা। লম্বী হেক থেকচিল্লকপদা মাগা খংউ হেক উবদা ইকাইনা হায়রকপনি।

— রুপো! ইনে নঙগীদু পীরক্লবা তৌরগে। খরদি লৈরবনি।

— ইনে! মদুগী করিগী খল্লিবনো? ঐদি ইনেদা শেংনা পাংজবনে। নঙনা পীরক্লবসু ঐদি লৌরোইকো।

— ইনে শিংলক্কেদা। লৈত্রগা অমুক হেক লৌগে। নোংমা নীনিদদি ঙাইখোকো।

রুপোনা লৌররোই হায়, মনেনা শিংলক্কনি হায়। শোয়দনমক মাগী শিংনবা শেল তুংশিল্লমগনি রুপো খঙঙি। য়াম্না নীংঙমদনা মাগী অরোইবা মিৎকুপফাও মনে অঙৌবী শেলদুগী ৱাখল খল্লমগনি। মদুনি রুপোনা হেক নুংঙাইত্রিবা।

রুপো হৌগৎনিংদ্রে। মাগী ৱাখল অসি চৈ অমনা পায়রগা ওৎখাইবগা চপ মান্নরে। অঙৌবী হায়বা মিং অসি হেক পনবদা রুপো হেক্তা নীংশিংলকই থৱায় অমসু। অতোপ্পা অঙৌবী অমা। থৱায়দুগী লমনদি মহাক পুন্সিগী ওইনা তোলহৌরে। রুপোনা মৈতালনা ৱাখৈদ্রিফাওবদি থৱায় অদুবু কাউবা ঙমগদবা শুকমান মান্দ্রে। ঙসিসু মনে অঙৌবী নীংশিংলুবদগী অঙৌবী অমদু অমুক শংশং উরক্লে। মাগী ৱাখল কোইপাই পাইখ্রে।

রুপো কেন্দ্রর তোংদুনা চৎলি। ইস্ফালদগী নোংচুপ পাংনা চীংখোঙদা লৈবা খুল অমদা চৎলিবনি। চৎনা চৎনা নীংশিংলকই। মপাগা পোকমিন্নবা মনেহলনা মমল মনাই থিদনা হৌদোক্লরুরো হায়না ইরোই হাতম অমা পীরকখিবনি। ফজৈ, নোয় পেল্লদুনা মতৌ লৈ। চৈ কিবদা মহানি। চৈ উৎপা য়াদে। মমিৎ মনা চপ-হেক্তা য়ুংঙি। লুখ্রা ওইহৌরবী মমানা রুপোবু লাইরিক তম্বা অসিদদি তোক্তনবা কন্না হোৎনৈ। কৈথেল লুকমাই পাল্লি। রুপোনা লাইরিক তম্না তম্না ইরোই হাতম অদুনা লৌ খরদু পাল্লি। লৌসু পানবা, লাইরিকসু তম্বা নংনবা রুপো নোং ঙানফাৎত্রিঙৈদা শঙ্গোল চঙঙি। মহাক হেক উবদা ইরোইদু ফুক হৌগৎলি। রুপো লাকপগী মরম মহাক মুন্না খঙলে। ময়া হেক্তা কাই, য়াচল চল্লি খঙবননি। নারেং হুত্তে। মদু ইরোইদুদা মতম পূম্বদা ৱাইচিন্দনবনি। য়াচল হেক চনবগা চৈ থারক্লনি কিজবনা ইরোইদু রুপোগী মাঙ থানা খোংকাপ লাউনা লাউনা কাঞ্জে। মমিৎনসু রুপোবু চেপ্পা চেপ্পা য়েংবা তোক্তে।

খজিক্তং তপথবদা চৈ থারক্কনি খনমাল্লে। রুপোসু ইবোইদুগী মতৌদা চৈ থাবীদে। উৎপদমক মউৎলি। শাজৈ মচা অমখক হৌনবীগী পায়রিবদু মঙায়।

লৌবুক য়ৌবগা লাঙ্গোন হেক পানবগা কুম্মৈনি। স্কুল কাব নংনবা শূরিবা রুপোগা চৈ থাব য়াদবা ইরোইদুগা লমজেল থাবগা চপ মান্নে। ইরোইদুনা পুমাঙ লাওনা লাওনা থাংলকপদা ঈশিংনা জ্বায় জ্বায়, মওং অমনি য়েংবদা। রুপোসু খুৎচুগী নাকলদা চৎনা হৈ হৈ মচিন লেপ্তে। মীনা লাক্লবা মতমদা মহাক্কা ফৈদোম অমদি খোইবা লোইরে।

মীনা পোত্থানৈ। মখোয অনীদি কদায। চুরুট থক্রুবা, পোত্থাব লৈত্রবা রুপোগী চক্রিদা শাদু পোত্থানীংলকই। রুপোনা চিন হেক লেপ্লদা শাদু চপ লেপ্লী। শজিক মনা ঈমতং থৎতুনা চানীংঙি, অদুবু য়াচলনা য়াদে। উপাই লৈত্রবা শা অদুনা ঈশিং অরূবা উবদা পেগ্না থকচৈ। রুপো থম্মোয পুবা য়ারক্তে। মনঙ্গলদা নানবীরগা, হয়িং চাঙ্গোন পীবগা হায় --

--- অঙৌবী ' নঙ বান্যকো। নঙগী নপান নৎত্রবদি ঐদি কবম লাইরিক তমগনি। ইমা ইচা কবম হিংগনি। থকউ, পেগ্না ঈশিংদু থকউ।

কেন্তর মনুংদুদা রুপো পি ঈরা চেল্লম্মী। কাংচুপ চীংখোঙ পাংলিবা গাড়ীদু তোংনা তোংনা লোইনা নীংশিংলরে। শিংখ্রবা শা অদুনা মাবু থাকপীখিবনি। থবক শূনা শূনা মচা লাব মতুম মতুম পোক্রক্তুনা শঙ্গোম কযা পীবীখি। মচাসু য়োনখি। মানা মচু ঙৌই হায়দুনা "অঙৌবী" কৌজবনি। মশাগী মমিং শা অদুসু খঙজবে। রুপোনা অঙৌবী হেক কৌবদা শাদু চৎলম্লগনা লেপকনি, অদুগা লেপ্লম্লগনা চৎকনি। তশেংনা শিকার তম্বীববা শগোলগা চপ মান্নরবনি।

রুপোনা হেক কাউজদবা থৌদোক অমসু লৈরি। শজিক ফানবা শংদ্রবা রুপোনা উপাই লৈতদুনা বানা শমপোৎ কারক্লগা চক অপৎপা খবা পীজববসু অদুম মচাবা, নোংমা ফাদোক শজিক লযরগা পীজবদা নংহৌরোই মতাগুম চখোম চখোম চাজবা রুপো কাউদে। ইমুং অসিদা ঐ হাউই হাউতে হায়রম্লরোই মতান। নোংমদি চরু অপৎপফাও ওক্লবা পীজদ্রে! শজিকসু লৈত্রে। কাংসু মহানি। রুপো মাগী অঙৌবী মবুক থনখিদ্রে খঙঙি। অদুবু উপাই লৈত্রে, হয়েং হোৎনবগে খন্না থনম্বনি। অহীংদু লাম্বনা অঙৌবী তুম্বা য়াদ্রমাল্লে। উচুক ফুক্তুনা চৎখ্রে। মচা খোংলকই হায়না রুপো হৌগত্তুনা য়েংলুবদা অঙৌবী লৈরমদ্রে। লৈপল কাখৎতুনা য়েংবদা অঙৌবী মীগী

লৌরক্তা চাদুনা লৈবা উরুরে। রুপোনা ব্বা থোকপা তারে খন্না কন্না লাউখি — "অঙৌবী"। শা অদু মণ্ডক থাঙ্গৎনা য়েংলকখি অদুগা ফুবীরনি মতাগুম মমায় লয়দুনা চেল্লকখি। অদুগা মরাল লণ্ডজরুবা কনাগুম শঙ্গোলদা মমিৎ তথক তথক লেপ্লরে। রুপো ফূদ্রে। ব্বাদি ভাণ্ডদে। অঙৌবীদি রুপো চণ্ডশিল্লকপদা কিবনা লোইরে। উচুক অদু অমুক য়ৈশিন্দুনা পুল্লগা রুপোনা নুংশিনা ইরোই অদুবু কোল্লগা কপ্পা কপ্পা হায়রকই —

— অঙৌবী! ঐ নঙবু ফুরোইয়ে। করিগী মীগী লৌ চারুরিবনো? নবুক লাম্লব্রা? নোং হেক ভানবগা ঐনা পীজগনি।

রুপো। শাদুবু নুংশিমনখ্রদুনা নোং ভানবফাও কাংমৈ হুম্বীদুনা লেনমিন্নখি।

রুপো পি অর অর তারকই। কেন্তরদা ফল্লিবা মীনা উখ্রগা ইকাই হায়দুনা তৈথোকই। মমায় লমহাংদা য়েংদুনা চৎলি।

রুপোনা চৎলিবসি অঙৌবীগী খোঙ্গুল লীবনি। মানা কলেজ তন্নবা ইম্ফালদা চৎলমদাইদা অঙৌবী মচল নুপীদা উনবীখ্রে, হোৎনবীনবসু লৈতে হায়দুনা। অদুদগীদি মথণ্ড অমুক য়োম্বোকখিদুনা লম লাপখ্রে। মরী-মখোং হংলগা লাক্লিসনি কাংচুপ চীংখোঙ তন্না। রুপো উচেক্কুম পাইনীংলকই। হেক থেংনবদা মানা অমুক হায়জদুনা লয়রক্কনি। অদুগা মাগীদমক রাজখ্রবী অঙৌবী শিদ্রিফাও মাগা লৈমিন্নগনি। কনাদসু অমুক পীথোক্লোই। লমহাঙদা চারিবা ইরোই ময়ামদুগী মরক্তা মাগী অঙৌবী য়াওব্রা য়েংজে। অদুবু উদ্রে। ইরোই মথক্তা উরোক ময়াম তোংলিবদু উরগা মহাক খাঙবা ঙল্লক্তে। মাগী অঙৌবীনা কয়ারক অদুন্না উরোকশিংগা লৈমিন্নবা মহাক উখ্রে।

রুপো খুল অদু য়ৌনীংবনা লোইরে। অমুকসু খল্লি, খুল অসিবু লাল্লবা জাৎলা? মুন্না হংলগদি লাকপনি।

মাগী অঙৌবী থেংনরুগনি খনবদা রুপো চাফাও থক্লক্তে। মমিৎনা শংশং উরকই। অঙৌবীনা কায়নরমদাইদা তৌখিবদু। মাবু পুগদবগী মী য়োমশিল্লক্লবদা অঙৌবীনা মচা লাব অদুগা কোয়রৈ লয়দুনা চৎলোইদবগী খাঙখিবদো। মচাদুনা লাব ওইরমদ্রবদি রুপোগা অঙৌবীগা কায়নরমদবসু য়াই। নিংঙোলদা লাব উনহৈদে হায়বদগী অঙৌবী চৎখিবনি।

য়াম্না নুংঙাইখিদে রুপো। ফূ ফূদুনা পুবীখিবনি। রুপো য়েংবা ঙমদদুনা ইমুংদা চংলগা কপখিবনি। চাকফাও চাখিদে। ঙসিদি ফুক হৌগৎতুনা লাক্রুবনি। মমঙদা

মাগী অঙৌবী উরম্মী। মমায় থাঙ্গৎতুনা মঙোন্দা য়েংলম্মী। নোংঙানবগা নুংঙাইমন্দদুনা লাক্লিবনি। অদুবু থাপখ্রবা লমসি য়ৌবা মরৈদ্রে।

উচিন্না য়ৌরে। য়ুম মিং হংলগা রুপো মাগী অঙৌবী উনীংবনা তহা তহা চঞ্চলকই। ইমুংদুগী শুমাং মচীদা লেপ্লুই। মী কৌদুনা হঙ্গনি কাউই। শঙ্গোললোমদা হান্না য়েংঙি। মাগী অঙৌবী লৈব্রা লয় লয়দুনা য়েংলকই। অদুবু অঙৌবী লৈবগী শমিন ফংদে। রুপো মিহুল চোংলকই। খল্লি, শিখ্রবা জাৎলা? মাগী অঙৌবীনা শিখ্রবসু মচা লাব অদুদি লৈফম থোকইনা। রুপোনা ঙকচাননা লেপ্লিঙৈদা অহল অমা থোক্লকই। মমিং মথাদি চুন্নরে। অদুবু রুপোগী ৱাহং অমদি অহল অদুনা পাক্লা খুম্বা ঙমদ্রে। রুপোনা খঙনীংনা থম্মোয় শেংনা সুম হংলবদুদদি অহল অদু মকোক পায়রগা ফমথখি। অদুবু রুপোবু থেমজিনবগী মওংদা তপ্না হায়রকই —

— ইবুংঙো! ইরোইদু ঐনা লৈমন্দদুনা মনীংগী চীংমীগী খুল অসিদা য়োঙ্থোকখ্রে। মচাদুদি কুইরে, ঐনা হেক য়ৌরকপগা য়োনখিবা। লাপখ্রে।

রুপো! ৱা ঙাঙখিদ্রে। ৱাহৈ অমতা হায়রমদনা কোঙ্থোংলোমদা থোকখ্রে। অদুগা খোঙলৈ থুনা চীংলোমদা কাখৎখ্রে। চীংমায়দু কানা কানা রুপো চোকথবা খঙদনা য়ুম মৈ চাকপা কনবা চেনবগুম চেনচৎ চৎলকই। মানা চিংনবা লৈ — অহল অদুনা মাগী অঙৌবীবু শিরুরো হায়না থাখ্রবনি। অঙৌবীগী মথ্বায়দদি কনবা ঙম্রা য়েংগে চৎলিবনি। অদুবু চীংগী খুল অদুগী হরাউবগী পুংখোল অদুনা মাগী থম্মোয়দা দং-দং য়ৈরকপদা রুপো পাখৎলকই। হৌনা কৌরকই মাগী অঙৌবীবু।

— অঙৌবী, ঐ লাকলে। নঙ ঐবু ঙাইরমখোকো।

চেনচৎ চৎলি। অদুবু স্বর চাউরকপনা খোঙ থাংবা য়াদ্রবনা রুপো মঙম শানদ্রে। কৌবদি তোক্তে। মাগী অঙৌবী হায়বা খোঙ্থাংনা চীংমায়দুদগী থক্তোক্লক্তুনা মায়কৈ মরী শন্দোকখ্রি। য়ৈরিবা পুংখোল অদুগা থেঙ্গাইনখ্রি, অদুগা তুমিন্না মাঙখি খোঞ্জেল অদু চীঙ্গোলদুদা করিগুম্বা অমা থোক্লে মতাগুম।

রুপো কাখৎলি। হরাউবগী পুংখোল নকশিল্লকই। য়ৌগদৌরে খন্না অরৈবা পাঙ্গল ফুক্তোক্তুনা কাখৎলি। চীংদোন তম্না অঙৌবীগীদমক। অদুবু রুপো মঙদা চৎপগা চপ মান্নরকই। পেন্না কৌজে —

— অঙৌবী! ঐ নঙবু লৌবা লাক্লে। ঐবু ঙাইরমখো।

## অঙৌবী

মশা মউ থক থক নীক্কদুনা রুপো খুল অদুগী থোঙ্গাল লানশিল্লকই। অদুবু করি মতৌ কৌবগে। য়েংহৈদ্রে। রুপো ৱা ঙাঙখিদ্রে। ও! খোংনা কপ্লক্রে। মাগী অঙৌবীগী মকোক্সা খুলদুগী পম্বোংদা ঈ তপ তপ তারদুনা মমিৎ তরু তরু পাঙলদুনা রুপোবু ঙাইদুনা লৈবল্লে। রুপো চেনশিন্দুনা অঙৌবীবু মমিৎ কুপ্তুনা য়েংলগা খুড খুদক কুন্না কৌই —

— অঙৌবী! নঙ ঐবু বাবৌনুকো।

ওহাক্তং পুমচীক চীকই। খুলনুংদা পুং থিল্লি। রুপো তপ্পা হৌগৎলকই। মখায যাওদ্রবা অঙৌবীগী মকোক্সা লেঙ ওৎপা তৌদনা মামৎ কুপ্তুনা রুপোবু য়েংহৌই। রুপোনা তপ্পা চঙশিন্দুনা পাঙলিবা মমিৎ অনীদু মখুৎনা নাম্বীরম্মী অদুদগী থাকৎফম লৈতনা রুপো খুল অদুদগী মাযথীববা লাম্মীগুম মখোঙ থাংলকই।

-- কৈদৌরগে! উংদুনা অমুক লৈবীবিসিবু। ইনেগী সংস্কাব চৎপীরবোইদ্রা?

রুপো জ্ঞান খংলাক লাকই। ফনা কুইবমাক্লে মানা মাগী রুমুংদা লৈরকপা মাগী নুপীগী ৱাহৈ খরদুনা মহাক্কী থাখল মনেদা হল্লক্রে। মথাইনব থাবনী খরায অনীমক ঙসিদি অমুক উবরোই। রুপো মনেবু যেংবা ঙমোই। মাগী অঙৌবীনা লৈবখ্বগুম মনেগী মিৎনা মাবুতা যেংলমগদবা মাল্লি। মহাক চৎলবোই খল্লে। অদুগী মতুং মহাক্না মাগী নুপীবু কৌশিল্লি অদুগা হায —

— চৎলু, বামোন্দ। অঙম্বা খরদং শিদ্ধা থিল্লু। মদুনা ইনেগী সেবা শরুগে। ঐদি ঙসিব্রত কৎলগা অবাবা খাঙলগে।

রুপো ৱা লান ঙাঙদনা হৌগৎলগা চিং খা শেংলগা ঈরু মাযথজবা চৎখি।

# কুচুমুবী

কুচুমুবী নঙগী বারীনি। ঐনা খল্লি, ঐনা ইরিবসিনা নঙগীদি অহৌবা অমসুং অরোইবা রাবী ওইরবা য়াই। কনানবু শকথীবী, অমুবী নঙগী মরমদা ইবীরক্কদগে? তাইবঙ মীওইবনা শীংথানরিবসি ফজববুদনি। অদুনা ঐসে নঙগী ওইনদি ইতিহাসকারনি। ঐদি নঙবু নুংশিদবা শুকঙম ঙমদে। 'ফজবদা নুংশিবা লৈ' হায়নরিবা রাফম অসিদি নঙনা তশেংনা মায়থীবা পীরবনি। ঐদি হায়নীংলক্নে — 'অথীবদসু নুংশিবা কুন্দুনা লৈ'।

ঐখোয় অনী থেংনখিবদু হোসপিতালগী কা অমদা নৎত্রা? নঙসু নচাগী, ঐসু ইচাগী লায়েংবা লাকপদা থেংনখিবনি। লাইবক্কা হায়বা তাই, ইচা অনী অদুনা লায়না মান্নরম্বদগী কাদু পূন্না লৈবা ফংলুরে।

কয়াদি শাখ্রে মতমদু। গৌহাটি মেডিকেল হোসপিতালগী অহুমশুবা মথোলগী বার্ড মনুংদুদা অশাবদু খাঙবা তাখি নঙসু ঐসু ইচাশিংগীদমক। মাগী মাগী অনাবশিংগী মরেঙ মরেঙ চৎনরিবা মরক অদুদা নঙনা কাচিন অমদা ঐনা কাচিন অমদা, তুমিন তুমিন লৈনখিবনি। ঐদি ডাক্তর গোস্বামী থিরকপদা মফমদু যৌরকখিবনি। থম্মোয়গী লায়নাগীদি গোস্বামী মমিং চৎলি। ঐনা হেক ইচা পুদুনা কাদুদা চঙলকপদা নহাক্কা নচাবু কোন্দুনা কয়াদা থম্মোয় রানা সেবা তৌরম্বা ঐ নীংশিংলি। ঐনা খঙঙি, নহাক নোক্তবা ফনা কুইরম্নগনি। নঙগী মওংদুমক্কা ঐবু খলহনখি, নঙগী নচাগী অনাবদু লুরে। নঙগী ঈরাং পক্রবা, মোং-হাদবা মায়থোঙ অদু উবদা ঐ নঙবুতা য়েংনীংখি। নচাগীদমক নহাক অশি লৈবাকফাওবা ইন্নবা ঙমগদবা মাল্লি। নোংমা নীনী লৈরগদি ঐ খঙলকখি, নঙদি নপুরোইবনা লংথোকপীরম্লবী, অরা-মৈশা খাঙবা য়াব খাঙলক্রবী, নচানুপা অপিকপা অদুনা নঙগী আশা পূম্নমক ওইরবী অমা ওইরম্লে। ঐসু খনবনি, নহাক নত্তনা কনাসু নঙগী নাক্তা লেপ্লদে হায়না। ঐনা হংলুদনা ঐগা থংনরিবী নুপীদুনা হায়রকপনি, নঙগী নুপাদি নুপী অমা পুদুনা চৎখ্রগা মণিপুরদা নুংঙাইনা লৈখ্রে। মদু হেক তাবদা ঐ নুপাদুবু মণিপুরদা চৎলগা থিনিংলকই।

*কুচুমুবী*

নঙবু মীরাইবীরম্নবসু নঙদি নঙগী ধর্ম ঙাক্নি, নঙগী লরাইগী সিন্দুর য়াম্না তাশিন খোমজিন্না পিক্তক্লা নল্লি। কয়াদি পকচৈ, কুচুদং মুরমদ্রবদি নঙবু নশক থী হায়বীগদবা মালেমসিদা লৈরোই। নয়েংদি তারে অদুবু লৈশাবীদা লৈশাবীগুল্লি। নঙনা হরাওনা নোকপদু ঐ তশেংনা অমুক্তং য়েংনীংলকই। নচিনবান খ্রক খ্রক কংলফাও, তরু তরুবী মিৎস্না অনীদু হঙ্গৎনা য়েংজদ্রফাও, নঙগী খুদাপ ফারবা অমুবা শম্লাংদু শেমজিন-শাজিনবীদ্রফাও অদুক রাশি লৈরবদা নঙগী নথ্বায় নুংঙাইবা মিৎকুপ্তা নকে শেম্লকপদা নঙগী করিবু ৱাৎলমগদগে। মদুদা ঙাওরোইদবা নুপা লৈগনি থাজদে।

নঙদি ঐগী ৱারী খঙলম্লোই। ঐখোয়নী নোংমতসু হংনখিদে। ঐনা করম্নদি নঙোন্দা ফোঙদোক্লুনি। মদুগী কান্নবসু লৈখিদে। ঐগী নুপীদি নঙগুম মুদে। ঙৌনা ফজে। খুন্দুদা মশক ফজবী অহুমদং মমিং থানরকপদা ঐগীদুসু অদুম য়াওই। মাগী মশক মতৌগী মরমদা ঐ কুপ্না হায়নীংদ্রে। ঐ মাবু কাউনবা হোৎনরবা মীশক্নি। অদুননি ঐনা হায়খ্রিবদু, "ফজবদা নুংশিবা লৈ' হায়বা ঐ থাজবা অমুক ঙম্নরোই। ফজবগা নুংশিবগা পকশিন্নরুরিবা মী পুম্নমক ৱাজবা তাবনি। মৈচাক ফাওজবা তাবনি। করম্না ঐখোয় অনী কায়নখিবা হায়বদুসু ঐ কুপ্না ইনীংদ্রে। কায়নখ্রে। অদুনবু পিক্লিবা ইচাসি ঐনা মমাসু মপাসু শাদুনা নখোয়গী গৌহাটি অসিদা য়ৌরক্লিবসিনি। অদুবু অসিমতংদি থম্মোয় শেংনা হায়জবা তাই, মমা ৱাৎলবা মচাগী মপিদি কৈদৌনুংদা মপানা কংহনবা ওইথোক্তে। ঐনা ফনা হোৎনৈ। ইচানা মমিৎ হেক পাঙথোক্লকপদা ববা হায়বা ৱাহৈ নত্তনা কৌবা ফংজদ্রবনি। অদুবু ঐ উদ্রিঙৈদা মপি ঈরা চেনবদি তোক্তে। নঙগুম মমা অদুনা ইচাবু মথাদা চেৎনা কোনবীবদা পিক্লিবা ইচা অসিগী অনাবা তম্খায় অমদি ফগদবা মাল্লি। অদুবু ওইথোক্রে। মানা মাগী মথ্বায়ফাও মচাগীদমক কৎলগে হায়রফাও ঐ য়াররোই। মানা ইচাবু শোকপফাও পামজদ্রে। মশক অদু উৎলবা য়াই খনবদগী গৌহাটি য়ৌরকপগী মরম অমসুনি। ঐ মাগী ৱা পনবফাও তম্লবনি। অদুবু ইচানা 'ইমা' হায়না খঙহৌদনা হায়দোক্লকপা মিৎকুপ লাকই। মদুদদি ঐ খাঙবা ঙম্লক্তে। পৃথ্বী অসি তম্খায় তানা চেখায়রকপা মাল্লি। নুপী অমমুক থিদুনা ইচাবু কোলহল্লসিরা খনবা মিৎকুপ লাকখি। অদুসু নঙনা খঙলিবা অদু মঙায়। পোক্তবীগী প্রেম তোখাইনা চেনবা ঈচেল অমনি। নঙনা নচাদা পীরিবা নুংশিবা অদুগুম পোক্তবী অমতনা ইচাদা পীবীরোই। হেন্নদুম ইচাগী থম্মোয় কায়গনি। অদুনা মদুগী আশাদুমসু ঐ থাদোক্লে। চাংয়েংনি ঐগীসি। মমা য়াওদনা ইচা য়োকপা য়াব্রা য়েংলিবনি।

অদুবু ঈশ্বরনা ঐবুসু চাংয়েং পাল্লিমাল্লে, ইচাবু হিংবগী মহাও য়াওহনবীদ্রে। খঙদে, নহাক উবদা ঐগী পাঙ্গল লাকখি। থৌনা হাপ্পগুম তৌখি। খাঙবা তাই।

অদুবু সিমদি হায়নীংঙি — খাঙবা তম্বগী পাঙ্গনদি নঙোন্দগীদা নত্তে। নঙগী থোঙনাউ ৱাংমদা নঙদি অমুক্তসু য়েংবা উদে। ঐদি নুংতিগী য়েংঙি, অহাঙবা অতিয়া, পাইরিবা লৈচিন, তারিবা অখাক-অরাউ পুরিবা নোং, মতম নত্তনা শিৎলিবা নুংশিৎ। ঐগী মিৎয়েংফমদি মথোল অহুম ৱাংমা লানখৎকে তাল্লক্লিবা উতোন অদুনি। মনাপুংবা উদুগী থিনগৎলক্লিবা উশারক্তা কুচুমুবী চেক্লা অমসু মরুম কোল্লি। ক্বাক মপীদু লৈ হায়বফাও উহন্দনা নোং খাঙলি। মরুমশিংদু চোত্তনবা মানা মথক্তা কুনশিল্লি। মঙক নিকথোকপগী অমুক অমুক লেঙলক্রবদি লৈ হায়বফাও খঙলোই। মচাগীদমক কয়াদ ৱারিবা জীব পূম্বা। মচা মীরাইদুনা, মচা লংথোক্লম্বা ঙম্বী মহাক অদুদি ঐ উবফাও পামজদ্রে। কায়নখিবা নুমিত্তগী মচাগী মায়কৈ ওল্লকখিদ্রে। অহোইনদুম ঐগী মাঙদা তৌগে মতাগুম ময়ূম পানখ্রে হায়বা পাউ লাকখ্রে। মদু লৈশারিঙৈদা মাগা নুংশিনরম্বা নুপানিসু হায়। অহল লমন্না শীল্লগা য়ুম পাল্লুবা ঐ অপঙবা তাহৌরে। ফজবা পাল্লুবা ঐ মৈশা লাংহৌরে।

কুচুমুবী নখোয় অনীগী নচাগী প্রেম কল্লক্তবা ঙমদ্রে। নুংশিদবদা ময়াং ক্বাক হায়নরিবনি। মখোলসু খোলশি চঙদুনা। অদুবু মরূম ওন্নবা (কোকিলগী মরূম য়াওরম্বসু য়াই) নোং মরক্তুদা চাব-থকপা নীংদনা কোল্লি। শীৎলিবা নুংশিৎ অদু মানা মায়োক্লরি। নখোয় অনী উরুম্বদা ঐ খঙলে, কুচুনা মীওইবগী থম্মোয় মচু লেপ্পা অবানবা ওইরে।

কুচুমুবী নঙনা নুংশিদবগী মচা অদু ইচানী হায়দুনা কয়াদা ৱানা লায়কন্নরিবা, নঙগী নতৌ উবদা শিবা তারফাও নুমিৎ খরদি অশিবা কৌবা লাইনা থম্বীরমগদবা মাল্লি। "ঈশ্বরনা কনবিসনুকো নঙগী থৱায়গী মণিদো" হায়বসিনা ঐগী ওইখিবনি নমা-নচাগী মফমদা আশীর্ব্বাদ।

পূন্নমকসি উনা উনা ঐ নঙগী মরমদা ইগে হায়বদি খনখিদে। অদুবু থম্মোয়দা দং পানবা মিৎকুপ্তু লাকপর্দদি ঐবু মীনুংশিনা হুমদুনা পুখিবনি। ঐগী ৱাখল পূম্বা নীংখায়রকখি। অদুগা চেষ্টরকখি ঈচেল অনী লোঙনা পিরাং ওল্লদুনা।

নুমিত্তু নহাক নীংশিং-নীংশিং ঙসিসু কপ্লমখিনি। থেঙলক্লবা অহীংনি। কয়া কন্দবা অনাবশিংগী ফমশেন্নবা মী পূম্বা পোত্থানখ্রে। পূমচিক চিক্লবা অহীংদুগী মরক্তা নঙগী নচানা শিবা চঙবা অনীগী লংদাইদা স্বব হোল্লি। নঙনা মিৎকুপ অমতং থৌশাদবদা

লাইনা মুনখ্রনি মতাগুম য়েংলি। নচাগী শম তপ্না নাম্ববিরি। নর্সনা হিদাক কাপ্লি। নুমিদাং পুবা ডাক্তরসু তোয়না চঙলক্লি। মিহুল তোয়না যেংঙি, থাবিবা ড্রিপ্ট অদু চঙব্রা য়েংঙি। স্তেথোসকোপ অদুনা নচাগী থবাক্তা, নাকচেপ্তা তপ্না তপ্না চিংলদুনা য়েংলি। নঙনা হুমাং শৌদনবা তপ্না ফি মচা অমনা নচাগী মায়দা হুম্বিনি। বা অমতা ঙাঙনদে। নঙনা তপ্না কংজবদসু ঈঙ্গিৎনা করিসু তৌবোই হায়বম্বা নত্তনা পাউখুম লৈখিদে। হোয়, শিরনি. যাবলোই হায়দদি কনানসু হাযলক্লোই। নঙদি আশা থাদোক্লবী অমগুম পিনা পুমচোৎ চোংনা নচাবু যেং লি। নতৌ উবদা খঙখি নহাক থম্মোয ফুক্লা কপ্লবসু পেল্লবোই নচাগীদমক।

ঐ থম্মোয পুবা যাখিদে নহাক্লা নমায লৃক্লা মী তাংদনা লোন্না হীক টীক কপ্পা হৌবকপদু। নঙগী খাঙবা ঙম্বগী পাঙ্গন লোইখ্রমাক্লে। নঙ মখোল থোকপা সুম হৌরকখি। ঐসু ইচা তুমহন্নবা হোৎনখি। ফি অমতংসু নঙোনগোম থংনদু শক্লিনখি। মদু নঙবু য়েংনীংদবগী নত্তে। ইচাসি গাখৎলিগদ্রা হৌবিলি।

নর্সনা ওক্সিজেন সিলন্দব চিংদুনা পুবকপদদি ঐ সাই লাউখি। খর্নাখি, ও। অরোইবা পম্বেং লাক্রমাল্লে। ডাক্তর গোস্বামীসু থংলগে। পাউ পীনদমাল্লে। ডাক্তরনা ওক্সিজেন মাস্ক উপশিনবিবা মতম, ডাক্তর গোস্বামীনা বা ঙাঙদনা কাপ্প যাব, হোৎনবা য়াব হোৎনরক্লবা মতমদদি নঙ পাখৎপা মিৎযেংগা গোযননা পিনা থল্লবা মিৎলগ অনীদু পুমঙাং ঙাঙখ্রে। মতাংদুদি ঐসু ননাক্তা লেপ্পবনি। নঙগী নথম্মোয খজিক্তসু চাউখৎনবা অদুবু ঐনা কবিদি পাংব ঙমগনি। নঙ-ঐদি ঈশ্বর খুকন্ধা নত্তনা, ডাক্তবগী মপান। তাংবা নত্তনা করিসু উপাই লৈখিদে।

নোং ঙাল্লমদাইদদি আশা পৃস্না মাঙশিল্লকখি। ডাক্তর গোস্বামীগী লৌশিং লোইবে। মমীৎ উইশিন্দুনা লেপখ্রে। তপ্না তপ্না নচাগী মখ্বাং ফাওবা কুপ্লিবা ফি মচাদু চিংখৎখি অদুগা নচাবু পুমকুপ কুপশিনখ্রে। ও! নঙগী আশা লোইবে। যেক্তুম শৎখ্রে। ওক্সিজেন মাস্ক লৌথোকখ্রে।

মতমদুদদি নহাক অঙাওবীগুমখ্রে। নঙগী থরায়মক্লা মপাল থোকখ্রবগুম নহাক কপ্পা হৌরকখি। ডাক্তরগী মখোঙ কোন্দুনা নচাবু মানা হিংহনবা ঙমগদবগুম নঙনা নচাবু হিংহনবীয়ু হায়না কপ্লুরি। নহাক্লী ৱাহৈদা — "মহাক শিবা য়াদে" হায়না কপ্পা কপ্পা ঙাঙলকপদুনা নঙ তশেংনা নচাগী মৈচাক্লা ঙাওরে হায়বা ঐ খঙখি। নঙনা থাদোকপা লৈত্রবদা ডাক্তর গোস্বামী চৎপা ঙমদ্রে। মানা ঐবু অমুক্তা নঙবু থেমজিন্নবা

মতাংদুদা হায়রকখিবনি। অদুননি ঐনা নঙবু কোনখৎপিদুনা উপাই লৈতনা পি শিছখিবদু। ডাক্তর গোস্বামী মরায় লুক্না থোকখ্রে। নচাবু অমুক কোন্দুনা ও খোংনা কপ্লক্লে নঙনা। মতমদুদা কাদুগী মী পুন্নমক হৌগৎনরক্লে। নঙবু থেমজিনফম খঙদনা পুন্নমক য়েংদুনা লৈনবা মতমদুদনি নর্স অনীনা ত্রোলী ইনশিনলকখিবদু

কুচুমুবী নঙনা খঙদ্রে মফমদু থবায য়াওদ্রবা নচানা কুইনা লৈবা যাব মফম ওইদ্রে। থব্রায কয়া হিংবগী লাম্বেংনরিবা কানি। অদুমক্কা নর্স অনী অদুনা খুয়া লুখুম পায়না নচাবু ত্রোলী মথক্তা থাঙ্গৎখিবনি। নঙবু থেমদুনা নচাবু হাপকৎখ্রে। নঙদি চপ লেপ্তুনা লৈখি। ময়াম চঙদুনা নঙগী পুজবকপা পোৎ-চৈ পুন্নমক নঙনা নচাগীদমক থাবিরিবা মোম্পাক ফিদক অদুদা লোইনা যোমশিনরে। নর্স অনীদুনা মাযাথোঙ মকশিন্না পোৎযোম অদুস্তু ত্রোলীদা হাপকৎখ্রে। অদুগা নঙোন্দা চৎলসি হায়বগী ঈঙ্গিৎ পীরম্লগা ত্রোলী মদু ইথোকখিবনি। খোঙচৎ অদুনা নচাগীদি অবোইবা খোঙচৎনি। মদুদা নঙনা অশিলৈপাক তান্না নচাগী মতুং ইল্লগে মতাঙুম থম্মোয়শোক্না কপ্পা কপ্পা উন্নখিবা ঐ ঙসিসু শংশং উরি। ঐসু মিৎ ঈবা চেন্না য়েংহৌবনি থম্মোয় কাযরবী নঙবু ইচাগী নাক্তা লেপ্লদ্দনা।

কুচুমুবী নঙবু কমদৌখ্রবগে খঙ্গা ঙমদ্রে। নঙগী থম্মোয়বু অমুক খেমজিনবীনবা সংসাব আগদা কনাসু লৈরম্লবোইদ্রা? মমা ওইবীগী অশেংবা মীনুংশিদি নঙগী থম্মোয় থন্না যাওখিবনি। নঙগুম্বী কয়া লৈবননি ঙসিগী সংসারনা পানবা ঙমজরিবা। নঙগী নুপাগুম্বা নুপা কয়ানা সুম মরায চাযথহল্লক্রবা মালেম অসি নঙগুম্বী নুপীনা অমুক অমুক শেংদোকপীবনা চৎচবা ঙল্লিবনি মাগী খোঙচৎ কায়দনা। নঙদি ফিঙৌ শেৎলম্লগনি। নচাগী ফোটো কোন্দুনা কপ্লমগনি। তারমদাই নুমিৎ য়েংনা লেপ্লমগনি। নচাবু কৌদুনা লোন্না কপ্লমগনি। মদুনা নঙগী থম্মোয় পেঞ্জবা ওইরমগনি। নঙগী নুপাদুবুদি নঙনা অমুক উননীংবগী আশা লেরম্লোই। ঐসু খল্লিবনি নঙগী নুপাদুনা ইম্ফালদা করম লৈবিবনো য়েংনীংলিবনি। অদুবু মমিং মথাদি ঐসু হংলকহৌদ্রেদকো। মদুদং খঙলম্লবদি করিগী থিবা ফংদনি। হেক উনবদা ঐ মাবু হায়গনি, "নঙ মী ওইরুদুনা কান্নদ্রে। নঙগী থম্মোয় মরুভূমি ওল্লে। নঙগী মরাইবক থীববা নচা নুপাদু নঙনা অমুক উবা ফংলবোই।"

কুচুমুবী ঐ নঙবু কাউবা ঙমদে। ঐগী শক ফজবীদুনা নঙগী থম্মোয়দুগী শরুক চাম্ম থোকপগী অমতং য়াওরম্লবদি ইচাসিনা কয়াদা হরাওজগবা। ঙসিসু ইচাসি খরা

ফরে হায়দুনা লাক্লিবসি মমা ৱাৎপগী মৈচাক্তি অদুম পুরিবগুম তৌরি। মসি উনা উনা ঐনা উশিন্নদনা কয়া কুইনা লৈখিগদবনো ঐ ভাব তাদ্রে। নঙনা খঙলমলোই, ইচাগীদমক অতিয়াদগী থৱানমিচাক হেক্লুচো হায়রফাও ঐ ঙমগদবা মাল্লি, নৎত্রগা সমুদ্র মনুংদা ঈরুপ্তুনা মণিমুক্তা অমতং খুল্লুচো হায়রফাও ঐ লাইবক য়েংগনি। অদুবু মাগী ৱাৎলিবা পোৎশক অসিমদি হন্দক মপোক অসিদা ঐনা ইচাদা পীবা ঙল্লরোই। ইচাসু মৈচাক, ঐসু মৈচাক। সিনি ঐগী পুক্সি। ❑

# নুমিৎনা নোংচুপ্তা থোক্লক্লবদা

রাশি নঙ লাকউ। নহাক লাকত্রিবফাও ঐ মফমদুদা ঙাইদুনা লৈগনি। নঙনা খল্লম্বা য়াই ঐসে ঙাওরমাল্লে হায়না। ঐ ঙাওদে। কালেন কয়া, নিংথমথা কয়া, নুংথিল কয়া, অহিং কয়া, চৎলে চৎনা, ফমলে ফম্না, চারে চানা তিন য়োৎথদুনা খল্লবা মতুংদা হায়রক্লিবনি। নঙ লাইবক থীরে হায়না ঐ তায়। ঐসু নুংঙাইনা লৈরমগনি খনগনু। নুংঙাইবা হায়বা অসিবু করিনো? শেল লৈরগা চানীংবা চারগা হিংবদুবুরা? চাক্কা থুমগদা নমদুনা চারবসু নুংঙাইবা য়াদ্রবরা? ঐদি মপাঙ্গোংগী পোৎশক্লা নুংঙাইগনি, নুংঙাইহনগনি খল্লিবা, খঞ্জরিবা থৱায়শিংদু খ্বাইদগী পঙবনি হায়নীংঙি। নুংঙাইবদি হকচাংগী ওইবা নত্তে, থম্মোয়গীনি, থৱায়গীনি। ৱাফমসিমদি নঙসু য়াগনি খল্লি। থম্মোয় মৈবা চিংল্বিবা মীদুনা কবিবু চারগা হাউগনি। করি য়েংলগা মাগী থম্মোয় ঈংগনি। মসে লাইরিক্তা করিদা থেংনরগা ঐনা হায়রকপা নত্তে। নঙ ঐ কায়নরবা তুং চহী খরসিদা থেংনরকপা লৌশিংনি। মীনা তাকপগী কান্নবা অমুক লৈত্রে।

বিন্দু অমদা লৈই কয়া উনরবা য়াই। বিন্দু অদুদগী লৈই কয়া অমসু মায়কৈ খণ্ডদনা চৎখিবা য়াই। নঙ ঐদি চৎখ্রবা লৈই অনীনি। করম্বা মতমদা কদায়দা অমুক উনরুনি খণ্ডদ্রবনি। নঙনা খল্লমগনি লাওবা মান্নবা লৈই অনী উনবা ওইথোক্তে। অদুনা নঙ ঐ উনবা মপোক অসিদদি মঙগুম্বা বানি। মঙদফাও নঙদি ঐবু উজরবোই খল্লমগনি। ঐসু খল্লুই - হয়েংমুক্কী মপোক হায়বদু লৈরম্লবদি নঙ-ঐগীদি অরেম্বনি। সংসার অসিনা অনী শুরম্লবদি অমমমদা লৈনরুরগে খল্লুরবনি।

অদুবু ওইথোক্লোই হায়বা ৱাহৈ অসিমদি অপঙবগী ডিক্সনারিদা য়াওবনি হায়বদু নেপোলিয়ন্না হায়রম্বগী মথক্তা ঐসু হায়নীংলকই। ওইথোকলোইদবা ৱাবু করি লৈরিবগে? চৎলিবা নুমিৎ-থা, ঙাল্লিবা থৱানমিচাক অমমমদা কেনখিবসু য়াই। হয়েংসিমক নোং শুকঙান ঙাল্লক্লবসু য়াই। মসিদা চঙলিবা হায়ববু পুম্নমকসিবু পুন্দুনা থল্লিবা, অমত্তা মান্নহন্দনা লেংদুনা থম্বীরিবা মতম কৌবা পোৎশক অদুখক্লি। মতমদি ঐ য়াম্না কিজে। থাসু থাজে। মতম্না পুরক্লোইদবা, পুরকপা ঙম্লোইদবা পোৎ অমা

লৈতে। মতমগী মনুংসিদা কনাসু মনীংতন্না লৈবা ঙম্লোই। মতমদগী নাম্বোক্তুনা কনাবু চৎপা ঙমজরবগে? মতমদগী নাম্বোক্তুনা চৎখ্রগে খল্লবদি মহাক অদু লৈতবা তাই। হিংবগা মতমগা খুৎশন্নদবা য়াদে। মতমগী ঈচেন্দা কনাসু লেপ্তুনা লৈহৌবা ঙম্লোই।

রাশি মাগী ফমুংদা চিঠীদু পারম্বদগী লাক্তুনা লংথোকখি। স্বব অমুক্তং শাংনা হোন্দোক্লম্লগা ফমুংদা হিপথখি। মমিৎ কুপ্তুনা মানা লৈরিবা কা অদুগী শিলিংদা য়েংখৎলি। শান্তি ফংদন্বগুম তৌই। অমুক হৌগৎলি অদুগা মতম অয়াম্বদা হাংদুনতা লৈরবা মথোল অহুমশুবগী থোঙনাও অদুগী মনাক্তা অমুক লেপ্লুই। তান্না উবকই — চীংশাং পরেং, চীংলোন লাল্লকপদা কুচু ওল্লবা লৈচিনশিং। অদুবু থোইনা খম্বরুদে পুন্নমক অদু উদুনসু। অদুবু রাশিগী বাখল পূম্বা, থম্মোয় পূম্বা হেক খাঁবে অমনা চফুদা ওৎলকপগুম ওৎখিবদি চীংয়া পক্লা পাইরিবা উরোক নাইতোম অদুনি। খল্লি মানা — ময়ুম মাযকৈবু পাংলিব্রা? কায়দোংফম লৈতদুনা নাইতোম অদুম পাইরিব্রা? চীংশাংদা হৌরিবা উ-ব্রা অমতনা মাবু কায়দোংফম পীবীদ্রবা জাৎলা? অমুকসু খল্লি — "ঐগুম মাসু পূন্নমক্লা চঙজফম পীবিদ্রবী চেক্লা অমা ওইরব্রা? মপাংদুনা কদাযদা লৈহৌরবা?"

চঙজফম হায়বা ব্রাহে অর্সিনি রাশিনা অর্থ হন্দুনা সুম লৈবল্লিবা। নুপী ওইবীগী মপোক অসিবু চঙজফম অমা ফংদ্রবদি হিংবা ইয়ামক যাদ্রবরা? নাইতোম হিংবসু য়াইনা। কনাগী ব্রা কদায়দা দনকাবলৈরিবগে মসিদা। ব্রাখলগী শক্তি, থম্মোয়গী মঙাল অদুতনা পুন্সিবু পুদুনা চৎকন্দবনি হাযবসিমদি মাসু মতম খবা নাইতোম তানা হিংলকপসিদা খঙলবনি।

মদু খঙদ্রিঙৈদা মানা চঙজফম অমগীদমক য়াম্না কপখি, য়াম্না হায়জখি। পীবিখিদে, কাওথোকপীরকখি। অদুবু ঙসিনা অমুক সংসার অসি মহাক মতোমতনা পানবা য়ারদৌনা লৈহৌবা মহাক অদুনা চিঠী অমা ইরক্লি। য়াম্না হৈ-শিংবা মাম্না পুন্সিগী মরমদকা হায়রক্লি। রাশি খোয়দৌদুম শাউগৎলকই। মতম্বু য়াম্না থাজনকা পল্লকলি। মশানা খঙজদ্রে — মখোয় অনীগীদি মতম্বু শুক্লে লৈত্রে। তৎখ্রবা তেলঙ্গা অমদা মতমগী ব্রা অমুক কান্নবা লৈত্রে হায়বসি মশানা খঙজদ্রে। থংনবা মিৎকুপ অনীফাও মান্নদে, ঙাল্লিবা নুমিৎ মঙাল অসিসু নুমিৎতগী থোক্লকপদি চহী কয়া শুরবনি হায়বসিফাও খঙলম্লোইদবা মানা ঙসি অতিয়াগা মালেমগা তাইশিন্ননবা ব্রাসু ঙাঙজবা শারি।

রাশি খনবা য়াব খল্লুরে মতোমতা। অদুগা শা উরংননা লংথোকখিবা মপূ পান্দ্রবা অমগুম তারিবা চিঠীদু অমুকসু উরকই। মহাক লৌখৎনীংদ্রে। মখাসু পাথনীংদ্রে। মহাক্না হায়রমগদবা ময়ামদু মকোক্কী খরদুনা অদুম তাকচরে। শেম শাদুনা ইরি উনবা অমগীদমক। উনবা হায়বা অদুদি মখোয় অনীগীদি হন্দক মপোক্কী অমুক ওইথোকত্রে। মদুগী মরম লৈ।

নুপী ওইবীনা খ্বাইদগী কিজবসু য়ুম পানবনি। খ্বাইদগী পামজবসু য়ুম পানবা হায়বসিমক্নি। মখোয়না থাভে, পলেম-পম্বৌগী নাক্তা মখোয়গী সংসার লৈতে। অমুক্তসু খঙনদ্রিবা মীশক তামদা মশাগী অধিকার পূন্নমক শিন্নরগা মাগী পুন্সিগী মমল লেপকনি খঞ্জরিবা মপোকনি। রাশিসু অদু মঙায়। নোংমতা সেগা মাইগা মপুংফানা রারীফাও শানদ্রিবা কুমারজিৎকী মনাক্তা লাকখি অহল লমনগী য়াথং ইন্দুনা। নুংঙাই য়াইফবা মচানি হায়বা মাসু খঙদি। অদুবু ইনাক খুনবা ইমুংদা ওংলগা হেক্তা নুংঙাইরুরনি খন্না লাকখিবদি নত্তে। রাশিনা থাজবা অমা লৈরুই — কুন্দো পরেংনা নুপীগীদি অথোইবনি। হায়বা ইনবী, অহল-লমনবু কিনা চৎপী অসিনা নুপীগীদি গুণনি। অদুমক্তনা নুংশিবা লংথোক্লম চিংনেবা লৈতনা হুকখি মাগী কুন্দো পরেং কুমারজিৎকী ঙকশমদা। কুমারজিৎনসু মাগী ঙকশমদা। খল্লুদে মদু মাগীদি য়োক্লিং ফলাংনি। কুন্দোগী পরেংনা খুইথখিবগা, লৈনানা লৈচু মাঙখিবগা মাগীসু য়ুম্বানবগী পুন্সি-অতিয়া লৈচিন নোংফাইনা কুপশিল্লকখি।

লৈশারিঙৈদা মাগা নুংশিনরম্বা নুপা অদু লম্বীদা নোংমা কৌনরুবগী, করম পাল্লি হংনরুবগী, অমুক্না নুপাদুগা লুনা তিন্নবা মরুপ অমগী নুপীগা ঙহাক লেপ্লগা রারী শানরুবগী কুমারজিৎনা মাবু তশেংনা চিংনখিবনি। হেক লুহোংবদগী কুমারজিৎনা মাবু রাশিনা থম্মোয়শেংনা নুংশিবীদে হায়না খঞ্জদুনা লৈরিবনি। অদুনা মানা রাশিবু মনীং মমাঙ থৎ থক্তুনা রাহং কয়া কয়া চথরকখি। রাশিনা অশেংবা খুন্নবসু কুমারজিৎনা থাজবা ঙমখিদে। অদুনা কুমারজিৎ রা অমুক ঙাঙলকখিদ্রে। রাশিবু ওহ্মোকপা মিৎয়েং অমনা য়েংবা হৌরকখি। চীংনবা হায়বা তীন অদুনা কুমারজিৎকী থম্মোয় মচী অমদা চিকপা হৌখ্রে। রাশিদি করিশু খল্লুদে। নোংমা অদুম ফরকনি খন্না খাঙজখিবনি।

অদুবু নোংজাবীনা লোইখিবা মাগী অতিয়াগী নুমিদাংরাইরম অখাক অরাউনা হল্লকখি নোংমগী অয়ুক। রাশি লৈরিমখৈ য়ুমদা হল্লক্লরোই হায়রে কুমারজিৎ। হায়বদা নত্তে, মফি য়োমখৎলক্লে। রাশি উপাই অমমুক লৈত্রে। মীগী ময়ুমদুদা মীগী মচানা

ময়ুম থাদোকপা তারক্লবদা মানা করি য়েংদুনা অমুক লৈরুখিনি। রা-লান ঙাঙদনা রাশি মশম হাত্তোকই। খুদাপ ফাব মশমদু থক পুনখৎলি। উপু হাংদোক্লগা ফি-রোল হোংদোকই। অদুগা কবিশু পুদনা মাগী বেগ মচাদুদা মাগী লৈজবা সনা লুপা খরদুদং হাপচিল্লগা খোঙ অদুম থাংদোক্লক্লবনি। করিশু হায়বমদনা লাক্লবসু য়ারবনি অদুবু পাঙদবা অমুক মালহন্নীংখিদে। অদুনা কুমাবজিৎকী মনাক্তা চপ লেপ্লগা হায়রুই ঃ

— ঐ চৎলবনি। নবুক অদুক ফৎত্রবদি নুংঙাইনা পাঞ্জহৌরো। অদুবু ঐবু অমুক কৌরগে হায়র্নদি পুর্ন্সিসিদা খল্লকনু।

কুমারজিৎসু শৎ ওক্তুনা খুন্নকই ঃ

— নঙবু কৌবা! মর্দুদি নোংপোক্তা থোক্লিসা নুমিৎ অসিনা নোংচুপ্পা থোক্লক্লবা কান্দা। ঐদি লমচৎ চুমদবী নুপীবু লৈমিন্নবদি শুকঙম ঙল্লোই।

— মদুদি ঐ পাউখুম পীবল্লবোই। নঙনা থিয়ু অরৈবা লৌশিং পুম্বা শিজিন্নদুনা। অদুগা কোন্না ঙাঙনসি। ঐ চৎলে।

নুমিৎ অদুদগী কয়া শাংখ্রবা লম্বী অমা চৎলক্লবা। হাযবিবা মতমসি পৃথ্বী অসিনা নুমিৎপু কয়ারক কোয়খ্রবা মতমনি। বিন্দু অমদগী কায়নখ্রবা লৈই অনী ওইনা মাযকৈ খঙদা চৎনখ্রবনি মাগী মাগী সংসাবদা। অদুগবু করম্না ঙসিনা চিঠী অমা। নুপা হায়বসিবু মমায় পান্দ্রবা জাৎলা? রাশিনা খল্লি — মাগী অবৈবা লৌশিংনা মায়থীরক্লবদা চঙজরক্লবা হায়দুরা? মসিবু হন্দোক হঞ্জিন যাবা লম্বীবা? ঙবাংবু ঙসি ওইহনবসিবু মা ঐদি লায়বি, পৃথীদা কনাসু ঙম্লবোই। মানা তৌজবা শাববু লৈশাবিঙৈদা মরী লৈনরম্বা নুপাদুগা কৌনবদু মবুক ফত্তবনিনা মানা ঐবু কযাদা মাংনা লৌখ্রবা. নোকপু নোক্লিংঙি, ঐদি খনবু খল্লুদে। মথম্মোয লাংহ্রিক অমুক্তা চাউহৌবা মানা ঙসিনা স্বার্থত্যাগ। কবি খঞ্জদুনা, মকোক মমৈ শম্নদবা চিঠী অসিনা কবি তৌসি হায়রিবা। মশাগী ঙাঙথোকচখিবা রাফাও ঙাকচবা ঙমদবা মানা সমাজ সংস্কার তৌগে মতাগুম ইরক্লি।

ঐদি অতোপ্পা সংসার অমদা চৎলবনি। ঐ য়ূম অমুক পাল্লে। ঐগী ইরাইবক্লা ইচা উজহৌদবগী বানি। ঐগী মপোক থীবনা ইপুরোইবদু ইখঙ খঙহৌদনা লৈখিদবগী বানি। ঐ লুখ্রা ওইরে। অদু ওইরসু ঐ হিংবদি ঙল্লনি। ইপুরোইবনা থম্বীরম্বা খরা অসিনা ঐ হিংবা ঙমগনি। ভাড়া শান্দোক্লিবা দুকান অসিগী থাগী কারক্লিবা পৈশা খরা অসিনা লেম-পানা চারি। মথক থংবা কা অসিনা ঐনা শান্তি ওইনা লৈজরি। ঐনা থল্লি মতম পুম্বদা থোংনাউ অসিমা হাংদুনা। শুপ্নতগী নোংমদোন য়েংনা লেঞ্জনবা।

করিগুম্বদনা লেঙ লেঙ চৎলিবা লৈখাগী সরক। মাগুম্বা নুপাগী চন্নফম অমুক লৈত্রে। মাগী লৌশিং পূম্বা শিজিন্নরবসু ঐগী অমোৎপদি থিবা ফংলোই।

মানা খঙগদবা হায়ববু রাশিদু মতম কুইনা ময়ুম অমুক পান্দনা লৈরম্বদগী কাইনথংদা মবুক মপাউ ফবা, নুপী-অঙাং লৈতবা, নুপা অমা থেংনদুনা ময়ুম পানখ্রে অসি মঙায়। অদুনা মানা থিগে থিরবদা রাশি কদায়দা লৈখ্রে, মপুরোইবা লৈত্রবদা উদবা কুইরে অদু মঙায়। মদুদি মানা খঙলোই — রাশিদি নাইতোম তাব পুন্সি অমা ওইরবসু শান্তি ওইনা হিংলি। তোররিংবা নুপা উনজনিংদবনা ময়ুম অমুক পাল্লরোই খল্লি। রাশিগী হায়ববু নুমিদাংৱাই খুদিং মমা মপা লৈজদ্রবা অঙাংশিংগী আশ্রমদা চৎলি। মখোয়গা শান্নরুগনি। মখোয়না পাম্বা অচাপোৎ য়েনবীরুগনি। মখোয়গী অৱাৎ-অপা লয়নবা অঙম্বা পৈশা কৎলমগনি। অদুদগী মখোয়দগী বিদায় লৌরক্লগা য়ুম হল্লক্কনি. অদুগা শেংনা ঈব মায়গজবগা চানিংবা খরদং থোংলগা, চারগা পোথাজগনি। অসি মঙায়. মানা খঙনিংলগনা নোংমনা রাশিদু উবা ফংগনি, পুমঙৌ ফনেক শেৎতুনা গোবিন্দগী মন্দিরদা লৈ শু কৎতুনা থম্মোয় শেংনা খুরুমজবম্বা। অদুবু করিগীনো মানা রাশিবু অমুক কাইহৌবীদুনা নরক্কী।.কামদা চিংথবীনবা হোৎনরিবা।

থোংনাওদা য়েংনা য়েংনা ৱাখল লীশাং থারুরে। অমুক লয়শিল্লক্তুনা ফমুং তম্লকই। অমুক উরকই, ঙসাইদগী লৌখৎপীবা ঙাইদুনা লৈরক্লিবা লৈমায়দা তাদুনা লৈরিবা চিঠী। লৌখৎলরোই খল্লরবনি অদুবু করি খল্লুববনো খঙদ্রে, তপ্না অমুক পায়খৎলি। ফমুংদা ফমথৈ। ঙসাই পাখিবগী মখাদুদা মীৎয়েং থম্লকই। অমুক পারকই।

"রাশি। নঙ ঐ কায়নবদগী ঐ লৈকোল কযা, মরুভূমি কয়া লান্দুনা চৎলুরে। অমুকসু নঙোন্দগী হেনবী নুপী অমা লৌদুনা য়ুম পাল্লাসরা খল্লুরে। অদুবু ঐ ৱারেপ লৌবা ঙমদ্রে। ঐ নুপীবু থাজবা শুকঙম ঙমদ্রে। নুপী পুম্নমক ঐঙোন্দদি ৱাহংনি। ঐ পুম্নমক খাঙবা ঙমগনি অদুবু মখোয়গী লমচৎপুদি ঐ ৱাহং হংদবা ঙমদে, চিংনদবা ঙমদে। ঐনা খল্লি, নুপীদি ঈচেলনি, ঈচেল অসিদা জীব কয়া হিংলি। অদুনা ঈচেল অসি মোৎপা য়াদে। অদুবু রাশি ঐ খুদোনবীনা থিন্দুনা তাকপা ঙমগনি মশীং থীবা ঙমদ্রে মরোল নাইনা চৎলিবা নুপী। কনাবুনো ঐনা থাজগদবা। ঐ খনবা য়াব খল্লে। ঐ অকনবা ফিরেপ অমা নৌনা লৌবা পাম্মী। সমাজ অসি ঐ মমিৎ পাঙহন্নীংঙি। মফম খঙদবা অমা লৌরুবগী শরুক ঐনা মুন্না খঙলবী, ঐনসু লানগ্লবী নঙবু লৌশিনবনা থম্মোয়সে ঈংগদবা মাল্লক্লে।"

বাশি মশা নীকই। মখা পাথবা ঙমদ্রে। মচৌন থোক্লা ঙাঙলকই — "করিনো মসিগী নুপাসিনা ঙাঙলিবসিবু। মসিবু ঙাওদুনা চৎলবা জাৎলা? মসিবু ঐখোযগী সমাজ অসিদা হায়বা যাবিবা বারা? তুবেলগী ঈশিংবু অমুক হঙ্গৎনা চেলহনবা। অমুক যুম পাল্লবী নুপী অমনা হান্নগী নুপাদা হঞ্জিন্দুনা লৈরাশিবু কনা যাওগ্রবগে? যাওরম্বা যাই। অদুবু বাশি ঐদি খৌবি থাংদুনা চিংলববসু [illegible] প্রবেই, অদুবু নুংঙাই, মতম অদুদা বাফংনবা যাদবা রাদু ওসিদি মশানা লানখ্রে হায়জবক্রে। সিমদি ফে।" বাশি অমুক পাথরকই —

"বাশি। ঐনা লৌবক্লিবা [illegible] অসি [illegible] মায়োকনি। খঙদ্রগানা সমাজনা যাব, খঙলগনা ইপোকপা [illegible] মগানি। নঙগী ফোংনা লৌশিনগনি। ঐ লেপ্লবনি। [illegible] নাকও। [illegible] ঐগী মাঙদা লেপ্তুনা বাহৈ অমতংদি হাযবে [illegible] ঐ [illegible]"

মখাদা কুমাবজিংকী মমিং ইদি [illegible] বাশিসু [illegible] মানা ঙাইবমগদবা মফম অমসু [illegible] মতম [illegible] বাশিদি অতিযা পুম্বনা তাশিল্লগা মখক্তা নম্তবকপগা [illegible] বাখল পুংফুন ফুনখ্রে। তুমিন লৈখ্রে। ফনা কইবমাঙ্গে মানা উ [illegible] দুনা লৈকল্লা। [illegible] থোককিখিবদা মল্লঙ্গে। লম্বীগী ইলেক্ট্রিক ওাল্লঙ্গে। মব শাংনা অমুক্তং হোল্লমগা [illegible] পথাখি। মাগী অরাবা রাখল পুম্বা মোন্দা শিন্নগে মতাগুম কোন্দুনা খাঙখ্রে।

পংকুই কুইদে। থোঙ থিল্লকই। হাংবা ঙাইঙমদে। থোং অদু ত্তপা হাংদোকই। কুমাবজিৎনি। বাশি শ্বাই লাউই। মশকসু ওল্লঙ্গে। অরাবা রাখল পুনবা মাযথোঙনি। বাশি পাখৎলি। ফুক হৌগৎতুনা ফম্মী। কুমাবজিৎ থোংজন্দগী চঙশিল্লকপদি অফ ফত্তা খল্লিবা বাখলনা ফাখিনগুম তৌই। চপ লেম্মী। বাশিনা শাউনা ঙাঙখি।

— কবিনো নঙনা তৌবিবসিবু। ঐনী অচিকপা পুঙ্গিদা কবিগী অকাযবা পীরিবনো? চৎখ্রো। খুনা থোকখ্রো।

— বাশি। ঐ চৎখিনি। অদুবু নঙ বা অমতদি হাযযু। ঐ নঙগী রাহৈ অমতংদি তানীংদুনা ইখোঙনা থোংনা লাক্লবনি।

— ঐগী রা। কবিগী বা? ঐ কবিসু হাযনীংঙাই লৈতে। মীবু চুন্না য়েংবা ঙমদবা নঙদি বাজবা তাবনি। মদুদা ঐ কৈদৌ হাযবিবনো। নুপীসু মীনি।

অফ-ফত্তা থনবা ঙম্মী। নঙনা নুপীগী অশোযবদা যেংলি। লমচৎ নাইদবী থবা উবগা নুপী সমাজবু শীংনবি। ঐসু নুপাগী অশোয়বা চাম্ম চাম্ম হাযবা ঙমগনি। অদুবু মদুগী মওম লোইনা হেনখ্রে। ঐবু বা ওাঙহনগনু। চৎখ্রো। নঙ চৎখ্রো।

— পাশি। ঙসিসু নতম লৈবি নঙ ঐ ইতিহাস শেম্লম্বা যাই। ঐগী লৈতাফম খঙদ্রবা পুন্সি অসি নঙগীদমক কৎলগে লাক্লবনি।

মদু ইকাইনা খঙদনবী বানি। নঙ নাখন্তা শেম্মু ইতিহাস চাম্মবব। ঐদি ঙম্লোই হায়বিয়র্সিন। নঙনা খংজদ্রে, নশাদু থম্মোযগা বাখলগা শন্নগে হেনা চাং ক্লনা হম্মোমনা যাগদবনি। মম্মোযনা মাযকৈ খঙলক্লবা খলন লমডি গদনি। ঐ না যাম্না ওাঙহনগনু। ঐবু শান্তি ওইনা হিংহল্লু। কন্দীনগে নঙ ফংমন্দে নংমা ওইনা অমুক্তা হিংনা তঞ্জু। নংগীদমক নাইদবা চাম্ম খবা মক্কে। নং নুপানি। নশাগী নাথে ঙাকউ। নুমিৎনা নোংচুপ্পা থোক্লবা মতমদা হায়খিবদাউ।

ঐ ইকাইনা শীগনা পাশি। ইশানা লাল্লে খঙনা ঐ লাক্লিবনি। ঐগী বা যাসি অমুক্তদি তাখো।

কমাবাতংদা ঙাঙনা হাঙনা চঙশিল্লকই। বাশি পাখৎলকই। খংলাউ লাউবকই।

– চঙশিল্লকনু। ঐ নঙবু তুক্কচৈ। ঐনা হায় বিবসিনি নঙ চঙশিল্লকনু। (হৌনা লাউখি)

পাঙলাউ লাউবদদ পাশি মংকপ থোক্লবই মহাক উইথকলে। মহাক মঙ মঙলুবে নিংথৌ না থোক্লবা অদুফাং মশাগী মিঙ্গন চোংলম্মী। মহাক তপ্পা হৌগৎলে। অঙাংবা ঈশি খাজওং থকই। লৈথোক্লকপদা মোন মযাদা লৈবিলা চিঠীদু উবকই। মদু লৈবিমখৈ শান্তি ফংলবোই খল্লমাল্লে। তাপ লৌখৎলি। শুক শুক নৈশিল্লি। অদুগা থোংনাও লান্না লংথোকখি। লোল্লিবা থোঙ অদু লোনব্রা যেংঙি।

বাংলান ঙাঙদনা অদুদগী ফমুংদা তপ্পা ফমথখি।

# কোকিলনা মরোল অমা খোংবনে

— কোকিল নঙ খরদি হেনমল্লেকো ! নঙ খরা খিৎ হন্নল্লে।

মানা খোংমল্লবদুদা ঐ লৈফম চাফম খঙলক্তুদুনা হায়দোকখিবা ঙমহৈনি। থা অমা হেল্লক্রে, মানা ঐখোয় শ্বায়সিদা নৈদুনা লৈরিবা। লাই হাক্তুগী কোকিলগী কুহু খোঞ্জেলগী শীংথানবদি লৈরে। অদুবু ঙসিগী মাগী লৈতাদবা মখোল মযাম অসি তাবদি নুংশিফম ইখঙ খঙদ্রিবসিনি। মৈত্রবাক্তা লাকপদি কুইবু কুইদ্রি। গুৱাহাটিদা ইহান হান্না মাগী লুম লুম লাউবা মখোলদু তাবদা ঐ হোস্টেলদগী চেঙ্খোক্তুনা য়েংখি। উবক্তা চঙদুনা মাবু থিখি। অদুবু ঙসিদি নুংশিবগী চাংসি তংখায় অমদি হল্লখ্রে।

হায়রিমক্তুদা অমুকসু খোংলক্রে। কোকিল নঙ ঙসিদি ইরাংনা খুমহৎলে, নঙ পুমঙাও ঙাওরে। কোইপাই পাইরি। খোংবসু লেপ্তে। মতমগী খোংববু অদুক খোয়রাংবরা ? অদুক ঙাইঙমদবরা ? নঙগী খোঞ্জেলসে তাদ্রেসু তানীংঙি অদুগা তাবসু খোইশাউনে। অদুগী মরমসু লৈ। কোকিল ঙসিদি ঐ নঙোন্দা তশেংনা লীবগে। নঙ ওহ্লোক্লা খোংহন্নীংদে লমসিদা, নঙগী নখোন্দা মৈচাক খাঙলিবী অমদি শিসি শিঙমদা, হিংসি হিংঙমদা লৈফম চাফম খঙহন্দ্রি। কুইদ্রি, বসন্তগী অয়ুক অমদা হঙ্গাম মপালনা ঙমজবী থাদুনা ফজরক্লবা মতম অমদা নঙনা কাইহৌখি নুজা অমা, কছাবী মপালগী লৌবুক ফাওদুনা চেল্লক্লিবা লৌখোং মচা অদুগী মপান্দা। চেংহি শম্বাল লাংমিন্নখি মাগী মথম্মোয়না তাজবা চান্নবা অদুগা। নঙ শোয়দনা উরমগনি।

নঙগুম ঈথিল পীবা, নঙগুম্বা কোকিল কয়ানা ঈথিল পীখিবা কয়া কযানি ঐগী লম অসিদা। লোক্তাক্লা পুম্লং লর্গলিঙে, থরো-থম্বাল শাৎলিঙে, হৈকক মপালনা ঈমায় শীরিঙৈগী ঙমনি। পাৎমী কয়া, ঙামী কয়া নঙগুম্বা কোকিলনা পুমঙাও ঙাওহনখি। পাৎমী অমা, মতু-মচা লৈরবা। মৌ-নহা অমগী নুংশি লাংদ থুখি লোক্তাক ঈয়ায়দা। নোং ঙাল্লমদাই, মাগী নুপী খঙহন্দা মশম নান্না চৎনীংঙু, থাউ লোন্না তৈনবা হোৎনরু, মাদুনা থিবদা খোইহী লীক্লি পায়খৎলু, খোইহী তৈরগা চৎখিবা, কোকিল নখোয়গী ঈথিল যাওরমগনি। অমুকসু লমগী ললোনবীদা ঙা পীথোক্লম, য়ুমদনা ঙা থুদে, লাং

মাঙখ্রে, খোই মাঙখ্রে হায়না শেম-শাদুনা খুল্লরিবা ঙামী অঙাওবশিংদুসু কোকিল নঙগুম্বা কয়ানা ঈথিল পীরুবননি। অদুগা কোকিল নখোয়না পাপ পুগদবা অমসু লৈরি। লৈত-লায়র থিজবী, মচে, মন্দোনগী মরুম থুপচবী মৌ নহা অমখক্তগীদি কোকিল নখোয়না দোষ লঙশিল্লবনি। বসন্তগী অয়ুক্তা হৈকক হেকপা থোকচরকপী মানা তুয়াম থিবদা হালেংদবা নুপা অমগী ওইদ-ৱাহৈদা থাজকবা, মানা কন্না য়াদ্রবসু কাইনথংদা ফগদ্রা খন্দুনা মতুং ইল্লবা মবিশুবী নুপী ওইনা খাঙবদা তাখি। অদুবু মাগী তুংগী নুংশিবা ৱারী অদুদি কোকিল নখোয় তাবম্মরোই। ঐ হায়গে তাও।

পঙজরুবা মদোম অহীং-কয়া কপ্পুনা লেল্লবা তুং লোন্না মদোম চেল্লকখি নোংমা। নুপাদু মশকফাও উজরবোই খন্না লোক্তাক্কী মচী অমদা হৈকক হেক্কুনা লৈজখি। অদুবু তুম হনবগুম কোইথি থিরক্লিবা নুপাদুনা মমাঙদা নোংমা অমুক লেপ্লবে। লেপ্লবদগী হেন্দুনা মাবু পুদ্রিমখৈ চৎলরোই হায়না নুপীদুগী হিদা চোংশিল্লক্নে। ঙর্ম্মী মতাগুম হি অদু হোন্নবা হোৎনবক্লবদা উপাই লৈত্রবী নুজাদুনা করি তৌখি, কোকিল, খঙব্রা?

-- "নঙোন্দা লৈগদবগী শরুক ঐদা শিজখ্রগে"

অসি হায়বল্লগা চোংথখি ঈরোন্নুংদা, ফাওগৎলকপা লৈখিদে। নক্না লৈরম্বা নুপা ময়াম চঙদুনা থিরগা পুখৎলকখি। ময়ুমফাওবা থিনবীখি। কোকিল! নখোয়গী ঈথিলনা ঙাওরুবা নুপাদু মমায় ফিক্কক খুঙ্গা হল্লকখি ময়ুমদা।

ঙসিসুনি। কোকিল নঙনা নুজা অদু কপহল্লি, চাফম থকফম খঙহন্দ্রি। নঙসু খঙলমগনি, মমাঙগী পিমোতা। মশম নীংদু যৈনা শাংবীদো। মখোয়গী মমাংগী চাউরবা লৈহাও পাম্বীদা কোকিল কয়া তোংদুনা খোংবদি ঐ কয়ারক উখ্রে। নঙ ওইবল্লবদি শোয়দনা উবমগনি মানা মখোয়গী পুখ্রিদা ঈরুজবা। লোন্না য়েংনীংবা শক্তমনি। নঙদি লোইনা কোগোক উরম্বসু য়াই। মতমদুদা নঙ শোয়দনা খোংবা লেপ্লমগনি। স্বরফাও হোল্লল্লোই। ঙৌখ্রবী কুচুনি। ইনখৎলকপগী করিসু ৱাৎত্রবীদুনা কনাশু লৈত্রে খন্না মনীং তৌনা মদোম ঈরুজবদু, নঙনা উতোন্দগী য়েংথবকপদা করিবু হায়সিগে, নঙ হুমাংদুম কারমগনি। নঙনা নঙগী চান্নবী উননীংবগী কোইথী থিরিবদু, খোংবদা নখোলফাও তারবদো ঙহাক্তংদি খোংবা শোয়দনা কাউরমগনি। নঙ ওইজরম্নবদি মদু নরাইবক ফরবনি। ফজৈ মহাক। ঈশিংখোং ময়াদুদা মাগী লাইর মচা মোহোনসিং অদুগা চেংহি শম্বাল লাংমিন্নবা। কয়াদা নুংশিনা ৱাশরুখি মখোয় অনী, ইবুধৌ

যাঙ্গোইনিংথৌ হবাওবদং লোইবগা নুংশি পম্বুং যৌনসি হাযনা। তনৌবীদুনা জগোই খুৎথেক কৎলগা লযনা জগোয শাবদু যেংনীংখি লাইব মচা মোহোনসিং অদুনা। ফৈজোম তোমাল শেৎতুনা, পুমঙৌ ফনেক শের্থলবী মাগী চান্নবীনা মাঙদা খা লাই পুমিন্নাস, ইবুঙৌগী সেবা ফংমিন্নখিসি পাউমেন্নখি। অদুবু কবি শাপ লৈখ্রবনো, কবি ওঙজবা লৈখ্রবনো, খঙদ্রে কোকিল। বিমোতা থুংনখিদে। হাক কবি ওইখ্রে নঙ খঙনীত্রা কোকিল। ফনা খোংদুনসু নঙনা মাবু হমুক মাগী শুমাংদা পুখ্রিদা উবাবাই। মদুগাদমক্লি ঐনা নঙবু ঐখোযগী অহ্মাযদা খোংহন্নাণদ্রবা। মবমদি নঙগী খোঞ্জেন্দা ঈথিল অমা যাওবি। নঙগী সুব খাঙডমদবা, ঙাইঙমদবা সুবনি নোংঙানফাওত্রবদগী চানবা মতমফাও কাইথোক্ত্রবা মাল্লি। নঙনা খোংলি খুদিং মাগীদি খঙদে, ঐগীদি থম্মোযদা দং দং পাল্লি। তাবো হৌজিক বিমোতাগী বাবীদু লীনগে।

কালেনগী শাখ্রবা নুংশা মবঙুদা লেপ্লবে নোংমা ম খাযগী শুমাংদা খোৎতেক থাংতেক খোম্বী মৌ মীযায চল্লবি অমা। ইবুঙৌগী হনাওবা চৎনবা কেজনিবী বিমোতাবু উখ্রে নুপীদুনা খোক্লকপদা। নঙনা খঙলিবদ্রাদ বিমোতাবু উবদা অর্ণনংলোইদনা কনাবু লৈবগে। নঙনী পোখাবা লৈত্রবা খোঞ্জেল্লক্তা নুপীদু ঈশিং শুনথব হেক থক্লাদনা যমথাখ্রে মাঙ্গোলদা ঈশিংগীদমক। বিমোতাগী মমা লাযনবীনা কা যবু খঙলুনি নুপীদুগী মবুক্কী বা। শেম-শাদুনা ওাঙলদুনা নুমিত্তু যোং অতেকপা অমগা থাং ওতেবপা অমগা পুখি ইমুংদুদগী, অহাযবা পৈসা পীবম্মী। অদুগী মখাদা বাবীদি কোকিল নঙ ওাবনু। ঐসু তাজনীংদ্রদুনা কাউথোক্কে খল্লবনি। অদুবু অসি ফাওবদি হাযবগে, খুল অসিদা তোর্মাথিন শাৎলবী লৈবাং অমা মতমগী নোংলেন হুমদোকপীগদৌবে।

হৈ-শিংবিদো যোৎতেক থাংতেক্কীদমক চৎপা ওইবমদ্রে। মচাগী মমৌ থিবা কোযনা চৎপী ওইবমলে। বিমোতা উকনদগী মহাক পৃথ্বীগী নুপী অমত্তা পামখিদ্রে। বিমোতাগী ইমুংগী ফিভম উবদা নুপীদুগী মবুক মনুংদা ওইদবা পবেং লেংবা হৌখ্রে। ভাবকী দলান মখঙ মথঙ শাগৎলকপনা লৈচিন পকখ্রে। নানী মবক হুর্মনি মবক হেক্তা ফাওবক্কনি। লৈত্রে খঙলবা ইমুংদুদা যোৎতেক থাংতেক হেক্তা হংলৈ। হংলগা তোক্তে, ঙেক হেক্তা ফমথৈ। বিমোতাগী মমাবু চান্নবা হেক্তা হৌই। অবৈ-লৈতা ইমুংগী অবাৎ-অপা পুম্বা পোখাবা শাদুনা হংদোকই। মাগী বাবীসু লী। মদুনা লোইব্ববা হ লোইদে। নোংমনা থেঙনা সন্ধ্যাদা চঙলকই। খঙন-চান্নবগী মিংদা লেকখ্রগে হাযবৈ। নুমিদাংদুমা বাবীদা লেপ্লে, পাবা মথঙ মথঙ লৌথবকই। ভাঙবসু তোক্তে। আ ইম্ফালদগীনি। চাদে লৈতেগী চৎপা নত্তে। যুমদা লৈবা হৈনদদুনা সুম চৎপনি। দুকানসু

লৈ, লৌ-শিংসু লৈ। হৈখ্রবা মচিন্দনা মী শুমঙ্গনবা সুম ঙাওথবকই। চিনদা ফাদুনা লাক্লবা নুপীদুগী শ্লোক বিমোতাগী মমানা থাজখি। মাদ নত্তে, মপুবোইবা ফাওবা থার্গখি। লাজবনা লান্নে হায়বওম বিমোতাবু নুপীদুগী অমতা পোকচবা মচা নুপাদুগীদমক থাজবা লোল্লা যার্নখি।

সোমদনা কমদৌৱি লাইব-মচা মাঙোনসি মচেমমচা থম্বাল বনবা ঙমহৌদে। মাগী লৈত লাকবা হোংলাকিংউ, পাবক অমম সংনবা চেল্লিংঙৈ বিমোতাবু খুজেং পালোইননা পুবা ঙমহৌদে। নুপীদুগী লাংদা বিমোতাগী মমা-মপা থুখ্রে।

নোংমা মমানা বিমোতাব ইম্ফালদা পুদুনা চংখ্রে অদুগা দুকান অমা চঙলুবে। থাক থাক কাখংলবকই বিমোতাগী মমা আশা মহাম অমা পুবদুনা, খোঙথাং খুদিং মঙ মঙলদুনা বিমোতানা মরুপ ওল্লা, সুম কবিস খঙজেদনা মতোন সৌবফাও মথক ইথং থ বা কাদুদা ফমদুনা লৈব মী চেংশংবীদু কযাদি হবাওনা ঙৌবে মমা মচাবু। হান্না শীন্নদুং লোইরবনা ঙহাক লেপ্লদি বিমোতাগী মমা থুনা হল্লকনি হায়বল্লগা অমুক নমথাইখ আশা মথামদুনা কাদুদা খনল্লগা 'মালা পুদুনা চংখিবা হাপবনু তনীক তনীকপা খংলায ঙমখংদ্রুদান। অদুবু মানা খল্লুবা শংবৌ তোদনা মমিৎ ঈবা চেল্লকখি। খঙদে, ঙাইনমম খংদবা চমল্লনা য়াখল অমনা বিমোতাগী মমা চিংলদুনা পুথখ্রে লোলাদা। থখদা, অদুদগী মথমদা অদুবু মনা চেব পোকখিবগী খোংলোন চাম্ম চাম্ম লোনখি। বিমোতা বিল মনদা চঙলবা বথী থেখ্রে অমুদ চঙলুববা লিলহাঙ্গুনা বিমোতা খোল্লবা উপাই লৈখিদে। খেৎ জিল্লুন্নদা খংলকই মনুংগী ৱা, হৈ-শিংবীদুন খল্লুং কিকোয় লৌওনবী শাদুনা থিংগঙওম লোনমা খবাওম লৌওন্না থেঙ্গা হৌবক্লে। অহল লমং লেইনা যানববান হার্বাবে

বিমোতা নাঙ্গোবপা ঙমগনি। মাবু ফাদুনা থম্ব ঙমগদবা লৈতে। অদুবু মমাবু বারৌবা হেনাখবনা, মমা-মপাবু লেংখিদলা মহাক য়ুমদা অনুকস হল্লীংখিদ্রে। মফমদুদা মহাক খুদঙ্গা শিদোক্লসিরা খল্লক্লে।

যেংঙু, কোকিল। কযাদা লাইবক থীবনো?

লৈহাও লৈবেল ঙমজবীদো। মশাদা হয়িং লাবকাও তোংহন্নীংদবীদো, ঙৌনা ঈ থাংবীদো, বাখল থেনবী পালেম পঙ্খৌর্ণী অমত্তা পোকপীদো, লাইবুংদা মাগী জগোয়দা যেংনবীদো, মোমোন মীনোত্তা লমযৌবীদো, যাতা ফজবীদো পাম্মু মকা যৌঙমদা খল্লুং কিকোয় লৌওনবীনা পলেম শাদুনা থমখ্রে।

কোকিল নঙ তুমিন্না তাও। নঙনা খোংবা লেপ্লিবদো ঐ খঙঙি। নঙ কপ্লম্বা য়াই। ঐসু বারীসি লীনা লীনা পি থিংবা ঙমদে। অদুবু কপকনু। ঐসু কপ্লোই। কপকদবা মতাংদি মখাদা লৈরে। নঙ করিগুম্বদা উখ্রবরা? শাহিং চাব কৈনা উপাই লৈত্রবী তঙাং তঙাংবী, মতু শিৎ নানজবী শজি হাতম অমকা পোদুনা পুরগা উরক্তা শেৎতুনা চাব। উরমগনি নঙদি কোয়না পাইবনিনা। ঐদি উদ্রি, উসু উজরোই। ঐ তশেংনা য়েংবা ঙমজরোই। অদুবু উরে ঙসিদি।

হৈ-শিংবিদুগী চিন্দোন লৈতোন্দা বিমোতা খন্থবা নংহন্দে। চেনা পন্দনা হায়থরকই। নিংঙোলগুম য়োক্লনি। ইচানুপা অসিদনি পোকচরিবা। লন-থুম পুম্বা নঙগী ঙাক্তনি। মপানা লংথোক্লম্বদগী মিৎনা কন্না য়েংজদ্রিবনি। ইমানা নঙবু হেক উবদা ইমৌ ওইজনীংবনা ঙাওখ্রবনি। ঐনা নমা নপাদা খোঙ পায়দুনা হায়জবদগী য়াবীরকপনি। নখোয়গী ইমুংসু ঐনা অৱাৎ-অপা লোইনা মেল্লদবনি। মসিদা নত্তে, কোকিল, রামায়ন, মহাভারত কৈদৌনি। অহীংদুমা কপ্পনে, থেশ্বনে, দ্রামা শান্নবগা চপ মান্নখ্রে। উপাই লৈত্রবী বিমোতা লৌশিং লাক্রে, লাউ খোংলুবনা কান্নররোই খল্লক্রে, মশাগী ইজ্জৎ কন্নবা খল্লক্রে। তপ্পা হায়রকই —

— খঙঙে ইমা! ঐবু নমৌ ওইনা ফংগে খল্লবদি ঐবু ইমা হান্না অমুক্তা উনহন্নবীয়ু।

ইকাই শেঙ্গোই হাংলদ্রা খল্লম্বদগী ৱা ঙাঙলকপদুদা হরাওমনখ্রদুনা হৈ-শিংবীদো খুম্লকই মখোন্দো তনীক তনীক —

— চুম্মী ইবেম্মা! হয়েং ঙন্না কৌরুগে? মানা য়াদ্রবা ঐ করিসু হায়রোইকো।

বিমোতানা অমুকসু হায়, অশাউবা পুম্বা মবুক মনুংদা পুন্দুনা থল্লগা তপ্পা ঃ

— অদুগা ইমা! ঐবু নম-হাব থবক চখবীরক্লবা ঐ হিংনা ফংগনি খনগনু। চেনবগী বদনাম থোকপসু য়ারোই।

খুম্মগে ঙাইরিবীদুনা পন্থদনা খুম্লকই —

— নত্তে, নত্তে, ইবেম্মা! ইচাগী মতু নাম্ম শোকহল্লোই। অদুবু ইমাগী মায়দদি ঙাকউ। ঐনা নঙবু পামজমনখ্রদুনা ইকাই-ইকি পুম্বা থাদোক্লবনিকো। করিগী ইচানা শিজরুনি।

নোং ঙাল্লে, হৈ-শিংবীদো পাইথখ্রে বিমোতাবু চেকশিন্না থনম্লগা পল্লোন তরেৎ খারদুনা। বিমোতাগী মমা য়ৌরক্লে। কোকিল ঙসিফাও লায়রবনা লিখৎপা ঙমদনা চাম্মরক মৈশা লাংলিবসে মখোয়গী বাখল লৌশিং পৃম্বা পৈশানা ফুমজিনবীবা অসিননি। বিমোতানা মমাবু করি হায়খিবা, মমানা করম থেমখিবা, কোকিল, ঐ মখা তাররোই। বিমোতা হৈ-শিংবীদুগী মমৌ অদুম ওইখ্রে। অদুবু অরোইবী ওইনা বিমোতানা মমাদা খোল অমদি থারকখি।

— ইমা! নচাবু শিখ্রে হায়না খল্লু, ঐবু নখোয়না য়োম্ছোক্লবনিনা য়ুমদুদা খোঙ্গুল অমুক তারক্কনি খল্লুরনু। ঐ ইমা ইপাগীদমক পুক্সিসি কৎলবনি।

মমাসু হন্দক্তি পি থিংবা ঙমখিদে। কপ্পা-কপ্পা মচাবু থেল্লম্মী। অদুবু বিমোতা মশক উৎলদ্রে। পেনখিদ্রমাল্লে, মমা মপাবু লমলানবা ওইনা খনখ্রে। মপা নারে হায়রফাও লাইবকথীবীদো ময়ুমদা কুল্লকখিদ্রে।

অদুবু ঙসিদি মাগী থায়নগী নিংঙোল কা অদুদা তাদুনা লৈরি। কোকিল নঙ মরম খঙনীংলমগনি। মনেম হৈ-শিংবীনা মচাগী মরমচৎ লোৎলল্লে। লায়না পক্লবা মচা ওইরল্লে। অদুগুম্বা মচাবু করিগী নুপী থিবীরুবা, মচাদা নত্তনা মীগী মচা ফজবীদো মাঙহনবীরে। শাৎকায়বদা ঙাইরিবী গুলাপ লৈনা তপ্পা তপ্পা চোইবা হৌরক্লে। চহী ফারদুনা মচা নুপা অমা ফংজরে। অদুবু ষষ্ঠী য়ৌদনা মতম্বাক্তগী মুনবীখ্রে অশিবা কৌবা লাইদুনা। অদুনা লোইদ্রি, বিমোতাসু নোংমা নোংমগী ময়াং কংশিল্লকই, কুচু মাঙশিল্লকই, চৎনা চৎনা মী মাল্লকত্রে। অদুনা লোইরব্রা? লোইদ্রি। লুখ্রাবী মচা চন্দ্রকংনাল অদুসু নোংমা ঈ ওদুনা লৈখিদ্রে। শিজখ্রেদনা। নৌনা বিমোতা লুখ্রা ওইহৌরে। মহাক কপ্পা? কপতে। মপুরোইবা শিবদা কপ্লোইদবা নুপীবু কদায়দা লৈবগে। অদুবু বিমোতাদি কপ্তে। তুমিন ফম্মি। করিগুম্বদা মখা চিক্কুনা খাঙঙি। করিগুম্বদা ফমুংদা লোংখ্রাক লোংনা হিপ্লি। অদুবু মহাক কপ্তে। মমা লাক্লবসু কৌদ্রে। মপা লাক্লবসু অদু মঙায়। কপ্লগা হঞ্জখিবা অদুদনি। হোয়, বিমোতানা মপি অর অর তানা মখোল থোক্তনা কপখিবা নুমিৎ অমদি লৈ। মদু তবোপ তবোপপা মচা অদুনা স্বর হোনবা হেক লেপখিবা, মহাক্কী মতম্বাক্তগী নুপা অমনা মচাদুবু হেক লৌখৎতুনা পুখিবা মিৎকুপ্তুদি মহাক কপখি। পেন্না কপখি।

ঙসিদি মহাক কপলিব্রা? মদুসু খঙনীংলমগনি কোকিল নঙনা। মহাক ঙসিসু পি তাদে। মহাক্কী ফিভম্না সুম শোকচিল্লক্লবদা মনেমদুনসু অঙাওবীগুম লৈরক্লবদা

মমা-মপানা নমদুনা লৌথরম্বনি। ডাক্তরগী, মাইবগী কান্নবা লৈরক্ত্রে। মমা-মপাবুসু ইমা-ববা কৌদে। চাকসু অদু মঙায়, চাগে হায়দে, চারোই হায়দে। মমানা মাগী ফমুং মনাক্তা তেবল অমদা থম্মী, লৈকাইগী মচে-মনাওনা থেমদুনা পিজে। হাউই হায়দে, হাওতে হায়দে। মানা ৱা খজিক্তং ঙাঙলিবা হায়রবু মমান্নবী হৌমিন-কামিন্নরকপী অমখক্তা মনাক্তা ফম্লবা মতম অদুদনি। অদুবু কোকিল বিমোতানা মপি থিংবা ঙমখিদবা নুমিৎ অমগসু লৈবি। মদুনা মমান্নবী অদুনা পাউ অমা পুরকপদগীনি। হেক মঙোন্দা তম্লবে। মাগী চান্নবদো পুন্সিগী ময়ুম পাঙ্লগোই, বিমোতাগী থবাযনা পাইখবা নুমিত্তা মাগীসু অরোইবনি হায়রে। তানা তানা বিমোতা মপি শঙ্কনকই, মচিনবান চিক্লকই। তঙাংবী মখজাই অদু পুমচোং চোৎলে। মমান্নবীদনা ... থাংনপী। নুমিং অদো চাক চাও হাযবা যাখিদে। পান্সল যাওনবী মানা চবা ... হে ল্লগা নুংশি লমন শিংদে খনখিবা মাল্লি। নুংশিবগী পিদি ক... নাইখিদে ;

অদুনা কোকিল! নঙনা বশার্গী থন্দ্রবনু ... শিদ্রব ; থবাযনা হংকাংগা কায়নরমদাইগী অকনবা লান শোক্লবিবা নঙগী বিমোতাবু থনবীযু, নু শিবীয়। নিক নিক লাউরবী মাগী থবায়না নঙগী মৈচাক পুনা নখোজেন। তানগা ববম খাঙলমগনি। মাগী চান্নববু নীংশিং নীংশিং মহাক কপ্লম্লোইদ্রা ? দোম তোপক্লোইদা মানা নঙবু। অদুনা হে কোকিল। লাইবকথীবী অদুগী মনা ঙদদি, ঐনা হায়জগি, নহাক খোংবীগনু। ❑

# লোইশিনফম খঙদ্রবা ৱারী

মকপ। বাবী লৈতবা পুন্সি লৈবমগদ্রা? ঐদি থাজদে। দলান মখোন তবেৎ বাংনা শাবিবা মীওইদু ঐনা ভাবনা খল্লি, নুংঙাইজবমগনিদা। অমুকসু ঐনা বাকই লাইনখ্রবা শেগাযখ্রবা যুমদুদা লেহৌবা মীশক্তুনা নোকপা উবগা। ইচুক পৈদুনা ঐন। অমুকসু শোল্লুই – করি নুংঙাইদনবু নোক্লিবা পুন্নমক মনম লৈবম্লে, ওন্ন তৈনবম্লে। মাগী মাগী বারী। লোইনা লেনম নি। ঐ ডসিপা খঙলক্লে দলান মখোন তবেৎ অদুদা লোক্লবা বাবী লেনমদবা যাই। লন খ্রবা ইন্নদুদা লোন্ন বা বাবী লৈবমগনি শোগদনা। মকপ। পন্নমক ঐ ডসিদা খঙলকপনি। ডসিদা ইশাদা পাল্লগা তশে তশেং উবগ্রে লোইনা অমম্না কমত্রা যাওদনা।

গোপাল তুমিন্না চিঠী অনা ইবি মাগী মকপ নু শিবী অমা লে, আ ত্রিপুরাদা। নমিংনা শোভা বীই। মচা লৈজদে। মাগী নুপীগা ওঙ্খোক্না চীক্না নুংঙাইনা পাল্লি। চই খুদিংগী কনানো অমনা চৎলগা লাক্লগা পুন্না চাখিন-থকমিন্নবা, উনবা মখোয অনীগী বাশক্লখ্রবা বাফম অমগুম লাক্লি। অদবু চহী অমা অনী অসিদি চৎনবা লাক্লবা ঙম্মদ্রে সোভাসু লাকখিদ্রে উনবক্তবা মতম অসিদদি মখোয অনীগী থম্মোয অনীবু শমজিনলিবা মরীদি ফোন নৎত্রগা চিঠীনি। ফোন্না পেল্লক্তে। ফোন হাযবসিদি অথু-অকাযগীনি। থম্মোযগী বা লাইনা হাযনবসু যাব নত্তে। ঈবোন্নু দা লপখ্রবা থৌদু-নুংগুম লৈবিবা থম্মোযগী অরোন অগুপ কযাদি চিঠীনা ফাঙদোকপা তাবকই। অদুনা গোপালসু চিঠী অসিমত মাগী মকপ সোভাগী মফমদা ইবি মাযথোঙ লাংশিন্না। খুনা যোহন্নীংবগী পবিক্ষাগী পুং থাখ্রগনি হাযনা ইবগুম ইবি মাযখোঙ লাংশিন্না। লেপ্পে, বা মচেৎ অমফাও ঙাঙদনা ইবি।

মকপ। অসুক কুইবসি নঙগী অবাবা নুংঙাইতবা বাফম কযা তাদুনা লাক্লি। ঙসিদি ঐনা অমুক ইবি। নহাক্না নচা অমতং লৈজদবগী পুমহাঙ হাঙলবা নঙগী থম্মোয অতিযাদুগী মচু মমেল থাদুনা ইবকখি। নঙনা মদুগীদমক চিন্তা পুবগী, লাইথোং চাম্ম খুকম্লুবগী, ডাক্তব কযা তান্নক্লবগী বাবী মথঙ মথঙ। অমুকসু নঙনা ইবকখি, ঐনা নুংঙাইবমগদবা, ইচাগী ইমৌগী, ইশুগী, শুবে নঙনা পম্লক্তবা অমতবু যাওদ্রে। ঐ

তৌফম খঙখিদে, অচুম্বা বা অমা হায়রকপগুম ঐনা নঙোন্দা পাউখুম লয়থোক্কুনা খুমখি। ঐগী ৱাদি নাথৈদুনা থন্নগা নঙদুম থেমজিনখি— মরূপ! ঈশ্বরগী লিলা ঙাক্তনি, নঙ খাঙবা তম্মু, সংসার অসিদা মচা লৈতবা কয়া নুংঙাইনা লেন্নরি। মরূপ নঙবু করিগীনো অদুক থম্মোয় হুম্ছরিবা হায়না শেমজিন-শাজিন্দুনা পাউখুম হনখি কয়ারক। অমুক্তি মরূপ ঐ তৌফম খঙখিদে নঙনা থম্মোয় শোক্লা নচা অমতং উবগী আশা উরক্রবদা ইরকপা চিঠীদু পাবদা। অদুনা ঐনা চিঠীদুগী পাউখুম পীবা ঙমখিদে, ইখিদে। মরূপ। মদুগী অনুতাপ ঙসিদা ফাওরকই। ইশাদা মৈশা ফাওরক্লবা মতম অসিদা ঐনা ঙসি কুইরবা চিঠী অদুগী পাউখুম ওই, পাউমেন ওই ইরি চিঠী অসিমতং।

গোপাল ইবা লেপ্তে। লোইবসু নাইদে। মাগী চিঠী। অফাবা পারা পরিক্ষাদা পন্দনা ইবগুম্মী। সোভাবু হৌজিকমক পাহন্নীংবগী খুৎইনি।

মরূপ! ঐগী ইচা লৈ। অমতা নত্তে অনীনি। নুপা ঙাক্তনি। নঙনা ঐবু কল্লক্লা ইবকখি। ইচাগী, ইমৌগী ইশুগী সেবাদা ঐনা নুংঙাইনা লেল্লমগদবা কয়া। ঐ নুংঙাইফম থোকই। অদুবু মরূপ নঙনা খঙদবা, মচা লৈবদনা খঙগদবা ৱাফম অমদি লৈ। পুক্সি হায়বসিদি থাজদবসু থোকই। নঙনা খঙলিবদু মঙাই ঐনা ইচাশিংগীদমক কয়াদা ৱাজখিবা। লাপথ্রবা নঙোন্দগী ফাওবা পৈশা পুখিবনি ঐ। শিংবফাও কুইদ্রি। মতাংদুদা নঙনা শাউখি, করিগী শিংলক্লিবনো হায়দুনা। ঐগী ইচাদি নঙগীসু নচানি হায়বা ৱাহৈ পল্লকপদা ঐনা কয়াদা নুংঙাইজখিবা। নঙগু ম্বা মরূপ অমা ফংজবা ঐ শিরবসু য়ারে খনখি। ঐনা খনখি নঙনা পল্লম্বা ইচা অতোনবসি নঙদুম য়োকহল্লসিবা হায়না। নঙনা হেক লাকপা খুদিংগী হায়রম্বনি অতোনবসি নহাক য়োক্লগে হায়না। অদুবু ঐনা ইচাবু করম্না মীবু য়োকহনগদগে খন্না থৈয়াইননা খুমখিবনি। মরূপ, ঙসিদি ঐনা চুমলে। নহাকসু ঐগুম শোয়দনা মৈচাক ফাওরমগনি। নঙবু ঐনা মৈচাক ফংহনহৌদবা অসি ঐ মরূপ অমগী মফমদা দোষ লঙজহৌদ্রবনি।

গোপালগা সোভাগা ডি এম কলেজদা খঙনখিবনি। সোভাসু মাগী মরী মতাগীদা লৈরগা ইম্ফালদা কলেজ তম্বা লাকখিবনি। বি এ ফাওবা তম্মীন্নরগা মখোয় অনীমক শান্তিনিকেতন্দা সবজেক্ট চপ মান্নলা লৌদুনা এম এ লোইশিনমিন্নখিবনি। পরিক্ষা লোইবা নুমিৎ অদুদি হয়েংদি কায়নরনি খনবদা অহীং অদুমা মিৎ কক্লা অমফাও তুম্নখিদবনি। মাগী মাগী ফুরিৎ অমমম ওহ্রোক্লরগা ফুটবোল মেটচ অমদা লম লমগী শান্নরোইনা কাউনদনবা ফুরিৎ ওন্নবগুম কাদুদা কোন্নখি নুংশিনা। নোং ঙাল্লগসু মাগী

মাগী ময়ুম চৎনবা হোস্টেলদগী থোক্লককপদা, মতমদুগী দম দম এয়ারপোর্ট ফাওবা পুন্না লাকমিন্নখিবদু মখোয় অনীগী পুন্সিগী অরোইবা খোঙচৎকা চপ মান্নখিবনি। ইতুক হেক তুকথনখি। ৱা-লান ইঙাঙ ঙাঙনখিদে। টেক্সি মনুংদা নাকল নাকলদা লৈরিবা ফজবা লমশিং অদু য়েংদুনা মাগী মাগী ৱাখলদা তাউথখি কায়নরমদাই মিৎকুপ ঙাইনা ঙাইনা। মরক মরক মাগী মাগী ঘড়ীদা মতম য়েংবদু মঙাই।

ইম্ফালগী ফ্লাইটনা হান্না পাইখৎপা তারবদা গোপালনা সোভাবু অমুক্তং চেৎনা কোন্নরম্নগা সেক্যুরিতিগী চেক্কীদমক চঙখিবদু বলিগী হামেংনা চঙবগা চপ মান্নখি। সোভা নোক্তে, মখূৎ হায়দে, গোপালবু চাগদবগুম য়েংলগা হায়নীংঙাই ৱাহৈ লোয়না ঙরাংদগী হায়নখ্রবগুম উয়ুংগুম চপ য়ুংদুনা লৈহৌবনি। মিৎলুদদি পি ইরা হেক চেন্নরদুনা।

অদুগী মতুংদি মাগী মাগী পুন্সিগী লানফমদা হিংনবা হোৎনবনা ওইখি। সোভানা হান্না থবক ফংলে হায়বগী চিঠী ইরকখি। সবকারগী কলেজ অমদা লেকচরর ওইনা চঙবগী পাউ পীরকপনি। ইকুই কুইদনা গোপালসু মাগী ক্লাসকা চানদ্রবসু অফিসতা থবক অমা ফংদুনা মায় পাক্লা মরূপকী চিঠী পাউখুম পীবা ঙমখি। অদুগী মতুংদি মতম খরা তুমিন্না লৈরুরে। অদুবু মাগী মাগী লুহোংবদি চত্তুনা লাক্তুনা অদুম য়াওনখি। ফনা কুইনা তুমিন লৈনরুরবা মতুং নোংমদি সোভানা মাগী নুপীগা লোয়ননা ফোং ফাওরকখি গোপালগী শুমাংদা। মদুদা হরাউনখিবা. মদুদা লাঙখিবা মরূপ অনীগী মতৌদা অউবা মীফাও পেন্নখি।

গোপাল চিঠী মখা ইরি। ঙসিমক থাব নংনবা ইবা মাল্লি। মহাক্কী কলম লেপ্লা কৌবা লৈতে।

মরূপ ! ঙসিদি নঙগী ৱারীগা ঐগী ৱারীগা খল অমদা থাঙ্গৎপদা করি অমত্তা হেন্নররোই। নঙনা নচা অমতং লৈতবগী মৈচাক। ঐনা ইচানা ঐবু মীরাইরকপগী, ব্যবহার ৱাৎলকপগী, ঐগী মায়োক্তা লেপ্লকপগী মৈচাক। মৈচাক অনী অসিনা পুনসিনবদা সংসার অসিদি মিৎকুপ্তা উৎ ওন্দুনা চাকখিগদবা মাল্লক্রে। মরূপ নঙর্নদি খঙলরোই, মচা লৈবা মপা অমনা খ্বাইদগী থম্মোয় কাযবা মিৎকুপসি মচাদুনা মপাদুবু মীরাইরকপা, ৱা লৌবীরক্তবা, মাগী নুপীনা মপাদগী হেন্না লুনা নীংলকপা, মচানা মমৌগী ওইখিবা মিৎকুপ অদুনি। ঐদি অদুম্না লৈগদবগী শরুক ইচা পোক্তনা চহী য়ুগ অমা লেনবনা পাল্লক্রে। ঐগী তাঞ্জবা চহী কুম্থাগী শেল পুম্বা মখোয় ফরগা

লোইরে খন্না পাম্মুবা লৈতনা হেথখ্রবনি। অদুবু মৱপ ঙসিদি লোইনা কাউখ্রে। ইনহৌদে মতাঙম, নচা শেশ্নবু কবিগী লমন হাযবগী মতাংগুম লোইনা কাউখ্রে। মৱপ নঙনা লান্না লৌবা যাইকো। ঐ কবিশু ফওবা হাযকদেকো। মৱপ ঐ মখোযদা পৈশা নিকদেকো। মখোযদা র্মাসমা চানীংঙি আসমা শেৎনী ড্রি পল্লুদেকো। ঐ মখোযগী মথমদা কাবৎ অবাবা বা নল্লুদেকো। ঐগী হাযবব্ ঐবু লুনা তৌবীবা ঐগী বা তাবীবা ইপানা কবি হাযশিদৌগে খনবীবা অদুদনিকো পঙ্গকবা। অদুবু মৱপ ওন্না ভৈনবা চাও। তেবল্লবগী বানা অদুফাও হবা ফাবকো মৱপ। ঐঙোন্দা মীনম্বা ঙন্নক্রবগী বার্সুনি। মাসনি ঐনা কপ্লিবা র্মাসনি ঐ থৌবি যান্দুনা শিনিংলক্লিব। অদুবু মৱপ ঐ বা মমত্তা চাঙজদ্রেকো। ইপা ইচা খৎনবা পামজদদুনা ঐ ইতোমতা মেচাক খাঙজবেকো।

অদগা মৱপ। মীগী মচা ইমৌদু ঐ হুনজবোইক এ ইমৌ ফত্তে হাযবা অসিমত্তংদি নঙনা হাংলবসু ঐ হাযজবল্লোইবো। অশ্বনদি। লোইনা ভৈব বমংনি ঈশ্বরবু লাযবি লেকাইনদি অদুম খঙবীগনি। ঐ মীগী মচা য ৎ হংযত্ন নহ। এনা শাটনি লিবদি ঐগা। পাকচবা ইচাশিংগা অযোকপা ইচা ওল্লা পা অসিন অহ- অদু ইশু ফংলেদনা। নঙনা লাকপদা পিন্না শল শাদুনা চৎথৌবদো। ই ন গ স্কুল কাবে। কযাদি নুংশিবে। নুপী তৌজবনসু ঐদি নাং থবাযম ন্না চেক চা থোক্লক্লংগা লেপ্পবগা মান্নবে। ইশুনা কপ্পদা ঐসু কপ্লি ইশুন নাবপদ এসু নাক্লি। ইশুনা হচাদগী হেল্লি হাযবদু অহলশি না হাযবদ ফাগী মাল্লংঙ্গী। মদনু ঙসিদ ঐসু খঙলে মৱপ নহালমখে ঐ নঙোন্দা পন্দবনি। নচা লৈজদব নঙোন্দা নদু ৎ পা ফনেম্নবা মানশিদ্রা খন্দুনা। অদুবু ঙসিদি ঐ ঐগী থম্মোযদা েবা বা মৎ অখাকপ্ থম্মা দ্র। অদুগা নচা-নশু লৈতবা নঙোন্দা ঐনা ইশু কযাম নুংশিবগে হাযবদগী বাৰী লীদুনা মৈচাক অমুকসু হাপ্লবোই। গৈনা বাহৈ খবদংদি হাযনাংঙি ঐনা হসি। লান থোক্কবা শাদুনা পাঙদবা শাদুনা তুমিন্না লৌবিবসে হশুগীদমক্লি। মমা মপাদা থীনা চৈবক্সু ইশুদ মমাগ যেংবা নুংঙাইতে। মমা মপাগী মতুংদা চাঙলবসু মানা হান্না মমায তোঙঙিদো অদুনা মৱপ ঐ ইশুগী মমাঙদা মমা মপা অমুক চৈদ্রে। ঙসি ঙবাং ঐঙোন্দা ফাওবক্লিবা বাখল অসে ইশুগী যেংনা ঐ ইমুংদা ইবাং থৌজদ্রে। পিক্লিবা ইশুগী মকোক্তা নুংঙাইতবা অমতসু মমি তাহন্নীংদ্রে। অদুবু কবিগীনো খঙদে, নুংঙিগী ইশু-ইপু চাক চামিন্নদুনতা লৈবম্বদু থাইদোকপীখ্রে। মশানা পান্না তৌখিবদি নত্তে। ইশু ইপু চাক মুন্ন-মুন্ন চামিন্নবদু ফংদ্রে মৱপ। মানা মহী তপ তানা তোৎশিল্লগা চাব ঙল্লকত্রগা মিবক নাবক যেংলগা ঐঙোন্দা হাপচিল্লকপদো অমুক ফংলবোই। মৱপ ইবুক ফত্তবা হাযদুবা খঙদে। ইশুবু

খবা খবা লাপথোকহর্নাখিবা মাল্লি। তোঙান চাবদা লায়না থোক্লবা তৌখিবা মাল্লি। মৰুপ ঐগী ৱাখল্লা লানবা ওইজগেকো। হেক তোঙান ঢাখিবদা ইশুসি ঐনা কৌবদা পাক খুল্লক্লবোইকো। ঐনা চাক ঢাসি লাউ হাযরসু পুপু চাবে হাযবক্লনিদো। ঐনা তোঙান চাবো হায়মন্দবনবা খঙদ্রে জাৎ জাৎ তৌখংলক্লে। ঐনা পাল্লোইদবা থবক ঙাক্তা চৎখবক্লে। মৰূপ, অদুবু ইশুগী যেংনা ঐ ৱা অমত্তা ঙাঙবা ঙমজদ্রে। নঙোন্দা পুক্নিগী থেক্লেম্রোইদবা ৱাযম অমসু হাযগেকো। মাঙ্গোল পুক্লগা কবল্লা তোঙান চানগনি। মাঙ্গোলসিদা ঐনা পামদবা ঙাকো চৎখবক্লগাসু ঐনা ঙাঙবা ঙল্লোইদৌবিবনি। ঐনা চৈবা ঙল্লোইদৌবির্বনি। ঐগী অধিকার লেপ্রবগুম খল্লক্কাদৌবিবনি। অদুনা মৰূপ ঐ হায়দ্রিকো তোঙান চাবো হাযদুনা। পূম্নমকসে ঐনা পুক ফগুদুনা পঙখন খনবা ওইজগেকো মৰূপ।

গোপাল লকক তৌই। মানা ইবিবদ মাগী মৰূপকী মফমদা ইফম থোক্তবা ৱা যাওখ্রবগুম অমুক হল্লা পাই। কলমদু পাক্লা মখা ইথবা ঙমদ্রে। মাগী ইমুংগী অমোৎপা লোইনা হেক হাযদোক্লদু ইকাইখবকপগুম তৌই। ঙহাক লেপ্লী। অদুবু মাগী থম্মোযদা চাক্লিবা মে অদু মানা হাযদোক্লগা, ইথোক্লগা খবা খিৎ হিংথবগুমদি ফাওই। অদুনা লোইথোক্লগে মতাগুম ওপ্পা অমুক ইবা হৌবক্লে। অদুবু খোঙজেলদি মান্নদ্রে।

মৰূপ ঐনা হাযদোখিবদুনি। ঐ ইমৌ ফগে হাযর্বসিদি নঙোন্দা ইববোই। মীগী মচাসিনা ঐখোযগী সেবা তৌরর্বনি হাযদুনা শাগে হোংলক্লবী মাবু ঐনা কবম চৈকনি। মানা খবা অদুম কৌজবা ঐসু যাই। খন্দোকই ইমৌসু ইচানি। অদুগা মৰুপ ববা কৌবগা মানা মপাগুম লুনা লৌজদবা মপা-মমাদা তৌবা সেবাগুম তৌবীদ্রিংসিদি মাগী মাগী মশনকনি। বনা কৌবিদনা। ফিশেং শেৎলাগা থোংগেবা, ফিমাং শেৎলগা থোংগেবা মানা পীজবা ঐ অদুম চাপ। ঐসু ধাই মতম ওল্লকপননি। কুইদ্রিকো মৰূপ চাকখুমদা ফি অশেংবা যানফম শল্লবম্মদো। ঙাসিদি মাগী মাগী ৱাদা থল্লগ্রে মৰূপ। ঙসি ফাওবা ঐগী ফি অমতং হবাওনা শূদ্রি। কবিশু কাযদে, ঐনা শূবসু। শূশিৎপা নত্তে। মৰূপ ঐ ইমৌগী মবমদদি ফগে শুকহায হাযজবোইকো।

অদুবু মৰূপ ঐনা খাঙবা ঙমদ্রিব্রসিদি ইচানা ঐবু উশিৎলক্তবা অসিনি। ঐগী থম্মোয কাযবা থবক তৌবক্লবসিনি। ঐ মখোযদগী পৈশা পামদেকো। ঐ মখোযনা ঙা পীজবদু নত্তেকো ঙাইর্রবা। ঐবু মখোযনা লুনা খনবীবা অদুনি, ইপানা কবি হাযখিদগে খনবীবা মওংদুনি নোংগৌবীনা নোং ঙাইবগুম হেক ঙাইজবিবা। মৰূপ। মসিবু মপা

অমনা মচা অমদগী আশা তৌরুবদা থা লাম্বমুক লাপ্লগদ্রা ? নৎত্রগা ঐনা ঐগী চহী ৩০ গী হুমাংমল মখোয়দা থাদখিবা অদুনা মমল কোন্নদ্রবা হায়বদুরা ? খঙদ্রে মরুপ ! ঐ শিনিংঙেকো হন্দক্তি। ঐনা ঙসি হায়রিবশিংসে নঙ লান্না লৌনুকো। শাউনীংবা মিৎকুপ্তা হু হেক চাদুনা ঐ শিদোকখ্রবদি নঙনা ঐবু ৱারৌতৌরনি খন্না শেংদোকপনিকো। ঐনা ঙসি নঙোন্দা থম্মোয শেংনা ৱাফম অমতংদি হংজরি -- "নঙবু নচা নমিত্তা উদবগীদমক কপখিবা য়াওব্রা ? ঐ যাওরর্মনি থাজদে।" অদুবু মরূপ ঐদি, পি তাখিবা খঙহৌদে। কবিসু নত্তবদা পিনা মিৎ অনীসি পিক হেক থল্লকই। ঐনা থাজে — পিদি কৈদৌনুংদা মরম লৈতনা তারক্তে। মরম লৈকো মরূপ। হাযফম খঙদবা, তৌফম খঙদবা মরম লৈ।

গোপাল অমুক লকক তৌই। কবি ইখিসিগে খনবসু মাল্লি। নৎত্রগা ইকবা পুম্বদু অমুক লোইনা শেগায়বগা ইমোসন যাওদনা পাউ খবদমক তম্লসিরা খনবস মাল্লি। অদুবু মাগী মরূপ্পা হাযবম্বা ৱা অমা খংনীং নীংশি লক্কুনা মখা অমুক ইথবে।

মরূপ ! নঙনা হাযবা ওম্থোক্লা চুম্মীকো। ঐগী নুপী লৈখিদ্রবদা ঐনা নুপী অমমুক থিসিরা হৌদোক্লুবদা নঙনা ঐবু খুরুমদে খাক্লা থিদনবা থেল্লম্বদো ঐ হৌজিক্তা লাইৱা অমগুম লৌরেকো। ঐনা থিবম্বা থোক্লো, অতোনবীগী মচা খবসু পোক্লক্লমগনি। মদুদা ঐনা ৱাগদবদো। ঐগী অনী অসিখক্লা মৈচাক অসুক য়াম্না পুরবদা চাবোন্নবগী মৈচাক অমুক হাপচিল্লম্লবদি ঐ নহাললনা অচেনবা গাড়ী মমাঙদা চোংশিন্দুনা শিরম্লগনি। মরূপ ! অহলশিংনা হায়নবা তুরোন্নবা লাই, চাবোন্নবা লুই হাযবদো ঙসিদা কন্না থাজরক্লেকো। মরুপ ! ঐ দশা অমা তারমগদবদগী মরুপ্পা কনবীরম্লবনি।

অদুগা নঙনা ইচা অতোনবদুগী বা ইপন পন্দে হাযনা সুম পাথরকপদা ৱারৌরনি। অদুনা ঐ পন্নিংদা পন্নিংদা পল্লগে। নঙনা মসিমদি মশকনে, মতৌনে ঐ য়োকচরগে হায়রম্বদো ঐনা ইচাবু করাইনো হায়না খাঙহৌবদো মীনসু ফৈ ফৈ অদুম হায়নবী। অদুবু মরূপ ফৈন্না চৎখ্রে। লুহোংবদগী নুপী ময়ূম্না অদুম লৌখ্রে। ঐবুনা থায়না মরী অমকা লৈনখিবা, উবদা কৌবদি অদুম মকৌবা মীশক অমগুম থম্বীরম্লে। মমাখক্তা লৈবা মপামদুদা মমা নাই হায়দুনা হংবা মখোয় অনী চৎখিবদগী সে মাই হায়রক্তনা অদুম লৈখ্রে। তঙাই ফদবনি হায়দুনা নোংমা নোংমগী উচি চাকহোন্দা অদুক য়াম্বা অউনপোৎতু কাংথোন অনীসিদা ঙাইশিল্লক্লে। মখোয়গী কাসি ঐনা শঙলি। জুৱারদা শেল মাঙবা য়াব মাঙলবদা দাউনি লুপা ১০ দুদং য়োংনা চু পায়বগুম পায়দুনা

হল্লকপগুম ঐ লৈরি। ফোন ফাওবা নীংথিনা তৌবীরক্লে। হায়রুরগা লাইন য়াদে হায়। খঙদে, ঐনা মরক মবক্তা তৌবদি লাইন অমুক্তা বেরা তৌদে। মসিসু ঐনা পুক ফত্তদুনা পঙখন খনবা ওইজগেকো মরূপ।

মরূপ! চিঠী অসি শাংমনখ্রমাল্লে। লোইশিল্লগে। অদুবু লোইশিনফম খঙদ্রিবা অসিনি। ইবা হৌরুবনবা খঙদে ইদুনত্তা লৈনীংলে। খরগা ইখিগে মরুপ। ঐ থুনা নঙগী নাক্তা লাকপা য়াই। মতমকা লেপ্পদি নথত্রি। নঙগী ননাক্তা য়াম্না চৎনীংলকই ঐ। মতমদুদা ঐবু অচীকপা কা অমদা নুংঙাইনা থম্বীয়ুকো। ঐ চিক্লা অমুক্তা লৈজগে। নঙগী নুপী ইচলদুনা হৱাউনা চা অমতং পিথকপদো খোয়দানা থক্লগা নোবেল পাদুনা লৈজগেকো। য়ুম কাউবা ঙম্রা অমুক্তা য়েংজগে। মীনুংশি য়াওদবা চা, শঙ্গোম থক্লদবগী শরুক, হরাউ হরাউ পীজদবা চাক চাদুনা সুম লৈগদবগী শরুক নঙনা হরাউনা পীজবা তল মচেৎ অমখক্তা ওইরবসু পীজবদো চাবগে মরূপ।

গোপাল অমুক চপ লেপ্পী। পরেং অনী অসি মমৌ চৈবা মানবা ৱা য়াওরি। অদুনা থবৎ লাউনা ককখিবা খঙহৌদে। অদুদগীদি কক্লবসু মাগী মরূপ সোভানা পাব ঙমদনবা তৌনিংলক্লে। অদুনা অরোইবগী পরেং অনী অদু মুক্লা শুরু, শুরু নৈদুনা মুথৎলক্লে মথৌ অমগুম্না। অদুগা খল্লি, চিঠীসি ওহ্লোক্লা ফজদনা লোইশিনগদৌরেদা। অদুনা মহাক্লা ৱাহৈ পবেং খরগা ইথরে।

মরূপ। ঐ ঙসিগী সংসার অসিগীদমক য়াম্না ৱায়। মপাগা মচাগা লৈনবা নুংশি মরীনা সুম কোমথরক, ইমুং খুদিং অশুম্বা মৈরীনা সুম ৱায়শিল্লক নোংমদি থম্মোয়গী নুংশি মরী হায়বদু পুম্মাং মাঙখিবা য়ারি। মতমদুদা কৰি থোক্কনি। থম্মোয় হায়বা য়াম্না থোৎপা, ওহ্লোক্লা কায়গনখ্রবা পোৎশক অমা ঐখোয়দা ঈশ্বরনা হাপচিনবীরকপা অসি ঐদি ঐখোয়বু চাংয়েং তৌরিবনি হায়না লৌই। মরূপ! ঐনা ইদোম ঐগী থম্মোয়বু থেমজিঞ্জে — "হে থম্মোয়! নঙ কপকনু। নঙদদি ঐবু পুদুনা চৎলু। ঐগী লেমহৌরিবা পুন্সি মতেক অসিদদি হিংবা ঙমহল্লু। পুম্নমক মাঙখ্রসু নঙ-ঐদি ৱারে ৱামিন্নসি, নুংঙাইরে নুংঙাইমিন্নসি।" মরূপ! হায়নৈ, অচুম্বগী মচুদি অঙৌবনি। শান্তিগী মচুনা অশংবনি। মরুপ ঐ খঙনীংঙি মীনুংশিগী মচু অসিবু কৰিনো? মদুদং খঙলবদি ঐনা য়েক্লমগনি মচু অমতগী সংসার।

গোপাল চিঠী লোইরগে খল্লমাল্লে। মখা শাংথদ্রে। লোইশিল্লকপগী ৱাহৈ খরা হাপ্লগা অদুম ইবা লেপ্লে। অদুগা অমুক্তং চাউরাক্লা পাথরকই। মুন্না পারুরগা ঙহাক

তুমিন্না লৈ। কবি খল্লুরবনো খঙদ্রে চিঠী অদু শাংনা শাংনা শিংকুপ শানা শেগায়রক্লে। অদুগা মাগী মাঙদা লাইবিক্তা য়েপ্তুনা লৈবিবা পোষ্ট কার্ড অমখক্তু শংলগা মাগী মব্দপ নুংশিবী সোভাগী লৈফম মফম চানা ফজনা ইথবক্লে —

শ্রীলাইশ্রম সোভা সিংহ,
ধলেশ্বর সাউথ,
পি ও আগরতলা কলেজ
ত্রিপুরা ৭৯৯ ০০৪।

অদুগা মখাদনা মাগী লৈফম ফজনা ইদি

চনম্বম গোপাল সিংহ
খাগেমপল্লি পন্থক
ইম্ফাল ৭৯৫ ০০১
মণিপুর।

অদুগা পোষ্ট কাড অদু সুম পাযদুনা বাবেপ অমা লৌবগী মওংদা লৈবম্বদগী মথক মখা ওচ্থোক্লগা তপ্না মখাগী রাহে খরা অসিদমক ইথনক্লে।

মব্দপ।

উনদবা কুইরে। ঐ লাক্লিবা তাং ২৭ অসিদা শোন্দনা ননাক্তা লাক্কে খল্লে। টিকেটমক্তি কত্রি। লাক্লদি ফ্লাইটতা লাক্কে। বাবী বাং ইি পূস্না ঐনা লাক্লগা শান্নবসি। অকায অতোই লৈত্রবদি ঐ খবা কূইনা লৈগে খল্লি। নহাক অমদি ইচলসু অনা-অযেক থোইনা যাওবল্লোই খল্লি। ফোন ওইনা তৌবকপসু যাবনি। অদুবু নঙগী সিম কার্ড হোংখ্রমাল্লে হান্নগী নম্বর অসিদি ফংনদ্রে। অদুনা পোষ্ট কার্ড অসিগী মতেং লৌখ্রবনি।

ইম্ফাল — নহাক্কী মব্দপ
তাং ১৪/১১/২০০৭ ইং — চনম্বম গোপাল

গোপাল চিঠী ইবা লোইরে। অদুগা মাগী পোষ্ট কার্ড অদু মানা চৎপদা থাদবন্নবা মাগী বেগ অদুগী মচী অমদা মফম চানা হাপচিনখ্রে। ❑

# জগোয়শাবী

টুলিহল এয়ারপোর্টতগী প্লেন্দু দিল্লীগীদমক পাইগদৌরে। থুংলরিবা মীয়ামগী পোৎ-চৈ লৌথোকপা লোইরদুনা অনৌবা পেসেঞ্জরশিংগী পোৎ-চৈ হাপচিনবা লোইখ্রে। সোমদসু চৎকদবা পেসেঞ্জরশিং সেক্যুরিটি চেক লোইখ্রে। মাগী মগী মখুৎনা পায়রগা চঙগদবা হেন্দ বেগেজ পাযখৎনদুনা লৈখ্রে। ঙসিদি মন্ত্রী য়াওনা মণিপুরগী জগোয় টিম অমসু চৎপা য়াওগদৌরি। অদুনা এয়ারপোর্ট অদু মহৌশাদগী ঙসিনা খবা হেন্না লাঙঙি। নাক্লে, লৃ-নানবা মীবমওম তৌরে। লাউথোক-খোৎতোকপা অদুম তৌই। হেক অরিং-অবাং তাবিবা হায়বব্রু অসুক ফজনা লৈববা এরোড্রোম অসিদা লোর্ড এনাউন্সর অমতংনা হিন্দী নৎএগা ইংলিসগা লাউথোকপা লোইরগা মৈতৈলোন্না পরেং অমা অনীদং লাউখোক্তবা অসি মঙাযরে। মদুদংদি ইথৌনা ওইনা শাউনীংঙি। মী পুম্নমক অদুম পেল্লিমাল্লে, কপ্লেন্ট অমতা তৌই হায়বা তাদে।

প্লেন্দু রন রে পরীংদা অবাং ওন্দুনা তপ্না তপ্না চৎখ্রে। অদুগা মমায় লৈরক্লগা লৈজর্বা থাদুনা খাগী খম থেংনীংচিৎ চেল্লম্লগা ৱাংনা পাইখৎখ্রে। মীনিট অমগী মনুংদা লৈচিন মরক অদুম য়ৌখ্রে।

মণিপুরগী জগোয় টিম অদুদা মোইরাংগী রেবিকাসু য়াওরি। খা-মায়কৈদা নক্তনা মণিপুর মনুংদদি রেবিকা মমিং লৈরে। খোইদোক্লা মাগী মশক তাক্লুদ্রবসু য়ারে। মানা শাব জগোয় উরুবা মীনা মাবু য়ারোইদবা লৈতে। মাদি ক্লাসিকেল ডান্স অয়াম্বা শাব হৈ। ফোল্ক ডান্সনা হেন্না য়েংবা নুংঙাই। মাইবী জগোয়, থোইবী জগোয়, লৈমা জগোয়, নাগা ডান্স লোইনা হেক হৈ। তৌথোক্লকপা খুদিংগীসু পকচৈ। মশক্লে, মতৌনে, চুং-ফিরাল চানা ফাওগৎলক্লিবা জগোয়শাবীনি। মাগী হেন্না মরু ওইরিবনা ইংলিস ফজনা ঙাঙদুনা মীরমগী নৎত্রগা মৈতৈলোন থোক্তবা ইংলিসমেনশিংবু ফজনা ভাব তাহনবা ঙম্বা অসিমসুনি।

হন্দক্কি খোঙচৎ অসি য়াম্নমক মরু ওই। ভারত পুম্বগী ওইনা ক্লাসিকেল এণ্ড ফোল্ক ডান্স ফাংনবা থৌরম য়াওবা চৎলিবনি। মণিপুরগী মখোয় তরা চৎলি, যন্ত্র

পায়বা থারগা। সোলো ডান্সকীদি রেবিকানে, ৱাংখৈগী চন্দ্রাণী অদুগা থৌবালগী মনোরমা মখোয় অহুমদনি। রেবিকা নত্তনা মখোয় অতৈদি মণিপুর ডান্স একাদেমীগী জগোয়শাবী ঙাক্তনি। রেবিকা মতোমতনি মোইরাংগী মমিং লৈরবা "ইবুধৌ থাংজিং আর্ট সেন্তর" গী ওইনা লৌখৎলিবা।

প্লেন্দু লাইমতোন চীংজাও লাল্লক্লে। পেসেঞ্জর পুম্নমক বেল্ট থাদোক্লরগা থোঙনাউদা লৈখাগী দৃশ্য য়েংবা হৌনরক্লে। হোস্টেজশিং অদুসু মীয়ামগী সেবাদা মথৌ চিল্লে। কনানা ঈশিং, কনানা খবর, অমতা হেক মান্নদে, দিমান্দ। ভি আই পি সিটশিংদা মন্ত্রী অমদি আর্টিস্ট খরা ফল্লি। মন্ত্রিগা রেবিকাগা তান চারুদুনা থংননা ফল্লি। বেবিকা ৱাখল অমদা তুমিন্না লৈকব্রগুম তৌই। মদু উবদা মন্ত্রীনা ৱাফম অমা ওইনা হায়রকই —

— ইবেম্মা বেবিকা। কৈদৌরে তুমিন্না লৈরদি। নশা ঙমদবরা?

— সার। কবিশু তৌজদে।

রেবিকা মমায় ওনশিল্লকই। নোকফেৎ তৌবা মায়থোঙনা মন্ত্রীদা ব্যবহার উৎলি। মাগী হৌনবীনি। ফম্বাক্তদা নত্তে, মতম পুম্বদা মী খোনবা ৱাঙাং-শাঙাং অমদি মতৌ উৎপা রেবিকাগী পামজবীনি। মদুদা মন্ত্রী হরাউজে। মখা তানা ৱারী শারকই —

— অদুদি করিগী তুমিন লৈরিবা?

— সার সুম ৱাখল অমা তৌজবনি। হন্দক্কী শো অসি ফজহন্নীংবগী।

— গুদ, মদুনি ঐনা ৱারী শানিংলিবসু। মণিপুর চোপহনবা য়াব নত্তে।

— ঙল্লিমখৈ হোৎনজগনি সার! ঈশ্বরনা তম্বনি। ইবুধৌ থাংজিংনা চানবীবা ওইসনু।

— শোয়দনা ফগনি খল্লি। নঙগী শো ঐ কয়ারক উখ্রে। ঐ পেল্লি, স্টেজদা থোক্লবদি নহাকসি লাই মচাগুম্মীনে।

— সার, অদুম্না তাকপীগনু। ঐগী করিসু হেন্দোকপা গুণ লৈজদে। থৱায় য়াওজবগী ৱাদনি।

— হোৎনৌ রেবিকা, নঙগীদমক ঐ লৈরি।

মন্ত্রীগী ৱাঙাং কোচি য়াওরকই। ৱারীদু মখা ঙহাক লেপ্নে। হোস্টেজশিংনা অচা-অথক য়েল্লকই। মাঙগী সীটকী মনঙ্গলদা নপ্লিবা স্টেন্দ চিংথনৈ। অদুগা অচা-

অথক থৈন্নে। রেবিকানা মন্ত্রীগীসু চিংথদুনা শেম্বী। মদুদা মন্ত্রী হরাওই। চা থক্লা থক্লা রেবিকা মন্ত্রীদা ব্রা অমতং হায়হৌগে খল্লি। হায়বকই —-

— সার! ব্রাফম অমতা।

— য়েস, হায়য়ুনে, করি তান্নসিগে।

— সার, অতৈ নচ্চদে। ঐখোয়গী থাংজিং আর্ট সেন্টবগী চহীগী গ্রান্ট অসি ওহ্নোক্লা পিকখ্রে। ডান্স একাদেমিগুম পীবীয়ু হাযবদি নচ্চদে; চহীদা লুপা লিশীং কুন্নখক পীবসি লিশীং যাঙ্খেদং য়ৌহনবীরবদি নুংঙাইজগনি।

— যেংগে। ঐসু অমুক্তং লাক্কে। অদুগা করি তৌবা য়াব খন্নসি। নঙদা ফৌ। নঙনা পুখৎলিবা সেন্টববু ঐনা কর্রিগী মীবাইফম থোকপগে।

মন্ত্রীদু বাঙাং খুদিং কোটি মচা অমদি অদুম ময়াওই। য়াম্না লৈবাকমচা তাব ব্রাহৈশিংগী মবক্তা খুদোংচাব লৌবগী ঈঙ্গিৎ অমদি হেক্তা থেৎচিল্লি। রেবিকাগী চবোং খোদানবা নুংঙাইবা মওংদুদা ওইবম্বা যাই।

মদুদি রেবিকাদদি য়াবোই। মোইরাং মাইকৈদা অসুক কুইনা জগোয়শাবী ওইনা লৈবকপসি মাগী লমচৎতা শিদ্র অমতা লৈত্রি। চহী ৭ হেক সুবকপদগী ইবুধৌ থাংজিং লাইমাঙদা জগোয় শাব যাওরকপদগী ঙসিফাও লেপ্তুনা জগোয শারক্লিবনি। মানা কিজবা অমা লৈ। সমাজনা জগোযশাবীশিংদা থম্বিবিবা মিৎয়েং অসিনি। ইবমসিদা জগোয়শাবী, ঈশৈ শকপী, ড্রামা য়াওবীদা হম্বনা যেংবীবা অসিনি। তৌববুদি কলাকার অদুগী চেকশিন্দবা লমচৎ-শাজৎ কয়াদগীনি। অদুবু চৎনবি, মাইবীবু অঙাংফাওবনা লক্লনিংবা, জগোযশাবীবু মাগোব ময়াইদা করেম্নদুনা শেল থাবীবা কযা। রেবিকা মদু মথৌ অমা ওইনা শাউনীংঙি। অদুনা মহাক মীনা নেক্তুনা নৎত্রগা ইরাংগীদমক জগোয় শাখিদ্রি। মাদি ইরমগী কলাবু য়োকখৎচনিংবনি। পোক্লফম্ননি হাযগদ্রা কলা অসিবু মহাক্লা ওহ্নোক্লা নুংশিজকরে। মানা ঙম্বা পুখৎলগে খল্লে। অদুমক্তনা মোইরাংদা কলাগী সেন্টর অমা শেমগৎলিবনি। মানা চপচানা থাজবা অমা লৈ — লমচৎ যাওদ্রবা কলাকার অদুদি কান্নদ্রবা, মমল লৈত্রবা লাইফদিবীনি। মীনা হৎ পায়দুনা শান্নখিবা তাবনি। কলাকার অমা ওইবা তারবদি খুৎকী, খোঙগী, হকচাংগী অভিনয়না য়াদে, নুংগী পাঙ্গল চঙঙি। লমচৎ চেকশিনবা তায়। লমচৎ য়াওরক্তবা কলাকার অদু ফম্বাক্তা মমায় শোল্লক্কনি, অখঙবা ভাবোক য়াওরম্লবদি মুশুক মুশুক ঙাঙনরক্কনি। মদুগী ঈঙ্গিৎ কলাকার অদু শোয়দনা ফংফম থোকই। অদুনা মাগী খোঙথাঙ শোম্বরক্কনি,

তাল কায়রক্কনি। শাথেক রাশি য়াওরক্লোই। মদু রেবিকা মুন্না খণ্ডি। অদুনা মপাম্বোংগী মশক অসিনা ঙসি রেবিকাগী মশক লেপ্পা য়ারোই। মদু মন্ত্রীদুনা খণ্ডে।

প্লেন্দু দিল্লী যৌরে। মাগী মাগী লৈফমদা চৎখ্রে। মশক নাইবা কলাকার ভাক্তনিনা ফজনা কা অমমমদা লৈহনবগী খুদোংচাবফাও পীরে। রেবিকা ফজনা নাল্লবা কা অমদা নুংঙাইনা মদোম লৈবে।

নুমিদাংদ্দু পুং ৭ লোম তাবল্লগনি। রেবিকা ইরুজথোক্লগা পোশাকদা মঙাযরি। খোঙ থিল্লকই। থোঙ হাংলুই। মন্ত্রীনা থাবকপা ড্রাইভর অমা লেপ্লম্মী। মন্ত্রীগী চিঠী অমা পীরে। রেবিকা ঙহাক খল্লি। অদুবু মন্ত্রী অমনা কৌরিবনিনা চৎপদি চৎলুবগে খল্লে। অদুগী মথক্তা মপালগী আর্টিস্ট খরা মাবু ভাইর্রি হাযরকপা যাওবি। খন্না খন্না রেবিকা ফি হোংদোকই। মী হৌরুদ্রে। ড্রাইভরদুগী মতুং ইন্দুনা থাক থাক কুমথবগা হোটেলগী মাঙদা খাল্লিবা কার অদুদা কাখৎখ্রে। থুনমক অমম্বা মবক্তা কাবদু কোম্বোং লানখ্রে।

রেবিকানা হল্লকপদু পুং ১১ রোম তারম্লগনি। শাউনা হল্লকই। যৌবকপগা ফমুং চঙখ্রে। বা লান ভাঙখিদ্রে। অদুবু মহাক হযেং জগোয থোক্রবোই। মশা ঙমদ্রে হায়খ্রগে খল্লে।

মথঙগী নুমিথান। ফজনা শেম-শাববা রঙ্গমঞ্চ অদুদা জগোয় উৎপা হৌখ্রে। লম লমগী কলাকাব কয়ানা মাগী মাগী মরমগী ইজ্জৎ কন্নবা ফজনা জগোয শাব হৌনখ্রে। রেবিকা তুমিন্না ফল্লি। মাদি মশা ঙমদ্রে উৎলবোঽ হাযখ্রে। অদুনা খবা লাপ্তক্লা ফমদুনা কুম্মে তুমিন্না যেংলি। শানরিবা জগোযশিংদু সম যেংলগা মহাক ফম্বা ঙল্লক্তে। মহাক রাখলন্দা উংলে। মরম্ব শান্না চিংখৎনীংঙি। ফজহন্নীংঙি। মাগী অঙম্বা থাক্তা উৎনীংলকই। শানরিবা জগোযদু মানা কিনা লৌকদ্রি। অদুবু শারবোই লেপ্লে। অদুগুম্বা মন্ত্রী অমগী মখাদা, মাগী মমাঙদা মহাক জগোয অমুক শানীংবা পোক্লে। ঙবাংগী খোঙচৎ অদুনা মাবু হন্না হন্না ওৎলবে।

মণিপুরগী মতাং লাক্তুনা লাউথোক্লকপদুদা মহাক মঙফাওনরকই। স্বায় লাউরকই। মশা নীকই। ঐগী খনবগী মতম লৈদ্রে। ঐ ইমা লমদমগী মফমদা পাপ লঙজরবা? ফত্তবা মী অমগীদমক মহাক মরম্বু মীরায়রল্লগদ্রা? কলাবু নমথাক তৌরমলগদ্রা? রাখল চাম্ম চাম্মনা ঈচেলফাংনা রেবিকাগী থম্মোয়দা চেনশিল্লকই। নুংগী রেবিকা অমা থোক্লক্লে। রেবিকাবু হৌগৎলু। নরমগীদমক ঙমজবী থাদুনা

জগোয় শারম্মু। মতম হেনখিদৌরে হায়না তক্লক্লে। রেবিকা করম হৌগৎখি খঙহৌদে। তুমিন থোকখ্রে। মহাক ড্রেসিং রুম চঙখ্রে। তপ্পা লাউথোক্লকই। রেবিকা জগোয় শারগনি। মহাক্কী মশা ঙমদবদু খবা ফগৎলে। মাগী সোলো জগোয়গীদমক ফি শেৎলি। মীয়াম্না মীনিট খরগী মতুংদা উবীবগনি মহাক্কী জগোয়। অহানবা মণিপুরগী ওইনা মীৎয়েং তাবীরসি চন্দ্রাণীগী নাগা ডান্স।

মন্ত্রীদু স্বাই লাউই। লমদম মমগী মন্ত্রীনি হাযদুনা মাঙদা ভি আই পি শিংগা ফম্মীনরি। রেবিকা জগোয় শারলোই হাযনা ঙসাই লাউথোকখিবা তাবদা মহাক ফম্বা যারুদ্রবনি। অদুবু হৌজিক অমুক শাবনি হাযনা লাউথোক্লকপদা স্বর খরদি হোল্লে। অদুবু ফমফমদি মথোঙ খঙদ্রে। ওন্থোক্লা রায় চিল্লে।

চন্দ্রাণী, মনোরোমা উৎপা লোইখ্রে। রেবিকা মখোয়গী জগোয়দু ইপেন পেন্দে। মহাক গোবিন্দ খুরুম্মী, ইবুধৌ থাংজিং নীংশিংজে। ফি শেৎপা লোইরগা মপান থোক্লুনা মায়কৈ ভাবনা চিংশিন্দুনা মণিপুর মমাবু লাপ্পা খুউ লৈতানা খুকমজে। মিৎতা পিরাং ইহৌরকই। মহাক নুং-পান প্রেম্না খল্লক্লে। অসোমদা লাউখোক্লকই। মণিপুরী সোলো ডান্স উৎপীগদবা অরোইবা আর্টিস্ট মোইরাংগী রেবিকা। মীৎকুপ খরগী মতুংদা উবীবগনি রেবিকাগী মাইবী জগোয়। ভাবোকশিংগী খুবাক মখোলনা হোলদু পুমনিল নিলখি। মহাকপু মমিং তারে হায়বগী ঈঙ্গিৎনি পীরক্লিবা। রেবিকা ব্রাখলনা জগোয় শারকই। উরু উরু লয়দুনা লৈচিন মরক্তা জগোয় শারকই। ইবুধৌ থাংজিং লাইমাঙদা থেক্কা থেক নৌগা নৌ জগোয খুৎথেক উৎলকই।

রেবিকা মমিৎ উইশিল্লি মিৎকুপ অমা। অদুগা পুক্লিং হকচাং অনী লোঙদনা পুং শেলগী মখোল মরক্তুদা রেবিকা অঙকপা শাথেক্তা ফম্বাক য়োখ্রে। মাগী খোঙথাং খুদিং, শাথেক খুদিং ঈপোমগী ঈপোম। খুবাক্লা নিল্লী। রেবিকা মযাই কাবা হৌরকই। মহাক মশাফাওবা কাউথোকচনা মাইবী জগোইগী মখল শুনা শারকই ফম্বাক থুংনা। ফিহৌ জগোয়, ফিশা জগোয়, লৈশেম জগোয় অমতা ব্রাস্তনা পুং অমমুক অঙকপা ফংনা বেবিকা জগোয় উৎলকই।

খুবাক মখোলনা হোল অদু পুম্নিল নিল্লবদা মীশক অমদি খুবাক খুবা ঙমদ্রে। মমিৎ কুপ্তবমখৈ বেবিকাগী জগোয় য়েংলি। রেবিকাগী খোঙথাঙ খুদিং, শাথেক খুদিং, মাবু করেম্নরক্লে। মাগী মথক্তা নেৎলগা জগোয় রেবিকানা শারিবগুম খল্লক্লে। রেবিকাবু জগোয়শাবী ওইনা উরক্লে, লাইরেম্বীগী মশক ওইনা উরক্লে। ঙসিদি মহাক

কলাকার অমগী মগুণ তশেংনা খঙজরে। অসিগুম্বা কলাকার অমগী মফমদা মানা ঙরাং চৎখিবা লীচৎ অদু ইকায়রক্লে। হায়জবদা ইকাইররোই খল্লদুনা শোদু হেক লোইবদা মন্ত্রীদু গ্রীন রুমদা চঙখি। অদুবু রেবিকাদি লৈরমদ্রে।

মনা য়েঙ্খোকপগী মতম য়ৌরে। ফোঙ্ক ডান্সন। রেবিকানা মকোক ওইরে। মশা ঙল্লক্রদুনা চৎখ্রে হায়রবদা মশা লৈত্রবনা স্টেটকী মন্ত্রীনা মনাদু লৌশিনবীরনবা হায়রকপদগী মন্ত্রীদু নীংঙমদা নীংঙমদা মনা লৌবা স্টেজদা কাখৎলকই। মহাক হেক কাখৎপদা খুবাক্লা নিল্লকই। মন্ত্রী থম্মোয় পুবা য়াবক্তে। খুরিবা খুবাক্তু মাগী নপ্তে, রেবিকাগীনি হায়বা মশানা খঙজৈ। উৎলিবা ব্যবহাব মপেন্দা নত্রে, কলাকারদনি। কলাকার অমনা মরম্বু কয়াম চিংখৎপগে হায়বদু মীযাম্না 'মণিপুর' 'মণিপুর' হায়না লাউরকপদুদা মন্ত্রী খঙজরে। মহাক লেপ্পা ঙমলক্তে। অদুগুম্বা কলাকার অমদা লঙজরব্বা মহাক ইকাইবনা মণিপুর থোকপা ঙমগদবা মাল্লক্রে।

মহাক থুনমক রেবিকাদা হায়জরব্নবা মখোয়গী লৈফমদা থুনমক চৎখ্রে। অদুবু রেবিকাদি মাগী লৈফমদসু লৈবমদ্রে। হোটেলদা হংবদা মফি যোল্লগা মখোয়গী মরী মতা অমগী মনাক্তা চৎখ্রে হায়বীয়ু হায়রম্মী হায়রে। মন্ত্রী নীংবা কায়রে। ৱাফমসি লুবা সুম হেঞ্জিল্লক্রে। লাকমিন্নরিবা মমান্নবশিংনসু লান্না লৌরকপা হৌনরে। ঙরাংগী রেবিকাগী খোঙচৎ অদু মখোয়না খঙহৌদবনা মন্ত্রীবু লান্না লৌদবা অদু মঙাইরে।

রেবিকা ময়াম চঙদুনা থিরে। অহিংদু চেনবা য়াব চেন্নরে। অদুবু দিল্লীগী মফম কৈদসু রেবিকা লৈ হায়বা পাউ পীরকত্রে। মন্ত্রী লৈফম খঙদ্রে। কন্নাদা হায়দোকত্রবসু রেবিকাগীদমক ৱাদবা ঙল্লকত্রে। মথায় নুংঙাইতদুনা শিব নাব থোক্রুল্লবদি কমদৌবা। অহীংদু থেঙল-থেঙলগা রেবিকাবু পাম্মুবা সুম হেল্লক্রে। কলাকার অমগী নুংগী গুণ, মঙাল মহাক উবা ঙমজরে। শো উৎলরোই হায়রম্বী মহাক্লা করন্না করিগীদমক শো উৎখিবা, করন্না মণিপুর ইমাগী ইজৎ কল্লম্বা পূন্নমক খল্লু খল্লুরগা মন্ত্রীদু শিবু শিনীংলক্লে।

অদুবু রেবিকাদি নুমিদাংদুদা কোলকতা য়ৌখ্রে। শো হেক লোইবগা মহাক মাগী কাদগী পোৎ থুনমক য়োল্লগা অদুম ইন্দিরা গান্ধী ইন্টরনেস্নেল এয়ারপোর্ট য়ৌখ্রবনি কোলকতাগীদমক। অদুগা কোলকতাদগী নোং হেক ঙানবগা ইম্ফাল ফ্লাইট তোংদুনা তুলিহল য়ৌখ্রবনি। ময়াম্না দিল্লীদা হংনবা হোৎনরিঙৈদা রেবিকা মোইরাং য়ৌখ্রে। ইম্ফাল ফ্লাইট মনুংদা নেস্নেল পেপর পূন্নমক্তা মাগী ফোটো চাউনা হাপ্পুনা মাগী ঙরাংগী জগোয় অদু হাপ্লকই। মহাক পি তাখিবা খঙহৌদে। মহাক্লা প্লেনগী

থোংনাউদা মদোম তুমিন লৈচিন য়েংনা য়েংনা পুক্নিগী কাউররোইদবা নহালগী থৌদোক্তু নীংশিংলকই।

— রেবিকা চঙলকউ। ফোরেন আর্টিস্ট খর নঙবু উননীংঙি হায়দুনা ঙাইরম্বনি। অদুবু চৎখিবনা হাল্লে।

রেবিকানা থোঙ হেক হাংদোক্তুনা চঙলকপদা মন্ত্রীদুনা হায়রক্লিবনি। রেবিকা চঙশিনবা তৌদনা খুম্মী।

— সার, অদুদি ঐ চৎচখ্রগে।

— ঙাইখো, করিনো ৱারী খরা সুম শাখিসি। মতমসু ঙল্লি। পুং তরেৎ খরদমক হেল্লি।

রেবিকা য়াম্না হৈনদনা মন্ত্রীগী কাদুদা চঙদুনা তপ্না ফমথে। মন্ত্রীনা কোইদনা য়াম্না য়াংনা ৱা ঙাঙঙি। লৈফম চাফমগী ৱা হংঙি। অদুগা হায়রকই।

— চা কৌসিরা। রিফ্রেসমেন্ট করি লৌরক্লে।

— সার, চাদি য়াজরে। তাকপীগদবা অদুদা।

— খঙদে রেবিকা। ঐ নঙগী করিনো খরা তৌবীনিংঙি। নঙগী আর্ট সেন্তর অদুগী চহীগী লুপা লিশীং য়াঙ্খে হায়বদুসু ঐনা পীরগনি। সে সিনা নঙগী অমা অমা তৌনবা লৌশিল্লু।

অসি হায়রগা রেবিকাগী মমাঙদা ৫০ চৎপী অহনবা মপুন অমা থাদরকই। অদুগা চৎলগা থোঙ লোনশিনখি। রেবিকা চিংনবা হেল্লে। পৈশা অদু পায়ফাও পায়রমদনা হৌগৎলকই। চৎনবা লয়থোক্লকই। অদুবু করম্না মাবু মন্ত্রীনা তুংলোমদগী কোনশিনখিবা, মাগী লুনা থমজরিবী কনাগী চিনবান্নসু থেংদ্রিবী তঙাং তঙাংবী খজাইদু শোক্লবা হোৎনরকপা মহাক ভাব তাহৌদ্রে। মানা লৈজবী থাদুনা নাম্বোক্লবা হোৎনরগা ঙমজবী থাদুনা মন্ত্রীদুগী মখজাইদা খুবাক্লা থাখি। মদুনসু পেন্দ্রদুনা তেবলদগী পৈশাদু লৌখৎলগা মন্ত্রী অদুগী মমায়দা চাইশিল্লম্মী। অদুগা ঙমজবী থাদুনা থোং হাংদোক্লগা চেল্লকখিবনি। ❑

# পাউখোঙ অমা চনগে

পাউখোঙ অমা চনগে/ওল্লবদি ফোঙডো/তরাই তবাই খনগনু/শিংজু বোবা থানসি/পাউখোঙ অমা চনগে/ওল্লবদি ফোঙডো/তবাই তবাই লৌগনু/ঙা মতুম থানসে/

য়ুম অমথক লৈ
সনানা ঈঙ্খি শিৎপনি,
লুপানা মফেল ওইবনি,
তাইবঙ মীদি মরৈত্তে।
হায়যুদা করি য়ুমনো?
পাউখোঙ অমা চনগে (২)

ও! থম্মোয় লাইয়ুমনে। ঐসু অমা চনগে/ওল্লবদি ফোঙডো/তরাই তরাই লৌগনু/যান্না লুবা পাউখোঙনি/তবাই তরাই খনগনু/শিংজু-বোবা থানসি/

তুরেল অমখক লৈ
নৌবেল খুৎনা পায়
হিরোই কযানা হোল্লিদো।
ঙাকয়ে হিনা তাউথরি
লাইজ কৌবদি মরৈত্তে
হায়যুদা করি তুরেলনো?
ও! হায়রো, করি ঈচেলনো?

ও! নুংশি ঈচেলনে/পাঞ্জল চপ্পু মান্নরে/চাকপু থিরো চারসি/ঐদি ইরুজবা লোইরেদো/করি ইনশাংনো হায়যুদা/ও! করি ইনশাংনো নঙবু হায়যুদা।

ব্রোজেন্না বাথরুমদগী ইকুজবদা সুম ঙংলম্বদগী শক শক্কুনা থোক্লক্লিবা ঈশৈনি অহানবগীসি, তাউয়েন্না মকোক তৈথোক তৈথোক্লা, মাগী নুপীনা চাক থোংলিবা চাকখুমদু তান্না লাক্লিবনি শক শক্কুনা। মাগী নুপী ইতোবীনসু মপা চানা খাবৈনা ইনশাং

ওৎ-ওত্তুনা খুল্লক্লিবনি মথঙগী ঈশৈ অসিমনা। ঈশৈ লোইরকপগা অনীদু নোকমিন্নে পেন্না। মখোয়নীদা লৈবগী হৌনবা ফাগী জুগাই কয়ানি। ব্রোজেন্না ইতোবীবু কয়াম লুনা তৌজে। ঙহাক্তা উদ্রবদি লৈবা ঙম্বা জাৎ নত্তে। ইতোবীনা ইমুংদা নৈদুনতা লৈ, নুপা ওইবগী খরা চখোক খোত্তোকে হায়দে হাযরুবগা ব্রোজেন থেক্লুনি ঙহোক মখোয়গী কৈথেল মচা অদুফাও। মিনিট কুনফাও ফারল্লোই, অমুক অথুবা থবক লৈবা মান্না শৎ হল্লক্কনি অদুগা মাগী কাদা চঙখিনি। ইতোবীনা ঈকুজককরগা মখোয়গী কাদা হল্লকপদা ব্রোজেন ফমদুনা লৈরম্বা উবদা হায়রক্কনি, 'হৈমা! নঙগী খুচখোক অসিদি চাঙ্গা লোইবম্মু হায়দু তারেদনা!' অদুগা শিখে নোকমিন্নগনি। ব্রোজেন্না তপ্না হায়রক্কনি, 'ইনেম্মা! নঙ উদনা লৈদৌ শকক ঐ চাদ্রসু ননাক্তা লৈজরগে। মীনকা মুনখিদৌ মাল্লি, নশক্না ফজবনে।' মদুদা ইতোবীনা শুগৎকনি, পৌঞ্জে, মমিৎ হেক উইশিন্দুনা মচিনবান মতোমতা চুপচগনি। নুপীনা হরাউবসি মাগী নুপানা লুনা তৌবসি ওইরমাক্লে। অদদগী ঈরুজককবা মশম হাত্তোক্কনি, কেগনি, অদুগা হঙ্গাম মপালগী মতুপ অমা ইন, থম্বাল লৈখোক্লী ফনেক অমা শেং, চন্দোল ও, চবা-ও চাক খোংনা চঙখিনি লেন্না।

মানা কবি করিনো খরা তৌরিঙৈদা ব্রোজেন অমুক য়ৌরক্কনি চাকখুমদা, অদুগা হায়রগনি — 'সুম ইতোমতা লৈবা নুংঙাইতে, ইনশাং শেম্বা য়াওশিল্লক্কে, রারীসু সুম শাসে হায়বা।' ইতোবীসু উপাই লৈতে, হরাই অশাংবীদু পীথোক্লক্কনি, থেকচিল্লকউ হায়দুনা অদুগা থাঙ লানশিল্লক্কনি, ঙমু মচা অনী অহুম য়োক্লিবদু খরা শেম্বীবকউ হায়দুনা। ব্রোজেনসু হাওদৌরিদা হায়রগা অদুম হরাই মল্লক্কনি, ঙাদু খবর থাদুনা শেমজিল্লক্কনি। কোনফেংফম লৈরিবা মথঙগী কাদা চৎলগা চামথোক্লুরগা প্লেট মচা অমদা ফজনা ঙাদু শেম-শাদুনা অদুম পীশিল্লক্কনি। মাগী হরাউজবীসি ইতোবীনা লেপ্পা লেপ্পা মশমদু থাদরগা গ্যাস স্টোবতা চাক থোংবদু য়েংবনি। অদুগা থাউ ঙৌবা হেক হৌবদগীদি ঈরুজককনবা ফদি পাইখৎপা হৌখ্রে। মরমদি ব্রোজেন শারিঙৈদা চাকনা খ্বাইদগী পামজবীনি। মদু ইতোবীসু খঙঙি। অদুনা মৈথক্কগী কোখোক্লগা পীজনবা হোৎনজে। বাথরুম্মু হেক চঙখ্রবা কর্রি করি ঈশৈনো ঙংবা হৌখ্রে। ঙংবদুদা তোকপিখ্রবদি ফৈ, শক শক্কুনা মাগী নুপীদা লক্করিবা অদুনি। মোন্দা নুংঙাইবা নুমিৎ থোক্লবদি ইতোবীসু তুমিন লৈথোক্কে। মপা চানা খুম্লক্কনি, ছন্দ-ও, তাল-ও।

নোংমনা সন্ধ্যাদা ঙহাক্তনি চখোকউবা ব্রোজেন্দু। শৎ হেক্তা হল্লক্কনি। সোমদা ইতোবীসু লাই-থাউমৈ থানবা হেক লোইবগা চাক থাগৎপা লাক্করিঙৈদা ব্রোজেন্দু ঈশৈ য়াওনা হল্লক্লে।

'ৱারী অমা লীগে/শংলবদি তারো/তরাই তরাই খনগনু/য়াম্না লুবা ৱারীনি/ৱারী অমা লীগে।'

তান্দি পাউখোঙ অমা চনগে হায়বদুগী তালনি। খেম তাল হায়গদ্রা? খঙদ্রে। ঈশৈ তৌবা ওজা অমদা অমুক্তংদি হংবা ফবা জাৎনি। মদুগী তাল অদুদা ইতোবীসু তাপ ওক্তুনা খুম্লকই চাকখুমদগী।

'করি ৱারীনো তাগে/তাগদবগী ঙাইরে/তরাই তরাই লৌজদে/মরীক চুম্না লীয়ো/করি ৱারীনো তারগে।'

অদুদগীদি ব্রোজেন ঈশৈ চপ লেপ্পী, মোরা পুশিল্লক্তুনা ইতোবী মনাক্তা ফম্লরে। মতিন কুৎ য়োৎলি। লীথরক্কে তৌই। ঙহাক খৌরাংহল্লি। মদু মুন্না য়েংলগা ইতোবীদু খাবৈ পায়না পায়না শমথরকই। লীরোদনা খৌরাংহল্লিবা হায়বদুরা? মদুদা ব্রোজেন্না খুশ্মী। মমল য়ামহল্লিবনি। লীথরকই। অতৈ করিসু নত্তেদা। ঙরাং খ্বাইরম্বন্দগী বোম পোকখায়খিবা অদুগী ইম্ফাল পুম্বা কর্ফিউ লাউথোকখ্রে। স্কুল পুম্নমক থাখায় অমা ছুটি ওইরনি লাউথোকখ্রে, অদুনা ইবুংঙোমচাদু লৌবীরুদবা য়াররোই। মখোয়গী স্কুলগী প্রিন্সিপালনা অঙাং লৌথোক্তুরো হায়রে। হৌজিক্তা ফোন তৌরক্লে। লৌথরুবা তারে। হংচিৎ ইম্ফাল চৎপা তারে। নঙসু য়াওনা চৎসি। ইবুংঙোদু লৌবীরুরসি। অদুগা মতম খরা য়ুমদা তাকপীবা হায়দুনি। মদুদা ইতোবীনা — 'অদুগী ওইরে। ইপা হেক পাখৎলুরে। হোয়, উদবসু কুইরে। লৌবীরুরসি। অদু কয়াম কুইনা তৌদৌরিবা কর্ফিউনোনে। লৈবাকসিবু কমদৌদোইনো খঙদ্রে। অদু য়ুমসি থাদোক্লগা ঐখোয়নীমক চৎপা ফৎলোইদা। ঐ লৈহৌগে, নঙদা চৎলগা লৌবীরুবদি।' মদুদা ব্রোজেন্না মঙক হাইরক্কনি। নঙ-ঐ চৎলুসি, থোঙ লোল্লম্নগা লোইরে। হেক উবগা ইবুংঙোনসু ইমাদি হায়না হান্না হংলক্কনি। মদু ঐ নুংঙাইতে। খঙঙি, ইতোবীসু মাবু পুনবা ব্রোজেন্না শেম-শাদুনা ঙাঙলিবনি, অদুনা হায়রকই ঃ

— পুনীংখ্রপোৎনি, মাগী নুপীসি। শরেন্দনা য়োং মানবীসিবু করিদা পুনীংলিবনো?

— ও! ইবেম্মা। পুনীংঙে কৈদৌগে হায়গে। চৎমিন্নবদু নুংঙাইদনা, নঙনদি খঙদ্রগা।

— অদুদি ঐ শিখ্রদি কমদৌবা?

— ঐসু ইল্লক্লগা লোইরে।

— ঙল্লরনি।

— সত্য, ঐদি পুন্না শিমিন্নসি হায়রসু য়াই।

— নুংশিবা! মদু হায়নু, ইচা অমতং পোকপসি পিক্লিকো। হায়হেব্রা হায়হেদব্রা? অসিবু ৱানে হায়দনা।

ব্রোজেন মখা তাবক্তে। কবি ইনশাংনো হংলল্লগা মাগী কারোমদা চৎখ্রে। ইতোবীসু চাকখুমলোমদা মমায় ওনশিনখ্রে। চাক থোংনা থোংনা খল্লি — করিনো লমদমসিদা তৌগদৌরিবসিবু। ইচাদু লৈফম চাফম খঙলমদব্রা খঙদ্রে। মমান্নবশিং লোইনা চৎনরমদনা মখোয়গী হোস্টেল অদুদা মখোয় খরদা তুম্পক তাশিল্লগা লৈরম্বা তারেনে। ক্লাস ফোরদা তমজরিবা নৌবিবা ইচাদুবু বোর্ডিং স্কুলদা থন্নি হায়দুনা থম্লুরিবা ঐখোয়সি থৱাযসি চাউবা জাৎনি। মপানা লাইবিক হৈহন্নীংমন্দুনা তৌখ্রিবনি ঐদি য়াজদবনি। হংচিৎকা ঙাইররোইদা হযেং হেক্তা চৎলগা লৌবীরুরগে। চাক তোক্লগা ইরেন্না খন্নবা হাযদুনি।

সুম খম্ভরুবদগী ইতোবী লোইনা নীংশিংলক্লে। মাগা ব্রোজেনগা কলেজদা থেংনবদগী বি এ লোইদনা চেল্লক্লিবনি। ব্রোজেনগী চক্রিদা। অদুনা মখোয়না মপুংফানা তমহৌদ্রবনিনা মচাবু ডাক্তর তমহন্নগনি হায়দুনা ঙাঙদুনতা লৈরিবনি। ডা: তম্বা হায়দুনদি মশা ফত্তবা য়াদে। অদুনা মপানা কাঞ্চিপুরদা ফরবা বোর্ডিং-স্কুল অমা লৈরে হায়দুনা থম্লুরিবনি। ফববুদি ফৈ। য়ুমদা লৈরিঙৈদগী হৌজিক্লা মচা নুপাদু হৈ-শিংবা য়ামনা হেনগৎলক্লে। অঙ্কসু, ইংলিসসু, হিন্দীসু। চেকশিন্না হোৎনবি স্কুলগী প্রিন্সিপাল অদুনা, চাবদগী থকপদগী। ইতোবী ৱাখল আ য়ৌখ্রে। মচানা ডাক্তর ওইনা লেপ্লরে মনাক্তা। ফিঙৌ শেত্তুনা মখোয়গী মিহুন য়েংনবা স্টেথোসকোপ হায়ব্রা অদু মঙক্তা য়ান্দুনা মমাঙদা নোককফেৎ তৌনা লেপ্লরে। অদুনসু লোইদ্রে, আশাগী ফুডা শাগৎলুরে। মমৌ ডা: অমা মানা কোন্দুনা শুমাঙদা পুশিল্লক্লে। অদুগা মৈতৈগী চৎনবী ঙাক্লা তুলসি খুরুমহল্লগা মখোয়গী দারি থাক থাক অহুম-মরিদু চপ মান্ননা কাখৎমিন্নরে। অদুগা লাইনিংথৌ খুরুমহল্লগা, মকু-মনেম খুরুমহল্লগা মাগী কাদা মশানা থিনজিনবীরুরে।

— চাক লোইদ্রিবরা?

ইতোবী স্বাই লাউই। ব্রোজেনগী খোঞ্জেলনি। মমৌ থিনজিল্লুবদা ঙায়রি, তাইবঙ ফাওরে। খুমখি, ও! লোইরে লোইরে। ফম্বা হৌবীরো। চাক কোৎথোক্লক্লগে। ব্রোজেন্না

হংলকই, ইপা পাখংনা খুম্নক্লিবদুবু করি খল্লুরিনো? ইতোবী নোকথোক্লক্লে। ঈশৈদুম ওষ্থোক্লক্লে।

রা অমতা হাযগে
মুন্না অমুক্তং তাওকো
ইচাগী আশাদা তাউরুরে
ডাক্তর ওইনা লেপ্লবে
ইমৌ ডাক্তর লাক্লেদো
ঐনা কাদা থিল্লুদে
নঙনা মরক থংলরে।
রা অমতা হায়গে।

ব্রোজেন তারম্বদগী নোকথোক্লক্লে। ও! আশা য়াম্না নুংঙাইবীরুরি জাৎ ওইবে। নুংঙাইবীয়ু নুংঙাইবীয়ু। ঈশৈ ওষ্থোকখি।

ঐসু অমতা হায়গে
ইচানা ডাক্তর ওইরগা
ঐনা অহল ওইর্বনি
নঙসু নখ্বাং কোল্লনি
ঐনা কৌরনি, হায় মমা!
নঙনা খুম্লনি, ও করিনো?
ইশুনা ইশু কপ্লনে
মপুনা নিংঙাই ফওবনে।
ঐসু অমতা হায়গে।

অনীদু লোইরে, ঙহাকসিদা মখ্বাংফাও কোনখ্রে, মোন্দ্রংদা। নোকপনে, ঙাঙবনে, মখোয়নীদা লৈবা ময়ুমদু ঙহাক্তি কলা মন্দির ওনখ্রে। খা-ব্রাংদা লৈরিবা ময়াম্বশিং, মরী-মতাশিংদু তারম্লবদি ঙাওরব্রা শোয়দনা হায়নরম্লনি। অহল-লমন কৈরাক থারকপা মচা ওইরকপনা লন-থুম, লৌ-শিং অদুম মচা খুদিংগী মওং তানা থম্বীরম্মী। ব্রোজেন ওক্ত-শিংদা য়াওদে, নিশা শোক্তে, জুবার যাওদে, নুপী-নহাদা ঙাওদে। অদুনা ইতোবী মখ্বায় তাজনা লৈজে। অদুনা ব্রোজেন্না লাঙবা হেক হৌরকপদা মাসু হেক্তা য়াওশিল্লি। অদুনা মতেক মতেক অঙাও লায়চুই।

অনীদু চাক চারগা পোখোখ্রে তুমিন-তুমিন। মী লৈতবা ইমুংগা চপ মান্নখ্রে অমুক। নোং ঙানবা ৱানা ঙাইখি ইতোবী। মচা নুপা নিংথেমদু ঙন্না লৌবা চৎলুগদৌরিবিনি। ব্রোজেনগা লোয়ননা।

অদুদগী ইরাং মথঙ মথঙ হৌরক্লুনা স্কুল কাব য়াদদুনা মচানুপা নিংথেমদু থা অনীবোম ইমুংদা লৈরে। মদুসু ফহন্নিংবগী মযায়না ওজা থমদুনা তাকহল্লি। লেম্না লৈহন্দে। মপা-মমা চঙদুনা চাবগী মতম, তুম্বগী মতম, উইহেদগী, শঙ্গোমদগী, ঙাদগী, শুরে মচাদু। য়ারবদি হয়েংমক হেক পাখঙ ফাহন্নীংবগী মওংনি। ডাক্তর থুনা ওইহন্নীংবগী মতৌনি। মচাদুনা য়াদদুনা তোক্কদবা মঙায়রবে, মখোয় অনীদি থবায় ওঙ্খোক্না য়াওবি। হোৎনবর্গী মতৌক মচাসু অদুম চৎনবা য়ানা ফরি।

ইরাং খবা ফবক্কে থা অনৗ পুনা লৈববা মওংদা। অমুক নুংশিখ্রবা মচাদু মীগী মখৃত্তা শিন্নবা চৎপদা তারে। ইন্দাক্ত ব্রোজেন্না ইতোবীবু লৈহৌরো মতোমতা থিল্লুরগে হাযবে। মমা মপা অনীনা থিন্দোকপা ফত্তে হায় হাযবা অমগা হোবেল কায়নরমদাইদা মমা উবগা মপি নৌবা হোল্ল হাযবা অমগা মরম অনীনা ইতোবী লৈহৌবা তারে। অদুবু চৎলমদাইদা মচাদু অযুক্তগীনি পাউমেন পুকমেল্লিবা। স্কুলদা চখোক্তনবা, শান্নবদা মমান্নবা খৎনদনবা, ওজানা তাকপা মুন্না তানবা, ফৈজুপ ফজনা লোল্লগা, কাংখল থাবগা তুম্নবা অমতা চিংখদনা তাকই। মচা নিংথেমসু য়াম্নমক পিকপা নত্রবনা, হোয়, হোয সুম তাশিল্লি, মমানা চাক চারিঙৈদা ফমদুনা তাক্লিবদু। অদুদগী মচাগী পুনবা পোৎ-চৈ মথঙ মথঙ হাপচিনবী। অদুদগী মপা মচা চৎনবা হেক মাঙ্গোল থোক্লবকপা মতমদুদা ইতোবী থম্মোয় নৌথরক্কে, পি তৈথোকখি। অদুবু মচানা চৎলমদাইদা পি উহনবা য়াদে, অদুনা নোক্লা নোক্লা মকোক পাযদুনা মনম নম্বী। মচা চৎখ্রে, মপাগী মাঙ থানা, ইতোবী হেক উরিখে য়েংহৌই। অদুদগীদি মহাক মথম্মোয় পুবা ঙম্লক্তে। ৱানা খাঙখি।

অদুবু মমশিল্লক্লফাও ব্রোজেন হল্লক্তি। মহৌশাদি নুমিৎ তাদ্রিঙৈদা হেক হেক হল্লকপনি। অদুবু কৈদৌরবনো মম্লফাও। রেডিওদা পাউ লাক্কে। ইতোবী মুন্না তায়। তাঙ্গাদুদা মখাথংবগী মচে অমসু চঙলক্লুনা পাউ তামিন্নে। অদুগদি হায়হন্নীংদবা পাউদু পারক্কে। বোম অমা শামু মখোঙদা পোকখায়বদা মীওই অনী শিরে, মঙা থীনা শোক্কে। শোক্লিবা নুপা অমগী মমিং ব্রোজেন কৌই। মহাক্কী খুদাংদা তেতুনা ব্রোজেন হায়না থারম্মী। মহাক হৌজিক শুান তাদ্রি। রিমসতা কন্না লায়কন্নরি। ইতোবী মথায়মক মপাল থোকখ্রমাক্লে। অমুক্তং কন্না, নত্তে, হায়না লাউরম্লগা ৱাহ্থ্রে।

কয়াদা লাইবক থীববা, ব্রোজেনগী ওইগী মখোঙদু খুকউ মখাদা ককখ্রে। জ্ঞান তাবকপদা লৈরম্মীবা ফিভম অদুদা ব্রোজেন কযা রাখি আশা পুম্বা মাঙখ্রবগুম। মহাক হূ চাদুনা শিনিংলে। অদুবু মহাক মচাগীদমক হিংদবা যাদ্রি, ইতোবীগীদমক মহাক শিবা যাদ্রি।

অদুক লাঙজবম্বা ইমুং অদু উন-থাইমুক চিকখ্রে। ব্রোজেন ফমুংদগী হেনখিদ্রে। নোংমা ব্রোজেনবু ইতোবীনা চাক ইল্লিঙৈদা রেডিওদা লাকই ফিল্ম ঈশৈ

*পাউখোঙ অমা চনগে/ ওল্লবদি ফোঙডো/ তুবাই তবাই লৌগনু।*

ইতোবীনা বেডিও মুত্থৎখি। ব্রোজেন চাক চাব খংলেপ লেপখি। মমায লৈথোক্লগা লৈখি। ইতোবীসু মমায খুমদুনা কপাখ।

থেমজিনবীনবা কনা লৈখিদে। ❏

# থাজনা তাশ্রবদা

শেলগী মগুণ পায়দ্রগা খঙিং, নিশাগী মগুণ ঙাওবগা খঙিং। চুমশ্রবা ধানি। নিশানা ঙাওরিঁঙে করম্বা পুন্সিনা অফ-ফত্তা, অমাঙ-অতোং খঙবগে। দেম, মাঙনীংঙগা মাঙজৌ, ঐসু ঐগী থোকপা, ইমুংসু ইমুংগী থোকপা, ইচা-ইশু দেম কেয়ার হায়দোরকপা মশানা তাবনি। অদুগুম্বা পুন্সি, অদুগুম্বা মীশক, অদুগুম্বা থবায কযানা ইমুং কয়া, মবাল লৈত্রবা থবায় কয়ামা অবা ঈপাক্তা তত্তনা লংথরি। ঈবাক্করি মরাল লৈতনা, কপ্লি অরোনবা পিবাং কয়া শেগাযরবা খাংপোক কযাদা। মাঙবা য়াবখৈ মাঙলগা, নিশানা চাহৎলবা হকচাংনা পোথাফম থিরকপা মতমদদি কযাদা থম্মোয় শোক্লা কপচবা, কয়াদা অনুতাপ লাকপা, কনানা নুংশিবীপনি।

হার্যাবিবসিমক চন্দ্রোগী পুন্সিনা খুদম ওইবা য়াবে। মহাক শাংলবা লৌবুক লমহাংদু অমম্বদা মা মাদুনা লাক্লি। অমম্বনা তাইবঙসি কুপশিনথ্রবা মতমসিদা মথৌনা ফুদোক্তুনা অমুক তুশিন, অমুক হৌগৎ লাক্লিবনি লৌবুক্তু ফাওদুনা। ফাইরেলগী হঙ্গাম মপালনা মতৌ অমা ওইনা ফজরক্রবা মতমনি। মহাক শাংলবা মতম অমা মঙ মঙদুনা তুম্লুবগা চপ মান্নখ্রে। ময়ূম মাযকৈ পাংনা পাংনা মহাক লোইনা নীংশিংলক্রে। থাসিদং ঙাল্লন্নবদি খরা থুনা চৎপসু ঙমগদবনি। মহাক থা উবা য়াদে, নীংশিংবা য়াদে। থা হেক নীংশিংলুবগা মাগী খাংপোক্তা মানা তাথীনা লংথোকপীবল্লবী মাগী থাজবু হেক্তা নীংশিংলকই। ঙসিসু অমুক নীংশিংলক্রে। মানা হায়খিবদু।

— ঙমদ্রেদা, শূর-শূরগা সুম মনীংদা হঞ্জিলকপা। নুপীনেনা ফমজা চাদুনা হেক লৈরে। মীগী নুপীনা খূনীং-খূমাঙ হোৎলি।

থাজনা শাউবদি লাইরদনা মোমোন তৌদুনা খুম্লকখিবনি।

— ইবা ফবনিনা কেজরিবা। মীগীনা ফত্তবনিনা নুপীনা শূবা তাব।

— নঙ হৌজনুকো। অদুদি ঐসু ফত্তবা নুপা ওইবা তারে।

— (নোক্রদুনা) সনাগুম্বা মদুদদি তৌগনুকো। ইবাদি য়াম্না ফবনি। য়ুসু থক্তেদো। জুবারসু শান্নদেদো।

— নঙনে, নঙ।

— মিংশেল লৌথোকউচোবা? নঙনা শাউবিবা নমাযদু অমুক্তং নশানা যেংগেবা? থীব্রপোৎনি।

চন্দ্রো গতি লৈতে। থাজবু মনা লৈদুনা ইমুংদা পুশিনখি। অদুক নুংশিবদো নোংমদি নোংমাঙখামুক খাবকখি। হূ তলেংৎ তিল্লকখি। কৌবফাও কৌনিংখিদে, সে মাইগী রা লৈখিদে। মমৈদদি যুমদফাও হঙ্জিল্লকদ্রেদনা। পূন্নমক শকহেনবীদুনা থোকহনখিবনি। নোংমা লেপ্লখি লোক্তাক লাইপেস্মী ওইনা শকহেনবীদু চন্দ্রোগী হি মমাঙদা। মীগী লৌ শান্দুনা উগাদবগী শকুদ। লাই কা ইমাগা। মতম্বাক্তা লৈত-লাঙ্গব থিবনা ফনি খন, মমাল্লবা কথাসু কোন্না থুম পুবি খল্লু ১৮ দা কুইনা খল্লবা নতুং লোক্তাক্তা থাজগা তান্নবগা লাং থবা, খোই থবা পুদুনা কুল্লক খাগা। অদুবু সংসার মমা ওইবল্লে। পাউ তাববুদি চন্দ্রোসু কুইববনি। লোক্তাক্তা ঙাংনবা মাদুদি শুকঙ ও চাঙবা বাই হায়নবিবনি। ফংদবা পোৎ লৈতে। ফুম মথক্তা শাবিবা শঙোশংদু চাগেদা ফংডে খঙ্গেদা ফংঙি। মদুফাও ফবি। মকে শেমদুনা হায়থনবক্লিলা ইবেম্মা মগামদুনি মাংগা মাগা ইমুং পুবা ঙল্লবা লাক্লবিবা ঙাক্তনি। মখোয় লোইনা চেন্থকবদি যাব নত্তে। যাওবকই, মদোম মনীংতম্না লৈবী, কাববাবনি খল, কেনা নৌ মচা অমা পাযদুনা হি মচা অমদা হোন্নীংগুম হোন্নীংদবগুম নুমিৎনা চাযথবক্লবা মতমদা লোক্তাক ইশা মাপল কোক্ববকপা কযাসু। মখোযদি ঈল চীংবসু নত্তে, খোই-লাং থাবসু নত্তে। মযুমদগী চাবোই চাদবোই, অযুক ঙন্না লাক্তুনা লাং থাবিবা, খোই থাবিবা নুপা মযাম নত্রগা শঙদা লেক্লুনা অহিংফাও ঙা ফাবিবা নুপাশিং থিবক্লিবনি ঙা খবা লৌহৌনবা ললোনপোৎ ওইনা। মযুমদা ফাদুনা নুংতিগী যোল্লবা ঙমদবা কনাগুম্বগী ঙাশিং সুম মখোযনা ললোনপোৎ ওইনা পুবগা যোল্লবগা নোং ঙাল্লগা পৈশা থীবগদৌবিবনি। মখোযনা লাকপদা নুপাশিংদুগী চেং চাক, থাউ থুম লৈথবীবক্কনি। অদুগা পাশিল্লগা অবেম্মা পৈশা থীবমগনি। সুম লৌনবকপদগী নোংমনা শোৎখিনি, সুম শোৎখিবদগী শেন্দোল ওইনবকই। ঙাওবা পাম্বা নুপাদি পৈশা মাঙবা কযানি। পৈশাদা নত্তে, যুম কাযবা যাওনখ্রবনি। পূন্নমক অসি তানা তানা, খঙনা খঙনা চন্দ্রো লোক্তাক কুল্লকপনি। অদুবু মানা ফনা লোক্তুনা যাখিদে, মানা ফনা চেন্দুনা যাখিদে। মশক মতৌ চঙখোনবী অমা থুংঙরে। মচাগী লাইবিক্কী শেল, ইমুংগী লৈতবগী শেল পূন্নমক পাকবদা ইরোন্নুংদা চাবিবা ঙাফাও পৈশা পাশিল্লবা চন্দ্রোদা নোংমা হেক হায়বকপনি ঙা খজিক্তদি থাইবীবম্মু

হায়দুনা। চন্দ্রোনা ফনা লয়থোক্লুনা হোৎনৈ অমদুনা শিথবনা হেক্সিল্লকই। উপাই লৈতদুনা চন্দ্রো উকাবী, ঙমু খরা খাইবীরমখি। পৈশাদি হয়েং য়োল্লুরগা পীবা চৎনবীনি। চন্দ্রো পৈশা খনখিদ্রে। মতুংদা অমুক থেংনজদবা হায়দুনা লোক্তাক ইমা খুরুমদুনা কারকখি। ঙা খরা লৌহৌই হায়বফাও চন্দ্রো থাজদা হায়দোকত্রে।

নোংঙাল্লে। চন্দ্রো চাক চফু মচাদু থোপ্তা হাপচিল্লে। অহীং হৌনা থাজনা থোংবা চাক্তু ঙা খরা লৌরগা হোরেল চারুনবা হাপ্লিবনি। ইনশাংদি ঈংলগা চাব নুংঙাইতে হায়দুনা ঙারৌ ওইনা পুরগা চৎলি। থুম মোরোক খরা, আলু অঙানবা অদুগা মেৎলগা চারুগদৌরিনি। মদুসু নুমিৎনা চায়রবা কান্দা। লাং কাইবা হোৎনবিঙে। অমুক ঙা শৎলবা মতুংদা থানবা হোৎনবিঙে। খোই অমুক কাইনবা হোৎনবিঙে, খোইচাক অমুক তাল্লিঙে অমুক লেংলিঙে, অমুক থারিঙে, চন্দ্রো নুংথিল পুং ১ তাবফাও চাক খজিক্তংদু চাবা ঙমজদ্রি। মহাক্না চাক চাবদু পুং ২ তেল্লে। পাৎ চৎপা মীনা চাক চাবসি চাক অশিবা চাব গাযনা খঙনৈ। মহাক চাক অশিবা খরা চারে। অদুব নুমিৎনা চাযথবক্লবা কান্দা লাইরেম্বীদ নীংশিংলকই। লাকপা মতমে য়ৌরে খন্দুনা য়েংখৎলুবদা খনলোমদা তাম্না উরে, হঙ্গাম মপালগী মতুপ অমা খাউওন ইল্লদুনা নৌ মচা অমগা হি মচাদু চবপ চবপ হোল্লকপা। চন্দ্রো মিঙ্গল যাওদে, মানা মীঙমজদবগা লয়থোকপসু ঙল্লোইদৌবি। মন্না খল্লুবগা চেলহৌবনা ফরনি খল্লক্লে।

মহাক হি মমায় লৈবে। য়াঙ্গোয তুরেল মরীল হোনগৎলগা চেলহৌবগে খন্না নৌ খাব হৌরক্লে। হোন্না হোন্না অচৌবা ঙা, উকাবী, পোরোম হিফাল মখাদা লোৎশিল্লি। য়েল্লি খবা ফোইরগা ঙাবেম্মা ফাবৌঙা, মখৈ কুপশিল্লি। তুং হন্না য়েংলমদনা চন্দ্রো হি কন্না হোল্লক্লে। অদুবু মাবুতা য়েংদুনা হিথাংফমদগী হি হোল্লক্লিবী ইবেম্মদুগী মমিৎ মমাঙদা চন্দ্রো কয়াম শাংনা চেনবা ঙমগনি। চন্দ্রো হোনবা যাব হোল্লুরগা হন্না য়েংখোক্লকপদা মাব তান্নবকপদু উবকই। খরবু হেন্না নকশিল্লক্লে। নুপী ওইরবসু লোক্তাক তাব নুপীদুনা হাল্লমে। হি হোনবদা মপা লৈতবী ওইরম্লে। হৈবোই হৈতবোই চন্দ্রো হোৎলিঙৈদা লাইরেম্বীদু ফনা নকশিল্লক্লে। চন্দ্রো মিঙ্গল চোংলিঙৈদা কৌবু কৌরক্লে —

— ও! তাদ! ঙাইবীখো - ও!

চন্দ্রো অহানবদা তাশিন্নদে। অদুবু নমকৌ নমকৌ হেক কৌরক্লবদুদদি চন্দ্রো ফজররোই খন্দুনা নৌ হোৎপা লেপ্লে। নুপীদুসু কন্না হোল্লকই। বারৌনা ঙাঙলরে।

— করিনো তাদ! লোক্তুনা চেন্‌বীগে খনবীরব্রা? ঙাদু পীবিনীংদ্রবসু, ঙরাংগী পৈশা অসিদদি পুবিখো।

চন্দ্রো, ইকাইবনা শিরে। মানা পুক ফত্তবা হেল্লুরমাল্লে খল্লকই। ফজবা শানা ঙাঙদ্রবদি নুপীদুগী মমাঙদা শিবনা ফগদৌরি খন্না খুল্লকই —

— হেরা! ইবেম্মা! ঐদি নঙ উরগা চৎপসু নত্তনা। ঙসিদি খজিক্তং ঙন্না কাদবা য়াদবা থবক অমা লৈহৌদুনা তৌবনি।

— খঙজরে, নবুক অদুক ফৎত্রবদি ঙাকা লৌজরোইদা। ইশাগী পোৎপু মুনবসু য়ারোইদবা অদুদা হিফাল মখাদকা লোৎলিবদুবু।

— শিদনবা তৌবনিদা। নঙনা ঙাঙবসিমা। কয়াম লৌহৌগে হায়বনো?

চন্দ্রো, খুম্বা হৈফাক্তনা খুমদোকখ্রে। পীদনবা ঙাঙাঙ ঙাঙহৌদ্রে। নুপীদুদি মাগুম্বনা পাব ঙম্বা নত্তবনিনা অমুক্কা হেন্না মরৌ লৈনা খুল্লকই —

— লৌজরোইদা। মীনা পীনিংদনা পীবা ঙাসি শেল মাঙগনি। সে, ঙরাংগীদু লুপা ৭৫ তারমাল্লে। সে লৌশিনবীয়ু। অদুগা ঐনা পীজনিংদুনা ক্কা লৈরকপনি। মসিদদি চিংনবা লৈতনা হরাউনা চাবীখো।

চন্দ্রো, হেলোই ওক্লবগা চপ মান্নখ্রে। পুমপঙ-পঙথখ্রে। পৈশাসু লৌবা ঙমদ্রে, ক্কাসু লৌবা ঙমদ্রে। য়েংদুনা সুম লৈরে। মশক্তি করি হায়রুনি। লমলৈমা হায়দুবু অদুম ফজরিদ্রা হায়দুনি। মদুদা ঙাইরিবা নুপীদুনা অমুকসু নোৎশিল্লকই ঃ

— করিনো, সে পৈশা লৌবীরো। অদুক মুন্না য়েংবীরিদুবু ঐসিবু কনা মানবীরুরবগে? ক্কাসি শুনু, জর্দা য়ারদ্রা হান্না অমুক্তা যেংবীখো সে।

চন্দ্রো, পৈশানে, ক্কানে লৌরে। চাদবা য়াদদুনা ক্কা চারে। অদুদবু ঙা পীদনা করম থাদোকখিনি। চন্দ্রো, তঙাই ফদনা হায়রে —

— ঙা সি, য়াম্নদি পীরম্বা ঙম্মোইদৌরে। ফাবৌঙা খরাসিগা, ঙমু খরসিগা লৌবীহৌরো।

— য়াইদা য়াইদা! নুংশিনবগী বাদবু হায়বনি। সুম খরা খরা মরৌনসি কৈদৌগে। ঐনা পৈশা হাৎকদবসু নত্তবা। ঐখোয়সু ইকাইবা খঙলিপোৎনিদা।

তঙাইফদনা মপা লৈত্রবা ইচা অনীখক্কু লাইরিক তমহনবা ঙম্নবা খরা খরা চৎচবনি। তাদখোয়দা খরা ময়েৎলে।

চন্দ্রো খুমফম খঙদ্রে। ক্বানা হাউগৎলকপনে। নুপীদুগী ব্বাঙাংনে, ঙা থীনবা হি নকশিল্লকপদুদা ফাওরকপা হৌজিক্তা লুরকপা মানবা চেংহী মনম অদুনে চন্দ্রো পুমশুম শুমহৎখ্রে। ঙা মহাক্কা মশীং থীদ্রে। নুপীদুনা মশানা থীরগা ফাবৌঙা. ঙমু লোইনা পুখ্রে। মশীং কযানো হায়বম্বনি। চন্দ্রোনা অহীংদগী হোৎনজনকপা হুমাংমল মালংবা তমা হুম্লকপদা লোইনা শুমদোকখ্রে। চন্দ্রো যুম য়ৌবকপদু মঙদা লাকপগা চপ মান্নখি।

সুম ঙা লৌনরে। সুম মিং হংনরে। সুম, সুম নকশিন্নরে। মমৈদদি শেঙ্গাও পুল্লক্কে। চন্দ্রো শঙদা লেক্রমদ্ববনি। অদুবু ব্বা অমা হাযজিল্লগা, লাং য়াম্না মাঙনরে হাযজিল্লগা ফুমশঙদা লেকখ্রে। অদুদগীদি অদুম শক ফজবীদুনা ফাখ্রে। ময়ুমদা পুখৎখ্রে। অদুদগী থাজগী থব্বাম ওইরম্বা মাঞ্জদো মীগী ওইখ্রে।

চন্দ্রো, অমুক তুশিল্লি, অমুক হৌগৎলি লাক্কি লৌবুক অদুদা ঙসিদ। খঙদে, ঙসিদি চন্দ্রো থাজবু ওথ্নোক্না নুংশিবকই। নারে হায়বা তাগ্রবনি। অদুবু চৎলুদে। মশা শোল্লে হায়বসু তাগ্রবনি অদুবু হিদাক অমা লযদুনা পিথক্লুদে। অদুবু ঙসিদি হেলোইনা থাদোক্লক্লবা মীশুম শকহেনবীদুনা থোঙ হাংদোকউ য়াদবদগী ময়ুম পাংলক্লিবনি।

নহানঙৈ মঙলান অমদা তাউরিঙৈ কয়াম নুংঙাইখি। শেল পাম্মুবা খঙখিদে। হেলোইনা পুবশুম শকহেনবীদুগী মতুং ইন্দুনা, মানা লোইরে খন্না নুংঙাই থোক্লুরবনি। নিশা হৈনখিবসু মহাকথক্কীনি। অদুবু ঙসিদি চন্দ্রো নিশাদা ঈরাক্লরে। মাগী নিশাগী ঈব্বাযখোলদা মাগী পুক্সি মচেৎ মচেৎ নীংখায়রকখি। মদুদা মচাশিং কাউশিংগুম য়াওখি। লোইনা কাং-খোং চাইখ্রে। কাউশিংশিংদু করম্বা হিদেন্দা পল্লমগবা অদসু মহাক খঙদ্রে।

চন্দ্রো হন্দক্তি লাংখোং অমদা তাশিল্লে। মহাক পাক্লা লেঙবা ঙমদ্রে। মমায় মমিৎ পুমতৎ তৎলে। থামম্বা অহীংদুদা মমিৎ তন্দন পাইরে। য়াম্না ব্বানা হৌগৎনবা হোৎনৈ। অদুবু ঙমদ্রে। ঈশিং লৈরমদবা অদুদংদি মরাইবক ফরে। মমায়দগী ঈ খরা তারকই। চন্দ্রো ঈদু তৈথোকত্রে। মনীং তন্না তাজরসনু খল্লে। কনা খঙদা, কনা উদা লৌবুক মচী অমদা তুমিন শিনিংলে। লাংজা, কাক্কা মশাবু শেৎ শেৎতুনা চাজখিবনা মতীক চাবনি খঞ্জরক্লে।

শকহেনবীদো মানা মপাল ফরিঙৈদদি হৱাও মোমোন তৌনা সেবা তৌবম্মী। মানা য়্যু ঙাওদুনা ঢঙলক্লবসু কোন্দুনা পুশিল্লগা ফমুংদা হিপহল্লম্বনি। হাপচিনবগী থনবা নাইদ্রবা শকহেনবীদুগী অপাম-মিহৌ পাত্রদুদা চন্দ্রোগী থরায-হকচাং পুল্লপ হাপচিল্লফাও থনবা লৈখিদ্রে। ঙসিদি কবিসু থোক্লদ্রবগুম তাঙ্গোবক্লে। খোঙফাও হাংদোনপীখিদ্রে। মকম্ছিনা মথৌনা ওইদুনা কবম লৈবমগনি হাযবফাও খঙদ্রবা মাগী খাঙপোক অদু ওন্না লাক্লিবনি। অদুব নুংঙাইনা লেল্লুবা পুন্সি ঙসিদি মৈচাক পুদুনা লাক্লে। মচাশিং নীংশিংলক্লে। অহানবদু নতাবোল যাওখ্রে হাযনা তাখিবনি। মচা ঙংলদুনা ইস্কালদা বিক্লো। থৌদুনা লৈখ্রে হাযবনি। খাঙপোক অদুনা থাজনা কবম লল্লমগনা। চন্দ্র লাংখোং অদুদা ওনা তানা ময়ুম ওঙ্গোল্লা যৌনীংলক্লে। খাংপোক অদু লাইবজববসু, থাজগা মখোয অনীনা তাজমহলদগী হেল্লি খঙ্গখিবনি। নোং যববা যুমদু ফুডা দলানগুম মখোয অনীনা খঙ্গখিবনি। থাজগী ঈংজবা তপচবা, মোমোন মীংনাল্লা থাবলগুম ঙালখিবনি।

চন্দ্রো মশা ইতুক তুকথখি লেঙবদি ঙমদ্রে। তাম্না হূই মখোল তায ময়ুম নকশিল্লক্লে হাযর্বদি খঙলে। অদুবু চোকথবিবা মশাদুনা যৌবা চেল্লোইদবা লমশা ওইনা খল্লক্লে। মশাদু উইথবকই নিশানা।

মহাক্লা মমিৎ শিংলকপদা তোর্চ লাইট পাযবা মী অনীনা মনাক্তা লেপ্পুনা লৈবল্লে। মাবু মুন্না যেংবা মাল্লি। নোম্ছবক্লে। মাবু মখোয অনীনা মুন্না যেংঙি। লেকাযগী পাখঙ অনী ওইবম্মী। মাবু কৌবা লাকপা ওইবল্লে। কোনখৎতুনা মাবু ফমহল্লি। লার্কমিন্নবিবা নহা অমনা হাযবকই

— খুডা! নঙবু কৌবা লাক্লিবনি। নঙগী লৈফম তান্না চৎনবা লৌবুক শমলকপনি। ইন্দোন থাজদু লৈত্রে। মযাম্না খুডাবু কৌকচো হাযদুনা থাবক্লিবনি। অদুবু নঙদি লমহাংসিদা তাদুনা লৈবল্লে।

চন্দ্রো মঙ ওইহন্নীংলে মাগী পুন্সি। মঙ ওইন্নীংলে মিৎকুপ অদু। ঙাঙলিবদো কবিসু খুম্বা তৌদনা তপ্না চন্দ্রো মচিন্দা শোনখি

— ও! ঐগী থাজ তাখ্রবকো। ❑

# ঈশিংখোংগী ৱারী

দাদা!

নঙবু করম লৈরমগদগে। নঙগী খনবদা ঐবু লৈফম শঙদ্রে। নঙগী প্রেমিলাদি ইপানা, মরী-মতানা থিনজিনবীবম্বা কা অসিদা ইদোম ফন্নি। লাঙলম্বা পৃম্বা ঈংথখ্রে। লৈহৌরিবা হাযববু থংনবা যূমদা মমান্নবা কযানা চাবিবা থক্লিবা অসি মঙায়রে। মখোয়না লানঙম ফিরাল থেৎলবগুম লার্ঙালি। ঐনা বন্দীগুম কা অসিদা কপ্পি। শকখঙদবা অমনা খোঙ হাংদুনা চঙলকপা ঙাইবি। থোঙ অসি ঐনা লোল্লুবগী ইতিক ওইদ্রে। থোঙ অসি হেক হাংদোক্লুকপদা, দাদা, নঙগী প্রেমিলাদি মীগী ওইখিবা তাবনি। ঐগী উপাই লৈত্রে। ইমানা ইপানা ঐগী যাইফনবনি হায়দুনা পুন্সিগীদমক মশক উদ্রিবা মঙোন্দা লুহোংবিবক্রে।

বল্ব মৃশি-মুশি থাল্লিবা কন্যাগী কা অদুদা ফমদুনা প্রেমিলা মদোম ৱাখলদা তাউবি। অঙৌবা কাঞ্চল, অনানবা কা, অনানবা ফমুং অনী, উপুনা মখল মখল, মোম্পাক ফিদক্লা মচু মচু। অদুবু প্রেমিলাদদি পৃন্নমক মৈচাক্লি, পূন্নমক অসি মীনম্বনি। মাগী থবায চেক্লাদি পাইহৌবি তুফাং-খপ্না হঙ্গাম মপালগী লমদুদা, থিহৌবি মাগী মখাযদগী হেন্না নুংশিজবা মাবু। কয়াম নুংশি মানা পারীবু। পারীনস্ কযাম নুংশি প্রেমিলাবু, মখোয় অনীতনা খঙগনি। পুন্সিগী থাদোক্লনুসি, মপোক মপোক খুদিংগী নুংশি বাযথুংনসি কযারক ৱাশক্লখ্রবনি। ঈশিংখোংদা কযা, লৌ খাওমিন্নবদা, লৌ য়ৈমিন্নবদা কযা। অদুবু ঙর্সিদি অবেম্বদা তারে। মাগী হায়ববু নীংজবা, নুংশিজবা অসি মঙায়রে। তেনখ্রবা মীৎকুপ খবা অসিফাও পারীগীদমক বারি। মরম লৈ — পাবীনা ফোন্দা থম্মোয় কায়না হায়রকখিবা লৈ — "ঐদি নঙনা দোলাইদা চৎখিবা নুমিৎ অদুগী অহীংদা থৌরী য়ান্দুনা শিগনি। মদুসু নঙ-ঐনা মখোঙদা ফমদুনা নুংশি ৱারী শানখিবা ঈশিংখোং মপানগী খোংনাং পাম্বীদুদা। মদুনা ঐনা নঙবু নুংশিজবগী অরোইবা খুদোলনি।" মদুদা প্রেমিলানা পাখত্তুনা খুমখি — "দাদা! মদুদদি তৌবীগনু। ঐনা নঙবু নুংশিদবা নত্তে। ঐ শিদোক্কদবদা মঙায়রে। ঐ অমুক থোক্লক্লবা উপাই শুকলৈ লৈত্রে। ঐবু মখোয়না শেন্নদুনা লৈখ্রে।" মদুগী ৱাদু পারীনা তাখিদে। মহাক ফোন

মুথংখি। অদুদগী মহাক ফোন অমুক তৌবকখিদ্রে। লুহোংবা থোক্লমদাইফাও প্রেমিলা পাউমেল্লম্নবা হোৎনখি। ফোন ফংখিদ্রে। কবিগুম্বা ফোন পাযবক্লম্নবদি নহাক্লা হেক শিবদা ঐস্য শিগনি হাযবন্নীংবনি। অদুবু উপাই লৈখিদ্রে। লুহোংগদবা খবা বাৎলিঙৈদনা পাবীনা প্রেমিলাদা থম্মোয শোক্লা নোংমসু হাযখি — "প্রেমী। ঐ নঙগী লুহোংবগী বেন্দ মখোল তাব ঙম্লোয। বাৰ্তন ফাওবা উবা শুকচুম ঙম্লোই। ঐ লুহোংবগী মখোল অমত্তা তাদবা লমদম চীংনুংদা চৎখ্রগনি। ঐ অমুক হল্লক্লবোই।" মদু ফাওবা প্রেমিলা খাঙবা ঙম্লম্মী। অদুবু মরোইবা ওইনা হ নবকখিবা বাফম অসিদি প্রেমিলা বাদবা ঙমদে। শিদা শিবা ঙমগদবা মাগী পাবীনি। মহাক হৌগনা চন্নিংলক্লে। লুহোংলে হাযবা অদু মঙায। মাদি কবম্ন নৈ কোযখিব কবম্না লে হ কখিবা, পুন্নমক থাখল শমদনি। চাকসু অদু মঙায, মনেম মকুগী মমা ঙদা চাদে তাযনি হাযলগী চাবনি। চাক চাব চঙখিদে। কোল ফেঙলম্লে, বাই শীংলম্লে। অমুক মাবু শা অসিদা থিনজিন্নবিক্লম্লে। হৌজিক্তি মাগী থাখল মনী তম্লক্লে। খোংনাং মখোঙ অমুক্তং উনীংবগী ঈখৌ লাংলক্লে। হঙ্গাম মপালগী লমহাং মসিমতং লান্দুনা চন্শিবা ঙম্নবদি ঈশিংখোং নাদুম যৌবনি। অদুবু কবম চৎকনি। মাদি পুন্সিগী মিযাৎ তাববা বন্দি অমনি। মাগী অনীংবা অপাম্বগী মাযোক্তা নমদুনা মমা-মপানা শকখঙদবা আসদা লুহোংবিবক্লবনি। পুন্নমব পৈশাগীনি। ইনাক খুল্লি হাযবগী মখোযনা মচাগী যাইফনবনি হাযদুনা পীবক্লিবনি। লাযবৈ, কনা লৈতে হাযদুনা মখোযনা পাবীবু পামখিদে। মচাব্র মাঙলনি খন্না থুনমক লুহোংনবা নুমিৎ অসি লেপাখবনি। অদুবু মখোযনা খঙদ্রে নুংশিবা লৈত্রবা মযম অদুদা লন্না কবি কান্নগনি। প্রেমিলানা মমা মপাবু বাবৌলকই। মাগী উপাই হাযববু থোঙ অদু হৌজিক ফাওবদি হাংদোক্লকাত্র। হক পুম্বা পুবদুনা মানা কুন্দে। পবেং হূকখিবা নুপাদু চঙলক্কদৌবিবনি। অদুবু প্রেমিলাদি ফজনা লৈতেংদুনা লৈবিবা ফমুংদু কাকদ্রি। ঙম্মী হাযদুনা শকখঙদবা অদুনা চিংখৎলবগা কাগদবা মঙায। মমা মপানা অউনপোৎকী অবাৎপা তোযনা হংঙি। প্রেমিলানা খুমদে। হংদা হংলুবগা খুম্মী — "নখোযনা অপাম্বা তৌ। ঐ কবিশু হাযববোই।" মমানা থেমদুনা হংলুবদনা খুন্নকখি — "ফমুংদি অনী শুদবা যাবোই।" মদুগী অর্থ মমানা খঙলমদবা যাই। মাগী ৱাখন্দা খল্লিবদি - শকখঙদবা অদুগা তোযনা নিংঙাই শংদানবক্কনি। মতমদুদা মাগী চেনফম হাযববু অতোপ্পা ফমুং অদুনা ওইকগদৌবিবনি। ঙসিসু মহাক তোঙান থাবিবা ফমুং অদুদা ফল্লিবনি। থোংনাওদা থাবল যেংলি। ৱাখলনা খোংনাং মখোঙ যৌখ্রি।

"দাদা! নঙদি বা য়াম্না ঙাঙদবনি।" প্রেমিলা মদোম শোল্লকই। "নঙদি ঙাঙথোকখ্রবদি ঙম্নবা তৌবনি। নঙদি অশেংবা নুপাদা নুপানি। নঙগী লুম-লুম লাউবা খোঞ্জেল, তাঙনা নোকপা নঙগী মীনোক ঐনা ওঞ্ছোক্লা কল্লকচবনি। নঙবু নোকহনবা ঙম্নবদি ঐগী মায় পাকপনি খঞ্জখিবনি। নঙবু হাযদোকখিবা বা ঙাক্তুনা খোংনাং মখোঙদুদা লেপ্লম্লগদ্রা? নখুত্তা থৌরী পাযবরিদ্রা? মীগী যুম যৌখ্রবী নঙগী প্রেমিলাবু কৌদুনা বিদায় লৌববিদ্রা? ঐবু লৈফম খঙলকত্রে। ঐবু তাঞ্জা খজিক ফংলিঙৈসিদা ননাক্তা চেল্লক্লোরা? মদুগী ফলনা কবি ওইহৌগনি। ঐনা ইমা ইপা, শাগৈ নাতৈ পূম্নমক মতম পূম্বগী ওইনা নরক্তা চিংথরম্লগনি। দাদা। নঙ চীংনুংদসু চৎলু, মণিপুরগী বাংমদসু চৎলু। ঐবু উদনবা। ঐবু শাপ তৌবীবম্মু। মপোক অসিমগী নুংঙাইবা ফংদনবা। অদুবু নঙগী অরোইবা খোঙথাং অদুদি লৌবীবমগনু।'

প্রেমিলা কপ্লক্লে। মিৎলু পিবাং শিন্থবক্লে। মিংকুপ খবদং ফংলিঙৈসিদা নুংশিবা মাগীদমক লোইনা কপহৌবগে মতানি। অমুকসু যেংঙি খোঙলোমদা। থোঙমক্তি হাংদোক্লককত্রি। থংনবা য়ুমদা লাঙবা য়াওবমখিনি। মানা খল্লি, মাগী পুন্সিগী মফম ওইগদৌবিবা মীশক্তু নিশানা মযাই কানা চঙলকপসু য়াই। নৎত্রগা খৎনবা হৌববসু যাবি। অমুকসু খল্লি, কবিগীনো মানা নুপীনা মশানা যানীংদে খঙলফাও অসুম লুহোংনবা অঙম তাল্লকখিবা। মাগী অশোয়বা, অরাৎপা অমা শোয়দনা লৈবমগনি। লাযনা পক্লবা মীশক ওইবম্বসু যারি। মচাগী লাযনা লোৎশিল্লগা মচানুপাগী মমৌ থিবা লমদমসিদা বাংতে। মদুদি কমদৌবা। শিখিবা তাবনি মাসু। লাযনা পক্তুনা। পেনসনু ইমা-ইপা। মখোযনা নুপাসিগী লমচৎ খঙবদি ওইথোক্তে। পূম্নমক ঐনা থেংনগদৌবিবা লাননি। মখোযনা য়াওবীগদবা নত্তে। ঐগীদি পূম্নমক অমম্বা খোঙচৎনি।

খনবা য়াব খল্লে প্রেমিলা। অদুবু মশাদি চোকথরে। চাদবনে, তুমদবনে, বাখলনে। নুমিৎ খরসি মাদি বাববনি। মহাক ফম্বা ঙমশিল্লকত্রে। হীপথবে। কোক্তা মোনগা তাইনবে। অদুবু বাখন্দি তোক্তে। খোংনাং মখোঙ অদুদা খল্লি। খল্লকই - অমুকসু। লৈবা ঙমদ্রদুনা দাদাদুবু ইখোল অসি য়ৌবক্লম্লগদ্রা? নৎএগা শিবফাও কিদ্রদুনা কা অসিগী য়েনখাদা লাক্লম্লদ্রা? অমুকসু খল্লি — "মদুমক্তি ঐগী পাবীনা তৌরক্লোই। মাবু ঐনা থাজে, অদুক থম্মোয় পিকপা ঐগী পারীনা খল্লকলোই। ঐগী য়াইফনবতা মানা খলহৌবনি।" অদুবু মিঙ্গুল্দি চোংঙি প্রেমিলা। খোংনাং মখোঙ অমুক্তংদি য়ৌনীংলকই।

খঙহৌদে। প্রেমিলা ফুক হৌগৎলকই। তপ্না থোঙ হাংদোকলকই। থংনবা য়ুমদা লাঙলিবদু হন্না য়েংলমদে। সড়ক য়ৌরকই। তুং হন্না য়েংঙি। তরামরিনি পানবা থাজনা মাবু ঙাইরম্নি। থাবলনা চামথোক্লবা লমহাং, সনা অহিংবা মচু মাল্লবা হঙ্গাম মপালগী লমদম ফজবনা লোইবম্লে। প্রেমিলা অফ-ফত্তা খনবা ঙমখিদে। খোংনাং মখোঙ য়ৌনীংলকই। থুনমক লৌবুক কুমথখ্রে। নংহৌররোই মতাগুম চেনচৎ চৎলকই। অমুক্না লৌবিদা, অমুক্না হঙ্গাম মবক্তা, অমুক্না নীম মচু মাল্লবা কছাবী মপাল মবক্তা শম শমদুনা চেল্লকই। লেঙ লেঙ চৎলিবা অইংবা মলয়া নুংশিৎনা মশাদা ফুবক্লে। অদুবু ঙসিদি চীংজাউ খোনবা মালংবা মানা প্রেমিলাবু ঈংহনবা ঙমদ্রে। উরে মাগী নুংশিববা খুঙ্গং। মুশুক মুনা মাঙদা পাক্লা থত্তুনা লৈবে। খুন্দুগী মনীংদা লাপ্তুক্লা উবে মাগী খোংনাং পাম্বী। নুংশি মশুংলাংগী প্রেমিলা থাংহৈদবা খোঙথাঙ থাংলক্লে থেংলবা অহীং অদুদা। তুং হন্না অমুক য়েংঙি। কনানো অমা লাপ্তুক্লা তান্নবকপা উই। প্রেমিলা কনাসু অমুক কিখিদ্রে। নুংশিবগীদমক্তি মহাক চৎপা লেপ্তে। ঈশিংখোং নকশিল্লকই। মাবু পাবীনা ঙাইবিবগুম খল্লকই। মসা পান্দুনা পাইনাংলকই। থম্মোয চোংলকই। খল্লকই — "মাগী পাবিনা খোংনাং মথক্তা থবাক থবাক যাম্থদুনা লৈবম্লবদি। মদুবু ওইববদি ঐসু শিগনি। নুংশিবা মাগী মতুং ইনখিনি।" অমুকসু নোংমা মাগী পাবীনা হাযখিবদু নীংশিংলকই — "ঐদি শিখিনি। নঙনা লুহোংবগী নোং ভানবদা মৌ অনৌবী ওইনা বাই তৈবিঙৈদা নঙগী খুঙ্গংগী অরাবা পাউ অসির্মদি শোযদনা তাবগনি।" প্রেমিলা ঙাইঙল্লক্তে। চেনচৎ চৎলকই। মাগী চোকথববা মখোঙ অনীনা মাবু বানা পুরি। তপ্না তপ্না চঙশিল্লকই। উবকই। কনানো অমা উ অদু কাখৎখ্রি। মাগী পাবীনি। প্রেমিলা কপ্না কপ্না চেনশিল্লকই। কৌবকই

— দাদা। ঐ লাক্লে। নঙগী প্রেমিলা লাক্লে। অমুক্তা ঙাইবীবমখো।

পাবী খোংনাং অদু ফনা ৰাংনা কাখ্রে। হোয মাই হাযদে। থৌবী মচীন অমা উসা অমদা পুনখ্রে। অদুগা থৌরি কোঙ্গোয অদুনা মখুৎনা পাযখি। প্রেমিলা উ অদু কোন্দুনা কপ্লি। কপ্না কপ্না অমুকসু কৌবকই :

— দাদা! নঙবু নঙগী প্রেমিলাবু নুংশিদ্রবরা? অমুক্তা ঙাইবীখো। নঙগী প্রেম্না খাঙবা ঙমদ্রদুনা পল পুম্বা নমখাযদুনা মফম অসিদা চেল্লক্লিবনি।

— নত্তে, নঙ! ঐগী প্রেমিলা ওইবা য়ারোই। নঙ লম্লক অসিদা লৈবা লমলৈমা শোয়দনা ওইগনি। ঐগী থৌরাং থুগাইনবা নঙনা প্রেমিলা শাদুনা থোক্লকপনি। ঐগী প্রেমিলাদি লম্লানবা মাগী কাদা য়ৌখ্রে।

— নত্তে দাদা। ঐ লমলৈমা নত্তে, হেলোয নত্তে। নঙগী অশেংবা প্রেমিলানি। শাবংদগী নাম্বোক্লবী নঙগী লাইবক চাউবী প্রেমিলানি। নঙগী অবোইবা খোংথাঙ অদুদদি লৌবীগনু।

-- কবি। ঐগী প্রেমিলা। মদু খক ওইথোকপা যাবোই। ঐদি বাশকখ্রবনি। বাশক ঙাকপনা ঐগী ইথৌনি। ঐদি নোংসিনা ঙান্দ্রিঙৈ থবাযগা হকচাংগা কাযনবগনি।

হাযনা হাযনা পাবী মঙঙ্কা থৌবি কোঙ্গোগ থুনমক হুৰুচিন্নখি। অদুগা থুনমক চোংথবকখি উথক্কুদগী। মিৎকুপ অমগী মনুংদা পাবী ফ্রিং ফ্রিং চোংখি অদুগা ঙহাক্কী মনুংদা থবাব থবাক যানখি উথক অদুদা। প্রেমিলা যেংবা ঙমখিদে মমং উইশিনখি। প্রেমিলা মিৎকপ খংগোক থোক্লকই। মহাব মঙফাওনবে।

মহাক মিহুল চোংলম্লি। মঙ ওইবগে মানা মিৎকপ থোক্লকপদা মাগী শকখঙদবা মানা ৎবেৎলব পোযদুনা লৈ চাইদুনা কুন্দো পাবং হুক্কনা খুবমজখিবা নব অদুনা মাবু পমখৎলমলে। অদুগা তপ্পা মখোযগীদমক লেংে দুনা থল্লিবা ফমুং অদুদা তপ্পা থম্লারে। পম্বা মতমদা। খাও অদু হাংদোক্কুনা চঙলকখিবা। কম্বা মংমদ মাবু পমখৎলম্বা মহাক কবি অমতা ওাহৌদ্রে মহাক কবিশু হাযবা ঙমজদ্রে। মাগী হাযববু পিনা চোংলম্বা মাগী মিংলু অনী অদু উদনবা মমায ফিনা খুমজবা অদু মঙাথবে। মশাদি হৌজিক ফাওবা তনীব তনীকলি।

প্রেমিলা নাম্বোক্লবা উপাই অমুক লৈত্রে। হযেং নোং ঙানবদা মাগী নুংশিবা খুঙ্গং অদুদগী অবাপা পাউ অমা লাকপা যাবি। মদুগীদমক্তি মহাক ঈশ্বরদা ইম্বোকপা নত্তনা উপাই অমা অমুক লৈত্রে। মিৎকুপ অদুদা মানা ঈশ্ববু থম্মোযদা চেৎনা লাৎচদুনা মদুদাদি থোকহনবীনুকো হাযনা পুক্লিংনা খুকুমজৈ। মাগীদমক্তি আশা পূম্বা মাঙখ্রে। থৌনাসু অমতা লৈত্রে। মাগী মঙ অদুগী খল্লুবদা মহাব লৈতাফম খঙদ্রে। মাগী থম্মোয অতিযা নোংলৈ নুংশিৎনা পৃম্মম মমলকই। চাংজৌ ফংদ্রবা মাগী বাখলগী ঈপাক চিংমুক বাংবা ঈথক্কা হন্না হন্না যৈববি মাগী নুংশি তোর্বান্দা। তোর্বান অমমম লেপ্পদুনা মাগী পাবীগা মাগা যেংনবি। মখোযনিগী তোব্বান অনীনা কৈদৌনুংদা উনববোই। উনদনা ঈপাক যৌখ্রগনি। লেমহৌবিবা হাযববু নীংশিংবা কৌবা মহাক্কা নুংশিবা কৌবা মহাক্কা মাগী থম্মোয কাচিন অমমমদা তুফক তুফাই চন্না ফমহৌবগনি।

মদুদা খাঙঙমদ্রবা মাগী থম্মোয়না ঈচেল অনী ফাংনা চেষ্টরকনি উপাই লৈতনা। ফোং ফোং শাবা পিনা মহাকপু মৈচাক হাপ্তুনা পুম্পিগী লৈহৌরগনি।

অদুবু কৈদৌরুনি। ফাঁসী শগাই মথক্তা কারবা বন্দী অমনা করিবু খল্লুরনি। আশা পুম্বা মঙলান ওইখিবা তাবনি। প্রেমিলাগী বাখল পুম্বা পুম্মম মমখি কাদুগী মুশি মুশি ডাল্লম্বা বল্ব অদ্ হেক মুথৎখিবদা। অদুবু পাইথোকখি মাগী থবায় চেক্লাদি অহীংগী চেক্লা ওইনা হাংলিবা থোংনাও অদুদা। থিরুরি মাগী নুংশিবা মাবু হন্না হন্না হঙ্গাম মপান্না মতৌ অমা ওইনা ফজরিবা লমদমদুদা। ❑

# মালেম লৈমনা লূম্বরা...

ঙানবী চাক থোংলি। লাইববনিনা গ্যাসনা থোংবা ফংদ্রি। চন্দ্ৰ মৈ মাঙলি। অকংবা থিদুনা থোংলিবনি। মপানা থবক শংলবদি শীং খাযবীদুনা উগী শীংনা থোংগদবনি। অদুবু মমাগী অনাবসিগী হিদাক লৈবা ঙম্নবা মীগী হাঁজিপা শূবা চৎপা হোৎনবদা মপাসু তোপ ভুরে। ইমুংগী অনাৎ শপা যেংশিনবা ঙমদ্রে। অদুবু চেঙফাওবদং পুশিল্লক্কুনা চবা লেপাত্রিবসিনা যম্ববনি খঙ্জে ঙানবীনা। মমানা যমুংদা নাহেবি। কুইনে থিনবা লেংবা তৌবদগী মশা সুম শোক্কবঙুনা লৈবকপা। কিদনী নযক্তা নুং চাউববা অনী তো দুনা লেরে হাযবে। ওপবেসন থুনা তৌহৌদ্রবদি কিদনা পেন শইবকপা যাবগী বাফম নক্রে হাযবে। ওঙাই যদ্রবদি কিদনী অমা শিন্দবা যাবোইদ্রেনি। ঙানবীগী মপাবু মকোক্তা চীং অমা ননবগুম বাবে কদাযদগী পৈশানা ওপবেসন তৌগনি। হিদাক লযবা ফাওবা মাঙোন্দগী পূদুনা খোৎজুনা লযবিবনি। খল্লুবদা বা লান ঙাঙলকাখদ্রে। উংদুনা লৈবে। মপাগী মতৌ উবদা ঙানবী চিনবান কংলে। মমাগী নাহেখোল তাবদা চাক থোংলি হাযবদু মঙায বাখলনা মৈ ইনশিনবা কাউবে। চেগপনা মৈ নন্দুনা থনম্লগা মমাগী মনাক্তা লাক্কুনা কবি তৌবকউগে হংলুবি। ঈশিং খবা, গ্লুকোজ থিৎলগা পীথক্লুই। ঙহাক্তুংদি পোখাখিবা মাল্লি, অদুবু অমুক নাহেবকই, থিল্লিগা, যেকইগা ভাব অমা তাদ্রে। ঙানবীগী থম্মোয মৈ হৌবে। মপানদি কবি উপাই তৌদুনা মমাবু ওপবেসন তৌনবা হোৎনগনি। অদুদি মমা শিবা তাবনি। মদুদি ঙানবী খল্লুবা ঙমদে। মমাবু মানা লুনা তৌজৈ, মমানসু মহাক উদ্রবদি লৈবা ঙমজদে। ঙানবীনা খঙ্জে, তোল্লিকো লাযববা, বাখল অমতা থোক্রেদকো। মমাগী মৈচাক যেংবা ঙম্লক্রে। তাঞ্জা অদুদা মপা হল্লকই, খুলদুগী খ্বাইদগী ইনাকখুনবনি হাযনবিবা লৈবাকমচা কৌবা অহল অদুসু যাওবকই। চঙলক্কুনা মপাগা অহলদুগা মমাগী ফমুংদুগী মমাঙদা ফক্তা ফমথনখ্রে। অদুগা বাবী সুম শানবকই। অনাবা খবা ফব্রা হংই মমাদা অহলদুনা। মমানসু তাদ ফবগী মথোঙ খঙদেদা হাযনা শোক্তক খুমখি। অদুদগী সুম বাবী ব্বাতাই শানবকপদা অহলদুনা মশাগী ব্বা থেৎচিল্লকই।

অহলদুগী মচা অমখক পোকপদু মরাইবক থীরে। মমিৎ অনীমক উদ্রে। মমা পুক্লুংদগীনি। অদুমদগী হেন্নসু পোকচদ্রে। অহলদুনা মচাগী মরাইবক ওইহৌগদৌরিবদু মথ্বায় ৱানা পঞ্জরকই। অহলদুনা হায়, 'ঙানবীপা, ঐ য়াম্না ৱায়, মমিৎ উদবা ইচা নুপা অসিদা ঐগী লন থুম পূম্বা শিন্নরমগদৌরিবনি। ইমৌ অমতং থিদুনা ইশু অমতং ঐনা শিদ্রিঙৈসিদা য়োকচরমগে হায়রবসু কন্নানসু ইচাবু মচা মশু পীবীয়ু য়াদ্রে। করি উপাইনো খঙদ্রে। ঐদি সুম অহল ওইশিল্লকলি। ঐনা কোক শিদোকখ্রো, ইচাসিনা করিনো তৌহৌগদৌরিবা। মীগী মচা য়োকপসু ঐদি পামজখিদ্রে। লাইসিসু ফৎমন্দে। ঐনা করি পাপ তৌখ্রবনো খঙদে, নহাল মপোক্তা, হন্দক মপোক্তা লারুবীরে। অদুনা ঐদি চাক্ফম-থকফম খঙদ্রবনি। ইশু নুপা ওইরো, নুপী ওইরো অমতংবু ফংজরবদি ঐ শিরসু যাবে। ফন্না লোন্না, ফোংনা থিরে, মৌ অমতা ফংদ্রে খুল অসিদসু, খঙন-চান্নবা খুল অতৈদসু। শাউরুবা য়াদে, ইচাগী ফিভম্ননি। মাসু নুংঙাইজদ্রবনি। তুমিন তুমিন লৈরি। মমাদি খববদবু হাপ্লসি হাযরিবনি। ইচাগী ফিভম তারুগা কন্নাগুম্বা নুংশিবীবা লৈববদি করিনো মমলবু ওইরসু পৗজরগে হায়না। ঙাঙনা ঙাঙনা অহলদু মপি তৈথোকখি।

ঙানবী চাক থোংনা থোংনা সুম তায়। থোইনা ঙাঙনবিবদু পূক্নিং চঙলুদ্রবসু লাপ্নবা নত্তবনিনা অদুম তাবদি তায়। অহলদুগী ৱাবীদা মপানসু নুংঙাইতবা উৎপা. ফোঙদোকপা নত্তনা মচা ঙানবীবু পীরগে, খোৎলগে হায়বকপা লৈতে। মচাদি থোইবীনি হাযদুনা থমজরিবনি। লন থুম ফংগনি হাযরসু মচাবু অদুম্না অমম্বা সংসার অমদা থাজবা পামদে। মচাগী আশাদা মহাকসু, মাগী নুপীসু হিংজরিবনি। মশক শাৎতে। খুন্দুদদি মচাগুম্বী লৈশাবীবু লৈবু লৈতে হায়বা য়াই। ঙানবীগী মপাবুং ভাব তাই, অহলদুনা ঙাঙলিবদু মঙোন্দনি, মচাবু পীযু হেক হায়বা ঙমদদুনা নাকোইননা হৌদোক্লক্লিবনি হায়বা। মাদি শাউবু শাউনীংলকই, লৈতে, লায়রৈ হায়দুনা য়ারনি মতাগুম ঙাঙলকপা মাল্লি হায়না খঞ্জরি। অদুবু মদু হেক ফোঙদোক্লুবদি য়াদে, অদুনা হোয়নে হোযনে হাযনা তাবদা তাখি। ঙানবীনা চাঙাং অমদি পীথকখি লোল্লক্তুনা।

অহলদু চৎলগে হায়দুনা হৌগৎলক্লে। চৎলগে হায়রম্লগা থোকপা হৌখি। করম্না মনীংথোঙলোমদা থোকখিবা খঙহৌদে ঙানবী কোম্থোংলোমদগী চঙলকই। অহলদুনা লম্বীদা থৈনৈ। ঙানবী মপাদি শুমাঙদা তাদ য়ৌবীরো হায়না বিদায় লৌহৌরি। ঙানবী মমায় ঙাঙশিল্লি। অদুগা হেক থৈনবদা বা অমখক পলহৌই :

— ইপল! য়ৌবীরগেরা?

— হোয় ইবেম্মা য়ৌরগে।

— ইপলগা ব্রা অমতা খন্ননিংখ্রেদা।

— কৈনো, হায়য়ুনে, য়াইনে।

— ইপল, লম্বীদা নুংঙাইররোই।

— অদুদি ঐ নুংথিল লাক্কে।

— ফরে, ইপল।

ইনাকখুনবা লৈবাকমচা আশা পুদুনা য়ুমদা হনখি, ঙানবী পৃথ্বীগী ব্রাখল পুম্বা কোক্তা হাপ্তুনা মনীংথোঙলোমদা চঙলকখি। অদুগা মমাবু চাক পীজনবা হোৎনখ্রে। মমাবু চাক ইনবী। চাক ইন্না ইন্না ঙানবীনা তপ্না হায় .

— ইমা! নঙ ব্রানুকো। নচা লৈবিকো।

— ইমা ব্রাদেদা। ঐগীদি শিখ্রবসু করিমতা চিংনদ্রে। ইমানা ব্রারিবসে নঙগীনিকো, ইবেম্মা।

— অদো ইমা! নঙ শিবা শুকয়া য়াদে, ঐগীসু করিমত্তা ব্রাবীগনু। ইমা, ঐ লৈবিকো।

ঙানবীসু মমাসু মপি তৈথোক্লখি। ঙানবী মমা চাক পীজবা লোইরগা মপা অমুক পীজনবা হোৎনখ্রে। মপাসু থুনমক ঈরুজদুনা চাক চারগা থবক চৎখ্রে।

নুংথিল পুং অনীরোম তাবদা ইনাকখুনবা অহলদু চথোরকখি। ঙানবীনা মমা তাখিদনবা হান্ননা শীনখ্রে। অদুনা অহলদু মখোয়গী পাখল ওইনা তৌবা মাগী কোল শাফম অদুদা ফমহনখ্রে। অদুগা মানা মাগী ফিশা কোল মথক্তা ফি শাবগী মওংদা ফমখ্রে।

ঙহাক তুমিন লৈনৈ। অহলদু ঙানবীদা অমুক য়েংঙি। ঙানবী মরু লুকথনা লৈরি। ব্রা হৌদোকমল্লক্রবদা অহলদুনা তপ্না হায়রকই

— ইবেম্মা করি তানসিগে?

— ইপল ব্রাসি লুখ্রে।

— করিনো হেক্তা হায়য়ুনে।

ঙানবী তুমিন অমুক লৈ। তপ্পা হাযবকই। ঐ ইপলনা ঙসাই অযুক লীখিবা রাবী পুম্বা তাজহৌই। মদুদা ঐনা খল্লকই - ইপলসু শেল লৈববসু নুংঙাইফম খঙদ্রি। ঐনা ইমাগী মথ্বায কন্নীংলি। অদুনা ইপলনু উননীংলকই।

— হায়নুনে ইবেম্মা। নঙনা কবি উগায় তৌবীবা যাবগে?

— ইপলগী ইশু হমা শোযদনা পাম্বীবনা?

— কবি নানো হবেম্মা, ইখ্বাযগা শিন্নবসু যাববনি।

— শোযদনা যংলান রাবীকনবনু।

— কবম্না ইবেম্মা।

ঙানবী ঙহাক লেপ্পা। অদুগা হাযবকই, "নচানা হায়বা না অমত্তং যাবীদবদি ইপলগী অনীংবা খঙ হঙলগে। অহানদসু খুল্লকই হযা ঐ শোযদনা লাগনি। ইনাক্নী হেক হাযদোকপা ঙমদে হযাংবা পাদ্রমনি। হাযবনাই ইমাগী ওপরেসনগী লুপা লাখ অমা চঙগনি হাযবি। মদু পীনাবা ঙম্ববা ঐ প্যান্স মাঙডসন। অদুবু বাহমা ঙমদি হাযনহৌবা তাই। ইপলগী ইশু নুপী ওইনসু নুপা ওইবসু অমদগী হেন্না পীবদ্দি ঐ ঙমজবোই। মদু ইপলগী ইবাইবক ওইগদবনি। ঐদি অঙা অমত্ত পোকলবা মতুংদা ইমুংদুদা লৈবা ঙমজাবোই ঐগী অতোপ্পা সংসার অমা যেংশিনবা যাবা লাদবনি। ইমাগীদমক ঐ পুন্সি মতেক অমত্ত ইপলগী ইমৌ ওইদুনা কৎলম্লগে। অদুগা বাফমসি কনাগুম্বা অমতদা হাযদোকপীবা যাবোই। ইপলগা ঐগদা খঙনগদবনি। ইপলগী ইচা অদুদসু খঙহনবীবা যাবোই। হেক হাযদোকপা নুমিত্তা ইপলগী অনীংবা শোযদনা কাযগনি।" বাফমদু তাবদা অহলদু হবাওবোই ঙকপোই মতৌ অমা তৌখ্রে। লোইনা যাজবে হাযবে। অদু কমদৌনা তৌবা হাযনা হ লকপদা ঙানবীনা খুমখি 'ইপলনা লুপা লাখ অমদু ঙসি পীবীগদবনি ঐঙোন্দা লোন্না। ঐনা মদু ইপা-ইমাদা উৎলুবা যাবোই। ক-দাযদগীনো তখৎলক্কনি। অদুনা ঐনা শেলদু মফম চানা থনমগনি অদুগা ইশানা ইপলখোযদা নুমিদাং যৌবক্কনি। হযেং ইপলনা পাউ হাযদোকপা লাক্কনি। ইশানা যাববনিনা ইপা ইমানা যাদবা ঙল্লবোই। অদুদগীদি নোংমা নীনী লৈবগা ইপলনা ইমুং-মনুং ওইরবনিনা ইমাগী ওপরেসনগী মতেং পাংনবা হাযবদা ইপানা যাদবা ঙল্লরোই। মতাংদুদা ইপলনা নচা নুপীদা পৈশা থীলহল্লক্কগে হাযবীবমগদবনি। মতাংদুদা ঐনা পৈশাদু পুথোক্কুনা ইমাগী মথ্বায কনবা ঙল্লগনি। ইপল, ঐনা লৌজবক্রিবা ফিবেপসি ইমাগীদমক্কি। ইপলসু নশু ফংবীযু। ঐগী ইমাগী মথ্বাযসু ঐ কঞ্জগে। অদুগা অঙাং

অমা পোকপগী মতম নত্তনা ঐদি ইমুংদুদা লৈবা ঙমজরোই হায়জরিবসিনি। পোক্তদৌরিবা অঙাংদু চউম্বগী নুমিদাংদা ঐ চেঞ্জরক্কনি। ঐগী সংসার অমা শেমজখিনবা মতম পীবীগদবনি।

পূম্নমক য়ানদুনা অহলদুগা ঙানবীগা অবোনবা দলিন অমা ইনবগা মান্নখ্রে। অহলদু থীন্দনা চৎখ্রগা লুপা লাখ অমা লৌকরে অদুগা চেনা যোমদুনা লীশিং চৎপী মপুন অদু ঙানবীগী মখুত্তা শিন্নরে। ঙানবীনা ইমুং চংখিদুনা লীশিং চৎপী মপুন অদু লাইনিংথৌদা পৃথম অনদা হাপ্তুনা কৎলুবে অদুগা মপি তৈথোক তৈথোক থোক্রক্লগা অহলদুগী মখোঙ শোক্লা খুকম্লরে মকোক ফি কুপখ্রে। অহলদুসু মপি শিঙ্কবকই। বা অমতা ঙাঙলমদনা, 'ইবেম্মা নত্তাকপ ঙাইজরম্মগেকো' হায়না হায়রম্লগা চৎখ্রে। ঙানবী ফি শাবা চঙদ্রে। মমায খুমদুনা কপখ্রে, অদুগা মমায় মমিং ইপোম পোমনা ইমুংদা চঙখি। পৈশা মফম চানা থমজিনাখ। মগাগী মনাক্তা তপ্না চঙখি। তৌবিবা পূম্বদু খঙখিদনবা হোৎনজে। অদুগা কলম পায়খত্তুনা মপিমক তানা মাণী মথাবমক্লি খন্না খম্নবিবা চিঙ্খেদা চিঠী অমতং ইবম্নবা হোৎনখ্রে। হন্না শাংনা ইখি অদুবু পূম্নমক্কুগী অখাদ, মালেম লৈমনা লূম্না পলেম ইমানা মরূম্মী। নুংশিবা নঙগীদমক থাক্তুনা থম্লব পম্লিসি ইমাগীদমক কৎলম্মা তাবে। নঙনা মদুগীদমক ঐবু ঙাকপিয়ু। শুক তোংবা মম্লনা শুনং অমদা ঐ চঙলা তাবি ইমাগী থোক্লকপা ওম্বা মঙ্গল পীবিরকউকো।

নুমিদাংদু কোল লাকা ফঙবা ওইনা থাকখিবদগী ঙানবী অদুম ইমুং চঙলকখিদ্রে।

ঙানবীগী থৌবাং মায় পাকখ্রে। মমাসু ওপরেসন তৌদুনা মশা ফগৎলক্লে। মানা উপাই তৌবদগী মখোযগী ইমুংদু কোমজরে। হৌজিক মৈচাক পুবিবদি ইনাকখুনবা অহল লৈবাকমচা অদুনি। মাগী মশু হৌজিক ফাওবদি আশা উদ্রি। অদুবু থা অক্তম শুরকপদা ঙানবীগী ফিভম অমা হোংলক্লে। মতম হাযবসে খঙহৌদে, চহী অমগী মতুংদা অহল অদু মশংনুপা অমা ফংজরে। হরাউখিবনা লৈফম চাফম খঙদে, লমজাও থোক্লকই, মী খুদিংদা পাউ তম্মী, মশাদু চাবসু চাদ্রসু পঙনুংদা নুংঙাইখ্রে।

পোক্লবনিনা চউম্বগী মতম কয়াবু কুইরুনি। থারোমদা পারক্লে, নুমিৎলোমদা পারক্লে। থাদগী সুম সুম ককশিল্লকপনা হয়েংগী নুমিত্তা তারে ঙানবীগী মচাগী চউম্বা। অহলদু নুংশুক নুংজাননা হঞ্জিল্লকই। হয়েংনি ঙানবীনা চৎখিগদবা নুমিদাংদা লোম্না। মাগা ঙানবীগদনি খঙনরিবা। নাকোং অনী শুবা যাবা নত্তে। অদুনা মশুবু য়োক্লবা

ডাক্তর তানদুনা শঙ্গোম, খোমচুপ্পচিংবা হান্ননা লৈহৌরুরিবনি। নৎত্রবদি মাগী নুপী অহল ওইরবীদু ৱাগদৌরিবনি। মমা য়াওদনা য়োকপা ঙম্নবা হোৎনগদৌরিবনি।

ঙানবীসু অদু মঙায়। মমিৎ উদ্রবা, মচু অমা উদ্রবা, অঙানবা মশক খঙদ্রবা মাগী নুপাদু খঙহন্দনা মহাক চৎকদৌরিবনি। মহাক অমম্বা সংসার অমগা লোয়ননা পুন্সি লেনবা পামদে। মাগী মতম চপ চানা লৈরি। মহাক্কী সংসার মচু মচুনা থল্লি, মমাগীদমক পুন্সি মতেক অমা কৎলম্বনি। সংসার অমগীদমক মহাক শেম শাবি।

চউম্বা লোইখ্রে। ঙানবী ৱা-লান ঙাঙখিদ্রে। অহলদুসু মঙোন্দা য়েংবা ফাওবা ঙমজদ্রে। মনেমদুদি খঙদবনিনা অদুম নোকপা চঙলি। ঙানবীনা নুমিদাংদু চাক থোংলগা অরোইবা চাকলেন লোইনমক পীজবে। মাগী খোঙথাং কবি থাংলকপা অহলদুনা য়েংদুনা লৈরে। মাগী মাগী তুমফম কাদা চঙনখ্রে। মাগী কাদা ঙানবী চঙখ্রে। অঙাংদু শুমলে। অহলদুনা অঙাং কপ্লকপা মখোল অদুদা তাবি। ঙানবীনা চৎখিবগা অঙাং কপ্লক্কনি। মদুগী মতমদুদা মানা মশুবু ফৈবম্নন। লৌখৎলুগদৌবিবনি। অদুদগীদি মখোযগী ইতোপ তোপ্পা সংসাব অমদা লেলহৌগদৌবিবনি।

ফনা থেঙখ্রে। অঙাং শুক্কপ কপলক্তি। অহলদু তুম্বা যাদে। অঙাংদু পুদুনা চেনখ্রবরা হাযদুনা য়েংবা থোক্লকই, মদুসু মমৌগী কাদু থোঙ মনুংলোমদা অদুম লোপ্লি। ঙানবী চৎত্রি। ঙানবীদি কবি তৌরি।

ঙানবী চৎলগে হৌগর্থল, অঙাংদুনা মতৌ অমা তৌখৎলকই। শুম্বা যাদে। শুম্বদংদি শুম্লম্লগা চৎকে খনবদু থাদোকপা ইযা য়াদে। ঙানবী লংথোক্লগা চৎপা ঙমদ্রে। মচাগী প্রেম ফাওবকই। মিৎ-না উইশিল্লগা চৎকে খল্লকই। অদুবু খোঙ থাংবদি ঙমদ্রে। অদুদি অঙাং পুবগা চৎলসিবা অমুক খল্লি। মর্দুদি চৎপগী কবি কান্নবি, মশানা যানিংদে। অঙাং লংথোক্লম্বা তাবনি। অদুঙৈগী ঙাম্খলৈমবু নীংশিংলকই। খম্ববু লংথোক্লম্লগা চৎখিবা ঙমখি। অদুবু মীওইবগী থম্মোয় পানবা ঙানবীদি নুংশিরবা মচাদু লংথোক্লম্লগা চৎপা ঙম্লোইদৌবব্রা? অদুবু মতম লৈবি, নোং ঙান্দ্রি।

অহলদু অহীং তুমদবনা নোংঙাল্লমদাইদা তুমথক্করমাক্লে। খংনা হৌগৎলকই। য়াহৌরকপগা মমৌগী কা যেংই। থোঙ হাংলকই। ঙানবীগা অহলদুগা মায়োক্লে। অহলদুনা পাখৎনা হংই — ইবেম্মা?

ঙানবীনা তপ্না খুম্লকই — পাবুং ঐ চৎলরোই। ❑

# অথেঙবা অহীংগী কাংশি মখোল

— করিনো ইবুংঙো তৌবীরিবা মতৌসিবু ?

— আজ্ঞা রতন, ঐবু পুদুনা চৎলো।

— কদায়দা চৎকনি, তাকপীয়ু ?

— খঙদে, ঐ মফমসিদা লৈনীংদ্রে।

— মতম খজিক্তদি ঙাইবীখো, ইবুংঙো।

— ঐ ঙাইবা ঙম্লরোই।

— কবিবানো তাকপীবিবর্সিবু ?

— অদুদি নঙ লৈহৌবোকো, ঐ চৎলে।

— প্রভু !

আজ্ঞা বতন ফুক হৌগৎলকই। মিহুল চোংঙি, ফমুং মযায়দা মকোক পায়দুনা ফম্মী, ৱাখল তৌই, মহাক মঙ মঙলুরে, হৌজিক্তা মাগী মমিৎতা উখিবদুবু কবিনো ? তশেং তশেংনদি উখ্রে। মহাক মশা তনিক তনিক্লি।

নোংচুপ চীংশাং পরেংগী লোইরোই হাইথরকপা নাপোম য়েংবগী পেনবা নাইদ্রে। মেবা থাগী থারোইন্নবা হৈ-লৈ মপুং ফাবক্লে, সনা মানবী সনারৈ মপাল ফন্না শাৎকায়রে। লাইমতোন চীংশাংনা লোংনা হিপ্লিবী নুজাগুম তাদুনা লৈবি, মাগী চীংদোনদা পক্লিবা অঙৌবা লৈচিলনা নুজাগী থাখুমফি ওইবি। হকচিক লাংলি, ঈখৌ লাংলি, তারমদাইগী কোরৌনা য়ৈবদা সনা অহিংবা মচু মানখ্রে, পাইবক্লিবা লৈচিন মপৈনা চীংদোন কুপশিনখ্রে, নুংশি ৱারী শারি, পুমকুপ কুপশিনখ্রে। য়েংবগী পেনবা নাইদ্রে। চীংশাং পরেংসিনা সুম লোইরোই হায়থরক্লগা হেক তম্পাক্তা তাইনরমদাইদা খুঙ্গং অনীখক লৈরি। খুঙ্গং অনীসিগী মরক্তা য়ায়মরপ চাউবা নুঙ্গায়রক্কী লীক্লাই মচু মানবা ঈশিংনা ৱা ৱা লাউনা চেনবা তুরেল অমসু লৈরি, চেহুখ্রি হঙ্গাম মপালগী লৌবুক লমহাঙ ফাওনা। অৱাংথংবা খুল অদুনা অৱাংদা লৈ হায়বগী লমদুগী মীনা অৱাংখুল অদুম

কৌনখ্রে। অদুগা খা থংবা খুল অদুনা কবিদগী কৌর্নখিবনো খঙদ্রে, শান্তিপুব হাযনা অদুম খঙনবমলে। তুবেলদুনা নূঙ্গাযবোক।

খুল অনীমক যাম্না চাউবা খুল নত্তে। যুম্নাক চাম্ম চনীবোম ওইগদবা, মীকোক অদুব হাক্লা যামদবা খুল ঙাক্তনি। অদুবু খুল অনীমক্কী প্রজানা মাগী মাগী খুলবু ওম্মোক্না পান্না লৈনে, থাগৎচৈ।

যেন্নাংথা মতমদা তৈপাল-লৈপাল পূন্নমক মালহৌনববা মতমদা অৱাংখুলগী ফজবা খাদুনা লোইবা নাইবোই। চীংমাযনা ফজবনে, খুম্নক্কী উপালশিংনা মচু মচুগী যেন্নী, হুম্লকপা, মখল মখলগী লৈ শাৎলকপা, মদুদা মথল খুদিংগী উচেক্লা নংশিনা খোংলকপা কনাগী পুক্লিং হুবোইদগে। খুল অনী লোন্নবগী নঙ্গাযবোক তুবেল মথক্তু হান্নদি খুল অনীনা বানা থোং থাদুনা লাম্লম্মনি অদুবু সবকাবনা উগী থোং অমুক ওম্মোকপীবে। কুইদ্রি নুং যোৎ তৌদুনা ফজববা অহৈবা থোং অমুক শুনখিবদি। তুবেল মগাযদা থোংখোঙ অনীনি চাউনা কযদুনা শাখ্রিনা। নুমিদাংবাইবম ওইবকপদা মদুদা যৈনা ফমদুনা চীংদগী হুমথবকপা মাগাংবা নুংশিং যৈহনবদি ফনা খোইদৌ শাউগৎনো লাকপা কনাবুসু ঙহাক্তং ওইববসু ঈ হনবা ঙমগনি। তুবেলগী ঈশিংনা ফজবনে, মদুদা খুল অনীমক্কী লৈশাবী পাখঙ কযানা ফি শূবা লাক্লবির্বনি, ঈশিং তাঙবা মতমদদি খুল অনীবু যোকপীবিবা তুবেল নূঙ্গাযবোর্কনি। অচৌবা নুং মথক্তা ফমদুনা নূবা নন্নবিবনা কযা, ফি শূবনা কযা মতৌ অমনি। পোইন্নু লৌবোক খাদা ফৌনা খোইঙাং শাবকপনে, তাবমদাইগী নুমিৎনা যৈবনে, নূঙ্গাযবোক্কী মপান অনীদা হৌবিবা শিংনাং মপালনা পূমঙৌ ঙৌবনে, লমদমদু সনানা মসুং কা, লুপানা মফেল ওই তশেং তশে, অথেকপা লাইগুম ফজবি। মতমগী চাউখৎপগী মম্মি অদুব হাক্লা তাবমদবদি যাই খুল অসি, অদুবু বাত্ত-পাদবী ঈংনা চাক্লা পাঞ্জনী খুল অমদি অদুম ওইবক্লিবনি। ফৌ কুম অমগী চাব ওক্লবা হাপনৈ, নূঙ্গাযবোক্তগী ঙাকচৌ, ঙমু, উকাবী, ফাকবগা হাউনা চবা নোংখনৈ, অঙাংশিংনা নুঙজাও হাইদোক হাইদোক্তুনা বাইখু ফাবগা পবেং লেংদুনা পুখৎলকপনা কযামনি।

খুল অনী অসিগী খ্বাইদগী নুংশিবা মতম অমতং হাযববদি ইঙেনগা মেবা থা অসিনি। হরি ধ্বনি না পুমনিল, হিদান্নবগুম্মী, দুর্গা পূজা হৌবা নুমিত্তগী কাক তানবা মেরাগী ১০ নি পানবা নুমিৎ ফাওবা অহীং থেঙলফাও নূপী পালা শক্তুনা মাইক্লা খুল লাম্না তানবা ওনশিন্নদুনা পুমনিল নিঙ্লি। ইঙেনগী কাং মনুংসু অদু মণ্ডায় জয়দেব

চোংদুনা ক্ষেচি মবাং কাযনা পালি নাইনা পুনদুনা পাংথোক্লিবনি। ঝুলোন ঈশেনা মবোল অমা কুম্মৈগী কুম্মৈ ঙাক্তনি। অরাংখুলগী লৈবিবা মাঙোব অমখক্তনি। মদুদা খল পুন্নমক অমতা ওইনা পালি পুনদুনা লাইগী কুম্মৈ অমতা চিংখদনা পাংথোকলিবনি কম খুদিংগী। অঙনবা মতমদদি নিংঙোল মচা পালি তৌদুনা লৈবক খুল্লাকা দোলাইদা লাইগী মুর্তি হাপ্তুনা হেন্দ লেম্প পাযদুনা নবকিস্তন চৎলম্মী হায মদুমদি চহী খবা মসিদি উখিদ্রে।

অমত্তা ঙাইববা মাঙব অসিগী আজ্ঞানি নতন শমা। আজ্ঞা অসিগী মনপে হক্তক্তগী খুল অসি গন্দী পদুনা লাক্রবনি অনিবম শগৈ অসিনা। আমে নতনবু পোকপা আজ্ঞাহল হাভবাম অদুদি পঙিননি মানা হাযখ্রে। লোইবে খুল হদুনা। মহাক উবদা নৈ অদগী মহলদগী নহাদগী। কাব লোল্লনা চাংখ্রি। মানা যুম হাদে পাযাথোক্লকপদা। তাঙাল্লা ফিদা থানবা ফক মচা তো চান্না গম্নবিগাল। হিদাক হান্দনা না গাদনা নৌবেদা ২ ক্লির্বন।

মহাক্লা পানংবা উতে ত মং ইকশাং মনা মশীং গমগ ইমু দুদ পাল্লম্বদা অহৌবা মদুমাদ আজ্ঞাহনগী হাং নংনবা থিনর্বল্লিবনি। মানা কাং মংাত্ত। তো নগা জগন্নাথ হবু ঙোগী। সবা তৌবা, আর্তি কৎপা ওয়্থোক্ন। পনকৈ ব্রাহ্মণ্ডা ব্রাহ্মণ মাল্লি। অশেং অমাং কনখ্রবা আজ্ঞানি, নিংথমথাগী ঈংখ্রবা উন মনক্তা নোংমত্তা শন্না ঈকুজবা লৈখিদে। পৃখ্রিদগী কানসু ঈশিং খিক খিত্তুনা কাখ্রগা তোঙান্না লাইশঙদা যান্দুনা থল্লিবা খুদৈ অশেংবা হোংদনা ঈশ্বরগী সেবা ফংজবিবা আজ্ঞাহননি। মাগী মতমদা লৈকাযগী অহল পুম্বা মখোযদা পুন্দুনা খুলগী লৈকাযগী অফবা, ফত্তবা কগা তান্ন তিরুদুনা খুল অমা পানবগী নীতি চুম্না থবক চৎখবম্মী। দশা অমতং ওবকপদা, লাইচৎ অমত্তং লাকপদা যুম খুদিংগী গোপালসসনাম তাদুনা খুলদু তুবৈ ঈবৈ চেন্দনবা হোংনবক্লিবনি। মানা খুলগী খনবগী মতৌক খুলনসু মাগী অদুম খনবী। মাগী লাইবৌ মবাক অমা কবিঅমা উবিবদু পৈশা মবী তিংহন্দে। খোইবদগী, লিংবদগী, খাওবদগী যেনফাও, ফৌ কৈ যৌবফাও খুলগী দাইনি। কনাঅমতা মেক লাউর্নখিদে। অদুনা অজ্ঞাহননা হাযবগা লোইবে হাযনা পাল্লম্বা খুঙ্গংনি অবাংখুল। পিক্লা, বাশি লৈনা, ঈংনা চীক্লা পাঞ্জবম্বা খুলনি। হাযনবা লৈ, লৈশাবী পাখওফাওবা অবাংখুলগীনা খবা খিৎ মশা নানবা মাল্লি, শেত্তোক্লকপা ফি-বোলসু মচু খিৎ তাবোই নীংঙি। ফম্মেন মাংশোক নাইনা অহল-লমন্না ফমদুনা বাবক বাতেম্লকপনা অরাংখুলগী নহা অমতা, নুপীসু নুপাসু থকসি খাসি কাযদে, মখোযগী মতৌ তমজৌ হাযনফাও শোন্নবিবনি। চীংযাদা তাবা

খুল মচা ওইবনা ৱাথোক লাম্হোক ফাওবা মাঙ্গোলনা মখোয়গীদি কোর্টনি। পঞ্চায়তকী প্রধান্না ময়ায়দা ফমদুনা, পঞ্চায়ত লাক্ত্রিঙৈদনা খুলগী অহল খ্বায়দগী ওইবদুনা ময়ায়দা ফমদুনা বায়েনখিবদুনা ৱাতেন্নখিবনা অয়াম্বনি। থানা য়ৌনখিবা, কোর্ট কানখিবা কেশ মশীং য়ামখিদে।

অদুবু অসুন্না পাল্লকপা খুল অসি ঙসিদি শক্লোন অমা অমুক লৌরক্লে। আজ্ঞাহল অভিরাম লৈখিদ্রে। মাগী অমত্তা ঙায়রবা মচানুপা আজ্ঞা বতননা গন্দী পুরি। অদুবু মপাবুংগী মিংচৎ য়ৌবদি ঙমদ্রে। মরাইবক থীরিবনসু থৌবানীদুসু ঙন্না থুপখ্রে। মচা নুপাসু য়াওহৌদ্রে। শুপ্নগী চাম্ম শকপী ওইনা মশক মতৌদি চঙখোনবী মচানুপী অমখক্তি মাগী মতেং পাংনবা লৈরি। মদুগী মপান্না মখোয়গী ইমুংনা নাঞ্জরম্বা, হৈপাল-লৈপান্না তেকথরম্বা শুমাঙ-থেলোং নাঞ্জবা হস্থদ্রি হাযবা যাই। অদুমকপু আজ্ঞাহনগী মতমদা খোঙ হেক কানশিনবা হঙ্গোইনরম্বা অদুমক্তি থোক্লে। লৈকায়গী খুলগী অহল লমনসু ফনা য়ামখ্রে সংসার থাদোক্তুনা চৎখ্রিবা। অদুমকপু মপা মপুগী ঈজ্জৎ ঙাক্লা আজ্ঞা রতন লাইগী সেবা চঙখোন্না তৌরি, লৈকায়গী দেব-কর্ম নিয়ম চুন্না করিমতা শর্মজিন্দনা পাঙথোকচরি। কাংগী, দুর্গা পুজাগী, ঝুলোনগী থৌবম অদুম পাঙথোক্লি।

অদুবু কুম খুদিংগী সুম পিকথবক্লি, সুম পিকর্শিল্লকলি, সুম মামংতগী ওইনা তৌবক্লি। কদায চৎখ্রে, থায়নগী ধুম ধাম, কদায চৎখ্রে, নিংঙোল মচা পালি, কদায চৎখ্রে দুর্গা পূজা লোইরকপগী ধুমেন, পুংয়াম যৈবদো, পালা ৩০/৪০ লেপ্তুনা খুল পূম্নমক্কী মী তিল্লম্বদো। আজ্ঞা বতন মপুক্লিং নুংশিবকই। তুমিন তুমিন চিন্তা পুবকই।

অদুদি কদাযদা অশোয়বা লৈখ্রে। মানা খুল অদুদা করি লঙজবা লৈখ্রবগে, কদাযদনো অমা শোযখ্রে, লৈকায়গী খুলগী অহল লমন ঙবং ঙরং নিল্লম্বা চেক মোক লাউরকখিদ্রে, হেক লাক্লিবা হায়ববু তখেল্লম্বমগী ঈংখোল কোল্লুপকা, সোইবমগী কাঙবুগদা ঙাইশিল্লক্লে। শীংলুপ অসি লিংনবা হোৎনরকপদা, খুল অসিনা খুন্নৌ ওইনা লৈরকপদগী গন্দী অমতং লৈনবা হোৎনরকপা তখেল্লম্বমগী অহলগা সোইবমগী অহলগা অনী অসি মঙায়রে লাইগী থৌবম শোয়দনবা হোৎনজরিবা। মাগুব চন্দবা মখৈ ক্ষেচি চাবা লাক্লম্বা খুলগী মীয়াম অয়াম্বা খোঙ্গুল তারকখিদ্রে।

পূম্নমক আজ্ঞা রতনগী মরাল নত্তে। মহাক করিসু লানখিদে, লানখিদ্রি। পূম্নমকসিগী মরুদি খুল অসিদা নুংশিৎ অমা কন্না শিৎলক্লে। মতম্না পুরকপনিবু

হায়গদ্রা, নৎত্রগা অওনবা অমা হায়বদুরা খনফম খঙদ্রে। খুল অসিগী য়ুম্নাক ১৫০ হেনবদু শরুক অহুম থোকপগী শরুক অনীদি লাইনীং লম্বী ওনখ্রে। নহারোলনা খুল লিংবা হায়দু তাখ্রে। গৌর ধর্ম মখোয়গী ধর্ম নত্তে হায়রক্লে। মৈতৈ লাইনীংনা অশেংবা ধর্মনি হায়নখ্রে। লাইনীংহল নাউরিয়া ফুক্লোগী মুর্ত্তি য়াওবা কেলেন্দর য়ুম খুদিংগী থেৎখ্রে। মচাশিংনা মুন্না খঙলগা লীরকপা ৱারীদা অহলনা য়েৎপা ঙমদ্রে। নুপী নহাসু অদুম মাগী মাগী নুপাগী অনীংবদা য়াবদা তাখ্রে। অদুনা দুর্গা পুজা মতমদা ইমা পাম্থোইবী স্কুল লম্পাক্তা লাৎপা হৌখ্রে। স্কুল লম্পাক্তু মীনা চোনখ্রে। দুর্গা পুজা হৌদ্রিঙৈদগী মেরাগী নোংমা পানবদগী দোলাইদা ইমা পাম্থোইবীগী মুর্ত্তি লমজাওদা পুদুনা ঈশৈগী কুমহৈ ওনখ্রে। ইমা দুর্গা থাগৎতুনা শক্লম্বা ঈশৈ মফমদুদা ইমা পাম্থোইবীগী শায়োনগী শৈথাবা ঈশৈনা মন্থৎ শিনখ্রে। তালদি চপ মান্নে, পূংসু চপ মান্নে, করতালসু অমতনি, ফিজেৎসু অমতনি, খেন্নরিবা হায়ববু ঈশৈদুতনি —

> খুরুমজবি ইমা দুর্গা !
> শক্তিগী মবেম্মা, পাম্বোম তরা পানবী
> ভজনসু হৈজদে, সাধনসু হৈজদে
> লৌবীয়ু নচাশিংগী অচম্বা ভজন।

অসুন্না হৌরম্বা ঈশৈদু নোংচুপথংবলোমদগী তারকই অমুক —

> খুরুমজরি ইমা পাম্থোইবী !
> কৈনা শাদোং ওইবীনি নঙদি
> শায়োন য়াম্বী ইমানি নঙদি
> উদবা লৈতবীনি, খঙদবা য়াওদবীনি
> লেঙশিনবীরো ইমা শোন্নপুঙসিদা।

অসুন্না হৌনা শক্লকপা ঈশৈদুনা কয়া নুংশিরিবা। তারুবদা থুকপু লাউই। কুইনা মাঙলুরবা ইপোৎ অমা হেক হুরানবদুনা নুংশিদুনা মাঙ্গোন্দা লংশিনবীরম্বা মানখি। মদুদা খুলগী নুপী অঙাং হুপচিনখ্রে। সোমদসু গদ্দী অমগী ময়েং তাব য়াৱা হায়দুনা তখেল্লম্বম অহলগা সোইবমগী অহলগা অনীনা দুর্গা পুজা অদুম মাঙোবতা পাঙথোক্লি। অদুক চাউখ্রবা মাঙোব অদুদা অহল অহুম মরীদংগা নুপী ১০ মুক্কা তৌরিবা ঈশৈ অদুদি কন্নানা তারিবনো, কন্নানা শক্লিবনো ভাব তাদ্রে। কেং কেং পুংমুক শক্লম্লগা 'জয় দুর্গা মাতাগী জয়' হায়রগা অদুম লোইশিনখ্রে। অদুদগী তন্না তন্না অঙ্গা রতন্না

হৌগৎলগা নোংমগী অরোইবা আর্টি অমুক্তং কৎতবা য়াদবনিনা হৌনা মাইক্তা থারকই — "জয় জয় আর্টি" হায়না হৌবা অদু করিনো মখাদি অর্থ খণ্ডদবা মীরোলদু অদুম তাখ্রে মখা। মী য়াম্বনরা খণ্ডদে, তৌগে তৌবিবনি খণ্ডদে, ইমা পাম্বোইবী লাৎফমগী ঈশৈ অদুদি কদায় কদায়দগীনো পালা খরসু সেবা তৌবা লাকপদুগা শমথখিদুনা নোং ঙাল্লমদাই ফাওবা মাইক্কী মখোল নেমখিদে। খুলসু কৈস্‌ হায়নদে, তুম্বা য়াব খরা, তুম্বা যাদবা খরা ব্রানা খাঙলে, খুৎ লোল্লবা অনাবা অমগুম।

অসিফাওবা খবা ফবি। অবাংখুলগী ধর্মগী লান লেপত্রি। উচেক ফাওবা তুবৎ পাইবা কিবগুম তৌই। লৈফাও লৈ অপোম্বা থিন্দোক্কদবা কিবগুম তৌই। য়েংল্লীংথা মপুং ফাদ্রগুম, হৈপাল লৈপাল মবায চাইথবগুম হেক তৌথি চহী খরসিদা। লোইবী লাল্লকপা, চীংগী নাপোম শিংথবকপা নামিবা নুংশিংফাও অব্রাংখুল ফাওদনা, খুল অসিগী লৈহাও লৈবেল লৈনম পুদনা ভম্পাক য়োলমদবা অদু নাকোইননা হেক শিংখিবগুম তৌরকই। মনাক্তা চেল্লিবা নুঙ্গায়বোকস্‌ বা বা চেল্লখ্রদু নাশোন পিক্কা খুল অসিদং লানহৌরবদি খন্না চেংনবগুম তৌখ্রে। তশেংনা নুংশিরবা খুঙ্গং মৈগী চীং পুরে। অপুনবগী ব্রাখল ময়ি চৎপা হৌব্রে। ব্রা অমনা লোইবম্বা খুল, অহল অমনা হায়রগা লোইরম্বা খুল ব্রা অনী অনী লোইনা থোকখ্রে। লাইগী লৌ মবাক অদু শগুম শঙম য়েন্নসি হায়রক্রে। শীংলুপ অনী থোকখ্রে। মৈতৈগী ওইনা সডক্কী ময়াদা অপাকপা লম অমদা কম্যুনিটি হোল অমা শাগৎখ্রে। দেব কর্ম, শোবাৎ, লুহোংবা অদুদা লোইনা তৌখ্রে। বামোন মাঙোব খোঙ্গুল তারকখিদ্রে।

অদুফাওবা খরা ফরি। খ্রাযদগী লুবা বা অমা তাবে। তাবদা নত্তে, বা ওইনা ঙাঙনরক্রে। মদুদি সোইবমগী উৎসব তৌবদা মৈতৈ ফুরুপকী কনা অমত্তা লাক্রুরোই হান্না খঙহলক্রে। কবিগীনো থিরুলদদি — লোন্না হায়রে, বামোন মখুৎ চাবা যাদ্রে মখোয়। করিগীনো কুপ্পা থিগৎলুবদদি অমুক লোন্না হায়রক্রে, "বামোন্না মৈতৈগী বামোন্না থোংবদা চাউ হায়বা য়াখিদে। মখোয়না ঐখোয়গী উৎসবতা চাউ হায়বা য়াদবনিনা ঐখোয়সু মখোয়গী মখুৎ চাব্রোই হায়বক্রে। ব্রা লোইরে। ব্রা পুন্নোয় লোইরে। মসিগী মরৈ অসিনবু সুম চত্থরবা লৈবাক কায়বা য়াবগী ব্রা ওইদ্রিবরা? অজ্ঞা রতন শিবনা ফরে। খুল কায়দনবা হোৎনবদা মৈতৈনা থোঙবা চাক চাবা তারি। নৎত্রবদি মাগী মাঙোবতা কৎপা উসব নাকপাক অমা য়াওরোইদৌরি। সোইবমগী উৎসবতু পিক্কা লোইশিনখ্রমাল্লে মনা মনিলদি অদুম নাইরকখিদ্রে। আজ্ঞা রতন হন্দক মরক মশক য়েংবা ইনুং নুংঙাইতে। মশা অনা লোয়রে। মদুদগী হেন্না শোক্লিবনা মাগী

অমতা পোকপী তম্ফানি। মপাগী অৱাবা শরুক য়ারুবসু ঙমদে। অদুগা মাগী ৱাখলনা হেন্না লুমখ্রে। মদুগী মরম লৈ।

ইনখৎলকপগী লশিংদগী হেন্না থোৎলবা মিৎকুপ অমদা মাগী থম্মোয়দা তাখিবা মমি অদু কনানো? মহাক্কী থম্মোয় শোইনাইরে। মহাক নুংশিবা কৌবা তীল অদুনা মাগী থম্মোয় লৈয়োল মনুংদা চঙদুনা চিকপা হৌখ্রে। মসিবু হৌনশা নত্তবরা? অদুদি কনানো? কনাসু নত্তে, মাগা কলেজদা তমিন্নবিথা পাখঙ অমনি। মশক্তি কমদৌই। লময়ৌবনি। শবানদি কমদৌই -- মদুসু লময়ৌবনি। লাইরিক্তি কমদৌই --- চৎনবা য়ানা ফরি। তম্ফাদি করি ৱাৎলদনা - -- করিসু ৱাত্তে, মাগী তুংয়ান্না হেন্না ফজে। মাগী খুদাপ ফারবা মুশুক মুবা শম ময়ামদুনা নীংদু য়ৈনা চেংহী শম্বাল লাংলুরগা নুংশা মতুং ওহ্নোক্লুনা য়াইরম্বদা মদ্দা ঙাওদ্রবা পাখঙ অদুদি অহৈবা মাইবনা শেমজিন্দুনসু অমুক ঙাওরোই হায়নীংঙি। ফজৈ তম্ফাসু, কুচুনা পোইনুগী মমুল ফারকপা ফৌরেল ফৌগী কুচুনি। মায়থোঙনা থাগুম কোয়র্বদি নত্তে কোইবপ তৌবা হায়বা তাই। মফম চানা থুংলিবা শম্ব অদুনা মৱোল লোল্লি খজাই তারকপা অদুৱাইদা। মাগী মমাঙদা তুবৎ চৎপদা লাইফাওবা মকলাপ নীক্কনি হায়নীংঙি।

অদুদি অসুক লম্বা চাবদি কদায়দগী লৌরুনি। য়াই তম্ফাগা পাখঙ অদুগা নুংশি পম্থং য়ৌবদি। তম্ফানা নোংমদি তপ্না মাগী থম্মোয় কথোক্লুরবা পাখঙ অদুদা লোন্না হেক হায়করে –

— ঙর্সিদি ৱা অমতা হায়গে।

— ঐসু ৱা অমত্তং হংনীংলিবনি।

— নঙ ঐগীদমক শিবা ঙমগদ্রা?

— করিগীনো অদুবু?

— নশানা খঙদ্রাও।

ৱাদু মখা পংতা তানখিদ্রে। লাইরিক হৈবা মশেল ঙাঙনবনিনা ৱা খজিক্তুনা আ য়ৌনা ঈঙ্গিৎ পীখ্রে। ভোগেনসু তম্ফানা কাঙথোক্লক্লিবা ৱাদু অর্থ খঙঙি। মখোয়নী খুল অমত্তগীনি। হায়স্কুলদা তম্মীন্নরম্বদগী কলেজ ফাওবা সাইন্স লৌমিন্নদুনা তম্মীন্নরকইবনি। অসুক কুইবসি ঙাইনরক্তুনা লাক্লগা পঞ্চিবমদাইদা হি লাক্কদৌরে। মরমদি মখোয় অনীনা লাম্লোকপা ঙম্লেইদবা পল অমা লৈরে। মদুদি অমনা মৈতৈনি

অমনা ব্রাহ্মন নিংঙোলনি। অদুগীসু মথক্তা ভোগেনগী মপাদি অকনবা মৈতৈ লাইনীংনি। বামোন মখুৎ চাবোই হাযবিবা ইমুংদুদা তম্ফা অমুক চঙদুনা লৈকবা ঙমগনি থাজদ্রে। গৌব ধর্ম চৎপা কাঙবু ওইবিঙৈদা নুংশিনখিবনি, পাক কষ্থোকপসু ঙমদ্রে। তম্ফানা খনজখিবসু লাইনীং মান্নববদি মৈতৈ ইমুং ওইবসু মপাবুংনা মাবু ইষ্থোকপমক্তি ইষ্থোকলোইদ্রা খল্লুবনি। অদুবু ঙসিদি লৈক্রক অদু সুম লাউথোকখিবনা মপান নাইদনা পাকখ্রবা সমুদ্র ওইখ্রে, হি মচা অমা হোল্লুবদি ওইথোক্রে। অদুননি তম্ফানা ভোগেনগী থম্মোয মরেপ ওন্দুনা যেংখ্রিবা। নুংশিবগীদমক শিদোকখসি হাযবিবনি। অদুবু ভোগেন্না যাংনা খুমখি, ত ম্ফাসু মখা তাখিদে।

নোংমদি ভোগেন খনবা যাবা খল্লগা খোঙ থাঙখ্রে। তম্ফাবু লৌকোয পাৎতা হি তোংমিন্ননা মখোয অনীদা পেদল বোত অদুগী পেদল ওৎনা ওৎনা ভোগেনগী থম্মোয শেংদোক্লক্লে। মহাক ইতিহাস অমা ইবা পাম্মী। মখোযগী মপাবুংগী বা ধর্মদা অখুবা মিৎযেংনা যেংবদু মাসু পামজদে মখোয অনাগী ওইবা সংসাব অমা শেম্লুসি, মদুদা খুদোংথীবা থোকপা পুম্বা মানা থবায কৎলফাও থেংনগনি বাশকখ্রে। তম্ফা বা মচেৎ অমফাও ঙাঙখিদে। মাগী ভোগেনবু থাঙৈ। মঙোন্দা নুপী ওইবাগা লিংজেন অমা যাওবি। খুল অদুদা চৎনবিবা পুম্বা মহাক যানীংদে। মানা খল্লি পমদা যুম্ফম ওইবগা মীবু মশুং তবেৎ তানা খাযদোকপা হৌনদে। যাববদি মানা অমুক্ত তাইশিন্নীংঙি। মাগা ভোগেনগনা লান অমুক্তং হৌবদি খুলদু তাইশিনবা যাগদ্রা খল্লি। অদুনা ভোগেনবু নুংশিবনা খুলগী লংদাই ওইবম্লগে খল্লক্লে। অদুনা মখোয অনীগী রাখল লেপ্পববা মতুংদা নুমিৎতু মযুমদা অদুম হনখিদ্রে।

মদুদা কাখিবা থম্মোযদি আজ্ঞা বতনণীনি। মৈচাক অমা লোইদ্রিঙৈদা মৈচাক অমনা লমজাউ খোন্না চাক্লক্তুনা মহাক স্ববফাও হোনবা ঙমশিল্লক্রে। আতমাঘাট তৌবসিবা খনবা মতাং যাওখ্রে।

কবি হাযকনি। ফোঙনা শীংর্নসি কদায, লোন্না পাউমেনসি কদায, অজ্ঞা বতন রা মচেৎ অমা ঙাঙখিদ্রে। অদুম লৌখৎপফাও লৌখৎখিদ্রে। মচাদু মৈতৈ লাইনীং যক লাউবা, মখুৎফাও চাবীদ্রবা ইমুংদুদা অদুম লৈখ্রে। অদুদি কমদৌবা তাবে, মহাক খুল অদুদা মমায উৎত্নুনা লৈবা ঙমলক্রে। চৎখ্রসিবা হাযবসু যুন্নাক খবা অদুনা থেল্লি। মাগীদমক মখোয লৈবি। অদুগীসু মথক্তা মপা মপু হাক্তক্তগী পুবক্লবা গদ্দী ওইবনা হেক লংথোক্লগা চৎপসু ঙমদ্রে।

চৎকে খন্দুনা ফুক ফুক হৌগৎপদি তোয়রে। অদুদা তখেল্লম্মম অহলগা সোইবম অহলগা লাক্কুনা মাবু থেল্লখিবনি। মহাক লৈত্রবদি খুল অদুদা মখোয় লৈরুবগী কান্নবা লৈত্রে। খুল হোংলবসু পুন্না হোংগদবনি। মহাক মপূক্লিং লাঙগনু হায়না তক্লুরে।

অসুন্না চৎসি কদায়, চৎকুমসি কদায় খন্দুনা তূমথখিবা নুমিৎ অদুগী নুমিদাংদনি মানা মঙ মঙখিবদু। মাগী মমঙদা তশেংনা ফূইনা হৌবা নোংবু ঙমজবা কুচু, ভক্তগী মখা পোনবা, ত্রিভঙ্গ মুর্ত্তিনা লৈতেংবা, সনা ফিগে থোনবা মুর্ত্তিনা মাগী ফম্মাংদা লেপ্লদুনা হায়রম্বা অদুনি মানা ফমুং ময়ায়দুদ। তুমিন ফম্লগা রাখলনা ফুম্বংনরিবা। করম্না মানা তরাইনা লৌবা ঙমগনি। মানা চখোকলে খুরুম্লিবা, চঙশিল্লে খুরুমলিবা ঈশ্বর অদুমক্লা মাবু কদায়দনো চৎলসি হৌগৎলো হায়রম্বদু হৌজিকসু মনাকোংদা ঙংলি। মানা খজিক্তং খঞ্জানরুবদা মাগী মবুংঙো অদুনা ফেৎ হাইদোক্কুনা পৌরোল চেৎনা থাবিবা থোঙ অদুবু তপ্না হাংদোক্কুনা থোকখিবনি, মাদি চৎলনি, নহাক লৈহৌরো হায়দুনা হায়বম্লগা। আজ্ঞা বতন পি অর অর শিন্থবক্লে। মাগী থম্মোয়, থবায় অমতা মশাগা পুন্দ্রে লোইনা মাগী মবুংঙোনা পুশ্রবগুম তৌরে। মানা লাইশঙদা চঙদুনা য়েংলুবদা পূক্লিং হূবা মুর্ত্তিদু লৈরমগদবা মাল্লক্লে। মহাক ফম্বা ঙম্লক্লে। ফুক হৌগৎলকই, কপ্লাক নীক্লা থোঙ হাংলকই। থা থবানমিচাক্কী মায়কৈ য়েংলকই। নোং ঙানগদবদি ফনা বাৎলি। আজ্ঞা বতন পন্থবা ঙমদ্রে। মাঙ্গোলদা য়াল্লিবা খুদৈ মচাদু হোংলে। মচিন-ময়া শেংদোক্লে। পুখ্রিদা তুমিন্না কুমদুনা ঈরুপ্পুরে। থুনমক মফি মরোল অশেংবা লাইশঙ মাঙ্গোলদগী লৌরগা হোংদোক্লে। অদুগা মশম মনা হাৎতোক্লে। লাই থোঙ হাংলুবে, মাগী মবুংঙোনা লেপ্পুনা লৈবম্বদু উবদা মহাক খাঙবা ঙমখিদ্রে, কপথোক্লক্লে। থুনমক চন্দন উপু থাংদোক্কুনা চন্দন-চরা থিঞ্জিল্লে, অদুগা দন্দবত তানা মবুংঙোবু খুরুমজরে। মাগী ইমুংদা থুনমক চেনশিন্দুনা মানা পুবা য়াবা মাগী লৈজবা পৈশা খরদু পায়শিল্লে, ফেজোম হোংদোকচরে। মোজা ফুরিৎ লিৎচবে। অদুগা য়ুমদু থোঙ লোনশিল্লম্লে। লাইশঙদা চঙদুনা মাগী মবুংঙোগী অপাম্বদু য়াজরে মতাগুম ও খোংনা কপ্পুনা খুরুম্লুরে। অদুদগী আজ্ঞা রতন তপ্না হৌগৎলক্লে, মখূৎ নিকই, অদুবু মাগী মঙদা হায়রম্বা মবুংঙোগী য়াবা অদুদা নাকোংদা তাখিবনা, তপ্না বাঁসি থোনবা মবুংঙোগী মুর্ত্তিদু খূৎ অনী চঙনা থাঙ্গৎলক্লে, ইয়াং য়াংবগুম তৌই, মাবু থৌজানবীরে খন্দুনা আজ্ঞা রতন মমায় লয়থোক্লকই, কাচিন্দা ঙারিবা কাংশি অদু য়ৈনবা মচৈগা কোন্ননা পায়খৎলকই, মখূৎ ওইনা মবুংঙোগী সেবা, মখূৎ য়েৎনা কাংশি লন্না লন্না কাং কাং য়ৈদুনা লাইশং রাংমা লানখ্রে অদুগা কোম্থোং তাখিদুনা নোংচুপ মায়কৈ পাঙখ্রে।

সড়ক মতুং ইন্না অহীং অথেংবা অদুদা মায়কৈ শিনবা থুংনা তাবক্লে, লাই লেঙলকপগী কাংশি মখোন্না। লাইশংদা মুর্ত্তি অমত্তা লৈহৌদ্রে। অহাঙবা লাইশঙ ওইহৌরে। মানা চৎলগে খল্লকপা কুইববনা লাইগী মুর্ত্তি অনী অঙ্গম অদু লেঙথোক্লুনা থংনবা শান্তিপুরদা ব্রাহ্মণগী লাইশঙদা থৈখিবা লোইখ্রবনি। অবোইবা কাংশিনি খুল অসিদা মানা যৈবমলিবা, অরোইবা খোঙ্গুলনি ওসি তাহৌরিবা ব্রাহ্মণগী খোঙ্গুল অবাংখুল অসিগীদমক্তি।

কাংশি মখোল অদু খুল পন্নমক তাবমগনি। অদুবু কনাসু চেক-মোক লাউবক্তে। সড়ক্তনি আঙ্গা রতন্না য়ৈদুনা চৎলিবা। অদুবু মঙ-ওই, হা-ওই তাবিবনা মচানুপী তম্ফানি। তম্ফা ফুক হৌগৎলি। করিনো তৌরিবসি খল্লি, মতম মাঙহন্দে, মপাবুংনা খুল অসি থাদোক্তুনা চৎলনি হায়বদি তাবা কুইরবনি। অদুবু মানা অমুক্তং খুকুল্লুসি, করিসু হাৎপা যাবোই ফনা হায়জববসু ভোগেন্না মপা কিবদগী হোযেল হয়েং তৌদুনা লাক্লিবনি। তম্ফা পেল্লকত্রে। মপাবুংনা অহীং অথেংবা অসিদা লাই পুদুনা চৎলিবদু অবোইবা খোঙচৎ শোয়দনা ওইরবনি খন্দুনা পাখৎনা ভোগেন হৌদোকই, ভোগেনসু ফুক হৌগৎলি, মাসু তায়, অদুবু মথঙগী কাদা তুল্লিবা মপা কিবনা তম্ফাদা মুন্না যেংদুনা লৈরে। তম্ফাদি য়ুম মৈ চাকপগুমখ্রে, মিৎকুপ অমা পন্থবদা খুলদু তুমখিদৌবগুম খল্লে। অদুনা শাউবংননা হায়বকই .

— করিনো নঙনা য়েংদনা লৈরিসিবু।

— করি তৌসি হাযবনো হৌজিকপু।

— কাংশি মখোল অসি তাদ্রবরা নঙবু।

— তায়, অদুবু হযেং ঙাল্লগা হংনবা তাবনি।

— নঙ ঙালহৌবো, ঐদি চৎলে। (চৎনবা থোঙ হাংঙি)

— করিনো নঙনা ঙাঙলিসিবু তম্ফা! (ভোগেন্না তম্ফাবু থৎলি)

তম্ফা কপথোক্লক্লে। ঋা পন্থদনা ঙাঙবা হৌরক্লে। ভোগেন্দা ঙাঙবদা ইমুংদুগী মৈতৈ লাইনীংদা লুপখ্রবা মনেম-মকু লোইনা তারসনু মতাগুম বা ঙাঙবা হৌরক্লেঃ-করিনো নঙনা খল্লিসিবু? ঐগীদি ইপা অসিনা লোইরবনি। কদায়দনো মফম খঙদনা চৎখ্রিবা অসিবু ঐনা কর ন্না তাদুনা লৈগদৌরিবনো? ঐদি চৎলনি। খুল অসিগী মীয়াম্না মখুৎ চাবীদ্রবা ইপানা কবম খাঙদুনা লৈগনি। ব্রাহ্মণদা পীরিবা ইকাইখুম্নবা অসিবু মখোয়না মুন্দুনা মীয়ামদগী লৌখিবা হক্লো? মখোয়দা মীয়াম্না উৎপীবা ব্যবহার নৎত্রো?

মখোয়না লাই সেবা তৌবগীদমক মখোয়বু ৱাংনা থাঙ্গৎপীবা নৎত্রো? মীচম্না থোংবা চাক-য়েনশাং চারুরবদি মখোয়বু লাইগী সেবা চঙহনবীখিগদ্রা? নঙসু খল্লো। ধর্ম হায়বু করিনো? থাজবগী মখা পোনবা নৎত্রো? থাজবা মাঙখিবদগী থোক্লক্লিবা ৱাফম ঙাক্তনি। খুল অমদা ধর্ম অনীদা নত্তে, কয়ামা লৈমিন্নবা য়াই। অদুবু ঐখোয়গী খুল অসিদি ধর্ম অনীফাও লৈমিন্নবা য়াদ্রে। অদুনা ঐ লৈবা পামদ্রে। পূন্নমক অসে থাজবা মাঙখিবগী খল্লকপা ৱাখল ঙাক্তনে। অদুনা নঙ ঐ করি হায়থখি, অসিগুম্বা অখুবা মিৎয়েং কয়াসি চুমথোকসি হায়দুনা লাকমিন্নখিবা নৎত্রো। অদুগা ঙসিনা নঙগী ধর্মনা বাংনা অদুগা ঐগী ধর্মনা নেম্না খল্লক্লে নহাক। অদুনা ঐ নঙগা লৈমিন্নবা ঙম্নরোই। ঐ ইপাগী মতুং ইঞ্জখ্রগে। ঐ মিৎ পাঙলে, নঙনা মিৎ পাঙলকপা ঐ ঙাইবা ঙম্নরোই।

তম্ফা পম্থরমদ্রে। ভোগেন্না খাম্বা যাদনা থোঙ শৎ হাংদোক্লগা চেনখ্রে। সড়ক তাখ্রে। মানা কপ্পা কপ্পা কন্না লাউখি — "পাবুং, পাবুং ঐ লাক্লে, ঐবু ঙহাক্তদি ঙাইবীরমখো। ঐবু নুংশিদ্রবরা পাবুং!"

খুন্নকপা খোঞ্জেল অমতা তাদে। তাবিবা হাযববু তান্না তাখ্রিবা কাং কাং হায়বা কাংশি মখোল অদুদ নি। খুল অনী তাইনবা নুঙ্গায়রোক তুরেল মথক্কী থোংজাউ অদু যৌখিগদৌরে।

তম্ফাসু চেল্লকই, কাংশি মখোল অদু তম্না। কাংশি মখোলদি তামখ্রে। থাজসু থোকলি, থৱাম্মিচাকশিংসু অমগা অমগা য়েংনদুনা বা তানরি। আজ্ঞা রতন লেপ্পা লৈতে, তুং হন্নসু য়েংদে। তম্ফাগী খোঞ্জেল তাদবদি নত্তে। অদুবু করি তৌরুগনি হৌজিক্তি। পূন্নমক মতম হেনখ্রে। তম্ফা লেপ্পা লৈতে, কৌরি, পাবুং পাবুং। তুংদা তাখি ভোগেন্না মাবু কৌদুনা চেল্লকপা। ভোগেনগী 'তম্ফা' কৌবা খোঞ্জেলগা তম্ফাগী 'পাবুং' কৌবা নুংহিন্নবা খোঞ্জেল অদুগা আজ্ঞা রতনগী লেপ্পা লৈতবা তুং হন্না য়েংদ্রবা কাংশি মখোল অদুগা পূন্না তিন্নদুনা অৱাংখুলগী অতিয়া মচেৎতা হাইগৎলকই অতৎ অখম লৈতনা। অহীংগী চেক্লা কয়া তুম্বা কায়রদুনা থাবল মরক্তুদা পাইথোক্লকই অদুগা পাইখি শান্তি ওইনা পাল্লিবা, ধর্মগী চয়েৎনবা লৈতবা, হরি ধবনিনা লৈতেংলিবা শান্তিপুর খুঙ্গং অদোমদা।

আজ্ঞা রতন্না নুঙ্গায়রোক থোং লাল্লকপদা মপূক্লিং খংনুং নুংশিরকখি। লিক্লাই মচুগী ঈশিংনা ৱা-ৱা চেস্থহৌই অদুম। অরোইবা ওইনা অমুক্তং য়েংলম্মী অৱাংখুল অদুবু কাংশি মখোলদু অদুম তামখি, অদুম তামখি। ❑

# অরোনবা চিঠী

য়েংঙোই ডিকে !

চিনদ্বিন তুরেল য়েংনা য়েংনা নঙ ঐ বারী শানখিবদু নীংশিংলকই। ম্যানমারগী শুক্লবা উমং অমদা মিলিটরী ট্রেনীং ফংদুনা নঙ ঐ থোকমিন্নরকখির্বনি। মখোয়গী ঙা ফাবা অমগী হিনা ঐখোয় অনীবু লাম্থেক্লকপনি। মানা মদুদা নোংমৈ উবদা কিজবনা ঐখোয়বু অমুক য়েং, মাগী লোঙ্গি অরাংবদু তাখৎতুনা নৌ অমুক হোৎ কয়াদি বানা, পাকখ্রবা তুবেল অদু কয়াদি পাখৎনা লাল্লকখিবা ঙরাংদা থোকপগুম তৌরি। অদুবু খঙহৌদে য়ৌরমদাইদা মানা করি তৌখিবা, নঙ ঐনা লেঙঙুবদুনরা মাগী হিদু ঈশিং চঙলকখি। অদুদগী কয়াদা থরায ৱানখ্রবা, নঙ ঐ ঈশিংনা লূপথরক্লবা হিদুদা ৰু-ইনা লৈবা য়াখিদে। ঙা ফাবা ম্যানমার মচাদুসু মাগী থোকপা ঐখোয় অনীসু ঐখোযনাগী থোকপা ঈরোইদুনা লাল্লরুবা হোৎনখি ঈচেলদা তাউথরদুনা। নঙনা ঐগী কয়াদা ৱাখিবা, ঐগী খুৎ পায়দুনা চিংখি, নঙগী নশাগী অরুম্বা, নোংমৈগী অরুম্বা পূম্বা কাউথোক্কুনা, ঐসু ঈশিং খরা থকখ্রবসু থরায অসিদংদি ইমা লৈবাক্কী সেবা মতোন লোমদ্রি খন্দুনা হোৎপা তোকখিদে খুৎ নাম্মনা। তশেংনা ঐ ঈরোইবা হৈত্তবদি নত্তবনি, ঐগী হেক বাখিবসি য়ুনিফোর্ম অদুনি, মদুগী মথক্তা নোংমৈ অমসু গাল্লেদো, অদুনা ঐ তোর্ব্বান য়ৌবা ঙমগনি থাজরকখিদে। নঙবু য়াওরমদ্রবা ঐ ঙসিফাও হিংলিবসিদি ওইথোক্লরোই। কয়া ৱানা উমংগী তোর্ব্বান অদু উচিন্না খুৎনা লাম্বা ফংখি, মদুদা ঐনা ৱাখিবদো। ঐনা লৈরাই কাখৎপা ঙমদ্রবদা নঙনা ৱানা চিংখৎপীখিবনি ঐবু পম্থুং তানমিন্নরিবা কমরেদ অমা ওইনা। অদুগদি নঙ ঐ কপ্লাক থক থক নীক্লা, স্বরনা অরোইবীদা মিনিট কয়ানো খঙখিদে ৱা মচেৎ অমা ঙাঙনদনা উমংদুদা লৈখিবদু। মদুগী তাল্লক্কুদা মখোয়গী মরাং মরাংবা কাকফৈ তিনফামুক চাউবা অদুনা কোইলাম লামলকপদা ঐনা অৱাবা কাউথোক্কুনা লাউখিবদো, উচেক-ৱায়া লাঙঙকখিবনি মখোয়গী মহুম থুগায়গদৌরে খন্না। ইপা ইপুনা হায়নবা, "কৈ লৈবা মফমদা নুমিৎ তাই" হায়বদু চুমখি, ঐখোয় অনীনা কমদৌসিগে খন্নরকপা অমদি ফিশিংদু কংনবা হোৎনরিঙৈ মতমদনি নোংচুপকী কোরৌহনবনা শুম শুম চীংগী মরুমদা লুপথখিবদু।

ঐখোয় অনী ৱাবদসু লোইরে। অয়ুকসু বিস্কুট খরা নত্তনা, লমখাঙদা ৱারগা থক্লবা পুরকপা মাগী মাগী ফ্লাস্কী ঈশিং অদু নত্তনা করিসু চাখি-থকখিদ্রি। তশেংবদি ঐখোয় খুল অমা য়ৌরগা করি করিনো খরা চারুরসি হাযবা মতাংদুদনি ম্যানমার সিফাই খরনা হোল্ট হায়না লাউরকখিবদু। অদুদগীদি লাকমিন্নখিবা ঐখোয় ১২ গী মনুংদা অমম্বগী খুদোংচাবা লৌরগা চীংমায়দুদা ঐখোয় অনী নাম্বদুনা নাছোরকখি। অদুনা খুঙ্গংদু য়ৌবদা পুক থন্না চারনি খর্নখিবা আশা পূমকায় কায়খি। নঙ ঐনা উরক-বাবক ফাওদুনা চেনমিন্নরকখি, চীংশুগী উমং অমা লাল্লগা চিনাদ্বন তুরেল মাঙদা থৎতুনা লৈরমখিবনি। মদু উবদা কপসু কপনিংখি, ফজ্জনসু ওকখি। কমরেদ অতৈদসু কদোমদা চৎথ্রবনো পাউ ফাওর্নখিদ্রে। ফাম্বরা, শিথ্রবা ? ফাবহুদি য়াই, শিবমক্তি থাজদে, অদুগা মখোয়না ঐখোয়বু ৎযক্লবা ওইনসু তার্থানা তৌবীরোই। ফোনসু অমতা ফাওনখিদবনি। ঐখোয় অনীনা তুবেল মপান্দুদা করম লানসিগে লাই নীংলিঙৈদা ঙা ফাবা ড়ুম অমা তোর্ব্বান নক্লা হি হোন্দুনা লাকপা উরকখিবনি। ঐখোয় অনীনা চীংশু মকমদা লোন্না লৈরগা মাসু নোংমৈ উত্তুনা অমুত্তং লাম্থোরুবা হোৎনখিবনি। নঙসু অমতা কাউবমখিবোই।

লোক্তাক কোম্বিং ওপরেসন তৌবক্লিবা ওসিগা থানা হুমনি শুরে। লোক্তাক্তা লোৎলম্বা নহারোল অয়াম্বা হিনা নাম্থোকনখ্রে হায়। খবনা ফুম মরক্তা লোৎতুনা লৈরি হায়, লোক্তাক খোঙবান্দা লৈবা খুল পূম্বা খোইরেল মশা পাইনরে। লোক্তাক্তা তাব পাৎমী অমতা কুম্বা য়াদ্রে, ঙবাং ঙা ফাবা চৎখিবা মখৈসু নোংমৈ মখোল তাবদা অদুম পাখৎনদুনা ফুম মরক্তা লৈবা য়াও, শঙদা লৈবা যাও মযুম হল্লক্তবা কয়া য়াওনরে। মদু লৌখৎপা মাগী মাগী মচা মশুনা সিফাই, পুলিস, কমান্দো লাক্লিবা ময়ামদুগী লুচিংবদা হায়নদুনা হেন্দলেম্প থান্দুনা নুামদাংদা পাত্তা কুমথদুনা লৌখৎনারুরিবনি। মসিদা ওঝা মনিগী খুল অসিসু য়াওবিবনি দশা তাবা। নোংমৈ মখোল অমতং তাবদা কদোমদনো না থাঙ্গৎনৈ, মদুগী মতুং ইনবা পদ্রক, পদ্রক, পদ্রক পদ্রক ফনা কুইনা নোংমৈ মখোল তায। মায়কৈ অনীগী মখোলদি মান্দে, নাকল অমতগী মখোলনি, মরক মরক্তা বোকেট লঞ্চর কাপ্পগী দুং হায়বা অরুম্বা মখোল অমনা হেক হেক লোইশিল্লি। খুল পুন্নমক চাফম থকফম খঙনদে, অঙাংনুবী চেক লাউনদে, খুলশিংগী সড়ক হুই ফাওবা চৎখিদ্রে। হুইনা খ্বায়দগী কিজবসি নোংমৈ মখোলনি। খোঙ্গলথ্রবা হুইসু কৈখাদা, শঙ্গোয় কাচিন্দা লোইনা লোৎনথ্রবনি। সড়ক্তা চৎলিবা হায়ববু বুলেট প্রুফ, জীপসি মরী মরী চেম্বুরক্লিবা অদু মঙায়রে। লান হায়বদু চপ চানা ওইরে।

সড়ক ময়া নকপা যুমদা লৈবা মীনা থোঙনাউ অহোবদা য়েংনবা নত্তনা কনাসু থোক্লদে, থোংনাউ হাংবফাও কিনৈ, কাপশিনবীরমগদ্রা হায়দুনা। গাড়ীগী লোইনাইদ্রবা মখোলদি অদুম তানৈ য়ুম মনুংদা পাকথ পাকথনা। পাকথবদি তোকপা যাদে। ঙরাং নুমিদাংদু খুললোমদা কাপখৎলকপা মকনা খুল মমাঙদা লৈবা য়ুম অমগী থোঙ ফাওদুনা ইমুং ফক্লাংদা পানবগী পাউ তাববনি। সুন্না ভাঙনৈ, মদু সিফাইশিংনা নহারোলনা পাৎলোমদগী কাপখৎলকপা মান্নবা কাপ্পদা য়ৌরকপা মন্দনি। পাউ হেক্তা যৌরকই, নহারোলনা নোংমৈ অমা কাপ্লকপা তাদে হায়না। পাউ অমসু যৌবকই, নহাবোল মকোল অমসু থুগায়খ্রে, অনী শিনা ফংলে। অদুবু অচুম্বরা অবানবব। উক্লবদি যাওবা নত্তে। নহারোলদি নহাললা ময়াং ইম্ফাল, ইশোকলোমদা লোইনা চৎখ্রবনি হায়বসু যাওরকই। অদুবু খরা অমনদি কদায়দগী বানো সিফাইনা মায়কৈ পুম্না কোযখ্রবা অসিবু মফম খঙদনা, মতম ঙাইনা পঙঙাঙদা ভাঙনৈ। নহারোলদি শুকফা মাবা ঙল্লোই ঈশিং মনুংদা নুমিৎ নীনাদি লোৎপা ঙম্মী, উতোং অশাংবা অমা উম্লগা স্বর হোনবা ঙম্মী হায়নৈ।

পূন্নমক অসিগী মরক্তা খ্বাযদগী থবায় বারিবসি ওজা মনিনি। মবম লৈ। মবম হায়ববু নহাবোল অমা চেনখৎলকপরা, পাৎ কম্বা নংহৌদ্রবরা মখোযদা চেনশিল্লক্লে। মাগী নুংশিবগী প্রেম্না ওঝা মনি চেনখ্রো হাযবা ঙমদ্রে, মরমদি লৈরক খুদিং সিফাইনা থনখ্রে। নহা অদুনসু অহীং অদুমতং লেকচগে হায়ববদা মহাক্লা মাই হায়বা ঙমজদ্রে। অদুনা সিফাইনা চঙলক্লবদি লোইনা শিবা তারে খন্দুনা মাগী য়ুমগী উপাক্কী শিলিং মথক্তা লোন্না থল্লি মশক মতৌ ফজরবা নহা অমা। চাক লোন্না পিখৎলি। তুম্ফম ফি পিখৎলি। হেক কুমলক্লিবা হায়ববু মচীন শেংবগা, মশা শেংদোকপগা অসিদনি। অদুনা খুল অদুদা খ্বায়দগী লৈফম চাফম খঙদ্রিবসি ওঝাসিনি। মাগী মিহুন চেনগুম চেনগানৈ। ওঝা মনি তৌফম খঙদ্রে। কোম্বীং ওপরেসন অদুদং লোইরবদি ওহ্মোক্লা ফখ্রনিদা খঞ্জে। নহারোলনা লেকখিববুদি হন্দক্কী অসিনা মখোয়দা অহানবা নত্তে। মদুগীসু নুংশিবা ব্বারী লৈ। লুনা তৌবীখিবা বিমোল কৌবা নহা অমনা চহী অহুমলোম লৈরগা নোংমা ইখঙ খঙহৌদনা সিফাইগী য়ুনিফোর্ম শেৎতুনা মতুংদা সিফাই মানবা কয়ানা ইল্লদুনা নুমিদাংদু হেক চঙলকখি। ওজা মনি মতৈ-মনাও পাখৎখি। অদুগদি থাওমৈ মঙালদা বিমোলনা নোক্লনা - পাবুং, ইমা! ঐ বিমোলনি হায়রকপদা নে তাজখি। উদ্দবা কুইরেদা হংলম্মী। বিমোলনসু মণিপুর ব্বাংমদা লৈরুব্রে খুল্লম্মী। হৌজিক্লা চীংদা অমুক তারে। অদুগী লাকপনি। ইমাগা বাবাগা লম্বী ওইরিঙৈসিদা অমুক্তা খুরুমজরমগে খন্দুনা চঙজরকপনি হায়রম্মী।

মসি হায়দুনা বিমোলনা ওজা মনিগী নুপীদা খুরুমজৈ। অদুগা ওজাদা অমুক খুরুমজৈ। পি শিঙ্থরক্লে ওজাগী নুপী, লেপ্পমক নকোক ফাওবা চিক্তনা নমায় পাকচরকউকো হায়না বর পীথোকখ্রে। বিমোলগী মকোক নাম্থবীখ্রে। ওজা মনিসু বিমোলবু নুংশিমনখ্রদুনা নোংমৈ য়াওবি হায়বফাও কাউখ্রে। বিমোলবু চিংখৎপীদুনা চেজেৎ মচাগুম কোনখৎপীখ্রে। বিমোল চৎখ্রে।

লোক্তাক কোম্বিং ওপরেসন উচিন নাচিন্না লোইখ্রে। ওজা মনি লমজাও থোক্লুনা মীরক্তা লেপ্তুনা লোক্তাক খোঙবান্দগী মবী মবী হল্লক্লিবা সিফাইগী গাড়ী পরেংদু য়েংবা য়াওরুরি। গাড়ী হনবা লোইখ্রে। মখোয়গী খুলগী মমাঙদগীদি নহারোল ফায় হায়বা তাদ্রে। ঙাক্রাপাৎলোমদা নুপী অমা যাওনা মখোয মঙা ফাখ্রে হায়বা অদু মঙায়রে ফোঙ ফোঙ শাবা পাউ হাযববু। ওজা মনি চেনশিল্লকই, নহাদুদা পাউ লোইনা তম্লরে। ঈ-পাউ বু-প্পা লৌনববা মতুংদা নুমিদাংদু থেঙনা পাৎলোমদা নহা অদু মাগী মবাইবক্লা পুবা মাযকৈদা থাদোক্লুরে। ওজানা খুল মমাঙ ফাওবা থিনবীরুই। হন্দক্তি নহাবোল অদুগী মমিং মথা থোইনা হংহৌদ্রে। ওজা মনি শোযদনা নহা অদু মীরমদা থেঙনববসু মশক্তি খঙলনি। নহা অদুনসু মাবু কাউবীগদবা মান্দ্রে।

নোংঙানবদনি, ওজা মনিনা নহারোল অদুগী তৃশ্ফম ফমথক অদুদগী পোৎ-চৈ লৌথগে কাখৎলুবদা পৈশা হাপ্পবা বেগ মচা অমা তাহৌবা থেংনবদু। মহাক স্বায় লাওই, অতৈ ফি শুগৎতুনা য়েংবদা থোইনা লৈত্রে। বেগ মচাদুমদি হাথু হাথু তৌবদা তাহৌরবোই খন্দুনা ওজাদুনা খুনজিন্দুনা পুথবকপনি। মদুদা থেংনরে লুপা চাম্মা চৎপী অনী য়াওবা কাখল অমা, অচোইবা খরা হাপ্পা কাখল মচা অমা। বেগ অদুগী মনুংদা অমুক মখুম পানবা খাউ মচা অমদা চেকশিন্না থুপচিনবা চিঠী অসি য়াওরম্বনি। ওজাদুনা বেগ অদুগী কাখল পুম্বা য়েংবা লোইরগা থম্মে, পৈশাশিংদু অমুক ফজনা হাপচিনবীরগা। চিঠী অদু কুইববা মাল্লি, নুংশিদুনা হাপচিন্দুনা থম্বা মাল্লি। মঞ্জুনরে। ওজাদুনা ফাক্তুনা পারকপনি, চিক্লবা অহীং অদুদা মীগী অরোনবা চিঠী অদু মকোক্তগী অমত্তা চিংখদনা। চিনদ্বিন তুরেল লানবা ফাওবা পারগা ওজা মনি হুই খোংলকপা তাবদগী অমুক লেপ্পী। নহা অদু মাগী বেগ লৌবা লাক্লবোই নীংদুনা খুমজিল্লি। অদুবু হুই খোংবা অমুক লেপখ্রে। মাবু কৌরকপা থোইনা তাদ্রে। ওজা মনি অমুক পাথরকই।

নুংশিবা! ঙসিগী থাবল অসিনা ঐবু পোখাহন্দ্রে। নঙ ঐগী হৌখ্রবা পুন্সিনা ইমাঙদা মুর্ত্তি ওইনা চোংথোক্লে। অদুনা নঙগী পাউ পুরকপা মরূপ অসিদা চিঠী

অসিমতং পিহৌসিরা হায়দুনা ইরিবনি। ঐদি অয়ুক নুংথিল নুমিদাং খেন্নবা করিনো খঙদ্রে। নঙগী নপাউ ঙাইবদা অহীংসু তুম্বোই তুমদবোই। ঐখোয় অনী ৱামিন্নখিবা পুম্বা নঙোন্দা নীংশিংনিংলকই। চিনদ্বিন তুবেল লাল্লগা ঐখোয় অনী থা থৱানমীচাক্লা মায়কৈ লেপ্তুনা অহীং অঙুম চৎলগা য়ৌখি নত্রা ইরমদম নুংশিবী মণিপুরগী ঙমখৈ। অফং অফংবা চাদুনা। ঐনা খোঙ থাঙবা থোক্লক্লবা মতমদা নঙনা খুৎ শম্বীখি, নঙনা ৱাদনবা রিভোলুসনরী কয়াগী বারী লীবীখি। ঐনা খোঙথাং অমতং হেক লেপ্পদা ঐখোয় অনীগী আশা কায়খ্রনি মতাঙুম ঐসু নতুং ইনখি। নোং ঙানফুং ঙানফুং অমদা পাউ লাকখি কমরেদ অতৈগী। মখোয় তৱামক ফাখ্রে নুপী অনী য়াওনা। ম্যানমার সিফাইনা ফোন লোইনা লৌশিনখিবনা ফোন ফাওনদবা ওইরে। ঐখোয়নিসু নঙ য়াওবমদ্রবদি মওং অমা ওইবমগনি। নঙনা লম্বী খঙবগী মণিপুব যৌবকখিবনি। মদুদা নে তাখি। চান্দেল ডিস্ট্রিক্টকী চীং যৌরকপদা যুম য়ৌবগুম খঞ্জাখি। অদুগী মখাদি নঙগী মিৎয়েংদা নুংশিবা য়াওরকখি, ঐসু নঙবু কমরেদ ওইনা য়েংবা ঙমখিদে। অদুক কুইবা নুপা নুপীগী খেন্নবা লৈতনা লোয়নমিন্নরকপা মরুপ নঙবু নুপা ওইনা উবকখি। ঐনা নপান তাংলিবী লৈশাবী ওইনা। তুবেল অমদা ইকুজমিন্নবদা ঐ ইকাইবা পোক্লকখি। কোইবা হৌরকখি। ঐখোয় অনীগী মতম য়ৌবক্লমাল্লে, থম্মোয় খুদুম চনবা ঙম্নখিদ্রে নৎত্রা? উমংদুদা নুং অমনা ঈশ্বরগী মুত্তিনি খন্না খিল্লগা উমংগী লৈবাংনা পরেং লেংদুনা নুংশিবা নঙগী ঙক্তা লৈ হুকখি, নকোক্তা লৈ খুবাম খুবাম চাইরদুনা। নঙনসু লৈ পরেং অমা লৌথোক্লুনা ঐবু নুংশিনা হুকপিখি। মদু ওইরমাক্লেকো য়াওক্লোই অনীগী নুংশি পম্বুং। নঙ-ঐ অমতা ওইখি।

মপান্দা হুই অমুক খোংলকই। ওজা মনি লৈতাদে। মীগী অরোনবা চিঠী পারম্বগী ইকাইদুনা মপু লাকপ্রা পাখৎচৈ। হন্দক্তি ওজাদু ফম্বা ঙমদ্রে, মপাল খোক্লক্লে। কিবা অমসু য়াওরে, কনাগুম্বনা মখোয়দা নহারোল অমা লেক্লম্মী হায়বদু তাকখিদুনা সিফাই লাক্লবরা? অদুদি কমদৌবা, মানা খঞ্জে। করি খুম্বা? নহারোলদু থিররবসু ফংলরোইদবনিনা খুমফম্সুদি লৈরে। অদুবু হৈ-শিংখ্রবা সিফাইশিংদুনা কোইথী থিররবদি। বেগ অসি ফংখ্রবদি, চিঠী অসি ফংখ্রবদি কমদৌবা। লোইরে, লোইরে। নহারোল ফাবগা চপ মান্নরে। মদুগী মতুংদা তারক্কদবা ফল ওজা মনি খঙঙি। পাখৎনা চঙলকই। চিঠীদু বেগতা থুপ্লগা হাপচিনখি। লংথোকখিবসু নুংঙাইতে, মপুদু হল্লক্লবদি পোৎ অমা ৱাত্তনা পীবীখিবা পাম্মী। মানা নুংঙাইতবা থৌদোক অমসু নীংশিংলক্লে অমুক। বিমোলখোয় লৈরিঙৈগীনি। নোংমা নুংথিল সিফাই খরা সড়ক্তা পেট্রোল্লিং লাকপদা

লৈকায়দা লাঙনরকই, কোম্বিং ওপবেসন তৌদোরে হায়না। ওজা মনি পাখৎপনা হানখিদুনা পোৎ-চৈ থিরকই। ফুমজিল্লুখি মিৎকুপ্তা। অদুগদি সিফাইশিংদু অদুম সড়ক্তা লৈবল্লগা হনখ্রে। মদু নীংশিংলকই, ওজা মনি মীগী চিঠীদু লংথোকপা কিরে। অদুনা মদু লোৎপা চঙলক্লে। মায়কৈ খুদিংগী হুইনা খোঙবদুদা সিফাই লাক্কদ্রা কিবক্লে। বেগ মচাদুমা লোৎপা হোৎনবদা মহাক্কী চাউথ্রবা যুমদু খমফম লৈখিদে। কাযনথঙদা মহাক্কা ফৌ মবক্তা লোৎলল্লগা তুম্বা চঙখ্রে। অদুবু তুম্বদি গুকথা যাদ্রে। চিঠী অদুনা হৌদোকপগুম তৌবে। হুই মখোল ঈংথখ্রবা মতমদুদা ওজাদু অমুক হৌগৎলে। চিঠীদু পাবদংদি লোইথোকহৌগে মতাগুম অমুক লৌথোকউবে অদুগা পাথবকই।

অদু ঐগী পাউ অমুক তল্লগে। ঐ যাম্না হোংলে, বাখল পুক্লিং যাম্না ওপথবে। গন্নগী যাওক্লোই ওইবিঙেগী মৈ হৌবা বাখলদুর্মাক্ত লৈরে। খঙদে, ঐ নঙোন্দা অরোনবা বা হাসগদ্রা হবদি হাসনাংঙি। অতৈ নত্তে, নঙনা ঐবু পার্টিগী অযাবা লৌবগা নঙগী যুমদা পুশিন্দুনা থনম্বদগী ঐ মমা হাযবদু ওইগদৌবে। নঙগী নুংশি খুদোল্লা ঐগী পিবুক্লুংদা লৈববা মতুংদা ঐদি সংসাববু মমায অনীমক ওন ওন্দুনা য়েংবা হৌবক্লে। নঙদি খঙলক্লোই চীংনু মান্নুন্দা লোৎলিঙেদা তাকপীখবা ওম্বীখিবা নেস্লেলিজমগী পাবাদু অর্থ অনী খোক্লমলে। নঙ ঐনা চৎলুবা লম্বী অদুদনদি লোইবমদ্রে। অমুকসু বায নঙবু কবম লেল্লমগদগে। নুংশিবা। অসুন্না বানা নঙগী পাউ ঙাইদুনা লৈগদবগী শক ক ঐবুসু পুবীবো। শিববসু নাবক অমদা শিমিন্নরসি। অদুবু নঙগী নুংশি খুদোল অসিনা ঐবু যোহ্লিং ওইনা খোঙসু খুৎসু পুন্সিক্লে। ঐ শিবসু যাবোইদৌবি। হিংবসু মৈথক্তা লৈবি। নঙগীবু খনগদ্রা ঐগীবু খনগদ্রা ঐ খনফম খঙদ্রে। ঐনা পাবি থাশিং কুমশিং, নঙনা ফনা চিল্লবসু, নঙনা ফনা লাপ্না লৈববসু নঙসু খঙখিবনি থাশিং, থা অহুমদা ঙাইশিল্লক্লে। মদুদদি নঙ যম কৌবা লাইনা থৎলবসু যৌবক্লে হাযবম্বনি। লাকউকো নুংশিবা।

মসিগী বাসি থল্লগা ঐ নঙোন্দা অরোনবা বা অমতং হংনীংঙি। ঐখোযগী লানহৌ অসিবু মাযওন কমদৌরিবগে, পার্টিনা শৌগ্রি যুংবগুম যুংখ্রে, কুম্থা হেনবু হেল্লমাক্লে। মাগী মাগী যানীংদবা অমগীসু হেক্তা চোংথোকখিবা, মদুনা লৈবাক্কী কবিনো অফবা পুবক্কদবা। পার্টি মশেল নোংমৈ ওনশিন্নদুনা লৈবে, খবব পাব ঙমদ্রে, অশিবা ময়ামগী পাউ ওক্লে। নহাক হিংলি হায়বগী হবাওফম্বু কবিনো? নঙনা পার্টিগীদমক তৌবা ঐ খঙলকই, অদুবু অচম্বা নোংমৈ মক অমনা নঙগী লৈয়েং ফাখিবসু য়ারি। অদুনা ঐ

মওল মওল যাম্না খল্লে, হন্দক লাকপদদি নখোং কোন্দুনা হাযজগদবা বা যামখ্রে। লাকউকো চান্নবা নঙনা হাযবম্বা মতমদুদা।

ঐনা কবিশু হাযনীংঙাই লৈতে। ঐখোযগী লানহৌ মায পাকহন্নীংঙি। নঙনসু তাবমগনি তামিল লালহৌ, শ্রীলঙ্কা নীকখিবনি। যাম্না খৈন্নে ঐখোযগীগা। মখোযদি বম কোন্দুনা চঙবা ঙম্মী, মী অমনা সিফাই কযা হাৎপা ঙম্মী বম কোনবগীসু মাঙ খাব। তান্নে। অদু ঐখোযগীনা ঙর্মদ্রবা কবিগীনো? তালিবানগী পাউ তাবেদনা আফগানিস্থান, পাকিস্থান্দা বম পুবগা গাড়ী থৌজিনবা, সিফাই মযাম অমা হাৎলম্লগা মশাসু শিজলা। ঐখোযগীদি কদায মমি উদ্রি। নঙসু বা ঙাঙঙু পার্টিদা পুখৎতুনা খন্নৌ। অদুবু ঐনা হার্যবিবসি মখোযগুম তৌসি হাযবা নত্তে। মখোযগী থাক অসি যৌবফাও তামির্নশিং কমদৌখিবগে, তালিবান কমদৌবিবগে খন্নসি হাযবনি। হিংসাদনা বারোইশিন পুবর্কনি খনবসি লানগদৌবব্রা খল্লকপনি।

ঐদি মীনুংশিনা থম্মোয থল্লক্লি। যেরুব, মকুপ চপ মান্ননা উবকলি। অশোকপা লান্মী অমা উবদা সেবা তৌবীনিংলকলি। মীওইবা হাযর্বসি অমর্তানকো। মীওইবা পৃম্ববু চপ মান্ননা যেংবা ঙম্বা অদুবু ওইবল্লে মহ,পুরুষ হাযদনা হাযনবিবসি। মসি হায হাযদুনা ঐবু নঙনা লান্না লৌবীগনু। ঐনা ইবমদম ইমা মণিপুব অসিবু নুংশিজর্বদি নঙনা খঙলিবদুনি, নুপী ঐনা পেন্দবা কযাদগী খুৎলাই পাযদুনা নতুং ইল্লর্মলিবা অদুনি হিংশাগী লম্বী অসি নত্তবা অতৈ লৈত্ররবা সুম যেংনীংলকপগী বানি

নঙনদি চীংলক্তা, মীবমদা লৈবনা তাবল্লোই। লমদমসিগী প্রজা যাম্না বানবে। হিংনা হিংনা শিবগা চপ মান্নবে। মসে ঐখোযর্নাদ হান্না হাযবম্মীদনা, খবা বাবা তাবনি অচৌবা পান্দম অমগীদমক। নঙ ঐনর্দি মণিপুব নীং তমদ্রি খর্নখি, মীযাম্নদি তল্লে হাযবি। চহী লীশিং অনী তেনবগী নীংতম বাবীবুদি কবিসু খেন্নবা লৈত্রে। প্রজাগা লানহৌগা চর্থমিন্নবা ঙমদ্রবা কদাযদনো নঙ ঐগী নীংতম্বা মণিপুব। মসিনি ঐখোযগী অবাৎপা, মসিনি ঐখোযগী তৌগদবা অহানবা ঈহৌ। ধমকানা, নোংমৈনা প্রজাবু বাবকপনা যাবোই। মসিদি নঙ ঐ ট্রেনিং ফংমিন্নবিঙৈ মতমদসু অদুম খন্নখ্রিবা অদুনি।

খঙদে, নুংশিবা। নঙ বাবমগনি, নঙ চবা কযা হেল্লমগনি, নঙ ঐবু নীংশিং নীংশিং কপ্পম্বফাও যাই। অদুবু নঙদনি খনগনু, ঐসু চপ মান্নে। থাদা পাউ চেনখি পাউখুম লাক্তে, মালংদা পাউ হাযখি পাউ হল্লক্তে। ইথম্তা মঙলান ফুডা শাব নত্তনা উপাই লৈতে। নুংশিবগী হাযকুববর্দি নঙ ঐগী অবাপ্পসিনা ফৈবা ওইববা, নঙনা অদোমগী

ফালাদা ফন্নবা ঐনা শোমগী ফালা অমদা ফন্নবা, খল ওনবা তাববা অদুগা নুংশিবা কৌবা লাই অদুনা জজ ওইববা, চান্নবা নঙগী ফালাদা চীংদুম অমসু হাপচৌ ঐগী ফালানা লূম্বা শোযদনা হেনগনি। নঙবুতা খল্লিবা ঐনা লূমদনা কনানা লূমগনি। নুংশিৎনা উনা লেঙলক্লবসু তুম্বা যাদ্রবা ঐনা নঙ লাক্লবোই নীংদুনা থোঙনাও হাংদোক্লুই। নঙনা খঙলম্লোই, ঐদি উই নঙনা, অকবা লোক্তা কুমদুনা খুক খুদক কুন্দুনা ঈশিং থকপা। নঙনা চীংমাযদা লোংনা হিপ্তুনা ঙহাক পোখাবা ঐগী পুক্লিংগী থৌববা মিৎনা উই।

ফবে, ঐ লমফৈ অমদা ইকবমাল্লে, লোইশিল্লগে, নঙগী পাউ পুবকপা কমবেদ অদু লাক্লনি। অহীংগী পুং অমা তাবদা শৎ যৌবক্কে হাযবম্বনি। মানা হাযবদগী খঙ্ডি, নহাক যাইফবি হাযবা, ফোন্দা ঙাঙ্ববদি উদবনিনা নঙ নযাং কংলম্লদৌবোইদা ঐ খল্লুবান।

অদু হাযজবিসিনি নহাক পার্টিদা পুখৎলু। লানহৌ অসি মওং মমদা চৎখিদৌরে। পঞ্জাগা নাকল নাকল লেপ্পনক্লদৌরে। বাবোইশিন অমা পুবকপা হায়াদুদি হেক পাখিবোই, অদুবু ফনা লাপ্পবস্ মাযওন চুম্লবদি নোংমদি যৌবক্কনি। ঐদি হাযনীংঙি, মমুক খম্ববা মতম চাবে। মতম হেনখিণদৌবে।

নহাক্কী

তাং ১২/০১/২০০৭ ইং লাইজ

ওজা মনি পাবা লোইবে। চিঠীদু পাবা মনুংদা স্বব হোনবা কাউবা যাওখি। খল্লি, অঙকপা চিঠীনি। মসিদি পাহৌদবদা পাপ পুগদবা চিঠীনি। চিঠী পাব লোইবে, অদুবু ওজাদু থুপচিনবা কাউবে। অমুকসু পানিংঙি। চাম্মবক পানিংঙি। অমুক খম্ববকই, চিঠী অসি নুপা অসিনা হৌজিক ফাওবা মাঙহন্দনা থল্লিবসিগী মবম লৈফম থোকই। মহাক্লা যাম্না পাম্মুজবা ওইবম্বা যাই, নত্রগা মানা মাগী নুপীবু কাপ্তুনা হাৎনীংলম্বসু যাই, নত্রগা মাগী নুপীনা থিন্দুনা তাক্লিবা মাযকৈ অসোমদা খোঙ থাংদোক্লকপা পাম্বনা ওইবম্বসু যাই। মীগী চিঠী অদুগীদমক ওজাদু খন্দবা শুকঙম ঙম্লকত্রে। চিঠী অসিগী মপুদু থুনা লাকহন্নীংলে। লাকপা থোক্লবদি মানা হাযগনি, মানা চিঠী অদু লোইনা পাথোক্লুবে, অদুগা অমুকসু হাযগনি চিঠীনা হাযবিবসিবু নহাক কবি খল্লিবগে? মসিদি বাংখ্রবা বাখন্নি। ওজাদু খন্না খন্না চৌকিদা ঙাথৈ। লাকনি লাক্লোই খঙদবা মী অদুবু ঙাইবগুম তৌই। কযাম কুইনা মানা ঙাইখিগনি। মদুসু খঙদে।

ঙহাক লৈবগদি মাগী থোঙদা কক কক থীল্লকই। অদুবু ওজাদু থোঙ হাংদোক্কে খন্দে, অদুম ফম্মী। মহাক স্বাই লাউই। চিঠী মপুদু ওইবমদ্রবদি, কনাগুম্বনা

হাযজিনবীদুনা, ঙবাংদা চৎখ্রিবা নহারোলদু লেকলম্মী হাযবগী ফাবা লাকপা ওইবল্লবদি, মদুসু ওইথোকপা যাই। মহাক তশেংনা কিবে। হাযবিঙৈদা অমুকসু থীল্লকই, কক কক। ওজাদু পাখৎলে। মসি চিঠী মপুদি ওইববোই মবমদি মহাক ওইবল্লবদি কৌবকপা যাই। মুন্না খঙনবগা খুকুল্লম্লগা চৎখ্রিবনি। মসি শোযদনা সিফাই ওইগনি। নহাবোল লেকলম্মী হাযবা মখোয খঙলম্ব্রনি। মবমদি ফৌজিক্তি সিফাইগী পুলিসকী পাউমী অঙকপদা থাদোক্লুবনি। খঙদা উদবা লৈত্রবনি। অদুদি কমদৌবা। মহাক শিবা যাই, চঙবা যাই। অদুবু পোৎ ফংহল্লবোই খন্দুনা মানা চিঠী অদু থুপচিল্লগা মাগী লাইবিক মবক্তা নমশিল্লগা থমখ্রে। হাযবিঙৈ তাঞ্জা অসিদা থোঙদু অমুকসু দঙ দঙ থিল্লক্লে। থোঙদু হেক কাউখাযবক্কদবা মাল্লক্লে। অমুকসু দঙ দঙ। অদুদি কমদৌবা তাববা। মতোমদা মিহুল চোংনা খল্লি। মহাক থোঙদু যেংবফাও কিবে।

অদুনা মাগী নুপীবু তপ্না পুবক্লগা থোঙ মযাদা লেপ্লবে। মানা ঈঙ্গিৎ তৌই। থোঙ অমুক থিল্লকপা থোক্লবদি মখোয অনিমক চপ মান্ননা হাংদোকমিন্নসি হাযনা মদুনা শিবসু চঙলসু বা অমা ওইবনি। মাগী মতৌদুদা মাগী নুপীনা হেন্না বাখৎলক্লে মমাযকা ইমক মকশিনখ্রে। খ্বাংচেৎ শেৎকৎলকই। অদুগা ওজাদুসু কিনা কিনা থোঙ মযা নকশিল্লি। মখোয অনীমক থোঙ অদুদা চাগাদবমখৈ যেংদুনা লৈমিন্নখ্রে থীল্লকখিনি হাযবসি মখোযনীগী আশানি। তাঞ্জাদুদা কৌবকই পাবু।

ওজা মনি অমদি মাগী নুপী মমিৎ যেংনৈ। ঙবাংগী অঙাংদুগী মখোলনি হাযনৈ। ওজাদু মথ্বায খবা হেক নুংঙাই। অদুদি থোঙ হাংদোকপা যাবে। মাগী নুপীগা মমিৎ খৎনৈ। থোঙগী চিল্কী পাযবদু মখূৎ নীকই। ক্রোক ক্রাক শৎলি। অদুগা থোঙদু শৎ হাংলুবনি। ওজাদু বজ্র তাবগা মান্নখ্রে। থোঙজিন্দা লেপ্পুনা লৈবম্মী নহা অদু। মাগী মতুংদনা বাং চাউখ্রবা সিফাই অনী। লিখোকফম অমুক লৈত্রে। নহাবোল অদু কদাযদনো, কমদৌননো খঙদে, সিফাইনা ফাবে। মাগী লেকফমদা পুবক্লিবসিনদি নোংমৈকাসু লোৎলম্ব্রা, ওজাদু পাখৎলে।

ওইবক্কদৌবিবা মখাগী মওং অদু মমিৎনা উবকই। ❑

# লমকোয় ৱারী

নোংমা নঙনা হায়খি, পুন্সি হায়বসিদি লৌচলানা পাইবক্নি ঙতাক বাংনা অতিয়া মবোযদা অদুদগী তাগিনি চাং পাং, তুবেল শীন খুংনা, চেষ্টাখনবা ঈৱিক ওইনা মপান নাইদবা অমদা, লোইশিনহন্দ্রবা হিসাব বয় অদু কোল্লদুনা। নোংমসু নঙনা হায়খি, পুন্সি হায়বসিদি খোঙচৎ অমমি, চৎথোর্বনি লেপ্পা লৈতনা উমং অমা থেংনদ্রিবফাওবা চী মায়দা হৌবা চাংখোঙদু গৌৰবা মমে, উমংদুনা মাওদা থংলববা মতম নুমিৎনদি তাশিল্লক চপ লেপ্পা চৎনি খোঙচৎ অদুসু মতমদুদা থাদবক্কান সনা মচুগী যুখল অমা তুমথখিনবা মঙ মচেৎ অমা মঙদনা অদুম। মতমদুদদি নিংঙাইনা যানবোই আশাসু পুম্নমক লংখোক্রম্লনি, অমুক হন্না মঙফাওনববোইদবা মঙ অমদা অদুম চংখিনি উম দ ফাওনা, থেংনকপসু যাই মঙালগী লমদম অমা, নৎত্রেগা শক তবেৎ শুনা মল্লবা শুবং অমগী খোঙচৎ অমা। অদুবু তানবা নাকোংদি লৈববোই, উংবা মি নসু পাঙ্কালোই, মদুদি থবাযগী লমদমন, থবাযওনা যৌবা ঙম্বা অতোপ্পা সংসাব অমা লৌচল অমুক থাংদবা শংবান্নবা অতিযা, মালংসু যাওদনা পাইবিবা চেক্লা জুবা কযা, ঈচেলসু যাওদনা চেষ্টবিবা তুবেল কযা কযা। ও। নঙবু নুংশিবকই ঐনা নঙবু নীংশিংলিনে, লোযা।

মিনানা খল্লিবনি। তাবমদাই নুমিৎ যে না যেংনা চী শাগী যুমদোমপোক অদুদা মালং ঈচিক হুন্না, সহবদুগী মথক লান্না পাইবক্লিবা, তুকাং খপ্লিবা চেক্লা পথেং যেংনা যেংনা দলান মথক্তুদা ফন্নি মদোম মিনা মুখর্জি। কদাযদা লৈবমগদগে খঙদ্রবা মফম খঙদনা মাঙখ্রবা মাগী লোযাঙম্ববু নীংশিংদুনা কপ্পি মদোম। চাংদোন্দা ফম্বগুম্না ঙাক্লিবা কোবৌহনবা মাগী লোযা ওইনা উবকই। কৌবকপঙম তৌবি। ফুক হৌগৎলি অদুগা খঙহৌদনা লাউখি, 'লোযা। ঐবু লৌবা লাকও। ঐ নঙবু নুংশিযে।'

মিনা মুখর্জিগা লোযাঙম্বগা খঙনখিবসি গৌহাটি বিশ্ববিদ্যালযদনি। সাইকোলোজি ডিপার্টমেন্টতা তম্মীন্নবকপনি। লোযানা মৈতৈ মচানি অদুগা মিনাদি অসামদা লৈববা বেঙ্গলী মচানি। মাগী পাবুংনা বেলৱেগী থবক তৌবনা পাঙু থোং হেক লাম্ছোক্লগা

লৈবিবা মালিগাউ বেলবে স্টেসন মযাদা মপাবুংগী ক্বাটবদা লৈববনি। মযুম অশেংবদি কোলকতাগী মতাইদা লৈবা খুঙ্গং অমদগীনি। হেক উনবদা থম্মোয থম্মোযদা নুংশি মমি তানখ্রবা ঙাক্তনি। ঙবোংদা থোকপগুম তৌবি। মিনাগী নীংশিং মমি তশেং তশেংলি।

নোংমা ফোং ফাওবকখি, লোযাদো, মিনাগী যুম মযা, মালিগাউ সহবগী গাড়ী মযাম উক উক লযদুনা চেন্নবিবা অচৌবা ট্রাফিক আইলেন্দ অদুদা। গোসলা সার্কল হাযনা খঙনবিবা অশংবা নাপীনা কুপ্লিবা আইলেন্দ অদুদা লেপ্তুনা লৈবস্বদু উবদা মিনা স্বাই লাউখি। কৌসি কদায, কৌদসি কদায লৈফম চাফম খঙখিদে। নুমিদাংবাইগী নুংশিৎ নাংবা ওইনা মিনানা মখোযগী শুমাঙগী লৈকোল মচাদুদা থোক্লকপদা উবকপনি। লোযানসু মাবু কৌবক্তে, অদুম তুমিন্না যেংদুনা লৈবি। মিনাদি মযুম মনাক্তা লাকপগী কৌখি চিনবান লেঙনা মখোলাদি থোক্তনা, লোযাসু অদু মঙায, নোকফেৎ তৌখি। অদুবু মখাদি নাসু ঙাঙদে, অদুম ফন্নি গোসলা সার্কলগী মথক্তা মিনাগী মযুমলোমদা যেংনা যেংনা। ধবানা ফম্লবগা চপ মান্নখ্রে। মিনা লৈফম খঙখিদে। শম্বল বাংমা লান্না, সডক ব্বাংমা লান্না থোক্লকপদি ঙমখিদ্রে। ঙমফমসু থোক্তে। মখোযনিগী নুংশিবা নোংমতা মকা ফোংনা হাপনদ্রি। থম্মোয থম্মোযদা লৈনবতনি। হোয, নোংমদি মিনানা ইঙ্গিৎ অমদি কাঙথোকপা লৈখ্রে। মখোযগী সাইকোলোজিগী ওজানা পীবা বাহ অমা ছাত্র মযাম্না মযুম মযুমদা শেম্নবকপদা লোযাগী পাউখুমদুনা খাইদগী ফজে হাযদুনা ওজানা চেদোন্দা 'ভেবি গুদ' হাযনা থাবকখি। মদু মিনানা অমুক্তা বাযগে হাযদুনা বাযখ্রগা অমুক পীবকপদা চেদোন অদুমক্তদা 'বিথ লব ফ্রোম মিনা মুখর্জি, স্নাতোকোটব' হাযনা অমুক ইশিল্লকখি। মদুদা লোযা লৈবা ঙমখিদে, মাগী ফোঙদোকপা ঙমজদ্রবা নুংশিবা খঙবীবে খনখি। মমান্নবা বেঙ্গলি মচাদা অর্থ হংজবে, স্নাতোকোটব হাযবদি 'পোষ্ট গ্রেজুযেৎ' হাযবা ওইবস্লে। মিনাসু খল্লিবনি, মানা বাহে অমা ইখিবদুনা থৌবি ওইবগা লোযাবু পুন্দুনা পুবক্লিবনি মাগী যুম মযাসিদা। অদুবু কৌশিন্দুনা চা অমা, হৈ অমা থকমিন্নবা-চামিন্নবদি ইকাইবা কৌবা লাইদুনা মাগী থম্মোযদা চঙখিবনা চিনবান বাংমা লানবদি ঙমখিদ্রে। অমুকসু শাউনীংঙি, অসুম ফমগদবগী শকক কোক চঙলকপদি কৈদৌবনো? নুপা মানা হেন্না ইকাই থীববদি কমদৌনা মানদি কৌশিল্লগনি থম্মোযসু খঙদনা। মিনা লৈফম খঙদ্রে, পুং ৮ তাবদা থোংনাও হাংদোক্তুনা যেংবদসু অদুম লৈবস্লি, অমুক নাপী মথক্তা হিপ্তুনা। ইমুংদা লৈফম চাফম খঙদ্রে। অদুবু হন্দকমুক্তি হেক্তা ব্বা অমা হংলুবগে খন্না থোক্লকপদদি নুমিদাংগী পুং ১০ তাবদা লোযা লৈবমদ্রে। চৎখি খঙদ্রে, মফম হোংখি খঙদ্রে। মিনা

ফনা কুইনা লেপ্তুনা লৈরে শুমাং মতোন্দা। নুমিদাংদু তুস্বা য়াখিদে। নোং ঙানবগা পুং ৯ তাবদা য়ুনিভর্সিটি ক্লাস ঙন্না চৎলে. লাক্রুম্লবদি হেক্তা হংলগে খন্না, অদুসু লোয়াদি লাক্রুমদ্রে। নোংমতা ক্লাস লেপ্তবা মানা লাক্রুমদ্রবদা মিনা লৈফম অমুক খঙদ্রে। লাকখিদৌবোই খন্দুনা ওজানা তাকপা লাইবিক তাফম খঙখিদ্রে, ক্লাসরুম অদুগী থোঙ হাংদোক্লক্কদবোইদা নীংখি। নুমিৎতুদা নত্তে, নুমিৎ হুমনিনি মানা লোয়া ঙাইখিবা। অদুদগীদি অদুম মখোয়নী অমনা অমবু উদ্রবদি লৈবা ঙম্নখিদ্রে।

— ইবেম্মা! সন্ধ্যাগী লাই থাউমৈ থাল্লরো।

মমানা কৌরে। মহাক ৱাখন্দা উংদ্না লৈকবে। নুমিৎ তাখ্রে। মমখ্রে। মহাক হৈনীংদনা হৌগৎলক্রে। ইমুংদা কুমথখ্রে অদুগা লাই থাউমৈ থানবা হৌখ্রে। ফজখ্রবা ইমা কামাখ্যাগী চীংজাউ অদুগী মকুমদা লৈরিবা পিকতক তৌবা য়ুমনি। মপাবুংনা শাবীরস্বনি লন্নাই লম অমা লয়দুনা। অদুবু কুইনা লৈরমদ্রে মপাবুংদি, তাইবঙ থাদোকখ্রে। মমাগা মচাগদনি মদুদা লৈরিবা। মৌপ্পা অমতং লৈবদুদি মার্চেন্ট নেভি খন্দুনা, ত্রেনিং লোইরদুনা কদায কদায়দনো চৎখ্রে সমুদ্র লান্না। মমাসু শোনজিল্লকই। মমানা মাবু ময়ুম অমুক পালহন্নিংঙি। অদুবু মিনানা য়াব লৈখিদ্রে। মাগী লোয়া হল্লকখিনি খল্লি, মাগী লোয়াবু ঙাইখিনি লেপখ্রবনি। মাগী হাযববু স্কুল ওজা ওইবা চৎলুবা অদুগা হল্লক্লগা দলান মথক্তা ফমদুনা ৱাখল তৌজবা অসিতনি। মিনা লাই থাউমৈ থানবা লোইখ্রে, অমুক কাখৎলকই মাগী দলান মথক্তা, থাজসু, থৱানমিচাকসু লোইনা মাবু ঙাইদুনা লৈরম্লে, কয়াদি ফজরবা নুমিদাংগী দৃশ্য। তারকই — ত্রেন্না ব্রহ্মপুত্র থোং লাল্লকপগী দ্রং দ্রং দ্রং মখোল। মিনিট ৫ রোম্বু ওইগনি। মাল গাড়ীনি, মিনানা খঙই। মাদি থা কয়াসি তাদুনতা য়েংদুনতা লাক্লবনা ত্রেনগী মতম, শাংবা তেনবা লোইনা চিনফা পুরবনি। অদুবু ট্রেন অমতনা মাগী লোয়াবুদি পুবিরক্রে। ট্রেন মখোল অদুনা পুখ্রি মাগী বাখলদি খা-ভারত তান্না। মাসু লোয়াগা লোয়ননা লাল্লি, গোদাবরী, কাবেরী তুরেল। শাংলবা ট্রেন অদুনা পাক্লবা কাবেরী তুরেল লানবগী মখোলদা মখোয় অনী মমিৎ কুপ্তুনা য়েংমিন্নখি তাম্না উরিবা বস লান্নবা শারিবা অশাংবা থোং অদুগী বন্ব ময়ামগী অঙানবা পরেংদু নুংশিনা। মখোয় অনী হনিমুন চৎলিবনি লুহোংলবা মতুংগী। এ সি কম্পার্টমেন্ট অদুগী মনুংদা কয়াদা নুংঙাইনা চৎমিন্নখি মখোয় অনী। ঙরাংদা থোকপগুল্লি।

মখোয়নী লুহোংখিবদি ইমা কামাখ্যা মন্দিরদনি। কনা য়াওবা নত্তে। মখোয় অনীদা য়ানদুনা হোঙখিবনি। অহল লমনসু অদুম মখোয় অনীনা হায়বদু য়াখ্রে। লোয়ানদি

এম এ পরিক্ষা লোইরগা ময়ুম থোক্লখিগে হায়র্বনি। মিনানা য়াখিদে। মাবু লুহোংবীরগা পুদুনা চৎলু হায়জখি। লোয়াসু য়াব তাখি। মিনাগী মমা অমদি মপাবুংনা লোয়াবু তরাম্না লৌশিনবীখিবনি। করিগীসু পাম্লোই। শক্তা, চুদা, শাবান্দা, নুপা ওইবগী করিসু ৱাৎত্রবা লোয়ানি। মিনাদি কমদৌবা? মাসু ঙোবমক নৎত্রবসু রাশিনা হৈজিন্দুনা শেম্লক্লবী শাবাননি। মশম্না নীংদু য়েনা চাইথবদুনা লাইরিক থবাক্তা য়েপ্তুনা কারকপদা য়ুনিভর্সিটি কেম্পস অদুদা মাবু য়েংনখিদবা কনাবু য়াওবগে। লোয়াগী আশাসু হন্দক্কী হনিমুন অসি হেক হনখিবদা মণিপুরদা মিনা পুদুনা মাগী বাজরক্লবী মমাগী মনাক্তা পুকুগে খঞ্জরিনান। মাগী মপাবুংনি মানা হৌজাং ওইনিংঙেদা লৈখিদ্রবানি। মাগা এম এ তমজনকপা মমাগী হোৎনজর্মান্নি। অদুবু মীনা খননা অমা, লাইনা ৎখনা অমনি।

চেন্নাই য়ৌবে। অহিংদুমা হোটেল অমদা পোত্থাবগা অহিং হৌনা সমুদ্র মপান্দা নুমিৎ থোক্লকপা যেংবা চৎমিন্নরে। কযাদি ফজবে। ঈবোন্নংদগী নুমিৎনা থাংগৎলকপা দৃশ্যদু। যেরুম মমুৎ মান্না ঙাংশং ওানা হনিক ওনিক ফাওগৎলকই। ঈবপ্পুবা কোরৌহনবা মানা লিংখৎলকপদা মচুম তাহৌবোই নীংঙি মানা ঈমায হনগৎলকপদা। অদুদগী সুম সুম ৱাংখৎখি, ঈথক্লা মাবু ফাগদবগী ফনা বাংনা চোংখৎচৈ, মবেম্মা তাখি। নীংবা কায়বা ঈথকসু ফুজিল্লকই তোর্বান্দা হন্না এন্না মৈচাক কোরক্লা। মতমদুদান লোয়াগা মিনাগা তোর্বান অদুদা ফম্মিন্নদুনা বারী শাখিবা। অমনা অমবু চাগদনখে য়েংনা য়েংনা। অমুকসু ঈথক্লা মবুক্লা শিৎলগা চেনখৎলক্লিবা লৈঙোইগী লমদুদা মখুৎ শন্ননা চৎমিন্নে। অমুকসু চেনমিন্নে। ঈথক্কা মায়োক্লে। পুমচোৎ চোৎনৈ। অদুবু হনবা লৈতে, সমুদ্রগী ঈথকসু প্রেমিক প্রেমিকা অনীদু য়ারবদি পুথখ্রগে মতানি — চেনখৎলকই হন্না হন্না, অদুবু নুংশিবা কৌবা লাইনা থৱায অনীগী মীচংদা লেপখি, মখোয় অনীগী থম্মোয় শেংদোকপা নত্তনা পুথর্বদি ঙমখিদে। সারি পুমচোৎ চোৎলবদা মিনা ফজবা হেনগৎলকই। মশমনা মালংদা ঈপোম নাইরি, হকচাংগী কয়াৎ মকা ফোংলকই, অদুবু লোযানা পেন্না যেংজহৌরসনু মওংনি, ইকাইখিদে।

মমা অমুক ফমথররে মিনাগী মনাক্তা। মাগী বাখলনা নৈতাফম খঙদনা লৈরিবদু মমাসু খঙঙি। অদুনা মচাবু থেম্মী।

— নঙনা খল্লিবসিবু করিনো, ইবেম্মা!

— ঐ করিসু খন্দে ইমা।

— তৌনু তৌনু, অমুক লাক্লরোইদবা মাগীদমক লাইমন ওইরনু।

— নত্তে ইমা! শোয়দনা লাকখিনি মহাক।

— কবম্না খওঙি।

— ইমা ঐগী থম্মোযনা হায়রি, ঐগী থবায়না তাক্নি, ঐগী লোয়া শোয়দনা হল্লকখিনি। মানা ঐবু কৈদৌনুং মীনল্লোই।

— ঙাইনা ঙাইনা পুন্সি লোইবনি।

— লোইখ্রসু ফরে ইমা।

মমাদু মখা তাখিদ্রে। মিনাবু থেমদুনা পৃথখ্রে। চাক চামিন্নখ্রে। মাগী মাগী ফম্মুংদা পোখানখ্রে। অদুবু মিনাদি ঙসিদি তৃম্মু য়াদ্রে। থোংনাও হাংদোকই থাবল যেংঙি। অমুক নীংশিংলকই।

মিবন্দা নীচ অদুদা পেন্না নারী শাবক্নগা মখোযনি কাখৎলকখি অনৌপা হোটেলদা প্রেস পার্টিদা। খুমহি চেনবদা ইরুজকবগী হৌনবা মশাদু খ্রং খ্রং লাউবে। অদুনা অশেংবা ঈশিংদা ইকজবা তঙায ফদে। তশেং তশেং ঈকজখোক্নে অদুগা হোটেল অদুদা মুন্না মুন্না, চাক ইন্না ইন্না অপাম্বা ইনশাং চামিন্নবে। অদুগা লাক্নে মখোয অনীগী পোথাফম, সুদ্ধ হোটেল হাযবদুদা তেক্সি অমা বাযদুনা। অদুদগীদি নুংখিল অদুমদি কা অদুদা ফি হোংদোক্লরগা লুহোংবা নুমিৎকী ফমুংগুম নান্না থাবিবা দবল বেদ অদুদা কাখৎতুনা মখোয়নীমক পোথামিন্নখ্রে নুমিৎনা তাদ্রিফাও।

মিনা কাউবা ঙমদে। লোয়াগী নুংশিবা মনম ফাওবকই। ঙসিসু থাবল যেংনা ঙাইবি মাগী ফমুংসিদা লোয়ানা কাখৎলকপা। অমুক তাবকই - লোয়ানা হায়খিবা কয়া। মীওইবা হায়বসি মী অনীখক্তনি লৈরিবা, নুপা হায়বা অমা, নুপী হায়বা অমা। মসিদা জাৎ, কুচু, লোন, ধর্মগী মথৌ করি লৈবগে? মদুদা মিনানা মাবু নুংশিংনা যেংজখি থম্মোয় পেঞ্জনা। অমুকসু হাযবকখি — পুন্নমক মীনা শেম্বনি অদুবু পোক্লকপদা ঈশ্বরনা তম্বীরকপা খুদোল অমখক লৈ - মদুনি নুংশিবা। নুংশিবা লৈত্রবা মফম ঈশ্বর লৈত্রবনি। পুন্নমক অসি তারম্বদগী মিনা স্বাই লাউবা রা অমা য়াওশিল্লকখি — 'ঐদি থম্মোয়শেংবা পামজৈ। মীনমগদৌ শরুক শিখিবনা হেন্না ফৈ।' মদুদা মিনা মমায় ঙাঙশিনখি। লোয়া উদনবা কন্না হোৎনজখি। মখাদি তারকখিদ্রে। অদুবু মিনাদি হুমাং কাখি। মহাক্না লোয়াদা মীনম্বা রা অমদি লৈরি। মহাক্না রাফমসিমদি হায়দোকপা ঙমলোইদৌরি। ফনা হোৎনৈ, অদুবু কাঙথোকপা শুকঙম ঙমদ্রে।

চেন্নাই খোঙচৎ লোইশিল্লে। কন্যাকুমাবী পাংলে। মদুরাই লানবগা উরে, নুংশিৎতগী ইনর্জি লৌবগী 'ৱিন্দ মিল' কয়া পরেং পরেং খিনবা। নোংঙানবদা য়ৌরে কন্যাকুমারী। কন্যাকুমারী য়ৌরবদি লোইরে কংফালগী লম। সমুদ্রনা মায়কৈ অহুম কোয়শিনবা সহর মচাদু য়ৌবদা মখোয় অনীগী থম্মোয় নে তাজখি। মফম চাব কা অমা লৌরগা, ঈরু-মায়থবা লোইরে। অহানবদা সতী ওইরিবী দেবীগী লাইফম খুকপ্পুনবা ফিশেং শেৎনরে। য়াম্না মগুন লৈবা লাইফমনি। ঙসি ফাওবা মাগী বর ঙাইদুনা লৈরিবী কন্যানি। মাগী বাবী তাকুবদা তু চুংলোইদবা কনা লৈ। মহাদেবদা লুহোংলনি খন্না কন্যা ওইবগী ফিজেৎ-লৈতেং লোইরবা তুংদা মবুংঙোনা লেঙ্গলকত্রবদা ঙাইদুনা ঙাইদুনা নোং ঙানখ্রবী কন্যানি। মপুন্সি চুপ্পা কন্যা ওইনা লৈরনি ৱাশকখ্রবীনি। মঙোন্দবু পুক্লিং চঙনা খুকমজরবদা, মঙোন্দবু হায়জববদা নীংবা থুংদবা লৈতে হায়নরিবনি। লাক্লে, লোয়াগা মিনাগা লৈ খুজোক পায়দুনা, মবেন্মদা খুরুমজরে। পুন্সি নুংশাংবা, নুংঙাই য়াইফবা বব নিজরে। মিৎতগী পি তাখিবা খঙনহৌদে। লোয়ানা মিনাবু য়েংজখি নুংশিনা, মিনানসু য়েংলকখি পিরোইননা। অদুবু কনানা কবি বব নির্নখিবা মানা মানা পুক্নুংদা থন্নখ্রে।

অদুদগী মপান থোক্লক্লে। সমুদ্রগী ফজবা য়েংনবা কুমথরক্লে। ফোন লাকই। মণিপুরদগীনি। লোয়ানা ফজনা খুমখি। মখোয় হেক হল্লকপগা অদুম মণিপুর য়ৌরক্লনি হায়খি। পঙকুই কুইররোই হায়খি। লোয়াগী মমানা মমৌ উনিংবগী ৱা হায়রকখিব্রা ? মানা খুমখি — ৱাং-চাউই, মৈতৈ শক্লি, মশমদি খুৎফ অমা, হয়েং উরগা খঙগনি হাযখি। মমানা করি ফাগী তৌরকখিবনো খঙদে. লোয়াসু নোক্না খুমখি -- ইমা! ঙাফাও চাদে, খাস নিরামিসর্নি। মদুদা মিনানা হংঙি, 'করি হায়রক্লিবনো ইমানা ?' লোয়ানা খুম্মী — 'নঙবু উনীংঙি হায়বক্লিবা, শা চাব্রা হংলক্লিবা ?'

— ও আই ফিল সেম। (ও! ঐ ইকাইজরেদা)

— নো দিয়ার! য়ু ৱিল সি হাউ গুদ সী ইজ।

(মদু খল্লুনু, ইমাদো ফৈ, য়ৌরগা খঙগনি।)

মখোয়নী নোকমিন্নৈ, নোকপা হম্ফুরকপদা খুবাক ময়ি য়েংবা অমনা য়াম্না নুংশিনা কৌশিল্লকই। মাগী ব্যবহার অদুদা লোয়া নাম্থোক্তুনা চৎপা ঙমদ্রে। মুন্না য়েংঙি, ৱা ঙাওঙু য়াদে। মখুৎতু থাদোক্লকই। লোয়া পাখৎলি, মুন্না হংঙি, তপ্পা খুন্নকই — "থোক্তবদি ওইসনু, নঙগী খুত্তা মী শিয়ু হায়বা লৈ।" মিনাগী অমুক য়েংগে হায়,

মিনানা য়েংহন্নীংদবা মওং উৎলি। লোয়ানা য়েংথোকসি হায়বদগী মিনা তন্না তন্না মখুৎ তিংথোকলকই। মখুৎ পায়দুনা চেপ্পুনা ময়ি খরা য়েংলগা তপ্না হায়রকই — "নহাক নুপা অনী শু হায়বা লৈ। হান্না লৈখ্রবরা, লৈত্রবদি লৈরকপা শোয়রোই।" অফবা অমতা ফাওদ্রে! অরেম্বগী য়েংলুবা খুবাক ময়িনি। মখোয়নী পৈশা পীবমল্লগা লয়থোকলকপদা নীম পাম্বী অমগী মখাদা ঙহাক পোখাই। চীংদুম অদুগী হাইখরকপদা পুরোহিত অমনা লাউরি, "হোলি ৱাটর" "সুদ্ধ জল" হায়না। অমুক্তা নওে, হন্না হন্না লাউরি। নৌনা লুহোংলকপা জুরা কযা চঙশিনখ্রি অদুগা পুরোহিত অদুদগী পাউতাক তানরি। লোয়া মিনাগী মথ্বায় নুংঙাইহনবা পাম্মী। খুবাক ময়ি অদুগী ফলদা মিনা বাখল খনখিবগুম তৌই। লোয়াদি খনবীদে। অদুনা মিনাগী ৱাখল থৈদোক্লবা পুথরকই "হোলি ৱাটর" গী মনাক্তা। ঈফুৎকী ঈচেল অমনি। অব্দবা ঈশিংনা নুঙ্গায়লক্কুদা পিক্লা চেহ্থরি। চুম্লম্বা য়াই, চুম্লমদবা যাই। পুবোহিত অদুনা নৌনা লুহোংলকপা বর-কন্যা অদুদা হায়রি — "নখোয়নীমক থম্মোয় শেংনগদবনি। মসি ভর্জিনিটি টেস্ট অমনি। অমনা অমবু মীনম্বা লৈখ্রবদি হোলি ৱাটর অসি লান্দবনা ফৈ। নশা নশানা মীনম্নখিদে খন্নববদি হোলি ৱাটর অসি লাম্থোকউ, হোলি ৱাটব অসি হেক শোকপদা নখোয়গী পাপ লোইনা ইমা দেবীনা কোকপীবগদবনি। অদুগা মীনম্বা লৈনববদি, নথম্মোয শেংনদ্রবদি হেক লাল্লুবদা পাপ লংশিনবা ওইনা থোক্কদৌরিবনি।" মানা ঙাঙবদু মুন্না তারে। মকোক্তা কমণ্ডলুগী ঈশিং খিকপিরে। বর কন্যা অনীদু মখুৎ শম্নরে। ঈশিংদা খোঙ চপ মান্ননা থাংথরে, অদুগা বৈতরনী লানমীন্নবগুম তেনখ্রবা খোঙকাপ মঙামুক্কী লমদু সমুদ্র লানবগুম কিনা লানখি। অসোম হেক লাম্থোকপদা পুরোহিত অদুনা মন্ত্র শোন্দুনা মকোক্তা ঈশিং চাইথোকপী, মঙ্গল পীবীখি। পাপ কোক্লনি হায়বীখি। পৈশা লুপা ১০/১০ লৌখি। মদু উবদা লোয়া পাপ কোক্কদবা মাল্লকই। মানা মিনাদা থম্মোয় শেংলি, মাবু মীনম্বা য়াওদ্রি, অদুনা লান্নীংলকই, মাগী মখুত্তা মী শিয়ু হায়বা লৈ হায়বা শাপতু কোক্লবা। মানা তকশিল্লকই মিনাদা হোলি ৱাটর লানমিন্নসি হায়না।

— মাই ডিয়ার! লেটস ক্রোস দ হোলি ৱাটর
(মিনা, অশেংবা ঈশিংসি লানসি)

— বট, আই ফিল ফিআর। (ঐ কি)

— হ্বায় সুদ উই ফিল ফিআর। উই আর সিনলেস।
(করিগী কিদৌরিনো। ঐখোয় পাপ চেন্দ্রি)

হন্না হন্না হাযবে, অদুদা মিনানা যাব কৌবা লৈত্রে। লোযা শাউনীংবা যাওবকই অদুবু মাযথোঙদা মমি তাদে। মিনাবু পুবগা থোক্লক্লে হন্দক্না সমুদ্র খোঙবান্দা। লঙ্কাগী মাযকৈ লেপ্লকই উদ্রবসু। ফেবিদা তোংদুনা চৎনবি বিবেকানন্দ বোক তন্না। মহাপুরুষ অদুগী নীংশিং খুভম অদুনা কযা ফজবিনা। ফেবি অদুনা পুংখাযমুক্তং চৎলগা অদুম লৈবে তীর্থ স্থান অদু। বিবেকানন্দ মশামক্তি ঈবোইদুনা লাল্লগা মফমদুদা লাই নীংখি হাং। কযাদা মগুন লৈখ্রবা। মখোয অনীসু বাখৎলে, পুদুনা চৎখ্রে ফেবিনা বোক অদু তন্না। বোক কাখৎলে মাযকৈ কযা যেংলে। ফমফম লৈবিবশিংদুদা ফমদুনা অকোযবগী ঈথক যেংলে, লাপ্না লাক্লিপা জহাজ কযা উবদা থম্মোয অনীমক ইনৌ নৌনখ্রে। অদুবু চো গা' মনুংদা মচি কাবা ঙকফম থোক্তে সমুদ্র মনুংদসু মৈগী চাং মরৈবি। লোযাগী চল্লবা থম্মোযনুংদা চিংনবগী মমি তাখ্রে। মাযথোঙদা ফোঙদোকত্রবসু পুক্নুংদুদা মিনাবু বাহং চাম্ম চাম্ম হংলি, মসিনা মপাল থোক্লক্লবদি কমদৌবা। থোক্লদি ওইসনু। অদুবু যাবোইদৌবি।

ম'খাযনীনা লৈবিবা হোটেল অদুগী কা যৌনক্লবা মতম, ঈকমিন্নদুনা পুক্না শন্নদুনা বাথকমদা নোক-খেনা লেনমিন্নকপা মতুং, ফজনা চৌবিদা। পাখাদুনা ফমলক্লবা মতম লোযানা তপ্না হৌদোক্লকই। খুনাব মযিগী বা হোলি ৱাটবর্ণীগা। বাউখ্রবেই নীংঙি, অমুক হৌদোক্লকপদুদা মিনা মমায ঙাঙশিল্লি। অদুগু লোযা মীগী সাইকোলোজি মুন্না খঙঙি। মিনাগী মবুক মনুংগী বা খঙনবা হোৎনদবা যাদ্রে খল্লি। অদুনা মিনানা ফন্না শাউবসু মিনানা ফন্না খুমদ্রবসু মাগী শক্তিনা খঙলগে খনখ্রে। মিনাসু মাযোক্লনা চৌকি অমদা ফাল্লবনি অদুবু লোযানা হংলিবা পুম্বা মহাক্না ফাগী তাখোক্তুনা তোক্লবা হোৎনৈ। অদুবু লোযা ফুক হৌগৎলি, মিনাবু চিংখৎলি, যান্না নুংশিনা চেজেং কোনশিনবীবগা মনঙ্গলদা নান নান্দুনা থেম্লকই, "কবিসু চিংনবনু নঙগী থম্মোযদা বা অমদি ফুমলি. মদুদংদি হাযদোকউ" মদু হাযদোকত্রবা মহাক পুক্সিগী থম্মোয কাযদুনতা লৈবনি। অফবসু ওইসনু, ফত্তবসু ওইসনু। মহাক কন্যাকুমাবীবু, দেবীবু পন্দুনা ৱাশকই, মাগী থম্মোযদা লৈবিবা মাগী নুংশিবা মবীক অমফাওবা হন্থবোই। মদুবু হেক হাযদোকপিদ্রবা মহাক যুম হনবা যাওববোই। পুন্সিচুপ্পা মিনাগী মাঙদা শক উৎলবোই ফাওবা কাংথোক্লক্লে।

মিনা তৌফম খঙদ্রে। মানা ফন্না কন্না থৈদোক্লবা হোৎনৈ, যাদ্রে, মানা হাযদোকে ফন্না হোৎনদুনসু হাযদোকপা ঙমখিদ্রবা বাফম অমা মহাক্কী নুমিৎ শুবমাপ্লে, অনোইবা পংখৈদা লেপ্লরে। ৱাফম অসিদি লোযাদদি লাযবদুনা মমা-মপাদফাও হাযদোকখিদ্রবনি।

মহাক্কী ইজ্জৎকী ৱাফমনি। ঙসিফাও থম্মোয়নুংদা মৈগী চীং ওন্দুনা চাক্কুনা লৈরিবনি। লোয়াবু থেংনরমদ্রবা, লোয়াবু নুংশিবনা মাবু পুল্লমদ্রবা মহাক্কী পুন্সি অতোপ্পা অমা ওইরম্বা য়ারিবনি।

লোয়ানা অমুক মিনাগী মখজাই অনী মখূৎ অনীনা চপখৎতুনা মিনাগী পিরোইনরক্লবা, কুমগী নোং পুবা মানবা মিৎস্না থম্বাল অনীদু লীক্লা পকপগুম পক্লক্লবদা তপ্পা হায় -

— মিনা! ঐবু থাজৌ। ঐগী নুংশিবদি পুন্সিগীনি। নঙ অরোৎপা থম্বীগনু। হায়রো কৈদৌবগে।

মিনাগী খাঙবা ঙম্বগী পাঙ্গল লোইখ্রে। কপথোক্লক্লে। মহাক্কী লোয়ানা নুংশিনা হায়রকপা ৱাহৈদুনা কোরৌ মঙাল ওইদুনা মাগী লকানুংদা উন মপাক্কুম ফমজিন্দুনা লৈরম্বা পুম্বা মথঙ মথঙ মহী ওন্দুনা চেম্থরক্লে।

মিনাগী পিরাং লোয়ানা তৈথোর্কপিরে। মিনা লেপ্পা ঙল্লকত্রে। মহাক হিক হিক কপ্পুনা ফমুংদুদা হিপথখ্রে। লোয়াসু মশানা চৎখ্রগা মমিনা লৈহৌবা ঙমদবগুম তপ্পা মিনাবু কোন্দুনা হিপথরুরে। থম্মোয় হাযবা পোৎশক অমখক তাইবঙ মীদা হার্পচিনবীরম্লিবা অসিবু ঈশ্বরগী কৎবম্বা চাংয়েংনো? থম্মোয়দা থেংবা ঙম্বা ৱাহৈ অমতং, শুপ্পগী অমতংনা শোজৈ ওইদুনা থম্মোয়গী মন্নবা কাচিন্দা থল্লিবা অরোনবা শো হাংদোক্লক্লে। মিনানা লোয়াগী মথবাক্তা মমায় লোৎচখ্রে। মহাক মরাল লৈববীনি যাজখ্রে। লোয়াবু হান্না হায়দবগীদমক ৱারৌগনু হায়জখ্রে। মাগী ৱারী লীথরক্লে।

কলেজ তল্লিঙৈদনি। মহাক্কী খুঙ্গংদুদগী বসনা হেক হেক কলেজ তান্না চৎলি। মাবুদা শেন্নরম্বা মখোয়গী কলেজগী ফৎতবা নুপা অমনা মাবু নোংমদি মাগী কার অদুদা চৎখ্রসি হায়ররে। খঙনবনিনা য়াদবসু ঙমদ্রে। অদুগদি কার মনুংদদি নুপা অমসু ফল্লম্লে। খঙহৌদে, করন্না নুপাদুনা মিনাগী মচিন মেনখিবা, খঙহৌদে, মখূৎনা পায়রকপা রুমাল অদুনা করি য়াওবা, মিনা পংথখ্রে। মিনাবু উরক অমদা গাড়ীদু থৌজিল্লগা ইজ্জৎ মাঙহনবীরে। মীওই কয়ানা মাঙহনবীখ্রবা মহাক ভাব তাদ্রে। মানা খঙবা হায়ববু — মহাক ইজৎ মাঙলবী ওইরে। মানা জ্ঞান তারকপদা উরক অদুদা মথন্তা তাদুনা লৈরম্লে। য়াম্না ৱানা য়ুম য়ৌরকখি। অদুবু ইজ্জৎকীদমক কিজবনা মমাদফাও হায়দোকত্রে। অদুদগীদি ইকুই কুইদনা মহাক্কী পাবুংগী মনাক মালিগাউদা লাক্লে। মসিনি মাগী মীনম্বা, মসিনি মানা লোয়াদা হায়দোকপা ঙমদবা ৱাহৈ।

লোয়া মুন্না তায়। মানা মিনাবু হেন্না চেৎনা কোনশিনবী। হঙ্গোইবদি লায়রদুনা মখজাই হন্না হন্না চুপপীখি। মিনাদি মাগী ফুমদুনা থম্লম্বা বা অমা হায়দোকপা ঙম্বগী অমদি চিংনগদবা লোয়ানা হেন্না থম্মোয় চাউথোকপগীদমক হিক হিক কপ্লম্বদগী ইন্ডাগী নোংজু ওইখ্রে।

লোয়ানা তপ্না থেম্মী। বাফমদুনা মাগী নুংশিবা হন্থগদবা নত্তে। মদুনা হেন্নদুম নুংশিবকই হায়রে। মিনাগী মথম্মোয় পেলহল্লবা তুংদা লোয়ানা খংহায় হায়রকখিবনি।

— অদুদি, নহাক নুপাদুবু লমন খুম্নিংদ্রা?

— মদুদি ঙমদবগী বানি, থাংনা থিল্লসু পেল্লবোই।

— নমাঙদা ঐনা পুবক্লবদি।

— মদুদি ঐ শিরসু য়াজরে।

লোয়া মখা তাখিদে। নঙ মদুগীদমক চিংনবা তোক্লো। ঐ লৈবি হাযবা বাহৈনা লোইশিনখি।

— ইবেম্মা। হৌজিক ফাওবা তুমদ্রিববা? (মমানা অমুক হ'লবে।)

— ইমা! তুম্লুবে। মিকপ থোক্লকপনি। (মিনানা খুর্মখি।)

— ইমাগী ইবেম্মা! ইমাবু করি হাযযুগে। নঙবু তুমদ্রবদি নশাদু যেংবা য়াররোইনে।

— ইমা তুম্লগে। মৈ মুথৎপিরক্লো।

মৈ মুৎখি। মিনা তুম্বা থেম্মী। অদুনা হেন্না মঙোন্দা ঙানখ্রে। মখা অমুক নীংশিংলকই। হনিমুন হল্লকপগা মণিপুরদা মাবু পুরগা চৎকনি হায়বম্বা লোয়া মাবু পুদনা অমুক্তা চৎলুখিগে, যুম-কৈ শেমলুখিগে, থুনা লৌবা লাক্কনি হায়রম্লগা চৎখিবনি। অদুবু মণিপুরদা য়ৌরক্তে হায়রে। মখোয় ময়াম্না মাবু পামদবনবা নৎত্রগা লোয়ানা মাবু পাম্মক্তদুনা লোৎখিব্রা খঙদ্রে। হোয়-মাই হায়রক্তবা চহী ফাজিল্লক্কদৌরে। থিদা থিগৎলুরগদি লোয়াদি লালহৌলুপ অমগী অচঙবা লান্মী ওইরম্লে। মানা এম এ তম্লম্বদি লোৎপা ওইনা তম্বা ওইরম্লে। অদুমক্কনি খল্লি, মানা অদুক ইচং থৌনা ইজৎ মাঙহন্খিবা নুপাদু ফাদুনা পুরক্কনি হায়খিবা। মিনাবু থাদোক্তুনা চৎলমদাইদা নুপাদুগী মমিং মথা, লৈফম মুন্না হংখিবনি। মিনাসু অসুম তৌনি খঙদবনা লোইনা হায়খি। খঙদ্রে, নুপাদু থিবগীদমক মাঙখ্রিবরা? মরমদম মণিপুরগীদমক লালহৌলোয় ওইনা লৈখ্রবরা?

চিঠীফাও থারকখিদ্রে। অদুবু মিনা আশাদি মাঙদ্রি। লোয়ানা তুমিন্না লৈখিবগী মরম অমদি শোয়দনা লৈফমদি থোকই। মদুগী আশাদনি মানা ঙসি ফাওবা মানা বানা ঙাইদুনা লৈরিবা। ঙাইঙমলক্তুগনা মতোমদা শোঞ্জে, 'লোযা নঙবু লাক্লোবা।'

তাঞ্জাদুমক্তদনি মিনানা থোঙ থিল্লকপা তাখিবদু। মিনা স্বাই লাউই। কনানো? কনা ওইবা য়াই। থেংলবা অহীংসিদা থোঙ থিল্লক্লিবা। মিনা তুমিন্না অমুক তায়। অমুকসু থিল্লকই, তেক তেক। মিনা হৌগৎতবা ঙমদ্রে। মাগী লোযা লাক্লে। ওইরম্বা য়াই মাবু ইজ্জৎ মাঙহনখিবা নুপাদু নোংমৈ চিন্দোন্দা পুরকলম্বা। মদুনা চুন্নবদি মহাক কৈদৌবা তাই। ছুবি অমা তেবলদা লৈবদু তাপ পাইখৎলি। নুপী মচা চাং যেংলগে লেপ্লে। থোঙ মযাদা লেপ্লে। অমুক্তংগা থিল্লকপা ঙাইবে। দং দং হেক থিল্লকপগা চম মান্ননা থোঙ অদু হাংদোকই। মিনা ঙকপনা লোইখ্রে। মাগী লোয়ানা মকোই মবাং ইচোম চোম্না লেপ্তুনা লৈবম্লে। মানা কৌবা নংদনা শৎ চঙশিল্লকই। মানা তপ্পা হায়রকই — নুপাদু হিংনা পুনবা হোৎনবনি। অদুবু ফিভম্না য়াদদুনা হাৎতোক্লম্লে। অদুনা মফম ঋসিদা লৈবা যাববোই। নঙগী মবাদগী থিবকপা য়াই। মমান্নবা অমা খঙখিবা অদু হিংলি। অদুনা অমম্বসিদা নাম্ভোকখ্রসি কদাযদনো অমা। গাড়ী কোম্বোংদা ঙাইদুনা লৈবর্বনি। মিনা তৌফম খঙদ্রে। হোয হাযসি কদায়, মাই হায়সি কদায। অদুন্না চঙবন্ননা লৈবিঙেদা লোযাদি থোঙ হাংদোকপা হৌখ্রে। মিনা পাখৎপা য়াওবে। লোয়া অমুক চৎখ্রগনি পাখৎলক্লে। অদুনা কন্না মখুৎ ফানবা হোৎনৈ। লোয়ানা ঙমদুনা থুনা লাকউ হাযবন্নগা খোঙ থাংবা হৌখ্রে। মিনা পাখৎনা কৌখি — লোয়া! ঐ লাক্লগে। ঙহাক্তা লপখো।

মিনা মিৎব প খঙথোক থোকই। তুমথক্ববে মহাক। মমা চঙলকই। হায়বরে — কবি তৌবনগে ইবেম্মা। নঙবু মঙলাক্লক্ববববা? করিগীনো অদুক কন্না লাউবকলিবা? সে নমাযসি গুমাংনা লোইবে।

মিনা বাসু লানসু ঙাঙলকত্রে। ❑

## লোইরবা

## ক্লবকী ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং ঃ

(১) চহি কয়াগী মমাঙদগী (শৈরেং, ৯৬) চীংশুবা শামু, (২) কোরৌহনবগী অমুবা মঙাল (শৈরেং, ৯৭) খাইদেম তোম্বা, (৩) সুরগী লৈবাক্তা নোংমা (বারীমচা, ৯৭) কুঞ্জো নিংঙোম্বা, (৪) এরিষ্টোটলগী পোয়টিক্স (শৈরেং কলা, ৯৭) বিএস রাজকুমার, (৫) নোং নঙসু চুরখো (শৈরেং, ৯৮) ধ্বজমনি খোইনাইজম, (৬) হনুবীদি হিংহৌরি (বারীমচা, ৯৮) ইবোপিসক নোংথোম্ব, (৭) অনৌবা মঙাল অমগীদমক (বারীমচা, ৯৮) সলাম শান্তিবালা, (৮) সনামানবীগী মীৎয়েং (বারীমচা, ৯৮) ডা. কেএচ শামুঙৌ, (৯) লৈহাউগী লৈনম (বারীমচা, ৯৮) শরৎচন্দ্র নোংথোম্বা, (১০) লোয়ালমগী বসন্ত (উপন্যাস, ৯৮) এন মংলেম, (১১) খুঙ্গংগী ঈশৈ (শৈরেং, ৯৯) লাইমুজম রামেশচন্দ্র, (১২) অরিবা মণিপুরী সাহিত্য নৈনবা (অহানবা শরুক, ৯৯) অহোংশাংবম তেজমনি, (১৩) নুপীদা রাজনীতিগী শক্তি হেনগৎহনবা (বারেং, ৯৯) তোইজম বিহারী সিংহ, (১৪) থাজগী অমম্বা নাকল (শৈরেং, ২০০০) সলাম তোম্বা, (১৫) মৈতৈ লমজা (উপন্যাস, ০২) এন মংলেম, (১৬) চিত্রকাব (উপন্যাস, ০২) সলাম তোম্বা, (১৭) কুশ কহুং পতঙ্গা ঔর কথা এক গাউ কী (অনুবাদ, শৈরেং, ০৩) মেঘচন্দ্র হৈরাংখোংজম, (১৮) নোংহৌ (সোনেত, ০৪) সলাম তোম্বা, (১৯) প্রকৃতিগী তম্পাক্তা (বারেং, ০৪) ডা খাঙেম্বম শামুঙৌ, (২০) চোয়জাইনরবা লৈরাং (শৈরেং, ০৫) চিরোম ইবোতোন সিংহ, (২১) নৈরোল শাৎলে (শৈরেং, ০৫) খাঙেম্বম ইবেতোন দেবী (২২) উমংলাই হরাওবদা অনৌবা মিৎয়েং অমা (নৈনবা, ০৬) ইবোপিসক নোংথোম্ব, (২৩) সন্ধ্যাগী ঈশৈ ঃ নুংশিবগী নুংশিবা (খণ্ড কাব্য, ০৭) ডা খাঙেম্বম শামুঙৌ, (২৪) ভারতকী খনগৎলবা ফুঙ্গা বারীশিং (ফুঙ্গা বারী, ০৭) খাঙেম্বম ইবেতোন দেবী, (২৫) আর কে নরায়ণগী খঙ্গৎলবা বারী (হন্দোকপা, ০৮) চিরোম ইবোতোন, (২৬) ঈখেঙ থক্লবী লাইধী (শুমাং লিলা, ০৯) এন সুনিতা, (২৭) লোক্তাক ঐদি বারেদা (দোকুমেন্টরী, ০৯) ডা খাঙেম্বম শামুঙৌ, (২৮) নাওদা পুয়া লাইরকচল (পুয়া লাইরিক, ০৯) এল মংলেম মৈতৈ, (২৯) হঙ্গাম মপালগী লমদুদা (বারী মচা, ০৯) সলাম তোম্বা।





